# থম্মোয় অনী

থিঙ্গোম ইবোম্চা খুমন

প্রেমিয়র পব্লিশর্স
নয়াংলাংজিং
ইম্ফাল - ৭৯৫১৪৩

থম্মোয়'নুংদা

নংগী ম্বাশলদা ঙাওচৎনাহৌরবা
নীংবা কায়হৌরবা থম্মোয়'সিনা

নংনা

লেঙুজরম্বা, পিগী কুন্দো পারেংশে

নোংশিং পারেং ওইদুনা
পুক্সি লৈরাং শক্লা
লৈপুন লৈসন থিনরি···

মরুপ....

মথোল-মথোলগী য়াংলবা দলান মতোন্দা বিজলী থাওমৈনা ঙানবন্থ, 'অতিয়াগী থরানমিচাক্না চলান মতোন্দা নপ্লরবোয়' নীংঙৈ; অবাপ্পদগী তাম্না য়েংলকপদা: নক্কবদি কয়া চান্নরবনো, অতিয়াগী থরানমিচাক-ফাও মলেমগী দলান মতোনগা অমত্তা ওইনবে'থলহল্লি, অউবগী রাথলদা, পুক্নিংবু স্থ চিংশিল্লি। য়োয়দাকুবা মাগী থম্মোয়বুস্থ হুবিশিল্লুনা মণ্ডলান কয়া শাগৎহল্লি মিকপ্পুদা, ক্লংজায়ববা আশা কয়াগা লোয়নন্না। কবিনা, মাগী ইপাক্কা লপথিবনা, কলম্মানা মানু ঙাওচৎনহন্দুনা পোথ্থাকম থওহন্দে।

লাইট হাওসকী অরোয়বা মথোলদগী য়েংলকপদা, সমুদ্রগী চাউরবা ইথকনা খুৎশেমগী জহাজস্থ যোৎতা যোৎগ্রংদবগুম পুক্নিংবু মীপায়হল্লি। অদুবু সবমেরিন্না মাগী ইরোল'নুদা লুপথিবদদি পুক্নিংবু হেন্নদুম মকা লামথোকহল্লি। সমুদ্রা মপালদগী তাম্না য়েংথোকপিবদনা, আকাশকা ঈশিংগা শমদা শম্নরবগুম উই। অদুবু অশোঙবদি ওইরমদে— লাম্না য়েংলে নক্না উই, নক্না উরে লাপ্না চংথি, কয়াগী মখিক থেন্নরবা।

অউব মক্না-গাস যেনা থেন্নরম্নবশিনদি, মশক উবা ঙমদনা লৈনবিবা পুক্নিংগী রাথলদুদি কয়াগী মাওক লাম্নবল্লগবা! মরকশিদা 'নুংশিবা' হায়বশিনা অমগা-অমগী পুক্নিং-রাথল, থরায়-হকচাংবু অমগা ওইবগী মওংদা, চিংচাওনা লৈমিন্নহনবগু করিগী ঙক্লোয়দগে 'নুংশিবা'। অদুবু নুংশিবনা অশেববুদি থক লাম্নোকপিদে—

## থম্মোয় অনি

কালেনগী পুনিমা নুমিৎকী নুংসা-রাইবমনি। মণিপুরগী শালেন্দা ওইরিবা অকুং-অশাগী ফিভম অসিমনি। অদিস চুপি ওইনখ্রবা মতুং-পুং-থায় অমরোম চোঙথরক্লবা মতমশু-নরি।

তক-তনান ফজনা মথোল-মথোল নাইনা শারব। জর্জ মধুসূদোনগী য়ুম-হুমক্কি মকমচুন।। য়ুনাশিগী সিমনা, ইংখোলগী 'অকোয়বত্তু চেক্লা রাল চনখৎলি। গেটস্তু ফজনা পাল্লি। য়ুম ময়া-ময়াদু লৈ-শ্তু ফজনা হৌরি।

চেকপলগী রাংনদা লৈরিবা অনানবা লশ্বীশিদনা, নুমিদাং-রাইরনগী ঈশিং শোকপী লৈশাবী কাওবু অমনা সনাবুল অমনম পুরহুনা, ঈশিং শোকপা কারক্কুনা লশ্বীশিদা ফাওহুনা চৎখ্রি। মথোয় মণিপুরীনি; মীতৈ লৈশাবীনি।

শ্যামসু বাথ রুমদা ইকজত্তুনা লৈরম্লি। ইকু বা লোযরগা ড্রেশিং রুমদা ফি-রোল শেৎলরি ; শমজেৎ হাৎলবি। মুমিদাং-রাইরম কোয়থোক্কদবগী থৌরাংনি। থৌরাং লোয়রগা হম্বাঙ-হয়াঙ ড্রেশিং-রুমদগী থোকখি।

মাঙ্গোলদনা, ইকোয়-কোযনা থারম্লিবা সিটশিংমু মমল নাইবা সোফা-সিট-মক্তনি। মুমিদাং ওইশিল্লকপগী হৌনবা; জজ্জগী মুপী, শানানবী মমা ইবেমহলনা, উপু চনবা অনানবা টেবলশিংগী য়েৎ থঙবা মাকলদা লৈরিবা ষ্টেন্দদা, রিফ্লেক্তরগা কোন্নবা ভলবতু সুইচ নমতুনা ঙালহল্লে। অতুগা টেবল-কাক্ত ওকথোক-নাম্থোক্তনা লৈরি; ধূপ-থাওমৈসু থাগদবগী তৌরক্লি।

শ্যামসু অসুম থোক্লকপনা থোঙজিল কাম্থোক্লক্লি।

ইবেমহলনা ধূপ-থাওমৈ থানা থানা য়েংথোক্লকপদা ; মচানা থোক্লকপশি উরক্লতুনা, রাদক-রাইনা ফজনা মেঙনা হায়রকই, মচাদা—

ইবেমহলনা—ইবুংঙো, লাপ্পা পঙচং চথোক্কন্ত ; মতম অসি মী য়ান্না ফৎনদ্রে। অশ্বায়ফাও চথোক্লুরগা হেক হজিল্লক্তনা নংগী তৌগদবা নথৌ তৌতুনা লৈয়্! মতম লিক্লা শিজিন্নবা তম্মুকো মুপামচা!

শ্যাম—ইমা, মরুপ-থোয় ফাওদনি ... .. ........!

অসি হায়রম্লগা ভেম্পা ইম্থোক্লগা থোঙ্গাল তম্না অসুম লাক্লি। মমানা লেপ্লতুনা, থোকখ্রিবা মচাবু য়েংহৌরি। শ্যামনা লাকপনা থোঙ্গাল য়োরক্লতুনা গেট হাঙগদবগী তৌরিঙৈদা নিলবাবু, ডিং আইং জিংগী কাবম্ব থৌজিল্লক্তনা খাম্লরি। অম্বগা সুট টাই তৌদুনা লাক্লিবা নিলবাবু, কারদগী কুমথরকালি। শ্যামনা হায়ফেৎ য়েংলম্লগা, গেট হাঙদোক্লগা অদুম চংখ্রি! নিলবাবুসু, শ্যামদা য়েংলতুনা "কনাগী অঙাংনো মগং তাইদা" হাযনা মত্তোমতা মপুক্লিংদা খঞ্জতনা তুং হন্না য়েংলম্লগা যম তম্না চংলকই। * চংলকপগ উরক্লতুনা—

ইবেমহলনা—আ-তাদা উনদবা কুইবেদা! মতৌ মান্দনা ঐগী য়ুমদা লেঙাব-রকপদি করি তানবিগদবা লৈবিবগে? লেঙশিনবিরকউ খুদা শোমদা!

নিলবাবু—এ! ঐ অসুম চুম্না জজ্জ বাবুগোয় উনজনিংতুনা চংথোকচরকপানি ইবেমম্মা! নত্তে, তৌই-তৈংদি ইবায়বু লায়রি, হৌডিক থোকখ্রিবা মুপামচাশিবু ইবেমগী ইচাঙ্গুরনে?

ইবেমহল—আ-তাদা! নুপানচাবু খঙবিদ্রবরো? ঐমক্না পোকচবা ইচাহুনে!!

নিলবাবু—এ!! ঐদি লাক্তবশি কুইর-জাং ওইরে! ঐনা অমুক লাক্লমবহুদদি অঙাং ওইহৌরি পাখঙ ফারম্লেদনা!!

ইবেমহল—তাদা চাওংবতা মঙাইরিদো, চহিদি যাওপোং নত্তে! অদুগনে তাদা, অহল-লম্মন্না হায়নবহু ইচুম-চুম্নাংনি: "মী অমবু অমনা পেলহনবা ঙম্বা নত্তে! লাইরবা অমবু ইনাকখুনবা তরানা শৌগৎপা ঙমদে" হায়বগুম, ইচা অসিমতং পোকচবশে মনিং থুঙহনবা ঙমদেদো তাদা! মানা মতম্শিনদি .... ....।

নিলবাবু—অচুম্বনি! অচুম্বনি ইবেমম্মা! অমনা অমবু মনিং থুঙহনবা, পেলহনবা ওক ঙম্বা নত্তে! আ হায়নরিব-দায়নে, "অপেনবা, নীংবা থুঙবা" হায়বশি কদায়দা লৈবগে? করম্বা মতমদা থোকপগে হায়বদা.... শিরগা, শিরবা কান্দগা পুম্নমক মপুচ ফারে! নীংবা থুঙদবা লৈত্রে; পেন্দবা লৈত্রে, শিরবদি লোয়রে।

ইবেমহল—হোয়-হোয় তাদা, মহুদা মতাই!!

নিলবাবু—নত্তে, জর্জ্জ বাবুবু ওফিস কুম্লকাত্রিবরনে?

ইবেমহল—হল্লক্লম্বদি ময়ারে তাদা, য়ুমদি য়ৌরক্তি! য়ৌবকপাদি মহারে; পোথাবা ওইনা ঙাইহাক্তং ঙাইবিয়ু তাদা!

রাশি হায়নরিঙৈদা, ওফিস চংলুবা মধুস্সুদোনগী কারদু থোঙ্গাল ওম্না থৌগিল্লক্রি: থোঙ্গাললোনদা য়েংথোক্লুবদা উরক্লদুনা—

ইবেমহলনা—হায়নরিঙৈশিদা য়ৌবু য়ৌরক্লে তাদা ....!

নিলবাবু—এ! য়ৌরক্লেদনা .... — .... .... ....!

অসি হায়নরদুনা য়েংদুনা, লৈনরিঙৈদা মধুস্সুদোনগী কারদু থৌগিল্লক্লুনা খাম্লরে। অদুগা অথাবা লো-বুক অদু কোল্লদুনা থোকলক্রি। নিলবাবুস্থু ফমলম্বদগী হৌগৎলুনা লেপ্লগা য়েংলি। ইবেমহলনা, মপুরোইবনা পায়রক্লিবা লাইরিক-কাক্তু লৌশন্নবা থোকলক্রি।

নিলবাবু—গুড-ইভিনিং জর্জ্জ বাবু .... ....!!

মধুস্সুদোন—গুড-ইভিনিং! গুড-ইভিনিং ডিঃ আইঃ জিঃ বাবু!

য়াম্না হরাও-নুংঙায়বা মায়থোঙগা লোয়ননা চংশিল্লক্কুনা, নোকমি-নোকমি তৌনরদুনা হেন্দ-সেক তৌনরে। ইবেনহলনা চংশিল্লক্কুনা লাইরিক-কাক্ক লৌরগা থমজিনবা চংখ্রে। মধুসুদোনগা নিলবাবুগা অনিনা মায়-মায় ওনশিন্নদুনা ফম্মিন্নরি। নানশিংনা চা পুরক্লুনা থম্নগা তুমিন অদুম চংখি। চাদু লৌরদুনা থক্কদবগী তৌনবি। ইবেমহলনা থোকলক্লগা লেপ্পুনা তুমিন য়েংলরি।

মধুসুদোন— আউট-পোষ্টংগী হকপা মতুংগী, দসিগীশিনা বাবুগা ঐগা উনবশি অহানবা তুমিং ওইরি। ডসিনক উ-বশি ঐগীসু লাইবক য়াম্না ফবনি। চহি খরা উনখ্রবা মতুংশিদা, ডসি উবশিদি করিনা সেবা তৌজগনি?

নিলবাবু—অনা-অয়েক যাওদনা হৈরিবশিনা খ্বাবদগী হেন্না পেঙ্গরে! উনত্নুনা অন্না-নুংঙায রাবি শাবা ফংজগদবশিনসু হেন্না নুংঙায়জরে! হুপামচাসু মপুঙ-মরৈ ফারম্নে। মিদগী হেন্না নুংঙায়বা অপোনবা কদায়-দগী লৌরুগদগে জর্জ বাবু? মসিগীদমক ঈশ্বর মহাত্মপু ধন্যবাদ তৌজরি! ঈশ্বর মহাত্মা থৌজালবিশন্নু! অথবা পীনবিশন্নু!!

মধুসুদোন—ডিঃ আইঃ জিঃ বাবুসু ঈশ্বর মহাত্মা থৌজালবিশন্নু! অফবা পীনবিশন্নু!! অত্তুগা হুপামচাসু চাওখত্নগনি, মপুঙ-মরৈ ফারম্নগনি! মাগীদমকসু অফবা পীনবিশন্নু!! মকুপ-মপাংগী মন্ত্রী কাষহনবিদবা পীনবিশন্নু!!

নিলবাবু—মানি-মানি জর্জ বাবু! ঐথোক্নগী ইরকপা অশোয়বা থোকপা য়াবা নত্তে! হোয়, হুপামচাসু চাওখক্লে: থাওবা নতম য়ারক্লব-জাংনি!

মধুসুদোন—উ হুম! হহহ....! বাবুগী রাশিনা ঐগী থম্মোয়দা লৈজবা পুক্লিংগী রা অমা ফোঙদোক্লিং-লক্কৌরি ডিঃ আইঃ জিঃ বাবু।

নিলবাবু—হায়বিয়ু! করিগী তমুক পন্থবিবিবনো জর্জ বাবু? অদোমগী ফোঙদোক্লিংলিবদু ঐগীসু তাজনিংবনি ....!!

মধুসুদোন—হোয়, বাবুনসু অদুম্না খন্দোকপিদুনা তাবিবা তারবা, ঐনসু মরুপনি হায়না খঙদুনা ইচম-চম্না হেক্তা হায়দোকচবা তারগদি....!

অতৈ করিসু নত্তে ডিঃ আইঃ জিঃ বাবু, "যুমদা হেক্তা হায়" হায়বি'গত্র, মুপামচানা এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ পাস তৌবা মতম অহু ফাওবতংদি ডাই-নরগা : পাস হেক তৌবগা লৈবাক মমাঙদা, ইচা অনিবু চাওনা বিবাহ কর্ম্ম পাঙথোক্নুনা, ইচাবু ঐগী ইমৌ ওইনা ফঙজগে পীনবিয়ু অসিতনি ! করি খনবিরমগদগে বাবুনা, খঙজদে !

নিলবাবু—লাইবক ফবগী রানি জর্জ্জ বাবু ! "ইমৌ ওইনিংই" তাকপিরকপশিমক ঐদি পেঞ্জরে ! অদোমগী খুংপু চারগদ্রা ?

মধুসুদোন—অদোম্মবু চানবিহুনা পীনবিরবা.... ....,ইমৌবু ওইজবা ফংলবা........ ঐগীদি সোরারেনশি খুংনা লাম্বা ফংজরবনি ! করি হায়গে ইবুংঙো মমা ? ফজরোইদ্রনে ? ঐদি নমাঙ থাদনকাক পুবদা নংগী ফজবা ফাওবা হেঙ্গৎকদ্র' খল্লি !

ইবেমহল—মানি-মানি মাই পাবুঙ ! তাদনসু মুংশিবিহুনা পীনবিরবা........, ইচাগী ইমৌ ওইবা ফংজরবা........, মমা ঐগীসু, মনি মতুম অমা ইখুবাক্তা হাপ্পিরবনেএ তাদা........ !

নিলবাবু—হায়নরি'শিনদি, রাশি ঐগীতা মঙায়রেনে ! অদু, মশা মশাকাক উনবদি যাওরম্লগদ্রা ...... ...... ? 

ইবেমহল—তাদা, অহল মশেলবু য়ানরবদি অঙাংগীদি করি থোইনা খন্ননিংঙাই ওইরিবগে ? অমুক খন্ননিংঙাই ওইবিরিববা ?

নিলবাবু—হোয়-হোয়, মতুসু খন্নববুদি ময়াবনি ; অদুদা, কনানা খঙগনি ইবেমমা ; মতম অসিনদি অওনবা অমা লাক্লবনিদো ! হৌজিক্কী নহারোল অসিদদি অহল-লমনগী রাশি থোইনা মরু ওইনদ্রে ; রাইট ওফ ফ্রিদম, মনিং তম্বগী তৌফম থোকপা, মশা-মশানা য়ানরগা লোয়রে, অসিনা মশিং হেল্লবা যুগনিদো ! করি হায়গে জর্জ্জ বাবু ? মসিসু খন্নদবা য়াদ্রিএ !

মধুসুদোন—মানি-মানি, বাবুনা তাকপিরিবহুমক শেঙলবা জাৎনি ! মমাংদৈ হায়বা তারে, মতম অদুদদি অহল মশেলনা য়ানরগা লোয়রে, অঙাংগী রা থোইনা খন্নরমদে। হৌজিক্তা মসিগী ওন্নবদা, মশা-মশা য়ানবতা

তান্নরক্লে। হায়বদি, অঙনবা অমা লাকপশিনা মমা-মপা ওইবা ঐখোয়স্তু মিং, নাকোঙ শিঙদবা য়ারক্তরে! মসি লায়না লুরবা রাফম্নি !

নিলবাবু—অচুম্বতুমক জর্জ্জ বাবুনা তাকপিরে! অসিনা য়াম্না লুরিএ ইবেমম্না, পৌনিংই, পামই হায়দনা মশাগী ৱা অমা তাদনদি ৱা লেপথোকপা হায়বশি য়াম্নমক লুই, করিনা হায়ববু, লৈমিন্নগদবদি মখোয় মশেলনি, ঐখোয় নত্তেদো! অদুনা, মন্নুংগী অন্থা কুপ্না-মুন্না, মমুৎ তানা খঙ-দোকপা দরকাররনি! মচাগী পুকচেল খঙদবা মমা মপা য়াম্না ইকায়বা নঙবা, চোপ্পবা, মীমাঙ ফম্বা য়াঙনরবনি! চোপ্পা হায়বশি কুইহৌদে, ইখঙ-খঙহৌদনা হেক্তা থোকপ-জাৎনি। করি হায়গে জর্জ্জ বাবু? ইবেমম্নানস্তু হেন্না খঙবিররিনি !!

মধুসুদোন—অচুম্বনি, অচুম্বনি বাবুনা তাকপিরিবত্থু ......! অঙাংগী পুক-চেল খঙদোকপস্তু মরু ওইবা ইথৌনি! অহল মশেল মমুৎ তানা খঙবস্তু ওঙাইফদবনি!

ইবেমহল—হোয়-হোয়, মাই-পাবুঙ অনিনা যবহু এগীস্তু অফবা ওইজরগে! শোয়নদনবা মন্না খন্নবিয়ু!

নিলবাবু—য়াম্না খন্নবা, খন্নখিবা তারি ইবেমম্না! অদুগা, ঙসিদি ওাইহাক ফম্নিন্নহনা অরা-নুংঙায় ৱারি শাবস্তু ফঙজরে, য়াম্না নুংঙায়জরে! মতমশিস্তু ফনা থেঙজিল্লক্লে; ঐস্তু তমুক হন্নবা ..........!

মধুসুদোন—য়াম্না নুংঙায়জরে লেঙবিরশি......! ঐস্তু য়াম্না লাকচংবনি মতম ফংদবনা চথোকপা ইঙম-ঙমজদ্রে! তাঞ্জা ফংবগা হেক্তা লাকচগে!

নিলবাবু—লেঙবিরকউ! অহুদি ঐ তমুক!

ইবেমহল—তাদা য়ৌবিরে, ৱারৌবিবা য়াদে!

মধুসুদোন—লেঙবিরশি ....................!

অস্তুম্না অরা-নুংঙায় ৱারি কয়া শান্নরবা মতুংদা, নিলবাবুনা নুমিদাংগী মৈঙাল মরক্কুদা থোঙ্গাল তম্না চৎখ্রে। গাড়ী থোৎখ্রে। মধুসুদোন, ইবেমহল অনিস্তু লৈহৌরে।

## অনি

শ্যামনা ময়ুমদগী মরুপ-খোয়দা চৎথিবা নুমিদাং-ৱাইরম অতুমক্কী নুমিদাং ওইরক্লিবা, মমশিল্লক্লিবা মতমনি। লাক্লিবনা মধুমতিগী য়ুমদনি। ইনাক-খুনবা, নুংডায়-য়াইফবা ইমুংনি। শান্তি মতোমতনি নুপীদা; মুপাদস্নু মবুঙতনি।

শান্তিগী রিডিং-রুমশি মখোয়গী বিলডীংগী অনিশুবা মথোলদা লৈবনি। কাশিগী ময়ায় ওইনা অনানবা টেবল অমা, মসিগী অকোয়বদা চৌক্ অহুম থাই। অৱাং থঙবা ফক্লাং ময়াদা মখল-মখলগী লাইরিক্লা থল্লা য়াওবা আল-মিরাহ অমা; মনিং থঙবা ফক্লাং ময়াদনা অশাবা মৃত্তি অনি-অহুম: লৈ-তেঙগী পোৎ চৈ হরা: সিল অনি য়াংবা নিংশেল চনবা শো বেক্স অমস্নু লৈরমলি। টেবলগী ময়া, ওইথংবা নাকলদনা ষ্টেন্দগা কোন্নবা রিফ্লেক্তর য়াওবা ভলব অমা ভালনা থাল্লি। টেবল মথক্তস্নু লাইরিক অহুম-মরি মরৈরি। শান্তিনা লাইরিক পাগদবগী চৌকদা ফমদুনা লৈরম্লে! ভাইহাক তুমিন অদুম্না ফমদুনা লৈরুরগা টেবল মথক্তগী লাইরিক্ত অমা লৌবগা ফাক্লদুনা পাগদগী শেম-শাবক্লি।

শ্যাম্মোনা নুমিদাং-ৱাইরম কোয়থোক্লুবগী অনানবা ফিজোলদুগা লোয়ননা ডাইরি অমা পায়রদুনা চংলকই। ডাইরিদু টেবলদা থম্নগা আলমিরাহদগী লাইরিক থল্লরি। অথনবা লাইরিক্তু টেবলদা লংশিন্নকই অতুম তৌনা-তৌনা মচলদা হংলকই—

শ্যাম্মো—মেম্মা, নখোয়গী পরিকক্ষাদি কয়াদগী হৌবা তারে? সেন্টরনা কদায়দা তারে, খঙলবরা? চেকশিল্লু পরিকক্ষা হায়বশি অরায়বা থবক নত্তে।

শান্তি—তামোচা, লাক্লিবা নিপালদগী হৌরগনি হায়রে! সেন্টরনা জিং পিং বুইমেন্স কলেজদা তারে।

লাপতক্লা লৈবা মন্দির অমদগী সন্ধ্যাগী কাঙশি খোঞ্জেলনা মায়কৈ তরা শল্লক্লি। খোঞ্জেলদুগী ইপোমগা লোয়ননা শান্তি-খোয়গী য়ুমগী, মাঙ্গোলগী শরুক, শুমাঙ লোয়ননা মমাঙ থংবা ইংখোলগী দৃশ্য অমা উৱক্লি।

য়ুমগী থোঙজাওশি লোক্লমই। য়েৎ থঙবা ফক্লাংদা মধুমতিগী, লৈথিত্রবা মপুরোইবগী ফোটোদু থেংলম্লি। সিট খরস্থ লৈ। শুমাঙগু তনান-তনানলি। মনা পুঙবা ফজরবা তুলশী পাম্বী অমনা শুমাঙ ময়াইদু-মক্কদা হৌদুনা য়ুমগী ফজবা হেঙ্গৎহল্লি। মতাই ওইরপ-ওইরপ্পা গম্লাদা লৈরাং কয়ানা ফগায়না লৈশাৎ তমজরি।

ঙাইহাক্কী মতুংদা মধুমতিনা ধুপ-থাওমৈ, লেমটন পায়দুনা থোঙ হাঙ-দোক্কুনা থোরক্লগা, সন্ধ্যা'রতী কংলরি। পুর্নিমা নুনিৎতুনি, বিন্দ্যা-রানী মথোঙদনি। ধুপ-থাওমৈ থম্লগা খু-খুদক কুল্লদুনা খুং-জুর তৌরগা পুজা কংলক্লি—

মধুমতি—ওঁ খন্দল মন্দল কারং

বিয়াপ্তং য়েনো চরা-চরং

তৎপদং দরশিতং দশমে

নমো-নমো........ ......

শ্রীগুরু কৃত বৈভবা.... !!

অসিনা লাইশোল ওইরদুনা বিন্দা-রানী খুরুমলম্লগা মাঙ্গোলদা অমুক খুরুমলবি। অদুগা থোঙজিলগী খুরুমলিঙৈদা শ্যামনা ভেম্পা অমা তোঙলগা চংলকপদু উরক্লদুনা হতপ তপ্পা —

মধুমতিনা—যা! ইবুংঙো, নং লাক্লিবরা? নংগী মরুপ নচলগা লাইরিক পারম-গনি; চংলু-চংলু কাখৎলু লৈরমগনি!

শ্যাম—ফনি ইমা! অা মরুপ! মরুপ শ্যাম্মো....

কৌর-কৌরদুনা হরাওনা কাখৎলক্লি। মধুমতিনা, লেমটনদু মৈরি পিক্লা লৈথরগা পায়রক্লদুনা ইমুংদা চংখ্রে। থোঙজাওদু তপ্পা লোনশিনখি।

রিডিং-রুমগী হান্নগী ফিভমদু কায়রমদ্রি। শ্যাম্মো হান্নগুম লাইরিক অদুম খল্লম্লি। শান্তিস্থ লাইরিক য়েংদুনা অদুম লৈরম্লি। কৌবগী থোঞ্জেল অমা তারক্কুনা থোঙ তম্লা য়েংথোক্লকপদা শ্যামস্থ থোঙজিল কানশিনগদবগী মথোঙ থাঙ্গৎলম্লে। শান্তিনস্থ য়েংথোক্লুবদা উরক্কুনা ইকায়-নুংশিরপ তৌজরি। শ্যাম চংলকপদু উবদা হরাওনা, মায়থোঙ মকা লাম্লা হায়রকই—

শ্যাম্মো—ও ! ডিয়ার গুড-নাইট .... .... .... .... .... .... !!

শ্যাম—গুড-নাইট ! গুড-নাইট ডিয়ার.... .... !

অস্তুন্না হায়নরদুনা য়াম্না হরাও-নুংঙায়মিন্নুনা চংশিল্লক্কুনা হেন্দ-সেক তৌনরে। মতমশিদা শ্যামগী মিৎতি তগৎ-তগৎ তেক্লিবী শান্তিগী মফমদনি। অরোন-মিৎয়েংনি, ফোঙনা খক য়েংদে। শান্তিসু করিগী য়েংলুদনি শ্যামদা, মিৎচানখিদুনা ইকায়নদুম লুকথজখি।

শ্যাম্মোনা—লেঙশিনবিরকউ চিয়ার শোমদা মরুপ !

শান্তি—তামো সিট-তা .... .... — !!

শ্যাম—আ ! ফরে মেম্মা.... .... .... .... !!

শ্যাম্মো—লেঙশিনবিরকউ মরুপ .... .... .... !!

শ্যাম—উম ! পারো তারগে লাইরিক্তু মেম্মা !

শ্যাম্মো—মরুপ, ঐদি লাক্লরোযদ্রা খন্দুনা লৈজরম্লবনি। চপ চানা হেক থুডলৈ। অতুদি...., ঐ ! ড্রেশিং-রুমদা অমুক্তা চংজরুখিগে.... !

শ্যাম—ফনি মরুপ কেবিরু, পঙকুইদি কুইবিরক্নু !

শ্যাম্মো কাদুদগী অতুম থোকখ্রে। শ্যামনা, শান্তিগা মায়োক্নুনা থারিবা সিটতুদা ফমথখ্রে। শান্তিসু হান্নগী ফম-ফমদুদা তপ্পা ফমথরগা শ্যামদা য়েংশি য়েংঙমদা, য়েংলগুমশি য়েংদ'ঙমদা তৌদুনা তুমিন, ইকায়-নুংশি য়ান্নুনা য়েংদুনা লৈরক্লি। শ্যামনসু ইকায়-নুংশি য়ান্নুনা শান্তিদা য়েংলকপদা মিৎচান-খিদবা নত্তে।

অদুম্না মিকুপ খরা নুংশি-নুংঙন ইপাক্তা তাওমিন্নরুরগা শ্যামনা, "ঐগী থম্মোয়না খোয়দাজরিবশি নংতনি" হায়না শকফমতনা উৎলকই। শান্তিনসু "নংগী নুংশি ইপাক্তা তাওজরিবী ঐহাক্লি" মায়থোঙতনা উৎলক্লি।

অদুম্না ঙাইহাক লৈনরবা মতুংদা শ্যামনা তুমিন্না, শান্তিগী মখুৎতু তপ্পা খংপায়-পায়রুরি। শান্তিসু খংলব তৌরদনা, নুংশি-নুংঙন্দা তাওরদুন' য়েংজরকই। অনিমক্কী থম্মোয়দা নুংশিনবগী ফোঙদোকপা ঙমদবা ইচেল অমনা ইরৈ কন্না-কন্না চেল্লক্কুনা মথোৎ কারকপা, কারকপী অনিবু নুংশি ইপাক্তা তিলহল্লবি।

বিরকুমারনা—ডিয়ার কান্টি.... .... .... .... .... .... .... .... ?

কান্টি—মিস্টর কুমার .... .... .... .... !

বিরকুমার—ঙসিদি ঐগী থম্মোয়দা মতম কুইনগী মমাঙদা হৌখিবা ইহৌ অমা নৌহৌননা নীংশিংলক্লি.... .... .... !

কান্টি—করি করম্বা মিস্টর কুমার .... .... ?

বিরকুমার—অতৈ করিসু নত্তে, শ্যাম্মোগী মচল শান্তি....; শান্তিচু ঐনা অহানবা উখিব-মক্তদা ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইগে খনখি। অদুবু........ !

কান্টি—অদুদা করি তৌবিরবা মিস্টর কুমার? ও-ও! শান্তিশি কুমারগী ওইগে খল্লি! অদুদা শান্তিগী ব্রাখল করিনো খঙদে অসিরা?

বিরকুমার—অশেংবনি, ঙসি ফাওবদা শান্তিদা রা অমা ফাওবা ফোঙদোকখিদ্রি! অদুগা ঐনা মঙোন্দা থম্লিবা আশাচুদি অরাংবা থাক্কীনি; পুন্সিগীনি, য়েংউ ডিয়ার— .... ....

অসি হায়রদুনা অতৈবা চে অমা ফুরিং খাওদগী শংলগা কান্টিদা পীরকই। কান্টিনা লৌরগা ফাক্তোকুনা ঙাইহাক য়েংলগা থুপচিন-থুপচিন্না হায়রকই—

কান্টি—ভেরি গুড, মিস্টর কুমারগী পামজবা! মিস্টর কুমার, ঐ মিস্টর কুমারগীদমক শেম-শারে! ডোন্ট ব্রোরী মিস্টর কুমার! হৌজিক-মক শান্তি শোয়দনা কলেজ কাররগনি, সিওর!

বিরকুমার—সিওর! ডিয়ার কান্টি, ঐনা ফঙগদৌরিবা মতেংশি ডিয়ারদগীনি !!

কান্টি—নো মিস্টর কুমার; ঐনা মিস্টর কুমারদা মতেং পীগদবা নত্তে; ঐ ইশামক্না থবক অসি মিস্টর কুমারগীদমক পাঙথোকচগদবনি।

বিরকুমার—ভেরিগুড ডিয়ার কান্টি! থবকশিমক পাঙথোকপা ঙম্লবা ঐগী মরুপ অশেঙবা হায়বদু ডিয়ার কান্টিনা ওইরবনি। টেক এ সিগরেট! শান্তিবু খুত্তুম চন্নবা হোৎনগদবনি!

হায়রদুনা বিরকুমারনা হৌগৎলক্লগা চুরুট পীরকই। কান্টিসু লৌরগা চম্লরদুনা মৈখু অশাঙবা অমমম কামথোক্লগা খুদাং থাঙ্গৎতুনা ঘড়ী থক-থক য়েংনরগা—

বিরকুমার—হৌজিক পুং মাপল .... ---- .... .... .... .... ....!

কান্টি—কলেজ ঊৱার ! হঃ .... হঃ .... হঃ, শান্তিগী মরাইবক কয়াদা ফরিবা !

বিরকুমারনা লম্বী পরিংদা তান্না য়েংথোকখ্রি। কান্টিনা মখ্‌াঙ মেৎল-ছুনা চুরুট থক্লি। শান্তিনা সাইকল অমা তোঙছুনা কলেজ কারক্লি। ফনা লাপ্লি ৱারি শানরিবা মফমতুদগী। বিরকুমারতনা উজবনি। উরকপা মিকুপ্তু-মক্তদা নোকমিবা মায়থোঙগা লোয়ননা হায়রকই —

বিরকুমারনা—ডিয়ার কান্টি .... ---- .... !!

কান্টি—হরাট হেপন মিস্টর কুমার ? হঃ হঃ হঃ ; লাস্ট চান্স মিস্টর কুমার !

বিরকুমারনা, শান্তি তম্না মখুৎ থিল্লি। কান্টিনা য়েংলকপদা উরক্লকছুনা ৱাহৈশি হায়খিবনি। অদুগা য়েংডুনা লৈনরি। শান্তিসু অসুম কলেজ তম্না থোৗরক্লি।

বিরকুমার—ডিয়ার কান্টি, ডোণ্ট লোস চান্স, টেককিয়ার !

কান্টি, বিরকুঃ—ফর্স্ট টাইম, ফাইনেল চান্স, হঃ হঃ হঃ....

অসুম্না হায়নদুনা হৱাওনা নোক্না-নোক্না হেন্দ-সেক তৌনৈ। অদুগা বিরকুমারনা লেপ্পুনা শান্তিবু য়েংলি। কান্টিনা লম্বীদা তপ্না-তপ্না চৎলদুনা ঙাইরি। শান্তি ইংনা চীঙ লেম্না তুমিন থোৗরক্লি। মপা য়ৌরক্লবদা সাইকল তোঙখৎলগা—

কান্টি—মেম্মা অমুক্কা : অা .... ৱা অমতা হংজগে ! ৱাইট প্লিজ .... ... !

শান্তিদি তাদবগুম, হায়রমদা ঙাংলমদনা হান্নগী ফিভমদা অদুম থোৗরি।

কান্টিনা—য়াম্না চাওথোকইনা কলেজ কারবীনি হায়বদুরো ? ৱা অমতদি হংজহৌগে কৈদৌবগে .... !! ও ! কলেজ কারবীনি হায়দনা মীকাক উদ্রেকো ! ঐখোয়শিবু য়াম্না চিংনবিরবনিনে ! পঙচাওদি চাওথোক্কনু, ঐখোয় মদু খনব-জাৎ নত্তে ; ৱা অমতা চুম্না হংজহৌগে তৌজবনি ! ইকায়বা পীবা মাল্লি !

শান্তি—ও ! য়াম্না লান্না লৌবিরে তামোখোয়না ঐবু, কলেজ কারে হায়দুনা চাওথোকপগী ৱাফম নচ্চদে ! ইকায়বা পীবনিসু খনবিন্নু ! কলেজ মতম হেনখিদৌরে হায়ডুনা তৌজবনি ৱারৌবিন্নু ! করি হায়বিগদবনো ?

কান্টি—আ .... শি অমুক্তা .... ! ঐখোয় মরুপ বিরকুমারগীনি.... ... !

চেহু শান্তিদা পীনা-পীনা কান্টিনা বিরকুমারদা মমিৎ খত্তুনা চংশিল্লকুবা ইঙ্গিত তৌরকই। শান্তিদি "করিগুম্বা খঙনিংবা অমা লৈহুনা তৌরি-মাল্লে" খন্দুনা ইচম-চম্না হায়জখিবনি। অহুগা চিঠীকাক পীশিল্লকপশিদদি "য়াম্না হন্থনা খনমল্লি" খন্দুনা শাওনিংবনা লোয়রি; শকফম ওল্লকই। চেস্থু লৌদে। অমুক্তস্থু উখিদ্রিবা, শক্সু শঙদ্রিবা বিরকুমারনা তৌরিবা মওংশিগী হায়রুরবদি য়ান্না থিনা চৈহুনা ইকায়বা পীনিংলম্বনি। অদুবু মহুনা "লম্বী ককপিবনি" খঙজদুনা শাওনিংবা 'পুম্বা ফাজিন্দুনা থম্লগা তপ্না ইংনা হায়রকই—

শান্তিনা—তামো, অদুগী ওইরবদি নচলস্থু খঙজরে ! নচলগীদি মতমদু লাক্লি, য়ৌরকখিরোয়; নচলমক্কি খনবি ! কলেজ মতম থেঙখিদৌরে....!

বিরকুমার—অদু শিদংদি অমুক্তা মেম্মা.... .... !

শান্তি—নচলবু ন্থ শিবিয়ু ! পোকমিন্নবা নচলমক্কি খনবিনি ! নচলস্থু তামো-খোয়বু পোকমিন্নবা ইবুঙ-মরি খঙ্গরি !

কান্টি—ঐখোয়স্থু ইচল অমনি খন্দুনা হায়রবনি ! ইকায়বা পীবিবগী মহুৎতা চেশি লৌবিরগা চৎপিখিবহুনি পামজরিবশি ! কয়া লুম্বা পোৎলো, হেক লৌবিরগা চৎপিখো শে কৈদৌবগে !

অদুবু শান্তিদি য়াদনা অদুম থৌরি। বিরকুমারগা কান্টিগনা ইররি। চিঠীদু লৌনবা তরুরি। তাঙ্গাদুদা শ্যামস্থু সাইকল অমা তোঙলদুনা কলেজ কাররি। শান্তিবু লান্না লৌরদুনা—

শ্যামনা—মেম্মা .... .... .... — !

শাওরপ্পা কৌরকই ! অদুগা সাইকলদু হেঙ্গৎনা থৌগৎলক্লি। শান্তিস্থু শ্যামগী মওংশি খঙখিদবা নত্তে। বিরকুমার, কান্টি অনিদি থৌশাদনা শান্তিগী মতুং অদুম ইন্নরি। মতাংশে শান্তিদদি লুতক থোকই। তথি-তথি হায়-রম্লগা শ্যামগা থৌমিন্নখিববুদি য়াবনি। অদুদা "নহা মশেলনি বা য়াম্লক্কনি" খঙজদুনা অনিমক মপুক নাদনবা, মাগীস্থু লম্বী কক্কনবা মওংনি খঙ্গদুনা হায়জরকই শ্যামদা—

শান্তিনা—তামো অমুক্তা ঙাইবিখো !

শ্যাম—করি তৌরে ....  ....  — ?

শান্তি—তামো, ওসিদি কলেজ মতম খরা থেঙখিত্নুা ইমান্নবী অমতা থেনে-হৌদ্রে। অম্সুম লাকপদা তামো-খোয়শিনা অমুক .... ; উম, ইতোমতা চৎপা মুংঙায়ররোয় থিনবিগে হায়ত্নুা লাকমিন্নরি .... !

শ্যাম—ও ! অত্নুগীরা ? লাকওদনা এগা চৎমিন্নরশি ! থেঙ্ক-ইয়ু মিস্টর কুমার, ঐগী শান্তিবু থিনবিরম্বগীদমক শীংঙমদ্রবা লমন অমা তোনশিন-জরে। খরা ৱাবিরে ৱারৌবিবা য়াদে !

শান্তি—তামো-খোয় খোঙ খরা ৱাহনখ্রে.... !

শান্তিগী ফিভমদু শ্যামনা হান্নবা খঙলবনি। বিরকুমার, কান্তি অনিনস্মু চিংনখিদবা নত্তে। উপায় লৈত্রত্নুা অত্নুম লৈহৌবা তারি। শাওবস্মু য়াদা, চাক্লা-চাক্লা, লৈহৌশি কদায়, চৎশি কদায় তৌত্নুা লৈনরি। শান্তিদি সাইকল থৌগৎলক্লে। শ্যামস্মু সাইকলদু থৌনবা শেম-শারক্লি।

বিরকুমারনা—আ মরুপ .... শ্যাম ....  .... !

কান্তি—অস ! ভেলু করিনো ? য়াম্না ইকায়খ্রেদা!

শ্যাম—করিগী ইকায়রুগদগে ; ইকায়রিবদি মেম্মগা ঐগনি ডিয়ার !

বিরকুমার—অদু খরদি....  ....  ....  .... !

শ্যাম—নো-নো, মিস্টর কুমারগী ৱাখলদু য়াম্না ওন্নখ্রে ; ইচলনক্কি খন্দোকপিয়ু কৈদৌবগে ! মরুপ শ্যামগী ইচলনি মেম্মশি। অদোমগীস্মু ইচলনি খন্দোকপদা করি অকাযবা লৈবিবগে ? লাম্না লৌবিনু ! ঐস্মু চিংনজদে ; ক্লাস অমতদা তম্মিন্নবনি কুমারগা ঐগা ; অসি ন্দুনা ঐস্মু ইচম-চম্না লাকও হায়জরিবশিনি ! খরা হেঙ্গৎচরম্লগে ৱাবৌবিবা য়াদে। মেম্মা চৎলশি থৌবো ! গুড-বায় ডিয়ার কুমার.... !

হায়রম্লগা সাইকল তোঙখৎত্নুা অত্নুম থৌখ্রে। বিরকুমার, কান্তি অনিনা শান্তিগী ৱাঙাং হৈবা মতৌত্নুদা শাওবস্মু য়াদা নীংবা কায়না লৈহৌবি।

কান্তিনা—মিস্টর কুমার, হায়-হায় ! শান্তিগী ৱাঙাংদো ; শ্যামগী মমাঙদবুদি ঐখোয়গী খ্বায়দগী ফবা ৱাঙাংনিদি হায়ববু, অস ! হৈনা লৈখ্রে

হায়রমানি। অমুক্তা থেঙনখিদ্রি মাগুম্বী তনৌ-তনৌবী নুপীমচা অমগী মওং মতৌ! শুঙতা তাখিদ্রি মাগী মাহৈ মাতাদো!

বিরকুমার—উম, ডিয়ার কান্তি, শান্তিগী মাঙাং মাতা হৈবী মওং, শ্যামগী মরূপ শাবা মাঙাং, য়াম্না উশিত্তবগী মওংনি; হুম.... !!

য়াম্না শাওনিংবা উৎতুনা লৈহোরে। অশেঙবমক শ্যাম, শান্তি অনিগী মাঙাংদো ফজনা হায়রগা নোক্নবনি। ইকায়বা পীবনি, য়াদবা ফোঙদোকপনি।

## মরি

*শ্যাম*, শান্তি লোয়নদুনা কলেজ চৎথ্রিবা মতমদুগী মতুং পুং অমরোম চোম্বরবা মতম্নি। ডিঃ এমঃ কলেজগী শক্তম অমনি। কলেজগী কম্পাউন্দনি। অশংবা নাপীতনা পাক-চাওনা শন্দোকখ্রিবা, লনতক-লনতক্না মনা পুঙবা উপালনা হৌথ্রিবা; মমাঙ পাঙনা কাপ্লিবা লম্বীশিগী মনাক্তা তৌরিবা মনা পুঙবা উপালশিগী মখোঙদা ফমদুনা, শ্যাম্মো শৈরেং অমা ইগদবগী য়াম্না মুন্না মাখল তৌদুনা লৈরম্লি। ভাইহাকী মতুংদা বোয়দু হাঙদোকুনা কলম মখুম হাঙদোক্লগা খদাং-কাক নাল্লদুনা মাখল তৌরম্লগা শৈরেংদু ইরক্লি। করিনো খঙদে ফন য়াম্না ইদি ইখ্রে। অদুম্না ইরিঙৈদা শ্যামনা ক্লাস রুম-লোমদগী শ্যাম্মোগী মনাক্লোমদা লাক্লি। শ্যাম্মো শৈরেংদু ইবা লোয়র-মাল্লে বোয়দু পায়রগা হৌগৎলকই। শ্যামনা মনাক য়ৌশিল্লক্লি। হৌগৎলকপদা শ্যামনা লাকপদু উরদুনা—

শ্যাম্মোনা—ও! ডিয়ার, গুড-মুন.... .... —!

শ্যাম—গুড-মুন ডিয়ার .... .... .... ...!

শ্যাম্মো—করম্মা অচিনবা থবক য়াওবিবগে অমুক থেঙনা য়ৌবিরম্লিবশিবু?

শ্যাম—ডিয়ার অচিনবা থোয়না লৈজদে! অদুবু য়ুমদগী থোক্লকপদা খরমু থেঙদোকখ্রে; অদুগা লম্বীদমু মুংঙায়রতদুনা ভাইহাক পনখ্রে। অদুনা কলেজ শোমদা অমুক থেঙখ্রে! লম্বীমু কোয়রুরে!

শ্যাম্মো—করম্না কনাগী করি লম্বী কোয়রুরিবা ডিয়ার!

শ্যাম—অতৈ কনাগীসু নত্তে, মেম্মগী লম্বীনি মরুপ।

শ্যাম্মো—ঐগী ইচলগী....!! করম্বা থৌদোক মরুপ?

শ্যাম—শিনি মরুপ, মেম্মনা কলেজ কারকপদা লম্বীদা বিরকুমারগা কান্টিগনা মেম্মদা চে অমা পীগদবগী তৌব-জাৎনি। অতুদা মেম্মনা পামদতুনা, ফজনা, তৌবিন্নুকাক হায়জবা ওইর-মাল্লে! বিরকুমার-খোয়নদি মী মথেল অমনিনা নমতুনা পীগদবগী তৌতুনা, লম্বীদা অপনবা হায়বতু হেক ওইবজাৎনি। ঐসু তাল চানতুনা, অতুম তৌনরিঙৈদা হেক থেঙনরে। বিরকুমার-খোয়না ইন্নরম্বতুদা ঐসু হায়ফেৎ চিংনজে। মেম্মশে চন্না য়ান্না শিঙই মরুপ! ৱাঙাংবু য়ান্না হৈখ্রে; মেম্মশে ঐ-মক্না কল্লকচৈ। মখা শমথজররোয় ইশম শন্না কান্টিগা বিরকুমারগতু "ইকায়বনা কও কোৎতুনা চায়" হায়বগুম লৈহৌরে। মেম্মগা ঐগা, মখোয়গী কলেজ ফাওবা লাকমিন্নরগা ঐ কলেজদা চংজরক্লিবশিনি মরুপ।

শ্যাম্মো—আ মরুপ, অতৈ থোইদোকপদি থোকখিদেকো!!

শ্যাম—হোয় মরুপ অতৈ থোইদোকপদি য়াওখিদে। অতুগা, খঙদে মরুপ, বিরকুমারনদি ঐবু মার্ক অমদি তৌরম্লগনি!

শ্যাম্মো—গুড-লক ডিয়ার! মরুপ্না ঐগী ইচলবু খুদোংথিবদগী কনবিরে! মসিগীদমক মরুপকী চাওরবা লমন অমা তোঞ্জরে! কৈদৌঙৈ শীঙবা ঙম্লগবা! লাক্কদৌরিবা মতমদো ঙাইদুনা লৈজরে!

শ্যাম—মরুপ, করম্না অমুক শীঙবগী দরকার ওইরিবগে?

শ্যাম্মো—করম্না ওইরোয় মরুপ .... .... — .... ?

শ্যাম—মরুপ্না হায়বিখি ঐঙোন্দা, "মরুপকীদা ইচল্না, ঐগীদি য়াওদ্রবরা?" ঐগীসু ইচল ওইরে; মচলবু য়েংশিনবা মবুঙশিংগী মথৌ নত্তবরা? অদুদি "শীঙবা" হায়বা ৱাহৈশি লৌথোকপা তাদ্রা মরুপ?

শ্যাম্মো—গুড-থোট। থেঙ্ক-ইয়ু, থেঙ্ক-ইয়ু ভেরি মচ্চ ডিয়ার।

শ্যাম—নত্তে মরুপ, ঙসিগী ঐখোয়গী কলেজগী সোসিয়েল ফ্রেসেস মিটকী ফংসন অসিদা মরুপকী ইশৈ অমা প্রাজেণ্ট তৌশি....!!

শ্যাম্মো—অ-আ মরুপ ! নত্তে মরুপ অমুক্তসু শক্তনা কলেজগী ইমান্নবা ছাত্রা ছাত্রি অসুক য়াম্বশিগী মমাঙদা ইকায়জৈদা ............ !

শ্যাম—য়েংগদৌরিবা-য়েংগদৌরিবী, তাগদৌরিবা-তাগদৌরিবী ঐখোয়সু মরুপ্তুগী তাথবা নত্রগা মান্নবা থাক্কী মী-ভাক্তনি। শকদৌরিবা মরুপসু ঐখোয়গী ইমান্নবা, ইকায়নিংঙাই করি লৈরিবা ? শক্তা শকপিয়ু! তাদা তাইনবিয়ু, ইকায়বিরুসু। মরুপ। তাবিংবী চন্দব-মখৈ লৈরজাংনি !!

শ্যাম্মো—নত্তে মরুপ, হৌরেল ময়ামগী মরক্তা মরুপ ফন্থা ঙমদনা তোক্কনি মুম্না য়াখল তৌবিহৌ।

শ্যাম—শক্তা শকপিয়ু মরুপ ! অহৈবা কলাকারনা শকপগা, হৈতবা মরুপ্না শকপগা, ময়াম্না তানিংলিবশি হৈতবা মরুপ্না শকপন্থনি। মরুপকা অরায় অখুম তৌনিংবী য়াম্না লৈর-জাংনি !!

অসুম্না য়ারি শানা-শানা লাকপনা কলেজগী হোলশিগী থোঙজিলশি য়োৎরক্লে। খুদাং থাঙ্গৎতুনা ঘড়ী য়েংলকই।

হোল মনুংদনা প্লেট-ফোর্মদা এনাউনসর অমনা মাইক্রোফোন মনাক্তা লেপকদবগী তৌরম্লে। য়া ঙাংগদবগী থৌরাং তৌরি। হোলশি ছাত্রা ছাত্রিনা পিক থন্না লৈরম্লে।

এনাউনসরনা—লেডিজ এন্দ জেনটলমেন, হৌজিক, ঐখোয়গী ঙসিগী সোশিয়েল ফ্রেসেস মিটকী ফংসন অসিদা, ঐখোয়গী মরুপ শ্যাম্মোগী শৈরেং অমতং ময়ামদা খুদোল তৌবিনবা ইউনিয়নগী মায়কৈদগী এনা হায়জরি !

থেঙ্কস.........!

য়াশি হায়রকপদা ময়াম পুম্নমক হরাওনা খুবাক প্রোপ প্রোপ খুনরকই। শ্যাম, শ্যাম্মোদা য়েংনরক্লি। মরুপ অনির্দি থোঙদা ভারক্তুনা লেপ্লগা নোকমি নোকমিবা মায়থোঙগা লোয়ননা য়েংনতুনা লেপ্লি। কুইনা পল্লমদ্রে, শ্যামনা নোকফেৎ তৌরম্লগা ময়ামগী মরক্তুদা লাক্লগা স্টেজদা কাখৎলক্তুনা মাইক্রোফোন মনাক্তা লেপ্লরি। অদুগা লৈনা-লৈনা ময়ামদুগী মরক্তগী মথরায়না পামজবী অমা থল্লক্লি।

পম্মা, শ্রার্মিলা অনিস্থ মমাঙ ওইনা ফম্মিল্লদুনা ভাবোক ওইরম্লি। শ্যামনা খোয়দাঙবী হায়বদু পম্মাদা থোক্লুরে। মুংশিবগী অহানবা মিৎয়েং অমনা য়েংলদুনা, মিৎ থম্ফম ওইদুনা লৈরক্লে। পম্মা, শ্রর্মিলা অনিনস্থ য়েংলকই।

শ্যামনা—লেডিজ এন্দ জেণ্টলমেন, হৌজিক ময়ামগী মফমদা ঐগী মরুপ শ্যামমোনা প্রজেণ্ট তৌবিগদবদু শৈরেংগী মত্থত্তা ইশৈ অমা ওইনা লাম্থোকপিনবা হায়জরি। মরুপশু য়াবিগনি নীংজে! ময়াম্না হেন্না খঙবিরে, ঐগী মরুপ শ্যাম্মো, ইশৈ হৈবা কলাকার অমা নত্তে, তম্লিবা ছাত্রদুস্থ নত্তে! চুম্নগী শৈরেং মচা অমকাক ইজরগা মুংঙ্গায়জবা; অচিকপা পামজবা মীওইনি! অদুবু, ঙসিগী ফংসন অসিগী ওইনা শৈরেংদা ছন্দ পাল্লগা ময়ামদা লাম্থোকপিনবা হায়জবনি! করিগুম্বা অশোয়বা য়াওরক্লবস্থ ময়াম, তিনবিরিবা-তিনবিরিবী থিবিক্লা ঙাকপিগনি নীংজৈ, থেঙ্ক ইয়ু!

মীয়াম পুম্নমক অমুক্কা হরাও-নুংঙায়, ইহৌগা লোয়ননা খুবাক প্রোপপ্রোপ খুরক্লি।। শ্যাম থোকলক্লুনা ওডেন্স ওইনা ফমলরি। শ্যাম্মো তুমিন্না প্লেট-ফোর্মদা ময়ামগী মাঙদা লেপ্পবদা মীয়াম্না অমুকস্থ খুবাক খুনরকই। শ্যাম্মোনা ইংনা তপ্পা বোয়দু ফাক্লগা ঙসাই মানা ইখিবা শৈরেংদু হায়ফেৎ য়েংলুরগা, হান্নানা শর্কখঙনরবী শ্রর্মিলাদা মিৎ থম্লগা ইশৈ শক্লকই—

শ্যাম্মোনা— উম....নংগী মোমোন মীনোক্লা ঐগী কবিতাগী মশক্কি
নংগী নুংশি মিৎয়েংনা ঐগী শৈরেংগী ছন্দনি ।—নংগী....
মিকুপ খুদিং হোঙবী নংগী মিৎয়েং
থেক্লা থোইনা হাইরিবী নংগী শম্লাংনা
কায়হৌরি ঐগী থম্মোয়, লাঙতক্লহল্লি এগী পুক্নিং
মিকুপ অমগী ওইরম্লবা .. ঐস্থ কবিনি মিকুপ্তুগী
কায়রবা থম্মোয়না নীংঙমহৌরোয়
নংনা নোক্লা চৎখিবা....।। নংগী....

থ্বিরি ঐনা লোৎলি নংনা, মোমোন নোক্লি তুমিন
ঐনা মুনা য়েংলি নংবু
মিকুপ খুদিং য়েক্লি নংগী শক্তম ॥
নংগী ৱারিনা ঐগী পুন্সিনি
ঐগী শৈরেংনা নংগী....লোম্বিবা চোয়রোলনি ॥ নংগী....

ইশৈ শকপা লোয়রকপদা ময়াম্না য়াম্না থাগৎনা খুবাক খুনরক্লি! ইশৈ তাজবিবী শ্রর্মিলানা মরক-মরক্তা শ্যাম্মোদা পামজনা য়েংলুই। শ্যাম্মোগী মিৎয়েংদি থোইনা মথি ফোংদে। শ্যামনা থাগৎপগা লোয়ননা হৌগৎতু হেন্দ-সেক তৌরকই। ময়াম্নস্তু হেন্দ-সেক তৌনৈ। পত্মা শ্রর্মিলা অনিস্তু হৌ-গৎলগা য়েংজরি। শ্যাম্মোগা পত্মাগস্তু হেন্দ-সেক তৌনৈ। পত্মাগী মিৎতুদি শ্যামদনি। শ্রর্মিলাদি য়াম্না ইকায়-নুংশি য়ান্ননা পামজনা য়েংলি।

পত্মানা—অস! য়াম্না ফজৈএ! পুক্লিংশি লাওতরকহল্লি! অদুগুম্বা ইশৈ ময়েক্তু অমুক্ত তাখিদ্রি!

হায়রিবশি ৱাহায়দি শ্যাম্মোদনি, মিৎনা শ্যামদা থম্লকই। শ্যাম্মোগীদি তুমিন্না মোমোন তৌভবতনি। মিৎতি শ্রর্মিলাগী থবাক তমখিদে হায়রোয়। খুৎ তিংথোকচবা কাওবা ঙমজদ্রবী শ্রর্মিলাগী ফিভম্নি। পামদবগী ৱাফম নত্তে, নুংশিবা হেক্সিল্লকুনা ইকায়বনা নমহৎলবপনি। মওংতু খঙলদুনা শ্যাম্মোনা ইচম-চম্না মখুৎ তিংথোকুনা হেন্দ-সেক তৌজখি। অদুগা শ্যাম, শ্যাম্মো অনিমক তুমিন অদুম থোকখ্রে। ৱাহৈ অমত্তা ওইরবস্তু হায়জনিংলম্বী শ্রর্মিলা, চিনবান কাওব-ফাও-ঙমদনা লেপ্পুনা লৈহৌই।

মঙা

শ্যাম্মোনা কলেজগী ফংসন্দা ইশৈ শকখিব'দুগী নুমিদাংৱাইরম্নি। পুং মঙা হায়রক্লে মতম্না। মধুমতিগী য়ুমদনি খঙ্নগদবা ৱাফম্না। য়ুমশিগী মাঙ্গোল-লোম থঙবা শুমাঙগা কোন্নবা মফমশিনি অহানবা য়েংলকপদা উরক্লিবশি।

শান্তিগী. লৈশিন্দবা অপোকপগী শিংথাংচনবা মোইরাংদুদা লৈ পাক্তরে ঃসু। য়াম্নদুনা ফজ্লাংদা অদুম থেৎলম্মি। মপুরোইবগী মফমদা পুজা কৎনবা ধূপ-থাওমৈ থাদুনা শেম-শাবক্লম্মি! শান্তিস্থু কলেজ চংলুবগী ফি হোৎলবা মতুংদা মপা থুকম্বা থোকলক্লে। মপুক্কিং নুংশিনা শোক্তরকই—

মধুমতিনা—হা ইবুংঙো, নংদি নচা অনিবু তোল্লবী, করিস্থু খঙজদ্রবী ননাইন্নুবীদা শিন্নম্লগা চংলবোয! ননাইন্নুবীদা তাইবঙগী অরা পোৎলুমশি শিন্নবিরম্লবা........!! হাঃ! মোক্লিদকো ঐগী মপোকশে! অমুক্কদি য়েংবিরকউ উবিদ্রববা অরাবশি! কবম খাওশিগে ঐবু ইবুংঙো, তাকপিয়ুগবা!

হায়রদুনা মাঙ্গোলগী পোং-চৈত্র লোযশিন-খোমজিল্লি। শান্তিনা মপাগী ফোটো মনাক্তা চাশিল্লক্লুনা থুকয়্লগা রাগল খঙ্গিক নুংঙায়ত-মায়থোঙগা লোয়ননা থোঙ্গাল-লোমদা য়েংদুনা লেপ্লি। শ্যাম্মোনা কলেজ চৎলুবগী ডাইরিদু পায়রদুনা য়ুমদা চংলক্লি। মবুঙনা হল্লকপশি উরক্লদুনা মমাদা হায়রকই—

শান্তিনা—ইমা, ঐমোচা কলেজ কুম্লক্লে!

শ্যাম্মো. তুমিন চংলক্লগা মপাগী ফোটোদা থুকয়্লগা মমাদা "ইমা!" হায়না অমুক থুকম্লকই। শান্তিনা লেপ্পুনা খেংলম্বদগী মবুঙগী ডাইরিদু লৌগা রিডিং রুমদা চৎখ্রে। মচান মঙ্গল পীদুনা হায়রকই—

মধুমতিনা—ইচাগী ভেক্তি বাসুদেব ভগবান্ত! ঈশ্বরনা অফবা মঙ্গল পীন-বিশন্থু! নত্তে ইবুংঙো, নংবু লৈবাদা মচননা করি করিনো হৌই হায়বরু করি থোকথ্রবগে? খঙলকপা, করি হায়রকই? ইমাদি নুংশা থিরেদা ইবুংঙো!

শ্যাম্মো—হোয় ইমা! ঐ লোমনা ঃডলে, করিস্থু থোইদোকপদি তৌবা নত্তে!

মধুমতি—নত্তে ইবুংঙো. করি করম তৌরিবনো? ইমাগি নুংশা থিরেদা!

শ্যাম্মো—ইমা করিস্থু থোইদোকপা তৌদেদা....! মেম্মনা কলেজ অস্তুম লাকপদা লম্বীদা, ডাঙশন্নবা পাখঙ মচা খরনা ইচলবু কল্লক্লুনা, পাম্বগী মওং খরা উৎলকপ-জাৎনি!

মধুমতি—ইস ! ইবুংঙো অতুম তৌত্রনা খৎন-চৈনবা থোক্লবদি ইমাদি মাঙজ-
রেদকো ! নত্তে ইবুংঙো, অত্থুম্না তৌগদবা লৈরবদি নচলশি লাইরিক
তম্বা, কোলেজ-কাক কাবা তোকহল্লশি। ইমা নুংশা য়াম্না থিজিল্লক্লে !

শ্যাম্মো—ইমা !! লাইরিক তম্বা তোকহনবা হায়বত্থু মতুংদা অমুক হন্না পনবি-
গন্নু ! করিগী ইচলগী লাইরিক তম্বা তোকহনগদগে.... ? ঐগা
লোয়ননা চৎলগা লোয়রে ; করি তৌনি হায়গে ইমা........ !!

মধুমতি—অত্তুদনে ইমানদি হেক নুংশা খিরিবা ইবুংঙো.... ... !!

শ্যাম্মো—করিস্থু নুংশা থিবিরুন্নু ইমা, মবুঙ ঐ লৈরিঙৈদা ইচলবু কনানা
করি তৌবা ঙম্নি হায়গে !

হায়রম্লগা রিডিং রুমদা চৎখ্রে। হায়ফেৎ নুংঙায়ত শক্লোন পুরক্থুনা—

মধুমতিনা—হা ঈশ্বর ! পুম্নমক নংগী লিলানি ! নংগী থৌজালনা হিংজবনি
লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক.... ! উৎপিয়ু নংগী থৌজাল ! খিকপিয়ু
লাইজগুম ইথক্তা ! থৌজালবিয়ু হে দয়ামো-দয়ানিধী।

অসি হায়না ভাবনা ঈশ্বর খুরুমজরম্লগা ইমুংদা চংখ্রে। থোঙজাওত্তু
ঙম্পা-লোনশিনখি। মচাগী রাখল অমদি অতুম থাদিদে।

রিডিং রুমদনা শান্তিনা টেবল, চৌকিত্থু তকথোক-নাম্থোক্লুনা লৈরম্লি।
লোয়রগা লাইরিক খনগদবগী আলমিরাহদা চংশিন্দুনা থিরি। শ্যাম্মোনা
রাখল খনতক তৌনা চংলকই। অতৈগী রাখল নত্তে মচলগী থৌদোক্কী
মরমদনি। মবুঙ চংলকপা উত্থুনা মপুক্লি নুংশিরপ তৌবা মায়থোঙগা
লোয়ননা হায়রকই—

শান্তিনা—তামোচা ! ঐনা হয়েং-মখৈ কলেজ চৎপদা কলেজ য়ৌব ফাওবা
থিনবিয়ু ! হল্লকপদস্থু তামোচা....... !!

শ্যাম্মো—উম থিনবিগনি ! ইচলগীদমক ইবুঙ লৈরি কনানা করি তৌবা
ঙমগনি হায়গে ? কার পুরগা চৎলবদি করিস্থু তৌবা ঙম্লোয়দবনি মেম্মা !

শান্তি—তল্লি-কৈস্থু তামোচা, মীনা "কলেজ কাংবীনি হায়দনা কারকাক
তোঙইশে য়েংউ" হায়দনা নোক্লবিনি।

শ্যাম্মো—মখোয়গী মরলনা তোঙবরা ? ইপানা ঐখোয়গীদমক থম্বীরম্বগী তোঙজবনি করি তৌনি হায়গে !

শান্তি—অদু ওইরবসু তল্লি তামোচা ! সাইকলদা অসুম চৎকনি। তামোচানা থিনবিয়ু ! ঐ ইতোমতা চৎপদি মথৌ-লৈতবা পাখঙ মচাশিংনা অপনবা য়াম্না পীগদৌরি ! তানিংদে মখোয়গী রাহু ... !!

শ্যাম্মো—উম, ফরে-ফরে, হয়েংমখৈদি ইবুঙগা লোয়ননা হেক-হেক চৎলশি ! তৌরো-তৌরো নংগী তৌগদবা নথৌদু ! নং তামো শ্যামনা ঐঙোন্দা লোয়না তম্লক্লে ! অদুনি নুপী ওইনা পোক্লবী হায়বদুদি, অকনবা রাহৈ খক শিজিন্নরোয়দবনি। অথিবা রাহৈ...., থিনা খক হায়রোয়দবনি। লম্বী চৎপদা নোক্লনা, খিগৎতুনা চৎপা নুপী ওইবগী ফজবা লমচৎ নত্তে। ইংনা তপ্পা, লু-লুক্লা চৎলগতদা হায়নিংবা, লক্লনিংবা কয়া লৈরবসু ইকায়হুনা অদুম তোকচখিনি। থেঙনবা পুন্নমক, ইপা-ইমা; ইবুঙ-ইপ্রাগুম কিনা, ইকায়-হঙ্গোয়না চৎকদবনি। অদুগতদা নংগী অফবা, নুপী ওইবীগী লেমজফম্নি মেম্মা !

শান্তি—তামোচা মদুমক ঐসু চৎপা ঙম্বা ওইজগে !

শ্যাম্মো—ওইনবা হোৎনগদবনি... ! তৌরো-তৌরো নংগী তৌগদবা নথৌদু, ইবুঙ ফি-হোঙলুখিগে !

'শিনা রারোয়রম্লগা রিডিং-রুমদগী মপাল থোকখ্রে। শান্তিনা সুইচ ননদুনা মৈ ঙালহনহৌরি।

### তরুক

সুমিৎ মঙানিগী মতুংদনি। সুমিৎতুগী সুংশাদু মযেক-শেঙনা শাই। মতমদু সুংথিলগী পুং ৩ তারকপা অদুরাইদনি। মাঙ্গোলগা থংননা লৈবা শ্যামগী ষ্টুডিওগী কাহুনি, মফমহুনা। লৈমায়দু গলিচা ফিদা থাই। রাউন্দ টেবল অমা, সিট পরেং অমা লৈ। ফক্লাং ময়া-ময়াদনা লৈতেংগী পোৎচৈ, অশাবা

মুত্তিনা লৈতেংই। ননাও থংবা ফক্লাং ময়াদনা টেবল (উপ চনবা) অশাংবা অমগী মথক্তা রিকোর্ড প্লেয়ার, রেডিও, টেপ রিকোর্ডর লৈরি। মায়োক্নবা ফক্লাং ময়াদনা উপু মচা অমগী মথক্তা টেলিফোন অমা লৈ। মসিগী মনাক্তা থারিবা সিট অসিগী মনাক মক্তদা গুইটর অমসু ভাক্তুনা লৈরমই। টেবল ফেনসু লৈ।

শ্যাম নানতক তৌবা ফিজোল শেৎলক্তুনা চংলক্লগা সুইচ নমক্তুনা ফেনত্ থারে। অদুগা গুইটর খোঙগদবগী ফমদুনা ট্রাই তৌরি। রামশিংনা ট্রে অমদা ওমলেট, কোকা-কোলানচিংবা হাপ্লগা পুরক্লুনা টেবলদা থম্লগা চংক্লক ৱাঙাংনা হায়রকই—

রামশিংনা—ইবুংঙোমচা, আ-শোমদা.... — .... !!

শ্যাম—অনকল .... .... .... .... .... .... .... !!

রামশিং—ইবুংঙোমচা করি তাকপিগদবা..........?

শ্যাম—অনকলনা ঐগী রিফ্রেসমেণ্টশি মহাও য়েংথিবা ঐ অমুক ফাংবা থেঙনদ্রি !

রামশিং—ইবুংঙো-মচা, ইবুংঙোগীদমক শেমজবনি; মনা কয়ম্না মহাও য়েংগনি ?

শ্যাম—হঃ....হঃ....হঃ.... ; ঐখোয় অনকলশি ৱারি শাব কাক্তি য়াম্না নুংঙাই-গদৌরিপোৎনি হায়বা ! অনকল, মসিদি শারবা মতমশিদা থকপদা য়াম্না ইংহনবা মহীনি ! চাবা তুমহনবদসু মতেং য়াম্না পাঙই ! হকচাংসু য়াম্না নুংঙায়হল্লি! য়েংউ, য়েংউ মসিগী মহাওদু কয়দৌবগে হায়বদু অনকল !

রামশিং—অ-অঃ, ইবুংঙো মচা অনকলদি পোকপদগী ঙসি ফাওবদা মনম নমজদ্রি ! ইবুংঙো মচা অদুম হাবিরো; ননাই থংবা গুইজরগা কৃপা তৌবিয়ু ইবুংঙো .... !

শ্যাম—অনকল নংশে নুপা মান্দে। অদুগা অনকল, মতম মতমগী তোঙ-লক্লিবা ইচেল অসি থরসু য়াওহনদবনি। মসিনা অনকলদা কনিংসু অমাঙবা পীরোয়, শে অনকল !

অসি হায়দুনা কোকা কোলাশি পীরি। রামশিংদি পায়ব-ফাওবা হেক কিজরি। লৌ হায়বা য়াদনা লৈরি। শ্যামনা হায়মল্লবদা লৌরগা কিনা-কিনা থকখ্রে।

অমুত্তা শিজিন্নদবগী হৌনবা মওং অমা ইতৌ তৌই হায়বদু শকফম্না উৎলি। হকচাংদু পাইনিংগুম, নুংঙায়গুম, রাখল-কাক্কু ইহোঙ-হোঙলক্নুনা হৈনদবোয়, নিশা চুবোয় তৌরদুনা, হরাও মথোয় কাপ্পদুনা হায়রকই—

রামশিংনা—পা! পাপা.......

শ্যাম— হঃহঃ হঃ....! অনকল কমদৌই? হাওত্রনে?

রামশিং— পা! পাপা....... !

শ্যামদি য়াম্না পামজনা হাওনা চাখি। রামশিংনা, শ্যামনা হায়ব-কাক্কু তাদনা ট্রেদু লৌরগা মওং অমা তৌনা থোঙ তম্না থোক্লক্লি। মশাদু ইহৈ-হৈনদনা লাকপদগী থোঙদা থেঙজিন্দুনা ট্রেদু থাদরকই। মতৌদু উবদা থরায় তানা নোকখৎলকই—

শ্যামনা— হা! হা হা অনকল!

খুনোক্কুদা রামশিং খঙবোয় তৌদুনা ফিঙনা ট্রেদু পায়খৎলগা মপাল-লোমদা তুমিন থোকখি। শ্যামনা গুইটর থোঙবা হৌরকই। ঙাইহাক থোঙলক্ল-ফাওবা রামশিং মাঙ্গোলদা লেপ্তুনা রাখল চোয়বা মীগুম তারি। গডুম তারম্বদগী—

রামশিংনা—পা!!......—........

হায়দুনা ট্রেদু থাদখিবা তারকই। মথোলদু তারদুনা শ্যাম ইঙক-ঙক্না, ফিঙলপ তৌনা মাঙ্গোল তম্না থোক্লকই। রামশিংনা লেপ্লম্বদগী মাথা ফাবা ঙম্লক্দুনা মওং অমা তৌরি। ইবেমহলসু মথোলদু তারদুনা ইমুংদগী থোক্লকই। শ্যামদি, রামশিংগী মতৌদুদা নোক্লিংলি।

রামশিংনা—পং-পপা প.......

ইবেমহল—রামশিং! হায় রামশিং! করিনো ইবুংঙো নং অনকলনা তৌরিবা মতৌশিবু? নত্তে, করি তৌরুরগে হায়বা?

শ্যাম—অনকল!! হায়! অনকল, হাহাহা....

কৌব-কাকশি অমতা তাবিদনা মশা ক্রি ওইনা অদুম লৈরি। জ্ঞান ইতা তাদনা ইশৈদুম শক্লকই—

রামশিংনা—আদা শারে নুংঙায়বগী জগোয়
উরে ঐস্নু, পর....পা পপ....হুম
নিশাগী তাইবঙ লিক্লিগী সংসার
শুমহৎ-যাই পুবী লুপাগী জগোয়
আদা শারে-উরে ঐস্নু যাওরে ॥
ও মায় লভ মায় ডারলিং
ও ডারলিং ডারলিং ডারলিং হ.... হ.... হ.... (রেস্টন থেসন)
কায়রে লিক্লি কায়রে থম্মোয়
কায়রবা লিক্লি শেমজিনবা যাদে
শিরা পুন্সি-পুন্সি করিনো
লিক্লিরা লিক্লি হো লিক্লিরা ॥ আদা........
কাওগে ঙমদে নীংশিংহল্লি
নুংঙায়গেস্নু ঙমদে ৱাহল্লি
অনিগী মরক্তা পুন্সিনা
ওল্লা থোইনা খাঙজরে
কাঙক্রুম ওইরে হকচাংশে
হা ইবুংঙো মচা ॥ আদা........

শ্যামনা, গুইটরনা সিটীং হাপ্লকই। ইবেমহলনা নোকান-নোকমি য়েংলি। তাল্লকশিদা মধুস্নুদোনস্নু ওফিসতগী হল্লক্লে। রামশিংনা ইশৈ শক্লস্বদুদদি, মতৌদুদা, চংলক্কুনা য়েংদুনা লেপ্লরে। ইশৈ লোয়শিনখ্রবদা ইতপ তপ্পা, নোকমি-নোকমি তৌদুনা কৌরকই—

মধুস্নুদোননা—রামশিং! য়েংবব্ৰু হৈরবদি কুম্মৈগী-কুম্মৈ ঙাক্কা; লিলাগী লিলামক্তা হা! য়াম্নবু হৈরি অদুনিদনা.......... !!

রামশিংবু কৌরকপদুমক্তদা শ্যামদি ঙকতক তৌন, য়েংলমলগা, ইকায়দুনা কা মন্নুংদা পরপ-পরপ অত্থুম হোচিনখ্রে। ইবেমহলনা মোমোন্নহৌরি

রামশিংনা—বা ! বা-বু........!!

ইকায়-ইকায় ট্রেদু খুনগৎলগা ইমুংলোমদা অন্থম চেনশিনখ্রে। হংহৌই

মধুসুদোননা—নত্তে, রামশিং নংবু করি-করি চারু-থক্লুরগে ?

ইবেমহল—রামশিং, নংবু য়ুমদগী করিসু চৎথোকলুদে ; নংনা ঙসি তৌরি-

বশিবু........; নত্তে, নংবু অহৌবা নাইবকাক লৈবরা হায়রানি ?

মধুসুদোন—উম হুম....হুঃহুঃ....! কয়া মথোঙ চাদ্রিগেশে....!!

ইবেমহল—ঐদি ইঙকপ্ ঙকলুরে মাই পাবুঙ ! অসুক মতম কুইনা

লৈমিন্নরকপশি অসুম্না অমুক্তা তৌদবনি; ঙসিশি করি নীংশিংলকপনো....!

মধুসুদোন—আ, মাগীসু অমা লৈদুনা তৌজরিবনি ! য়ান্নবু হৈরিনে........!!

ইহে ! ঐদি রামশিংগী মতৌ য়েংলিঙৈদা ইকাণ্ডবু কাণ্ডরুরে ! নিল-

বাবুদ্ প্রমোসন কাবে ! 'ঐ নিলবাবু-খোয়দা চৎকে' খল্লকপনি;

ইকাণ্ডবু কাণ্ডরুরে ! চৎপা তারি !

ইবেমহল—ডিঃ আঃ জিঃ ওয়রম্বদু আইঃ জিঃ পিঃ কারবা ! ঘরেদা মাই

পাবুঙ ভুংডায়জরেদা শৈত্য........ !!

মধুসুদোন—লাইবক ফৈ ! লাইবক য়াম্না ফবনি মমা ! অদুনা, ঐ নিলবাবু-

খোয়দা চৎতবা য়াদে ! য়াম্না উননিংলমগনি!

ইবেমহল—লেঙবিরু মায় পাবুঙ ! তাদনসু ওন্থোক্লা হরাওজগদ-পোৎনি !

অসি হায়নরদুনা মধুসুদোন, নিলবাবুখোয়দা চৎকদবগী থৌরাং তৌথি।

তারেৎ

মধুসুদোননা, নিলবাবুখোয়দা চৎনবা থৌরাং তৌখিবা, নুমিদাং ওই-শিল্লক্লিবা মতমদুনি। পুংনা তরুক খরা হেল্লক্লে। মফমদু মক্লা নিলবাবুগী য়ুমগী লাইরিক য়েংফম কাদুনি। য়ুমসু পকা বিলডীংনি। উপু চনবা ফক্লাংদুদা লাইরিক কয়া অমা, ফাইল কোভর খর লৈ। সিমিকাগী টেবল অমা, চৌক্ খর, অশাঙবা সোফা সিট অমনা ফক্লাং ময়াদা লৈ। মৈসু ঙালনা থাল্লি। টেবল মথক্তুদা ওফিসকী চে-চাং য়াম্না লৈ।

নিলবাবু কাশিদা চংলকই। চুরুট অমা চম্লগা রাখল মুংঙায়না চংলকই। ফিজোলনা ওফিস রালাগীনি। চুরুটতু থক্ল-থক্লা রাখল হায়ফেৎ মুংঙায়না চংলক্লনা, টেবল মনাঙা লেপ্লগা, লৈনা-লৈনা ফক্লাং তাকোয়বত্তুদা লৈ-লৈহনা য়েংদুনা লৈরি। ঙাইহাক্কী মতুংদা পত্মানা বেল-বেটল-কাক শেৎলগা কোচি পায়দুনা মোজা লোন্ন-লোন্না হরাওনা চংলকই। হায়ফেৎ খেঙবী মুপীমচানি। য়াম্না মোন্দা মুংঙায়না হরাওনা কৌজরকই—

পত্মানা—গুড-নাইট ডেডি !!

নিলবাবু—গুড-নাইট, গুড-নাইট বেটি !!

পত্মা—ডেডি, প্রমোসন কারবনিনা ঐগী ফিজোল অনৌবা অমা হোঙ-বিরোকো ! হয়েং লৈরুনবা টু-হনড্রেড ডেডি ! হৌজিকনক পীগদবা....!

নিলবাবু—হুঃহুঃহুঃ ! ডেডিনা "প্রমোসন কারবনিনা লুপা চনি পীয়" অনৌবা ফিজোল লৈরুগে শিনিনে ?

পত্মা—উম ডেডি! অদুগা ডেডিগী প্রমোসন কাবগী মুংঙায়বা ফোংদোক-কদৌরিবা !!

নিলবাবু—উম, নং ডেডিনা শোয়দনা পীগনি। নংনা হায়রিবা লুপা চনি অদুগী মথক্তা য়াঙ্খে অমগস্থু ডেডিনা হাপ্লিদুনা লুপা চনি য়াঙ্খে পী-গনি বেটি........!

পত্মা—থেঙ্ক ইয়ু ! থেঙ্ক ইয়ু ডেডি ! ইয়ু আর মায় গোড !!

নিলবাবু—বেটি........!!

পত্মা—উম—হুম....!!

নিলবাবু—অদু লাক্লিবা পোইলা তারিক অসিগী পে-প্রোগ্রামদা তৌরশি ! অদু ফাওবদি হান্নগীদু অত্তুম শিজিন্নরো...... !

পত্মা—ও-গোড ! নো, নো ডেডি-নো ! মায় বেড লক ! ডেডি নং অটিটিউড্ করিমতা খঙদবা মীনি ! নংনা প্রমোসন কাবগী মুংঙায়বত্তু ঐঙোন্দা করি হাপ্লি ? নংদি ঐবু মুংশিবিদে। হয়েং কলেজদা ইমান্নবীশিংনা ঐঙোন্দা লকনবীগনি "নংদি, নং ডেডিনা প্রমোসন কারফাও অনৌবা ফিজোল অমা-ফাও হোঙদে; ইকোনোমিস ওইমল্লি মুপা অম ফাও

ফংলোয়" হায়না ! ঐগী মায় থমথম করি লৈ? করি হায়না খুমগনি ? ফৈ, ঐ ডেডিদা পৈশা অঙাংবী অম-ফাও পীয়ু হায়রোই উ—উ হুম....!

কপ্পুনা কোচি-কাক্ত লংথোক্লম্লগা শাওনা শাওনা মাগী স্লিপিং রুমশিদা চংলক্লগা ফমুংদা হিপ্লগা কপ্পুনা লৈরবি। কুইনা কান্নদে, নিলবাবু চং-লকতুনা য়েংলরি। পত্মাদি মপুক্লিং মুংশিনা অহুম কপ্লি। পত্মাগী মতৌ-হুদা মুংঙায়রক্রুদুনা হায়রকই—

নিলবাবুনা—বেটি, তারিবরা বেটি ! ঐ রা হায়গে তাও....!!

পত্মা—হায়বিরক্কনু, ঐবু মুংশিবিদবা নংনা হায়বা রা তানবা, ঐগী না-কোঙ পান্দে! চংবিরক্কনু ঐগী কাদ-কাক। ই-ই-ই, মমি নং লৈ-রম্লবদি ঐনা হাযবগা য়াবিগদবনিকো ! হঃ/হঃ/হঃ মমি ; কদায়দা চংলগে ? মমি....!

নিলবাবু—ও সোরি ! বেটি, ঐ নঙোন্দা লানথ্রে ; তোক্লো, তোক্লো কপ্ল-গনু ! পীবগে তোক্লো।

পত্মা—হায়বিরক্কনু, করিমত্তা ঙাংবিাক্কনু ই-ই-ই মমি ...

নিলবাবু—তোক্লো কপ্লগনু বেটি, কপ্লগনু পীরগে ; হৌজিকমক পীরগে....! নংনা অহুম্না কপ্লগা নংগী ডেডিগী থম্মোয় পুবা ঙম্লক্রে ! কায়থবা থম্মোযগী মরা-মৈচাকশি মুংথ্রে শম্লুবনি ; অহুবু নংগী নতৌ য়েংলগা মৈচাক হাপ্লক্লে ; তোক্লো পীরগে বেটি।

পত্মা, হায়রিবহু করিমত্তা তাবিবা তৌদনা কপা-কপা মপাললোনদা অমুক লাক্লি। মতুং ইন্ন ইন্ননা শাওরপ্লা হায়রকই—

নিলবাবুনা—বেটি, ঐবুস্ত নংনা মুংশিদ্রে ! পীরগে তোক্লো হায়বশি য়াদ্রে হায়বা....!

পত্মা— অদু ঙসায়না হরাও-হরাও কোক যাবা য়াদ্রনে ! করিগী ঐবু অমুক কপফল্লি ? অদুগা হৌজিক্লা করিগী পীরগে হায়বিরি ?

নিলবাবু—অদু ডেডিনা লানথ্রে হায়রিদনা।

পত্মা—অদু হৌজিকমক পীয়ু হায়রিশিনি !

নিলবাবু—অদু পীরগে তোক্লো হায়রিদনা....

পম্মা—অদু হান্না পীয়ু, পীদ্রি মখৈ তোক্লোয় হায়রিশিনি!

নিলবাবু—অদু পীরগে তোক্লো হায়রেদনা....।

পম্মা—অদু পীদ্রিখৈ তোক্লোয় হায়রিশিনি!

হায়না হায়না হাংগী কাণি তম্লক্লি। মধুসুদোন্না মাঙ্গোলদা লেপ্তুনা; নিলবাবু, পম্মা অনিগী মওংতু য়েংলম্লি। ওনতক তৌবা, নোকফেং মায়থোঙগা লোয়নরক্লি। ওঃহাক লেপ্লম্লগা মৌরকপদা ওাইনবগী মওং উৎলদনা খোদেম্লকই, অদুগা হায়রকই—

মধুসুদোননা—অহম....! আইং ডিং পিং বাবু গুড-নাইট....!

নিলবাবু—এ! জর্জ্জ বাবু! গুড-নাইট, গুড-নাইট! লেংদোননবিরকনি! লেঙশিনবিরকনি খুদা শোনদা....!

মধুসুদোননা খোদেম্লকপা নিংথু পুক্তদা পম্মানা চেক-চেক্রা তুমিন য়েংলম্লগা, ইকায়রক্লদনা মন্নুংদা ছুং লৈশিনখ্রে। নিলবাবু, মধুসুদোন অনিস্থু পা মনুংশিদা চংলক্লি। পম্মানা ফক্লাংলোমদা ওনশিন্দুনা লেপ্লি।

মধুসুদোননা—করিগীনো ন্নপীমচাগা ওরায় অথুম তৌরিবিরিদুবু? তাববু য়াম্না নুংঙায়রিনে! এ! শিনা কনি? অরোংবা মোড়া, ইহে কোচিস্থু য়াওরিনহে। ইয়া করিগীনো, অঙাওবী নথুংনা পায়বা পোংপু লৈপাক্তা থাদরিবদি? অপাওবী অসিদি, শে লৌশিল্লুনে, শেনে...! আইং জিং পিং বাবু করিগীনো ন্নপীমচানা মপুক্লিং অস্থুক য়ারোরিবশিবু?

নিলবাবু—জর্জ্জ বাবু কবিগী ওহনি এ প্রোগ্রাম কারবনিনা, এগী বেটিস্থু "ফিজোল হোংলগে শেল পীয়ু" অসিনিদনা! অদুদা এনা লাক্লিবা পোইলা অরিক্কী প্রোগ্রাম অসিদা পীরগে হায়কবনী তৌরিবা কুমৈনি জর্জ্জ বাবু!

মধুসুদোন—ইয়া! অপাওবী অসিদি অদুগীস্থু নং হেংড়িগা হওন্না ওাংনবা, কপ্পা হৌনবরা? করি, নংনা খৌজিক হায়রবু, "অদু পীদ্রিনখৈ তোক্লোয হায়রিশিনি" শিনিনে হা? য়াম্নবু পকচরিনে; অংবো অসিদি কয়ানোনে নংগী চংগদৌরিবা শেলফমবু?

নিলবাবু— জর্জ বাবু লুপা চনি পীয়ু হায়রিবনিনে ! আ শে-শে চনি য়াঙ্খো,
শুরবরা য়েংউ ; শি-পুরগা নংনা পামজবত্থু লৈজররো !!

হায়রত্তুনা দ্রোরার চিংথোরুগা শেলত্থু লৌগোত্তুনা পীরি। পত্মানা লৌদি লৌনিং পাক লৌবদি হেক ডনদা তৌত্তুনা তুমিন, হান্নগুম অত্তুম লেপ্লি। মতৌত্থু য়েংলগা—

মধুসুদোননা—উৎকন্নুনে নীংবা কায়বা মায়থোডত্তু, 'পাবুড পেন্দে পকচদেনে !
মোনোন তৌ ফংবী শক্তু মাঙহনগদ। উম, তো অত্তুনিদনা ! হঃ....হঃ
....হঃ ! করিগী কপ্পুরি, পি পামুদ্রও ; লৌশিল্লো, ডাইহাক শাঙরুবগী
পাবুডনা লুপা ১০ অনগা হাপ্পিরগে, শে-শে লৌশিল্লো ! পঙগন্থ,
নত্তুংদা অমুক কপ্পন্নুকো।

হায়বত্তুনা, মধুসুদোননা কোটকী ফুরিৎখাওদগী মোনি বেগ লৌথোকলগা তরা চৎপী নোট অমা শংলগা পীরে। পত্মাগী হরাওরকপা মায়থোঙত্থু মোমোন তৌরকখি। অত্তুগা শেলত্থু লৌবগা চৎখিগদবগী তৌরকই। নিলবাবুদি তুমিন অত্তুম য়েংলি।

মধুসুদোননা—অত্তুগনে ! চা, চা অহাওবা; যাম্না হাওবা অমা, হাওনা শেয়্নগা
পুংকউ ! খঙলেদনা ? আ চৎলো-চৎলো।

পাত্মা, নোকনি-নোকনি তইরদুনা কোচিংকাক্তু লৌরগা থোকখি। মধুসুদোননা থোকখিবী পত্মাবু তুংশিনা য়েংজতৌরি। মথম্মোয়না খঙ্গরি, "হগৌ ওইবদা কপ্পরুগনি !"

নিলবাবুনা—ওস্তোকো মঙাও থিগ্রবজাৎনি জর্জ বাবু ! মানা হায়বত্থু হেক
য়াহৌদ্রবা, কনাগী করিমন্ত্রা হায়বা য়াখিদ্রবনি....!

মধুসুদোন— মতোনতা লৈবগী তৌনবিনি ! ঐগীস্থ অসি মঙায় আইং জিং পিং
বাবু ! হযেং চাওবা মপুঙ ফারব্রগা, জ্ঞান তারক্রগা অদুম ফজখিনি।
অদুগা, বাবুনা, ফম কাবা নুমিৎশিদি মী অযাম্বা লোয়না মথুম-মরাও
তৌনবজাৎনি ! ঐগী য়ুমদস্থ অসি মঙায়, রামশিংনা কনাগী ঈশেবু
শকপও করিও লিলানি ! য়ুমগী লিলা য়েংলুবগা লাকপদা শোমদা অমুক
নুপী মচাগা বাবুগা কুশ্ম অমুক তৌরম্নি ! নুংঙায়বে ওসিদ, পেলে
নুংঙায়রে........!

নিলবাবু—জর্জ্জ বাবু মসিমক্তনি ! হন্দক্তি ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিরে হায়দনা রাখলশি খজিক্তং মুংঙায়জরকপদা শোমদা 'শেল পীয়ু' হায়দনা হৌজিক্তা ঙাংনরম্লিবশিনি !

মধুমুদোন—এ ! হৌনবিনি আইঃ জিঃ পিঃ বাবু হৌনবি ! মীওইবা হায়বশি ইংব পোত্থাবা হায়বশি শুংতম-তম্লক্তবগুম, অমা লোয়রে অমা হেক্তা লাকপশি তোকপা নত্তে, চৎনবি ওইরবনি।

মতমশিমক্তদা পত্মানা, ফজনা শেম্লবা চাহু ট্রে অমদা হাপ্লগা পুশিল্লক্লি। টেবল থমক্তা থমলরি। করি'মত্তা হায়রমদনা তুমিন থোক্কদবগী তৌই। মতোদ্ৰ য়েংলগা—

মধুস্থদোননা—ইয়া, অঙাওবী অসিদি : পুরল্লগা থম্লে ;থম্লগা করিমত্তা হায়বমদনা চৎপা হৌনবরা ?

নিলবাবু—অপঙবী অসিদি চা পুরক্লবাদি থম্লগা, "ডেডি চা শোনদা লৈবে" হায়রম্বা হৌনবনিনে। শিনি জর্জ্জ বাবু মীওইবগী চৎন-লোন হায়বশি করিমতা য়াওদ্রিবজাংনি ! করম খোল্লগদৌরিবনো খঙদে :

মধুস্থদোন—অ, চাওর-চাওবগা হৈজরকপা হায়বহুনি আইঃ জিঃ পিঃ বাবু ! পিক্তনতা অস্থুম লৈয়ু ; পঙহুনতা লেল্লু হায়বা খক য়াবা নত্তে! মতমগী মতুং ইন্না জ্ঞান অহুম লাক্কনি! পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোয় অহুম শাজরক্কনি ! ঐখোয়বু ঙসিগী ফিভম অসি ওহরক্কনি হায়বা থাজরম্বরা ? নহাদা ওইয়ু হায়বা খক য়ারক্রে ; মায় খুইজিল্লকই ; কোক্তা অঙৌবা শম হৌগৎলকই ;অসি মঙাইনে আইঃ জিঃ পিঃ বাবু ?

নিলবাবু—হোয় হোয়! মহু খন্দুনা লৈগদবা মঙাইরে জর্জ্জ বাবু....!

হায়নবিঙেশিদা পত্মানা হান্নগুম মোজা লোল্লহুনা চংলক্লগা ফম্লহুনা মোজা লোম্লরি। পত্মাগী মওং য়েংলগা হরাওনা হায়রকই—

মধুস্থদোননা—নংগী ডেডিগী হায়ববু নংতনা লোয়রে ; নং নত্তনা কনা লৈরি বেটি ? অহুগা নংনা করিস্থ লৈতবা শেল খরা'দু গীদমক কপ্পিবহুবু পি পাম্মুদ্রা ? অপঙবী, নংনা অহুম্না তৌরগা নং ডেডি কারি তুংঙায়ধম থোকই ?

পত্মা—ডেডি, অদুদি ঐগীস্থ ডেডি মতোমতা....! ডেডি নত্তনা ঐগীনি হায়বা কনা লৈরি ? ডেডি মতোমতা ; অহুগা ডেডিনা ঐনা হায়বা

য়াম্বিদ্রবদি ঐ করি ওইফম থোকই ডেডি ?

মধুসুদোন—উম ! আইঃ জিঃ পিঃ বাবু……………!!

পম্মা—অদুগা ডেডিনা করিস্থ লৈতবা শেনফম অদুগীদমক ঐগী তাঙনা ৎমজবা পিবু করিগী তাহল্লি ? করিস্থ লৈতবা শেলদ্র, হায়বগা পীবিরবদি ঐগী পি অমুক তাথিগদ্র ডেডি ?

মধুসুদোন—অপঙবী, শেল হায়বশি করিস্থ লৈতে, য়ামদে হায়দুনা হায়বগা হেক পীথোকপা য়াবা নত্তেনে…………!!

পম্মা—অদুদি শেলগী ভেলু করিস্থ লৈতনা করিগী খনবিরুার ডেডিনা ?

মধুসুদোন—বা ! বা ! ভেরিগুড ! ভেরি ইমপ্রোটেন্ট ব্রান ! আইঃ জিঃ পিঃ বাবু খন্ননিংঙাই ওইবা ব্রাফম্নি ! বেটি, হু টেল ইয়ু দা কোইশন ?

পম্মা—কনানস্থ হায়ংদে ডেডি ! মসিদি মতাংগী মতুং ইন্না থোকচরকপা ব্রাহংনি !

নিলবাবু—ভেবিগুড মায দোটব…………!

মধুসুদোন—নংগীদু খন্ননিংঙাই ওইবা অতোপ্পা আধ্যায় অমনি বেটি ! শেলগী ভেলু য়াম্না লৈ, অমুক হায়রুবগী কান্নদে !

পম্মা—অদু ওইরবদি ঐগী তাথিবা পিস্থ মমল মাংদে ডেডি !

মধুসুদোন—আ ! নংস্থ মত্তমদি খঙজরিদনা ! ফৈ ফৈ খঙজিনগদবনি ! হায়নবিৗেদা ব্রাল পিশছত্তা নুমিদাংগী পুং চপী বেল য়ৈবকখি !

মধুসুদোননা—এ ! মতমশি ফন-য়াম্না থেঙজিনগ্রেনা ! অদুদি আইঃ জিঃ পিঃ বাবু ! ঐ অমুক হন্নবা……!

নিলবাবু—ফানি, লেংবিরশি জর্জ বাবু….!!

মধুসুদোন—বেটি, ডেডি অমুক হল্লগে ; অনা-অয়েক যাওদনবা চেকশিল্লু কো ! অত্তুগা ঐনা হায়গদবা ব্রা অনগা লৈরি !

পম্মা—করি ব্রানো ডেডি ? ঐস্থ খঙনিংই !!

মধুসুদোন—অ-লৈ ! হৌজিক হায়দোকপা য়াদে, মতম ব্রাৎলি ! হয়েং মতম চারগা ডেডিনা নঙোন্দা হায়গদৌরিবনি ! আইঃ জিঃ পিঃ বাবু ঐ হক্সরে নমষ্টে !

নিলবাবু—মমষ্টে জজ্জ বাবু নম....!

পল্মা—উম ডেডি, ডেডি গুড নাইট !!

মধুসুদোন—গুড নাইট বেটি, গুড নাইট !

নুমিদাংশিনা থেঙজিল্লক্লবশিদা, ঙসাইনখৈ ফম্মিন্নত্তুনা অরা-নুংঙায় রারি তৌনরম্বা মধুসুদোন থোকখ্রে। কার থোখ্রে। নিলবাবু, পল্মা অনিস্তু থোকখিবত্থু য়েংলম্লগা ইমুংদা চংশিনখ্রে।

## নিপাল

নোংমগী মথং নোংমা হৌখিবনা বসন্তগী মতম ওইশিল্লক্লে। উপাল-রাপাল য়েনিং হুল্লক্লে। থা-শিগী পুনিমা নুমিৎকী নুমিদাং পুং ৯ তারক্লে। বটালেনদগী য়ৈরকপা মাপল শুবা পুংজাগী খোঞ্জেলনা মায়কৈ পুম্বা শল্লক্লি। থাজস্থ লুপা মচুগী পুক্লিং হুনিংঙাই ওইরবা মঙালগা লোয়ননা ময়ুম ম্যায়কৈ পাঙলক্লি। অতিয়া মকোয় পুম্বা তশেঙই।

সহরশিদা লৈরিবা পার্কশি-মক্তদনি মফমত্তমক। লৈপালনা চবুল-চবুল হৌরি। মরক-মরক্তা ফমফম কয়া অমস্থ লৈরি। পার্কশিগী নাকল অমা ওইনা শ্যাম হবা চাবা থোক্লকপগী ফিজোলগা লোয়ননা, থারিবা সিটশিদা ফম্লত্তুনা, য়াম্না নুংঙায়না পুক্লিং ইনৌ-নৌথোকপা রাখল অমগা লোয়ননা তুমিন ফমলম্লি।

অতোপ্পা নাকল অমদনা বিরকুমারগা কান্টিগা অনিনা লাক্ল-া মায়োক্লনা থমলিবা সিটত্তুদা মায়-মায় ওনশিন্নত্তুনা ফম্লরি। হবা চাব লাকপনি। ফিজোলদি জিন ঙাক্তা। বিরকুমারনা চুরুট লৌথোক্লগা অমমম পায়নত্তুনা চম্লগা থকই। রাখল তৌনরি। রাহৌরকই—

বিরকুমারনা—ডিয়ার কান্টি, ঐগী রাখলনি, শান্তিনা ফনা য়ানিংদবা লৈরবস্থ শ্যামনা তৌহনবনি! শ্যামনা ঐঙোন্দা ডিস্ত্রব য়াম্না তৌগদৌরি। অত্তুনা ডিয়ার কান্টি, শ্যামগী অশেঙবা অমা খঙদোকপা হায়বশি তঙায়ফদবনি

কান্টি—অওইবমক মিষ্টর কুমারগী রাফমতুদা কক্কদবা রাহৈ অমা-ফাও য়াওদ্রবনি। মিষ্টর কুমারগী অনিংবা অপাম্বদা শ্যামনা খুৎ-থিং-জিনবা, মিষ্টর কুমারনা শান্তিদা অহানবা খুৎমাব-মক্তদা হৌরবনি ! অদুগা শ্যামদি য়াম্না ইকায় খণ্ডদবা মীওইনি।

বিরকুমার—মরমদি ডিয়ার কান্টি ?

কান্টি—অতৈ করিস্নু নত্তে মিষ্টর কুমার ! শ্যাম, শান্তিগী মবুঙ শ্যাম্মোগী খায়দগী হেন্না লুনা তিন্নবা মরুপ্নি। মবুঙ তিন্নরগা মচন কোয়বা, নুংশিনবা ওম্বা শ্যামগী মায়দু ইকায়বা খঙবা মায় ওইরিবরা মিষ্টর কুমার ? ইকায়বা খঙদবা, অচোপ-অরেম য়েংদবা শ্যামগুম্বা, মকুপকী মচল কোযবা ওম্বা মী মনিপুরদা কয়া লৈবনগনি খনবিবগে মিষ্টর কুমার ?

বিরকুমার—রাইট ! ডিয়ার কান্টিনা ফজবা পোইন্ট অমা পুথোকপিরে ! হোয় মতমক হায়মনবা থোক্কবনি খনবা য়াই ! অদুবু ডিয়ার কন্টি, ডিযাবনা হেয়া খঙবিবম্বা য়াই ; ঐনা শান্তিবু পামজবনি. শান্তিনা ঐবুদি নুংশিবিদে হাযবশি ! মতগা নুংশিবগী মফমদদি মরুপ মপাঙ থোইনা খায়দবরা....!

কান্টি—নো নো মিষ্টর কুমার, রাখলদু ওন্নরে। হোয় হায়নৈ, "লব ইজ ব্লাইন্দ ; লব ইজ পোইজন' লব ইজ লাইফ" বটি, হাযনিংবদি নুপী-নুপাগী মরক্তা নুংশিনবা হাযবশি অবেপ্পা লৈতে। অদুগা নুপী হাযবীশিদি অনৌ-অনৌবগা পামজবীনি ! অমনা ঈশিংগী মচু ; অলুগী মথেল ; নুপীগী লাইবক হায়নরিবনি মিষ্টর কুমার ! নুপীগী অকরুবা য়ুম্নাক লৈতে।

বিরকুমার—সারটেনলি ট্রু ডিয়ার কান্টি ! মতমক থোক্কুনা শান্তিনা ঐবু নুংশিবিরবা, ঐ শান্তিগীদমক পুন্সিশি কৎথোক্কনি ! ফরে ডিয়ার, অদুদি থবক অসি করম্বা মওংদা চৎথরগা মায় পাক্কনি ডিয়ার ?

কান্টি—মতুমক খন্নফম থোকপা রাফম্নি মিষ্টর কুমার ! মিষ্টর কুমার শ্যামগা, শান্তিগা উন্দনবা হোৎনবা হায়বশিমক মরু ওই।

বিরকুমার—ডিয়ার কান্টি, এৈস্থু ডিয়ারগী সজেসন্দা সপ্লোট তৌজরে !

ফরে চৎশি ডিয়ার, ঙসিগীদি মতমশি থেঙজিনখ্রে ।

কান্টি —ঙাইখো মিষ্টর কুমার, মফমশি শ্যামগী মুমিদাং হন্না চাবা থোকফম্নি।

মা মতোমতা মফমশিদা অয়াম্বা মতমদা থেঙনা লৈগনবনি। করিগুম্বা ঙসিস্থু লৈরম্লবদি খুদোঙচাবদু....

বিরকুমার—ও! চুমই ডিয়ার, মফমশি শ্যামগী মুংতিগী হকচিক লাকফম্নি।

য়েংবা ফৈ । করিগুম্বা লৈরমদুনা থেঙনবা থোক্লবাদ....!

কান্টি—থেঙনবা থোক্লবদি, হেক্তা.......!!

অসি হাযনদুনা হৌগৎলগা য়েংনহৌরি।

সোমদনা, শ্যাম ফম্না-ফম্না শান্তিগী ৱাখলদা লুপ্লুনা লৈরম্লি। শ্যামগী ৱাখলগী ইশৈ অমা শান্তিগা লোয়ননা শকম্নিন্নরক্লি—

শান্তি, শ্যামগী স্লিপিং-রুমশিগী ফমুংশিদা লুহোঙবা মুমিৎকী অহিংগী শক্তম অমগা লোয়ননা লৈরমই। ইখঙ-খঙহৌদনা শ্যাম্না মনাক্তা তুমিন চংশিল্লক্লগা য়াম্না মওং অমা তৌনা ফমথক্লগা শান্তিগী খুদাংদা তাপ পায়-শিল্লকই। শান্তিনা খঙলব তৌনি। অদুগা ইকায় মুংশি য়ানা লৈরি।

শ্যামনা—উম, করি খনি?

শান্তি—অস! খঙলুরে! য়াম্না চিংনৈ মীপাযহল্লি.... !

শ্যাম - ( ইশৈ ) হুকচরে কুন্দো পরেং মুংশি নংগী ঙকশমদা

নংশে এৈগী ওইরবীনি এৈশে নংগী ওইদবনি ॥

থোকলক্লিবা থাজশিনা এৈগী শান্তিনি

হুক্লিবা কুন্দো পরেংশিনা এৈগী ৱাশক্লি

নংগী মুংশি চেংলৌশিনা এৈবু লাঙতক্কহল্লে

ইকায় থিবী নতৌদুনা হেন্না-হেন্না ইথৌ লাঙলে

কোকহনবিরো ইথৌ লাঙবা নোক্না নোক্না য়েংজরগে ॥

শান্তি— নংগী মুংশি ৱাহৈদুনা থম্মোযশিবু লাঙতক্করে

ইথৌ-লাঙবা নতৌদুনা মুজা পুক্লিং মীপায়-হল্লি

ঙমজরোয় লৌনম চাঙবা গোইম্নু

লৈবাং ওইবী ঐহাক্নি থোৎলিবীনি লৈনাওম
তাকাপিখো, অশেংবা নুংশি মশক ॥

শ্যাম— পুন্সি কৎলবনি নংগীদমক
নংনা উরি ওইর উপালদুনি ঐনা
থম্মোয় লৈবাং নংনি নংনা পুন্সি ওইবীনি
নংনা লাইজ ওইর লেংলৈ ওইবা ঐনি
থাদোক্লরোই নুংশি নংবু
খিকপিরোনে নুংশি নংগী নুংশি ঈবিক ॥

শান্তি— কপিবু খল্লগা করি ওইনা নীংলগা
কংলাশিগে পুন্সিশিবু নুংশি নংগী নকন্দা ॥

শ্যাম— নুংশিবগ ওইহনবীবো ঐনি খনবিগো
পীনবিবো অমুত, পেম্মা ২ থকচরগে
ইখৌ লাঙবা কোকচরনে ॥

শ্যাম-শান্তি— হা .. হা হ....ল........
কপচরে কুন্দো পরেং নুংশি নংগী ভুকশনদা
নংগে ঐগী ওইরবনি ঐশে নংগী ওইববানি
তাপরিবা লোংশিনা ঐগী শান্তিনি
চংলিবা খোংচংশিনা ঐগী রাশানি ॥

শ্যাম—নংনা ঐগী থৱাযনি, নংনা....নংনা....নং—না....

অদুগা নাম্না হৌরাংনা, পামজনা শ্যাম, শান্তি অনি কোন্নদুনা থবো থবো লেনিরি। অমদা অমসু যাম্না কল্লকবা শকফম্নি।

অমুক হন্দনা, শ্যামবু লাকপরা লেনহৌরিবা বিরকুমার, কান্তি অনিনা অদুগা লেংলকপদা শ্যামনা ফমদুনা লৈবগ হেক উবনা খিডনা হায়রকই—

কান্তিনা—মিষ্টর কুমার, শ্যাম !!........

বিরকুমার—ও !! গুডলক ! ডিযার কান্তি, শ্যামগী অশেংবা অমা পাঙদোক-
 ত্তবা যাদে। লন হেজিল্লরুগা হেক্তা.... টেকিয়ার.... !!

অসি হায়নদুনা নগং অমা তৌনা শ্যাম ওম্না চংশিল্লক্লি। অদুগা শ্যামগী

নাক, য়েৎ-ওইদা লেপ্লগা শ্যামদা মুন্না য়েত্তুনা তুমিন লেপ্লরি।

শ্যামগী মওং অমনা মাদি সিটতা ফমজবতনি। রাখলদি শান্তিগা ইশৈ শকমিন্নবদু মমাঙ-মক্তদা শকফম ওইনা চোংথোক্তুনা অদুম শকমিন্নরি। শ্যামনা, শান্তিবু শুপকোন কোর্নশিনগে হেক তৌবা মিকুপ্তু-মক্তা শাওরপতি তৌরগা ইংনা কৌরকই—

বিরকুমারনা—ডিয়ার শ্যাম........!!

মমিৎনা কান্টিদা য়েংলুই। কৌরকপা মিকুপ্তু-মক্তদা শ্যামগী রাখলগী চোংথোক্লম্বা শকতমদু খঙহৌদনা মাঙথোকখ্রে। ফজিবা শ্যামনা ইঙক-ঙক্লা য়েংলকপদা বিরকুমার, কান্টি অনিনা মাগী য়েৎ-ওইদা লেপ্তুনা লৈরম্বদু উরক্লে।

অহানবা মিকুপ্তা শান্তিবু চুপকদবগী তৌশিবদু বিরকুমারখোয "উখ্রবরা" হায়বগী চিংনবা অমা মশাদা পোক্লকপদু শকফম্না তাকই। মথংগী মিকুপতনা " অশেঙবা নত্তে রাখলনি " হায়বা খঙলক্তুনা নুংঙায়বা আশা থুগায়বগী অশাংবা ঈচু কানা শাওনিংলকখি। অদুবু পুরিং ফাথরগা খোল চাওনা তপ্লব কৌরকই—

শ্যাম—মিষ্টর কুমার........!!

বিরকুমার—মিষ্টর শ্যাম, য়াম্না অকায়বা ওইবগ্রা, রা অমগা হংজগে হায়ববু........!!

শ্যাম—নো নো মিষ্টর কুমার, করিগী অকায়বা ওইগদগে হায়বিয়ু!!

কান্টি—শিনি মিষ্টর শ্যাম, এখোয় মিষ্টর কুমারনা আশা চাওনা নীংজরিবী শান্তিশি শ্যামনা খনবিবরা ?

শ্যাম—শান্তি !! ও, অদুগী ওইরবরা মিষ্টর কুমার ?

বিরকুমার—অশেঙবনি মিষ্টর শ্যাম....!

শ্যাম—হুম....হু...হু মদুগীদমক ওইরবদি....; হোয় শান্তিশি অহানবদা খঞ্জরমই হৌজিক্তি নীংজরে ...!!

বিরকুমার—ডিয়ার কান্টি....!

কান্টি—শ্যাম, নংগী রাখলদু অরানবনি। হৌজিকমক শ্যামনা শান্তিগী

রাখল থাদোকপিগদবনি। করিগুম্বা শ্যামনা শান্তিগী রাখল থাদোক্কবা থোক্লবদি ঐখোয়গী খুৎতা নথরায় মাঙজবা নত্তনা অতৈ করিস্ তুই-জবা ফংলোয়।

শ্যাম—কান্তিনা কুমারগীদমক, শ্যামগী খুৎতা নথরায় মাঙবদি ঙম্নগদ্রা ?

বিরকুমার—মিষ্টর শ্যাম........!

শ্যাম—কুমার !! নুংশিনবা হৈ-লৈ নত্তে। হৈ-লৈ হাপ্পা পাত্রনা মফম হোঙ-দোক-হোঙজিন তৌবা য়ারবস্; নুংশিনবা হাপ্পা পাত্রদি মফম হোঙবা য়াদে; হায়বশি খক কাওরোইদবনি !! নুংশিবী মাগীদমক্তদি শিবা হায়বশি লুহোঙবগী অহিংদা মা-ঐ ফমুং অমতদা হিপমিন্নবগুম্বনি' শিবা, হিংবদি নুংশিবগী চান্নবা মরুপ্নি।

কান্তি—কান্নদ্রবা প্রমান অপৎপন্ত পুথোকপনা শ্যামগী তুইজবা করিস্ ফংলোয়। ফজনা হায়নরিঙৈশিদা য়াহৌদ্রবদি খুদোঙ চারক্তবা য়াই; শ্যাম মুন্না খনজৌ নত্রবদি....

শ্যাম—কান্তি, অরেম্বদা নপাঙ্গল নথোনা ফ্দোক্কনু নপাঙ্গলদু ময়েং তাখিনি।

বিরকুমার—শ্যাম, মফম য়েংলগা রা ডাংঙু নত্রবদি নথরায় মাঙভগনি।

শ্যাম—কুমার; শ্যামনা হিংলি মখৈদি শান্তি শ্যামগীনি। কুমারগী শান্তি তুইগে খক খনবিরকনু ! শান্তিগী মঙ মংবিকনু মঙলাক্লহুনা তোকচনি।

বিরকু: কান্তি—শ্যাম....!

য়াম্না শাগুনা কে রহুনা শ্যামদা থিল্লকখি। শ্যাম লৈথোকখিক্তনা পান-খিদ্রে। শ্যামনা মুদৎলম্লগা ইরেল ময়ুমদা হনখি। বিরকু: কান্তি, চৈনানে ইকাংবনে রানা খাউহৌই।

## মাপন

শ্যামগা, বিরকুমার-কান্তি অনিগা পাক্কা ফুনখিবা নুমিদাংতুগী অখেঙ-বা মতমহনি। নুমিদাংগী পুং তরানিথোই তারক্লে। ইনাক খুনবা, শেল পায়বা মহাজোনগী য়ুম্নি, মফমন্থ। বিরকুমারগী চাক-চাফম কাদুনি। মৈসু

বিরকুমার—ডিয়ায কান্টি, নহাক রাখল খনবা ঙমদবা....!

কান্টি—নো মিষ্টর কুমার, থৌদোক অহু হৌজিক মিকুপ খরগী মমাঙদনি, ঐ খঙদবা নত্তে। আই নো ভেরি বেল দা ইনশিদেণ্ট।

বিরকুমার হায়ফেৎ শাওরপ তৌনা মখুৎ হামদোক্লুনা তোকখি। রুমাল শৎলগা চিন তৈথোক্লুনা ফক্লাং ময়াদা থারিবা চৌক্লুদা রাখল তৌরহুনা ফমই। কান্টিসু বিবকুমারগী মতৌশিদা পেন্দহুনা খুৎ হামদোক্লগা মচিল তৈথোক-তৈথোক্লা চৌক্ল তম্না লাক্লি। বিরকুমাব, চুরুট লৌথোক্লগা চমহুনা রাগল তৌনা খকই। অমা চমহুনা মৈথু অশাংবা অমা কামথোক্লগা হায়রকই—

কান্টিনা—মিস্টর কুমার, করিসু লৈতবা থবক অসিগীদমক অহুক য়াম্না নুংঙাইতবা পোকপহু চুমদে। নুপাদি নুপাগী রা ল চেনগদবনি।

বিরকুমার—গুড, ডিয়ার কান্টি গুড! রাহৈহুমক য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি! অদুব ডিয়াব কান্টি "ঐ ইশানক্লা শান্তিগী রাখল থাদোকপনা ঐগী অমবা ওইগনি" হল্লে! পাঙ্গল যাওদবা মী চন্নযম লৈতে।

কান্টি মিস্টর কুমার............ !!

বিরকুমার—নো রাফম'সিদা করিসু ইকায়নিংঙাই লৈতে ডিয়াব কান্টি!

কান্টি—মিস্টর কুমার, ঐগী লেপবা মফম ফাংবা পীবিদে। ফরে অসিনদি খঙজগে, মিস্টর কুমারগী করম্বা রাখলগী মখা পোনখিহুনা.......... !!

বিরকুমার—অহোঙবা পাম্বা নুপা অমগী রাখলগী মখা পোনখিহুনা........ !!

কান্টি—মিস্টর কুমার.......... !!

বিরকুমার—ডিয়ার কান্টি, ঐ প্লকচেল পিকপা নুপা অমগী শক্তম লৌবা পামদ্রে! ওইসু ওইরোয়। নুপী মচা অমগী মরমগীদমক খৎনৈ-চৈনৈ হায়বশি য়াম্না ইকায়নিংঙাইগী মশক্লি!

কান্টি—অদুদি মিস্টর কুমারনা শ্যামগী মাযোক্লা করিগী লেপপিরুবি?

বিরকুমার - গুড, ফজবা রাফম্লি! নুপামচা ওইবগী য়েংবা হায়বহুনি। য়াদ্রবনিনা তোকপা তারি। মসি ঐগী রাখলনি!

কান্টি—মিস্টর কুমার, নংদি নুপীমচা ওইনা পোক্কদবনি। অরেপ্পা লৈংবা থম্মোয়দি নুপীতনা পাল্লি নুপামচা ওইনা পোক্লবা ঐখোয়দি অরেপ্পা

থমগদবনি; নীংহন্নবা লৈরোইদবনি "ট্রাই-ট্রাই এগেন" হন্না হন্না হোৎনবা তায় হায়বশি অমুক পল্লুবগী দরকার লৈতে। "কাউর্য়াদস ওনলি সিন, ব্রেভ মেন নেভর "হায়বাদ, পাওদবা মীদি পাপকী মশাক্তি, থৌনাথবা মীগীদি পাপ লৈতে; মিস্টর কুমারনা হেন্না খওবিরবনি।

বরকুমার—ডিয়ার কাণটি, এ হৌজিকমক, মিকুপ অসিমক্তদা শান্তিগী রাখল থাদোক্লে। মসিমক ঐগী অরেপ্পনি !!

কাণটি—মিস্টর কুমার, নং ঐ চান্নবা মরুপ ওওক্লবসু রাখল খেন্নরকপগী মতুং ইন্না ওসিদগী লাপথোক্নবা তারি !!

হায়রগা শাওরদুনা ময়ুমদা হনগদবগী থোঙ ওন্না চৎলে। কাণটিনা থোঙ-জল কাম্ৰোকাথগে তোরকপ-মক্তদা যানিংবগী মওং উত্তুনা। ওক নোম্লগা—

বরকুমার—ঋাংট! ডিয়ার কান্তি, ঐগী চাংয়েং মপুঙ ফারে। ডিয়ার কান্তিগী নীংহন্নবা লেংবা লুপানচা ওইবগী থোনা অঙ্গীদমক থাগৎচরি, চেক এ সিগরেট !!

কাণটি—মিস্টর কুমার.......... !!

বিরকুমনা কান্তিগা মনাক্তা চংশল্লক্লগা পোকেটতগী চুবট মেখেৎ লৌথোক্লগা পীরদুনা চৎলে, মশাগী হান্না চন্না কাণটিন্ চনহল্লে চিংনাপ তৌনা চন্নগা কাণটি চুরুণ্ড পায়দুনা লোপ্লে। মৈথু অশাংবা অম্না কানথোক্লগা খল তৌনা হায়রকই—

বরকুমারনা—অশেঙবনি ডিয়ার কাণটি, শ্যামনা শাণ্ডিদা থমজরিবা রাখল অসি ফাওবদি 'থুগায়বিদবা ফবরা' হায়বাশ ঐগী রাখলনি! শান্তিনা মশানা য়াবা য়াদবা নমদুনা এগী ওইবা হায়বশি লুনা থোকপগী রাকম্ নত্তে! ইমান্নবা, খঙনবা ওইবগী য়েংবা ওইননি। মসিনা পাঙদবগী থুদম খক ওইরোয। ক্লাস অমতদা তম্মিন্নবা ইমান্নবা ওইরম্বগী য়েংনবা হায়ব-দুগীদমক পাম্না-পাম্না থাদোক্লে শান্তিবু ডিয়ার কান্টি !!

কাণটি—মিস্টর কুমার........... !

বরকুমার—চিংননিংঙাই করিস্তু লৈতে ডিয়ার কাণটি! শান্তি নত্তবা লুপীমচা অমসু থেঙনখিদবা নত্তে ডিয়ার...........।

পাওনা রোড-লোমদা হনগদবগী থোররি। হাইজনফম অসিদা পত্মানা সাইকল মমায় লৈশিনর্গে তৌরকপ-মক্তদা পত্মাবু উরক্নুনা হরাও-হরাও হংলকই—

শ্রমিলানা—হায়মা! ইতা কদায় চংকদৌরিবনো?

পত্মা—ও! ইতা ফি লৈরুশি, ঐখোয় অনকলগী ডুকান্দগী! কদায় চংক-দৌরিবনো, করি থবক লৈবগে?

শ্রমিলা—করিস্থ লৈতেএ! বাজারদা অস্থম থোরক্কাদগী য়ুমদা হনগে তৌবনে! লৈকশি কদায়দগীনো?

পত্মা—অদুদি চংশি লাকও ইতা, ঐখোয় অনকল-খোযগী ডুকান্দা........! অসি হায়নরদুনা সাইকল তোঙখংনরগা থৌনা-থৌনা বাদি তৌনৈ।

শ্রমিলানা—ইতা করি-করিনো লৈগদৌরিববু?

পত্মা—ফ্রিং অমনে, ফি অমনে, ব্রেশর অমনে.......!

শ্রমিলা—অস! অদুদি লোয়না হোঙবানিদনা, ফৈনে! অদু ইতা ঐদি ঐখোয় কলেজগী ফ্রেশেস মিটতা শাখোনা শকপিবা ঈশৈদো কাগে হায়বা শুকঙমমক ঙমদ্রেবু কাগিনো খঙদে! অদুগা ইতা মংং য়াম্না তাদ্রনে........!

পত্মা—উম তাইএ! নুমিংতো ঐস্থ হেক-হেক নীংশংলকই! শ্যামনা ৱা ভাংলমদায়দা ঐখোয়দা মন্না য়েংলমদ্রনে?

শ্রামলা—উম য়েংলমএ! অস! ঐদি ইতা, শ্যাম্মোগী হেন্দ সেক খুংতোদো য়াম্না চাকই, কাওবা শুকঙম ঙমদ্রে! ঐদি য়াম্না হকায়খি! মাদি যাম্না চমইকো !!

পত্মা চমই, মাগী মরুপ শ্যামস্থ য়াম্না চমই, মিংয়েংদু ফাওবদি পাল্লি! তশেঙবদি শ্যামস্থ নুংশিবা য়াবা শক্লিকো ইতা!!

শ্রমিলা অশেঙবমক, ইতা ঐদি শ্যাম্মোশি তশেঙনা নুংশি! মাগা হেন্দ সেক তৌনরমদায়দো, অস! হকচাংশি করিনো অমা ইতৌ-তৌখি; মখুংতুস্থ নুপানি হায়বতনি, ঐখোয়গী খুংতগী মাগী মখুংতুনা হেন্না মোন্দ্রনে?

পত্মা—মোল্লি ইতা! অদো ইতা, শ্যাম্মোশে য়াদি কয়া ভাংগনদেকো!
যৌরে ইতা!

অসি হায়দুনা সাইকল থম্লগা দুকান মনুংদা চংগদবগী তৌরক্লি। শানরিবা য়ারিগী মওংনা শ্রর্মিলানা শ্যাম্মোগী মরমদা থাগৎ য়াহৈ তানিংবনি। পত্মানা শ্যামগী মরমদা.... .. .......

দুকানদনা, মপাল থঙবা মমায়দা মখল-মখলগী লেডিজ সার্ট, ব্রেশরনচিংবা সো বোক্স তা সো তৌদুনা থম্লি। পত্মাদি মতুকাক য়েংলমদনা পরপ-পরপ অত্থুম চংশিনখ্রে। শ্রর্মিলাসু পত্মাগী মতুং ইন্নদুনা অত্থুম চংলক্লি। মনুংদনা, মখোয় অনকল অনোয়বা মশা চাওবা বোড়োবদু ফি থালশিংদু লোয়শিন্দুনা লৈরমই। অনকল উরকপগা চংলক-চংলক্না হরাওনা কৌজে-
পত্মানা—গুড ইভিনিং অনকল !!

বোড়ো—গুড ইভিনিং, গুড ইভিনিং বেটি! করি য়েংশিগে বেটি? খল্লু-খল্লু
করিনো অপাম্বদু! ইবেম্মা অসিগা লাকমিন্নবরা?

পত্মা—উম অনকল....!

হায়না-হায়না লৈ-লৈদুনা দুকানগী থম্লিবা ফি-রোলদু কোইয়েং য়েংলি। অসুম য়েংবদা মানা লৈগদবা, হায়দোকপদা কয়া নুংঙায়তবদু উদ্রদুনা, অনকলগী মনাক্তা চংশিল্লগা মীকাক কিরুপ-কিরুপ য়েংলগা হায়রকই—
পত্মানা—অনকল........!

বোড়ো—উম-হুম........!

পত্মা—নাইনোলগী ফুরিৎ, খ্যাঙ চেঙবী সাইড কোৎপিদু লেটেস ডিজাইন
অমা, অদু—উম....!

বোড়ো—অদু কৈদৌরবা....?

পত্মা—উম.... ...

হায়দোকপদি ঙমদে। অদুবু মশাগী থবাক-লোমদা মখুৎ থিল্লি। বোড়োনা ফুরিৎ ওইরবোয় নীংদুনা উপু-উপুত পুথোক্লগা য়েংহল্লি। অমদুদি পুথোকলক্তবনা—
পত্মা—নত্তে অনকল........!

য়ানিংদনা ইস্তোকখি। অমা অমুক পুথোক্কুনা য়েংহল্লি। মতুংস্থ নত্তুনা—

পত্মানা—ও! নো-নো অনকল......!

বোড়োনা অনৌবা ডিজাইন অমা অমুক পুথোকতুনা উপ্‌ হাঙলগা য়েংহল্লি! ওইরমত্রতুনা শাওরপা হায়রকই—

পত্মানা—ওহো! নো অনকল নো......!

শ্রমিলা—হাইমা! ইতা নংবু ঙসাই ফুরিৎ লৈগনি হাযবদায়?

হায়রকপ-কাকশি তাদনা দুকানগী থল্লিবা রিশিপ বুক, কলমদ চিং-থোক্লগা চে মচেৎ অমদা ব্রেশর অমগী মওং য়েক্লগা উৎলকই। থঙলক্লদুনা হরাওবোয়-ফাগী ওই হায়রকই—

বোড়োনা—ওহো! আই এম শোরি বেটি! আই এম শোরি! ফার্ষ্ট ক্লাস বেস্ট কোলিটি, বেস্ট কোলিটি! সেন পারসেন্ট টেরিলিন, ওনলি ফাইভ ফিফটি রুপীস!

উপ্‌ পুথোকতুনা হাঙলগা থাঙ্গৎলকই। অনিগী মতৌশিদা শ্রমিলানা ফোঙনা নোকপদি য়াদ, নোক্লিংবনদি থিঙবা ঙমদা তৌদুনা লৈথোক্লগা তুমিন নোক্লকই। পত্মানা চাগদ্রা চারোইদ্রা হায়বগী হিশাব অমা হাযফেৎ য়েং-লি। অদুগা হংলকই—

বোড়োনা—ইঞ্চি কয়া? হা ইঞ্চি কয়াগীনো বেটি?

করিমতা খুমদনা, চাগদবা মান্দুনা বেগ মন্নুংদা শৎ হাপচিনখ্রে। বোড়োনা অতৈদ অমুক থমজিনখ্রি। পত্মা, শ্রমিলা অনিনা ওনশিন্দুনা নোকমিন্নরগা—

পত্মানা—অনকল ফুরিৎ...... উম ফি, ইতা ফিশি ইঞ্জিনিয়ারদ য়েং-শিনা, মদ এনা ইনবদা পকচগদ্রা?

শ্রমিলা—উম পকচনিএ ইতা!

পত্মা—য়েংশি, নংস্থ খরা খল্লুবা ইতা......!

বোড়ো—বা-বা! বেটি—......

শ্রমিলা—অনকল, নংনা য়োনবা পোৎশি য়াম্না শিৎলমগনি!

বোড়ো—বা-বা! বেটি, নংগী নচিলদগী অনকলগী পোৎশি য়াম্না

শিংকেকো ! রা রা ! বিউটিফুল, বিউটিফুল ! ভেরি নাইস বেটি !

শ্রমিলা— অনকল, মমলবু কয়া কয়ানো ?

বোড়ো—চনি য়াংখৈ, অমনা নিমফুমঙা, অদুনদি টু হন্ড্রেড এন্দ নাইনটি ফাইভ !

পম্মানা, বেগ হাঙলগা লুপা ২৫০ খক পীরে। বোড়োনা শেল থিরি।

পম্মানা—ইতা চৎলশি, গুড বায় অনকল........ !

বোড়ো--বেটি ! বেটি ! চনি য়াংখৈশিদি ফিগী মমলতনি ! মমল ফংগ্রে.......

পম্মা—অনকল, হরাচ ?

বোড়ো—বেটি ! বেটি ! অমদুগী, অমদুগীসু রাংলি !

পম্মা—নো অনকল নো, বায়-বায....——.... !

বোড়ো—ও-হো......——

শোন্দুনা লৈহৌবে। পম্মা শ্রমিলা অনিনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা থোক্লকই। অদুগা সাইকল মনাক য়ৌরকপদা য়েংনরগা হরাওনা নোক-মিন্নৈ।

শ্রমিলানা—হাঃ....হা ! হা.... ! ইতা, নখোয় অনকলশে য়াম্না নুংঙায়বজাংনিকো ! মশাদি তচাও-তচাওরদনা ফাগী কাকসু হৈকো !

পম্মা—অস, ইতা নংনা খঙব্রিদুনা তৌনি ! নুংঙায়খ্র-জাংনি ! ফবে ইতা নংসু হল্লোকো, এসু হল্লগে ! হয়েং কলেজদা অমুক উনরশি, বায-বায........ !

শ্রমিলা—ফরেনে ইতা ! বায-বায....... ॥

অসুম্না হায়নরম্নগা শ্রমিলা সাইকল তোংখৎতুনা মশা পাওনা অদুম থোখ্রে। পম্মানা অরাংলোমদা তপ্লি-তপ্লি থোরক্লি।

মতমদু সিনিমা লোয়বা মতম থোক্লুনা লম্বীশি মীনা কুক-কুক ইন্ননা চংলি। পম্মানা মীয়াম মরক্তুদা অচাওবা য়েং-য়েংদুনা মোন্দা নুংঙায়না থোরক্লি। শ্যামসু নুমিদাংরায়গী ফিজোলগা লোয়ননা পাওনা বোড শোমদা থৌখ্রি। অদুম্না থৌনরকপদা, ইখঙ-খঙহৌদনা অনিগী সাইকলশি থেঙজিন্নরে। মিকুপ্পু মক্তুদা উনরদুনা—

পম্মানা—ও ! শোরি....——... '

শ্যাম — শোরি এক্সকিউজ মী !!

পম্মা — এক্সকিউজ মী........ !!

তপ্পা থেঙজিন্নবা ওইখিবনা শোরুদদুনা, শ্যামনা হায়ফেং য়েংলম্নগা থোংবা হৌরকই । পম্মাস্তু তোঙখৎকদবগী তৌই। শ্যামনা য়াম্না পামজনা য়েংলকই। পম্মানস্তু ইকায়-নুংশি য়ান্ননা তুংহন্না য়েংখি । শ্যাম সাইকলদু মমায় লৈরক্কদবগী তৌজরকই। অদুবু কার অমনা হোরোল পীদুনা থৌগৎলকপদগী লৈখৎপা য়াখিদ্রে হন্না হন্না য়েংদুনা লৈহৌরে। পম্মাস্তু উখিদ্রে। অদুম থৌখ্রে।

## তরামাথোই

পম্মানা ফুরিৎ-কাক লৈখিবা নুমিৎতুগী নহিং হৌখ্রগা ওইরক্লিবা অয়ুক্তুনি। মতমদু পুং ৯ হায়রক্লে। ডিঃএমঃ কলেজ তারিবা অনানবা লম্বীশিনি। ছাত্র-ছাত্রী ময়াম কলেজ কারক্লি। বিরকুমাবগা কান্টিগস্তু সাই-কলদা বোয়-অমমম য়েপশিল্লগা থৌরদুনা কলেজ তম্নক্লি। কলেজ কাবদা নামা থোঙবগী রানি। অশেঙবদি লম্বীদা পম্মাবু ঙাইবা লাকপনি। লম্বীদা চৎচরিবী কলেজ ছাত্রীশিংগী মতুং ইন্নরদুনা কান্টিনা হুইকাক থোঙলগা অফাওবা শাদুনা লাক্লি।

কাণটিনা—চাকথেকইহে ! শৈত্য নংগী মিৎয়েংদু ফাওবদি পাল্লি ! অদুম্না ইমানফাও, পোকপদগী ঙসি ফাওবদা য়েংখিদ্রি !

কাক হায়রদুনা লক্লুই। খরা ইন্নরবা মতুংদা কলেজ য়ৌদ্রিঙৈ, মী হাঙতক তৌবা মফমশিদা হৌরিবা উজাওশিগী মনাক্তা থৌজিল্লগা উশিদা খোঙনা ঙাক্লগা লেপ্লুনা পম্মা কলেজ কারকপা য়েংলি।

ঙাইহাক্কী মতুংদা পম্মাস্তু সাইকল তোংদুনা কলেজ কারক্লি। ঙবাং লৈখিবা ফুরিৎকাক্তু, লিৎলকই। পম্মানা লাকপশি উরদুনা কাণটিনা অমুক পম্মা তম্না তপ্লি-তপ্লি থৌজিল্লি। বিরকুমারস্তু ঙাইহাক য়েংলম্নগা কাণটিগা ইঙ্গিৎ তৌনদুনা মতুং ওইরপ্পা থৌমিন্নরক্লে। খরা থৌমিন্নরবা মতুংদ হঙ্গোয়রপ তৌনা হায়রকই—

নংবু নুংশিজবদগী হায়জরব-জাংনি ঐগীশি !

পত্মা—হুম, মায়থাবা নংনা নুংশিজবগী মতিক ঐনা নুংশিবিরমলোঃদি পন্দবা নমায়দুবু লুখনদা পানবরা ?

কান্তি—নীংথিনা হায়নরগা য়াবরা য়েংশি তৌবনি ; য়ারবস্থ লৌবা, য়াদ্রবস্থ লৌবা ওন্থজাংনি ! ফাদ্রনা লৌরগা য়ুমদা ফবা ওন্না জাংনি, মুন্না খঙ্গহৌ....!

বিরকুমার—লৌদা লৌবিররোযদ্রা ?

পত্মা—চত্তি তরেৎ যোগী ওইনা মহাবলী উমংদা লাই নীংজৌ অত্ত ফাংবা য়াবিবরা য়েংউ........!

কান্তি—হেরা, শে অমুক্তা লৌশিনবিয় ; লৌবিররোযদ্রা ?

হায়দুনা চিঠাত্থু পত্মাগী থরক অনিগী কারক্ত ওন্না নমশিল্লকই। শাওনা-পত্মানা—হে ইয়ু........!

কাণটিগী মথুংত্তু কন্তোক্রদপদা চিঠীস্থ চো থোকখে। কলেজ যৌশিল্লক-তনা পত্মানা কুমথরগা সাইকল সেটতা সাইকলদু থম্নবা ইনশিল্লি। নীংবা শাযববা বিরকুমার, কান্তি অনিনা পত্মাদা য়েংদুনা লাপতরা লৈহৌবে।

পত্মানা সাইকল থম্নরগা থোক্লকপা ফাওবা বিরকুমার, কান্তি অনিমক হান্নগী ফিভমদা য়েংদুনা অদুম লৈরম্লি। পত্মাস্থ থোক্লকপদা উবকুনা শাও পঙননা য়েংলম্নগা ক্লাস কম তয়া চৎকদবগী তৌরক্লি

শ্রমিলানা ক্লাস কমদগী, মতা লাবপরা য়েংব, ওইনা সাইকল নট ওন্না লাকই পত্মানা চংলক্কে তৌরকপ-মক্তদা উবক্তুনা হংলকই—

শ্রমিলা—ইতা, করি তৌরে ওসিদি য়াম্না খেওলকইনা ?

পত্মা—তু ইতা, মাযথাবা অনিশিনা ডিসংব তৌদুনা খেওলনইবা মনাম য়াম্না কল্লি ইতা : ঐনা থিনা-থিনা থন-থাম্না হায়বনা, পনাম শুংঙ-খঙদে !

শ্রমিলা—করি-করি হাযরক-অগে ?

পত্মা—করি হাযনি, চিঠী পুখো হাযবিনিদনা........!

শ্রমিলা—হঃ....হঃ....হঃ....! মাযথাবা, হৌজিক্কী ওহাবোলশিংশিদ ইকাযবা

য়েনবদা থুডদবমক্তা ওইনা তৌরেদনা !

পত্মা—চংলশি ইতা য়েংনিংদে শকশিংশি, হৌদোঙগী মায়তানি !

হায়রম্লগা অতুম চংমিন্নখ্রে। বিরকুমার, কান্তি অনিনা লমীগী নাকন্দা ফম্লগা রাগল তৌনজুনা লৈরমই। চুরুট থক্লমই। মায়থোঙদি নীংবা কায়বা শকফম্মি।

বিরকুমারনা—অস! ডিয়ার কান্তি, শিবনা হেন্না ফবে! য়াম্না ইকায়নিংঙায়নি! করিস্তু লৈতবী নুপীমচা মানা...... !!

কান্তি—মিস্টর কুমার, পত্মাগী হাইগংলিবী ঙকশি থুদেক্লগতদা ঐখোয়গী অপেনবা ওইগনি। হায়-হায! মাগুম্বী নুপী মচা অমনা . ....!

বিরকুমার—মতুনস্ত পেনবা ওয়োই! ডিয়ার কান্তি, য়ারে ফৈ, মাংে ফৈ, নমজুনা পত্মাবু লৌদবা যাদে! ওয়োই থম্লবদি ঐখোয় শিবনা ফবে!

কান্তি—মিস্টর কুমারগী অপাম্বত ঐগীস্ত অপাম্বনি! আইঃ জিঃ পিঃ অমগী মচানুপীনি হায়দনা ঐখোযব মী ওইনা উদবা! নোক-নোক নোকশল্লগা। অস, মিস্টর কুমার, হৌজিক-মক নমজুনা চিংবা ফানবা ঐ য়াবে।

বিরকুমার—না ডিয়া কান্তি, চিংলে হায়বনদি ঐখোযগী মাডঙবান! লৌ ে হায়বাশিনি ঐখোয়না ওইহনগদৌবিবা থবব........!! নরমচংবি হায়নবদি বদনাম লৈহনবনা ফৈ! ডিয়ার কান্তি, কোকাশ ... দৌবিদা........!!

কান্তি—মিস্টর কুমার পত্মাগী থোইচং-রাংচংনব মখাশি ... হায়বানি ........!

বিরকুমার—মাগুম্বী করিস্তু লৈতবী নুপীমচ অমনা . ! য়রে ডিয়ার কান্তি, নাকফমশি খন্নবগুমশি, মথা য়াম্না ... ...। চংশি........!!

কাযজুনা অনিমক তম-তম্না হৌগংনখৌবি; রাগল ... বিরকুমারগী কোক অত্ত পোখান্না ওমহনবিদ্রে।

কলেজদনা, অমুক পত্মা, শর্মিলা অনিনা নেগত্তু হম্লগা বোয অমমম পায়জুনা কলেজগী, মখোযগী ক্লাস-রুমগী মপালগী য়ুম্বী মনাকান্দা লেপ্লজুনা

নোকমি-নোকমি তৌনদুনা লৈরমই। শ্যামসু বোয় অমা পায়রগা মাগী ক্লাসতগী থোক্লক্লি। অদুগা পত্মাখোয়না লেপলিবা অশোমদা লাকলি। পত্মা, শর্মিলা অনিদি শ্যামগী মরমদা হান্নমা রারি শানদুনা লৈরবনি। য়েংথোক্লকপদা উরদুনা পত্মাদা তাপ পায়রগা—

শর্মিলানা—তু.......... !!

হায়না মিৎতো শ্যামদা থন্নগা পত্মাদা, শ্যাম লাক্লে হায়বা তাকক্লি। পত্মানসু য়েংথোকউবদা শ্যামনা মখোয় তম্না লাক্লিবশি উরদুনা ইকায খুংশি য়াম্ন-মায়থোঙগা লোয়নননা য়েংলুরি। শ্যামসু নত্তুম লাক্লি। য়ৌশিল্লক্লবদা শোন্থাংনৈ—

পত্মানা—আ—অস !... .......

শর্মিলা মওং য়াম্না তাইকো........... !

শ্যাম—আ... ...., কনাবুনো শোম্না হায়বিরিবত্তব্ ?

শর্মিলা কনাদা গুইরমগনি খনবিবগে ?

পত্মা—আ ! উম—রা.......অম-তা........ !!

শর্মিলা—হায়নিংদুনা লৈরক্লিকো ইতা....... ?

শ্যাম—তানিংদুনা লৈরক্লিএ ঐসু, হায়নিংলিবা মিকুপ্পুদগী ... — !!

শর্মিলা—অস ! ইতা চহি মশিং য়াম্লকপগী মতিক রাঙাংসু হৈকো.... ?

শ্যাম—আ, তম্বীবা মশিং য়াম্লকপগী রাঙাং-কাক মাল্লিকো।

শর্মিলা— হাইমা ! মতা অমনিকো, ইতা.... ... !

পত্মা — আ ! অদো .......... !

শ্যাম— উম, অদো কৈদৌরবা ! মমল কাহল্লিবরো........... ?

পত্মা — অস !—....তুমদবা মী হৌদোকপা রায় হায়কো ইতা .. —!!

শর্মিলা—খঙনা-খঙনা খঙদবা মীগা, তুমদনা তুম্বা মীগা চপ মান্নে হায়নৈ ! চুমইকো ইতা........... ?

শ্যাম—অদুতসু নত্তে, মসিমসু হায়নৈ—হংদবা রাহংগী পাওখুম পীবা মহাক অদো চৎনরিবা সমাজ অসিদগী তোখায় তায....... !

পত্মা—মদুতসু......, ও ! অসুক কুইবা মতম অসি হংদুনতা লৈবক্রবা

ঐগী রাহংনি হৌজিক ফাংবা খঙবিদবা........! শোরি! রাহংহু বু পুথোকচরণা থম্মোয় মহাক্না লানজরব্বনি! নীংবা কায়নবা পুথোচকব্বনি ঐগী রাহং: অদোমবু শব-থঙভরদ্রে, ডাকপিগনি, এক্সকিউজ মী, ইতা— ......... !

অসি ঙায়না নুংঙায়বদ ফোঙদোরম্লগা নীংজরম্বা আশা কাংবগী নুংঙায়ত শক্লোনহু পুরহুনা বা মঙ্গুংদা অহুম চংশিনখ্রে পঙ্মা। নীংঙমহৌদনা—

শ্যাম—আ, .. ....আ.... অমুক্তা........— !

শর্মিলা—ঐদি হায়রোয় হৈ-ৎলগী রাফমদো! অশেঙবনি, নুংশিবা হায়বা অমদি লৈ মাগী; শায়ংগী হেন্না চুংশি, কনানো হায়বহুদ শুকহায়হায়দোকউ য়াদে পঙ্মানা; ঐস্থু খঙদে, অমদি লৈরে; লৈরিবহ.... !! মচোনগা রাহৈ অমদি হায়হল্লিংই....— !

অসি হায়রম্লগা মপা অমুক তারগদনা অহুম চংখ্রে। নীংঙমহৌদনা—

শ্যামনা—আ অমুক্তা,.........প্লিজ............. !!

হায়জনি। অহুম শর্মিলানস্থু অমুক তাববা লৈতনা অহুম চংখ্রে। শ্যামনা নীংবা কায়না লেপ্পখৌই। চংলগা হায়নগে তৌই ঙমদনা অহুম লৈচৌরে।

*তরানিথোই*

নোংমা নোংমা হৌখিবনা জুন থাহু ভুং-গুবনরকে। ঙুলায় থাগী মাঙজিন্দানি। খা-শিগী নোংমগী নুমিদাংরায় পুং ৬ হায়রক্লে মতম্না। মধুসুদোন জর্জ্জগী য়ুমহুনি মফম্না। য়ুমগী, মাঙ্গোলগী শরুক অসিদা অনানবা টেবল, চৌকু, সোফানচিংবা মহৌশাগুম লৈরম্মি। টেবল মথক্তনা অথাবা লাইরিক খরস্থু লৈ। মধুসুদোন, ফম্লহুনা পেপর য়েংগদবগী তৌরম্মি। ডাইহাক লৈরগা শ্যাম্মো কার থৌজিল্লক্তুনা খাম্লগা লাইরিক অমা পায়হুনা চংলকই। মধুসুদোনদি লাইরিক অহুম য়েংহুনা লৈরি। চংলক্লগা—

শ্যাম্মোনা—পাবুঙ খুরুমজরি !

মধুসুদোন—আ, নুপামচা নং লাল্লিবরা ?

শ্যাম্মো—অহোয় পাবুঙ ! মরুপ্ন, লৈতবরা পাবুঙ ?

মধুসুদোন—আ লৈবনি, চৎলু মাগী কাদা ; হৌজিক্তা চঙখিবতা মঙাইখ্রি লৈবরা য়েংল্লু ! নখোয়গী থবক্তি নীংথিরিদনা—?

শ্যাম্মো—হোয় পাবুঙ, হৌজিক ফাওবদি অশোয়-অঙাম থোইদোকপা লৈজদে ।

মধুসুদোন—ফৈ ফৈ ! শোয়দনবা নীংথিনা তোৎনৌ ! ঙাওশিন্নহনা মতম মাঙহনগন্নকো....

শ্যাম্মো—হোয় পাবুঙ..........!

রাশি হায়রম্লগা মথকলোমদা কাখৎলক্লি। মধুসুদোননা হান্নগুম লাইরিক য়েংতুনা অতুম লৈহৌরি। হরাও-হরাওনা—

শ্যাম্মোনা—ডিয়ার ...হলো ডিয়ার.... !

হায়না কৌরতুনা শ্যামগী রিডিং-রুম তম্না লাক্লি। শ্যামনা ফমতুনা চিঠী অমা ইতুনা লৈরমই। কৌবগী খোঞ্জেলদু তারতুনা চিঠীদু লাইরিক মনুংদা হাপচিল্লম্লগা মপাল থোক্কদবগী হৌগৎলকই। তানজাশিদা শ্যাম্মোনা খোঙজিল য়ৌরক্লি। উরদুনা হরাও হরাও—

শ্যামনা—ও। ডিয়ার ! গুড নাইট.......!

শ্যাম্মো—গুড নাইট ডিয়ার....—!

শ্যাম—মরুপ লেঙবিরকপা য়াম্না নুংঙায়জরে ! তান চানরে, ঐস্তু চংকে তৌজরম্বনি ! লেঙশিনবিয়ু, ঙাইহাক ফম্মিন্নশি মরুপ .. !

শ্যাম্মো—মরুপ, ঐস্তু উনদবা কুইরে হায়দনা হেক্ত লাকচরিবনি ! মরুপা লৈরম্বশি ঐস্তু নুংঙায়জৈ !

শ্যাম—অতৈ অতৈ লায়রি, মরুপকী জরনিদু, কমদোবিরকপগে ? মরুপনা থারকপা টেলিগ্রামদু ঐস্তু নহাল ফংজরে ! ঙসি থুঙলগনি হায়বদুদা নাতৈ চানরে চৎলুগে খঞ্জরম্লিবনি !

শ্যাম্মো—য়াম্না নুংঙায় মরুপ ! ঐ ঙসাই বারোগী অদুদা থুঙলবনি ।

ঙসাইনা লাকপা য়াবনি। অদুদা হকচাংশি ইচোক-চোকথবগুম তৌই হায়দুনা লৈথোক্লুরে। অদুনা হৌজিক্তা য়ৌজরক্লিবশিনি! হন্দক চৎলুবা জরনিশি য়াম্না নুংঙায় মরুপ! মানা, সাহিত্য একাদমীগী ট্রেভেল গ্রান্দ স্কিমগী মখাদা চৎপগা ওইবনে লৈফম, থুঙফম-কাক তশেঙনমক নুংঙায়! শান্তিনিকেতন য়েংজরকই; পেমেন্দ্রমিট্র, বেঙ্গলীগী মমিং চৎলবা অইবা, অদুসু উনজরকই! সাহিত্য একাদমীগী মীওই কয়াগসু রারি শানজরকই! তশেঙনমক ঐ, মখোয়গা উনবদা নুংঙায়বা পোকচৈ! অদুগা মরুপ, ঐ দিল্লীগী মিডিকেল কলেজসু য়ৌশিনজরকই! মরুপ ঐখোয়গী মিডিকেল কোর্চশি করিগুম্বা সিট ফংবা তারবদি দিল্লীদা তমশি; মদুনা হেন্না খুদোঙ চাগদবা মাল্লি মরুপ!

শ্যাম—য়াম্না ফৈ মরুপ!

শ্যাম্মো—অদুগা মেম্মনা হায়রবু মরুপসু হন্দক্কী এক্স্ করশনদা য়াওগনি হায়না তায়! চৎলবদি মরুপসু খঙবিরক্লগনি নীংই!

শ্যাম—হোয় মরুপ! মদুগীসুনি ঐনা মরুপখোয়দা লাক্কে খঞ্জরম্লিবশি! মদু হয়েংদগী খোঙশানবা তারে! মেম্মসু চৎনিংবগুম তৌবদুদা ঐনা পুবিগনি হায়দোক্লুরে! লম-য়েংবশি মেম্মগা ঐগা চৎপা তারে; মরুপ্প, খঙই দে হায়বিরগদ্রা? মরুপ্পা টুর চৎথিবদুদা হায়নবসু ফংজখিদ্রে!

শ্যাম্মো—এ! মরুপ অনি-খক্কদি কদায়দগী চৎপা য়াগনি হায়গে; লম য়েংবা হায়বশি লমহাঙ তুহাঙ চৎলুগদৌরিবনি: নত্তা ডাক্তিসুনি....!

শ্যাম—হঃ....হঃ... হঃ....! মরুপ্পা লান্না প্পবিখ্রে! ঐখোয় অনিতোংত্তে, মযাম চৎপদা মেম্মগা ঐগসু য়াওগনি হায়জবনি।

শ্যাম্মো—হো! অদু ওইরবদি খন্নবা য়াই, নত্রবদি.......... !!

শ্যাম—মরুপকীদু খঙজরে! ঐখোয মরুপ্পা রাঙাং অমতা শোয়বা যাদে হায়বা ঐ কাওথোকচরুরে!

শ্যাম্মো—ফৈ কৈদৌবগে মরুপ! মরুপকা লোয়ননা চৎকনি হায়বিবশিমক ঐগীদি লাইবক ফবনি! রাফম অসিগীদমক অদুক লুনা খনবিবদি পোকমিন্নদব-কাক মাল্লি মরুপ!

শ্যাম—নো-নো ! মরুপকীগী সেন্স অমরোমদা পুবিখ্রে! থরায়-থরায়মক শিন্নদুনা শিন্নবস্তু মরুপকীদমক্তি মরুপ্পা লোয়রে হায়বা যাই! মেন্মগীদমক্তি মরুপ্পা খরা হেনবা মখানা তাদ্রা ?

শ্যাম্মো—থেঙ্ক-ইয়ু ! রাইহৈগীদমক পাগৎচরি ! অদুগা মরুপ ঐ অসিমতংদি হায়জখৌগে ; ঐগীনা, ইমাগা ঐগা ; ইচলগা, মরুপকা ! ইমাগীনা, ঐগা ইচলগা মরুপকা ! ইচলগীনা, ইমাগা ঐগা ; মরুপ্পা হেন্না খঙবিরিবনি ! ঐগী ইমা মীপায় চাওবীনি ! করিগুম্বা পাও অমংং তাবদা পাখংপনা হানবীনি ! অদুনা নখ্পা ইচলবু চেকশিন্না, অশোয়-অঙাম যাওদনবা হোৎনবিবা ; মরুপকীসু খুদোঙথিবা থোক্তনবা........; অসিতংদি মরুপ্পা হায়জনিংই........ !

শ্যাম—খঙগিজরে মরুপকী রাদু....! অদু ঙাংদি চাক-চামিন্নগ্নশি হায়ববু করি খনাববগে ?

অমসু হায়নাইদ্রেদা মমা ইবেমহল লাকই । খোঙজিন ময়াদগী কৌরদুনা হায়রকই----

ইবেমহলনা—খা, ঙ্গাঁমচা নংবু চাক চাগনি-কাক খঙদ্রবরো ! নং অনকলনা চাক লোয়রে ! আইমা ! তবুংঙো নংসু লাক্লিবরা ? ইমাদি ঙসাই মথৌ খঙবু খঙলুদে ! লা-লা হাঙবা হাঙদবা চাক চামিন্নরো অদুগা হংবা তৌরো ; থেঙলে যুমদা ইমাখোয় ভুংশা থিনরমকি ! চাক ইংখ্রানি লাকওকো........ ........ !!

শ্যাম্মো—অা ইমা....... !!

ইবেমহল—করি তৌরগে ? চাক চারোয় হায়রিবরো ?

শ্যাম্মো—নত্তে ইমা ! চাক অমুক চাদুনা লৈথোক্লবদি থেংগ্রনি....... !

ইবেমহল—ইহে, লোয়দুনা লৈবনিবু কয়াম-কুইগনি হায়গে ; বোক হেক চারগা, চৎলগা লোয়রেদনা ! লা-লাও অমুক ওইনদুনা লৈরসু !

শ্যাম—চৎশি মরুপ চাথোক্লরণি.... !

ইবেমহলদি হায়রম্লগা অদুম চৎখ্রে । শ্যাম্মা মাঙ থারদুনা শ্যাম্মোসু চাক চাবা চৎখ্রে । শ্যাম্মো ইকায় থিগল্লি অদুনা মাদি ইকোয়-কোয় ।

চাকশংনি, রামশিংনা মধুসুদোনগী চাক অমনে, শ্যাম্মো শ্যামগী চাক অমনে শেমডুনা থনম্লে। মধুসুদোনদি হান্ননা ফমডুনা লৈরম্লে। ইবেমহলনা লেপ্লডুনা শ্যাম্মোখোয় চংলকপা য়েংলি। শ্যাম, শ্যাম্মো চংমিন্নরাক্লি।

ইবেমহলনা—চংলো-চংলো হাওবা হাওতবা চামিন্নরো....... !

মধুসুদোন—এ। লাও-লাও ইপা-ইচা ঐখোয়'খৈ চামিন্নরশি !

শ্যাম্মো—ফগনি পাবুঙ....... !

শ্যাম—চংশিনবিরকউ মরুপ .. .... !

শ্যাম, শ্যাম্মো অনিস্থু চংলক্কুনা ফম্লরে। মধুসুদোননা গহলগী হৌনবা ঈশিং-কাক তৌরদনা লাংগী শরুক তম্লি।

শ্যাম্মোনা—আ ইমাদি........ ?

ইবেমহল—নখোয়দা চাবো, ইমানা নং অনকলগা কোন্না চামিন্নরগে !

মধুসুদোন—আ, হৌরো-হৌরো ; পাবুঙ হৌরেকো শ্যাম্মো !

শ্যাম্মো—ফনি পাবুঙ হৌবিরো !

শ্যাম—হৌরশি মরুপ ........ !

অস্থুম্না চাক হাওনা চারি। রামশিংনা য়েক্লাং মথেল শুনা হাপ্লরি। ইবেমহলনা লেপ্তুনা অডুম য়েংলি।

রামশিংনা—আ ইবুংঙোমচা-খোয়গী থরা হাপকে...... .... !

ইবেমহল—হাপ্পু-হাপ্পু, অতাওবা-কাক্কু হাপ্পিয়ু ! নবুক থন্নবা চাওকো ইবুংঙো!

মধুসুদোন - চাও, নুপামচা চাও ; হাওবা হাওতবা নপুক থন্না চাও ! অদু, নত্তে নুপামচা শ্যাম্মো, নখোয়বু নহাগী রাখলশিবু ইতৌ তৌনদ্রবরা ? করি থন্নরিগনখোয়বু ? নখোয়গী নহা খুৎওইশিদি পাবুঙখোয়দি পামুবিদ্রেদা! নহা ওই হায়দনা নোংমতা পাও অহাওবা অমতা তাদে ; থরস্থ খনবা ফৈনে শ্যাম্মো, হা........... ?

ইবেমহল—ইহে ! মাই-পাবুঙনা অঙাংশিংশি ইরাং তম্বীগদৌরেদনা ! ইবুংঙো নং পাবুঙনা হায়রিবশে রা ওইনা তারুবুকো !

মধুসুদোন—ইয়া মতাং চারিঙৈদা তৌহৌগদবনিনে ; হা শ্যাম্মো ? নখোয়শে হৌজিক য়ারক্লবনিনে য়ারক্লবা ! জ্ঞান তাওনে পাবুঙনা হায়রিবশে !

পাবুঙ-খোয়দি নখোয় য়ৌদ্রিদৈগী য়ুম পাল্লক্লবনিনে ; তু য়েংউ, নমাশে উরেদনা ....... !

ইবেমহল—হাইমা ! করিনো মাই পবুঙনা হায়রিবদুবু ? মতা অমনিদনা শিদি ; অঙাংশিংশি চাক চাফম খঙলররোইনে !

মধুসূদোন—ঐনা হায়রিবশি চাক চংনবনিনে ! নত্রা নুপামচা, রাখল খনবা তম্মু, এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ সু তমগদবনি ! মতমগী চৎনবীসু থানরোয়দবনি !

রামশিং—বাবুগী করি হাপচখোগে ? ইবুংঙোমচা-খোয়গীনা করি করি অরাৎপা ?

মধুসূদোন—ঐগীদি লোয়না ওক্লে ! নুপামচা নখোয়গীদি করি-করি রাংলি হায়হৌরো !

শ্যাম্মো—লোয়না ওকচরে পাবুঙ ! তানকল ঐখোয়গীসু য়াজরে !

মধুসূদোন—অদুদি পাবুঙ হৌগৎলগেকো........ !

শ্যাম্মো—ফগনি পাবুঙ ! মরুপ ঐখোয়সু হৌগৎলশি !

শ্যাম—ফরে মরুপ হৌগৎলশি........ !

মধুসূদোন থোকখ্রে । শ্যাম, শ্যাম্মোসু হৌগৎখ্রে। মচিনকাক তেঙ-থোক্লুরে । শ্যামনা, শ্যাম্মো থিন্দোকপা ওইনা থোকমিন্নরকই ।

শ্যাম—মরুপ থোক্লশি ঐ থোঙ্গাল-ফাও থিন্দোকচগে !

শ্যাম্মো—ফনি মরুপ ! মরুপ, ঐখোয় পাবুঙশি ফিলিঙ জাৎ অমনিকো ! অহল ওইজবতনি, রাখলদি নহা ওইরিকো !

শ্যাম—ঐখোয় পাবুঙগী হৈনজবীনি মরুপ ! রারৌবিন্নু ! অহলনা ঙাংবনি খনবিয়ু !

শ্যাম্মো—রারৌনিংঙাই করি লৈবগে ? ফরে, লৈবিহৌরো, ঐসু হঙ্গরগে গুড নাইট....... !

শ্যাম—গুড নাইট ডিয়ার....... !

বিদায়গী রাশি হায়নরদুনা মরুপ ওইবগী মওংদা হেন্দ-সেক তৌনরম্লগা শ্যাম্মো কার থৌখ্রে। ময়ুম্ তমখ্রে । শ্যামসু লৈহৌরে।

শ্যামোনা মাগী মরুপ শ্যামগা লোয়ননা নুমিংদাংগী চাক্লেন অমা চামন্নরম্লগা ময়ুমদা হল্লক্লিবা নুমিদাংত্তুনি। মতম্না নুমিদাংগী পুং ১১ খরা হেল্লক্লে। মধুমতিগী য়ুমদনি মফম্না। মপালদনা থাবলনা পুমঙাল ঙাল্লি। নুমিদাংগী মতম থেঙজিল্লকপনা, মীচিক-মীরাওখোল তাখিদ্রে। কৌক্লেং-হারৌ, হঙোই, অহিংগী চেক্লা খরনদি নুংশি শৈহেক তমত্তুনা মখৌ পোঙনা খোঙলি। মৈ লাক্কবা নুমিত্তু ওইবনা মধুমতিনা থাওমৈ লেমর্টন অমা পায়রত্তুনা থোঙ হাঙদোক্লগা মপাল থোক্লকই। অদুগা মতোমতা শোঞ্জরকই—

মধুমতি—অস্নুক থেঙলবা মতম অসি ফাওবা হল্লক্কবশিবু কদায়দা চৎলিগবা!

হা ঈশ্বর এঁগী পোত্থাফম হাযবশি শুকলৈ লৈতেদকো.......!

হায়না হায়না কাখৎলক্কুনা শান্তিগী স্লিপিং রুম তম্না লাক্লি।

শান্তিগী স্লিপিং-রুমদনা, বেড-সাইড টেবলশিগী মথক্তা মোমবতি থাল্ল-মই। শান্তিনা ফমুংদা উপ্লগা ফিল্ম-স্টাইল অমা য়েংতুনা লৈরমই। থোঙজিল ময়া য়োরক্লবী মমানা থোঙগী পর্দাবশি হাইগৎলগা য়েংলকই। অদুগা হায়রকই—

মধুমতিনা—ইমাগী ইবেম্মা! ....তারিবরা ইবেম্মা?

শান্তি—করি হায়গে ইমা........?

মধুমতি—ইবেম্মা, নং তামোচাবু ঙসি কদায়দা চৎকনি হায়রম্বগে? হৌজিক ফাওবা হল্লক্কবশিবু.......?

শান্তি—ইমা তামোচাবু হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রি হায়বা?

মধুমতি—হোয়নে ইবেম্মা, কদায়দা চৎকনি হাযরম্বগেনে নং তামোচাবু?

শান্তি—এঁদি লাইব্রিক য়েংলিঔদা কাওথোক্লুরে ইমা! আ তামো শ্যামত্তু উনদবা কুইরে অত্তুনা মখোয়দা চৎকনিদি হায়রমই ইমা!

মধুমতি—অত্তুবু হৌজিক ফাওবা হল্লক্তবশিবু করি তৌনরবনোনে? ইবেম্মা লাও ইমাগা থোঙ্গাল ফাওবা থোক্কুনা নবুঙ লাকপরা ঙাইহাক য়েংলুশি! য়ুমদা থুঙলবস্থু ঙসিতা মঙায়রি; অস্থুম্না থেঙনা অমুক্তস্থু চৎথোক্কবনি!

হায়রম্লগা অন্থম থোকলক্লি। শান্তিস্থ হৌগৎলগা অন্থম মমাগী মতুং ইন্দুনা মবুঙ লাকপা য়েংবা থোকলক্লি। শুমাঙ য়ৌরক্লবদা মমানা লেমটনশি মৈরি পিক্লা লৈথখ্রে। অন্থগা পায়হুনা থোঙ্গাল তম্না লাক্লি।

ন্নুমিদাংশিগী থাবলস্থ "ককচেং চৎপা উনা ফৈ" হায়বহুমক্লি। শ্যাম্মোগী কারস্থ থোঙ্গাল য়ৌরক্লঙুনা খাম্লগা গেট হাঙগদবগী কুমথনবা তৌরি। শান্তিনা মাঙ থাহুনা লাকপহুস্থ গেট য়ৌশিল্লক্লে। শান্তিবু উৎক্লঙুনা ঙকলপা হংলকই—

শ্যাম্মোনা—হায়! মেম্মা, নং হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিবরা? আই! ইমা কদাইদা চৎকদৌরিবনো তৌবিরিবহুবু? অস্থুক থেঙলবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমশিদা.......

শান্তি—তামোচা! তামোচা লাক্লি হায়ডুনা তুমদ্রি! ইমানস্থ তামোচাবু ঙাইহুনা লৈবা কুইরে! লাকমন্দ্রঙুনা, থোঙ্গাল-ফাও থোক্লগা য়েংলুশি হায়দনা ইমাগা থোক্লক্লিবা... ....!

শ্যাম্মো—ও! ইমা, ইমা ঐনা লানখ্রে! ঐ লাকত্রি হায়ডনা হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিবা! চংলশি ইমা! মেম্মা, ইমাগা চংমিন্নরো, ঐ গাড়ি থৌজিল্লক্কে!

মধুমতি—করিগী অস্থুক থেঙনা চৎথোপগে ইবুংঙো? চংলো-চংলো!

অস্থুম্না হায়রম্লগা শান্তিগা চংগদবগী তৌরি। শ্যাম্মোনা গাড়ী থৌজিনখি। মমা-মচানা গেট লোল্লম্লগা চংলক্লি। শ্যাম্মোনা গেরেজদা গাড়ী থম্লরগা লেপ্পুনা মমাখোয় ঙায়রি। শান্তি মমা মচা চংমিন্নরকই। মচাদা ন্নুংশিনা ইংনা হায়রকই—

মধুমতিনা—ইবুংঙো, ইমাগীদি নচলগা নংগনা লোয়রেদো! নংনা ইমাগী য়েংকী পাম্বোম ওইরবনি; নচলনা ওইগী পাম্বোমনিদো! থেঙনা খক চৎ-থোক্কনু, ইমাদি মীপায় চাওবীনি; নখোয অনিবু মিকুপ অমতং উদবদা ইমাগী পোথাফম লৈতে!

শ্যাম্মো—ইমা, মরুপখোয়দা চুম্না চৎলুবনি! অন্থদা ইমা "চাক চারগা চৎলো" হায়দনা চাক চারকপদগী খরা থেঙখ্রে।

মধুমতি—ইচাগী অশোয়-অঙাম য়াওরক্তবা ফরে ! ঈশ্বরনা থৌজালবিরবনি !

চৎলো-চৎলো, চংলো পোত্থারুরো রারম্লগনি !

অসুম্না হায়রদুনা, মাঙ্গোল য়ৌশিল্লকপদুদা থাওমৈদু মৈরি লৈখৎলকই। শ্যাম্মোনা মমাদা হুংশিনা য়েংলম্লগা মচলগা লোয়ননা ড্রেশিং-রুমদা চংখ্রে। মমানা ইমুংদা চংখিদুনা থোঙ লোনখ্রে।

ড্রেশিং রুমদনা, শ্যাম্মোনা ফি-হোঙগদবগী তৌরি। শান্তিনা খুদৈ-কাক লৌথোক্তুনা পীরি। মবুঙগী ফুরিৎ কুদাম-কাক লৌথোকপিরি। কুদাম লৌথোক লৌথোক্লা মবুঙদা হংলকই—

শান্তিনা—তামোচা, তামো শ্যাম উনরকপরা ?

শ্যাম্মো—উম উনরকই ! য়েংঙোই মেম্মা, নংনা লমকোয়বা চৎনিংই হায়বদো, নং তামোনা "সিট অমা কল্লে" হায়রকই, নং খঙলবরা ? হয়েংদগী চৎকদবনিসু হায়না চুম্বরা ?

শান্তি—উম, খঙলে তামোচা ! এৈসু চৎকনি হায়গদবদা, তামোচানা চৈরক্কনি খন্দুনা, কিদুনা হায়খিদবা ! হয়েংদগী চৎকদবনি হায় ; ইমাদসু তম্লে ; চৎলুগেকো তামোচা ! অন্নক্তা চৎত্রি হায়বা........ !

শ্যাম্মো—অঃ চৎলু-চৎলু ! ইমানদি করি হায়...— ?

শান্তি—তামোচাদা হংউ, তামোচানা য়ারবদি চৎলু হায় !!

শ্যাম্মো—নং নশা হুংঙায়তব-কাক্তি লৈতেদনা .. ........ ?

শান্তি—লৈতে তামোচা .... !!

শ্যাম্মো—উম অঙুদি ফরে তুম্লুরো, তুমশিং ফাররোয় ! অতুগনে য়েংঙোই, অশোয়-অঙাম যাওদনবা চেকশিনগদবনি ! নংনা পুগদবা পোং চৈদি শুরবরা ? শেলকাক্তি........ ?

শান্তি—তামোচানবু যারবদি ইমানা পীগনি হায়....... !

শ্যাম্মো—অতুগা, ইবুঙনা নঙোন্দা হায়গদবদি, নং ছাত্রীনি, "য়ুম পান্দ্রিবী, মথোং কারক্লিবীনি" হায়বশি নশানা কাওরোয়দবনি, খঙলেদনা ? লাই-খুরুমদুনা চৎকদবনি ; অশোয়-অঙাম য়াওদনবা চেকশিনগদবনি। মনিপুরগী রাংম লান্দুনা, দিল্লী, বোম্বেয় য়ৌবা হায়বশি অরায়বা

নত্তে চেকশিনগদবনি খঙলেদনা....... ?

শান্তি—উম তামোচা,........থোক্তবস্থু ওইজগে তামোচা....... !

শ্যাম্মো—চৎলো-চৎলো তুমলুরো থেঙলে....... !

শান্তি থোকখ্রে । শ্যাম্মোস্থু মাগী তুমফম কাদা চৎকদবগী তৌহৌরি।

## তরাম্নরি

এক্স্‌কর্শন চংলিঙৈ মনুংগী শক্তম অমনি। য়েংবদা পুক্লিং হুনা মিংফম হোঙবা য়াদনা ফজরিবা আগ্রাগী তাজমহলদনি মফমদু। মতমদ নুমিদাংৱাইনি। ফনা লাপ্লি তাজমহলদু উরিবদু। মী কয়ানস্থু য়েংনরি। এক্স্‌করশন কাঙবুদু বস অমদা লাক্লনা তাজমহল য়েংগদবগী কুমথরক্লি। চৎপা হৌনগিবা য়াওরে। শ্যামগা শান্তিগস্থু কেমিবা, ফ্লাক্স, বেগনচিংবা য়ান্দুনা য়াম্না হরাও-হরাওনা মায়থোঙ মকা লাম্না কুমথরক্লগা তাজমহল তম্না চংলক্লি। কোয়না কয়া অমা য়েংলববা মতুংদা মনুংদা চংলক্লনা মমতাজ, সহাজহান অনিগী কবরদু য়েংলরি। কবরদু হেক উবদা, শান্তিগী থম্মোয়দা “ও! নুংশিবা হায়বদু অসি ওইরেকো!” হায়না খঞ্জহনা মপুক্লিং নুংঙলনা শ্যামদা য়েংজরকই। শ্যামস্থু সহাজহানগী ৱারি কয়াদু নীংশিংলুরগা মপুক্লিং ওন্না য়েংলকই। মায়থোঙ অনিদু হায়ফেৎ নুংঙায়তবা শকফম্নি। শান্তিদি মপিন্নম চন্নম-চন্নম শিন্থরকই। শ্যামস্থু ইরা হৌরকই। ঙাইহাক য়েংলম্লগা তুমিন অদ্‌ম থোকমিন্নবক্লি।

শ্যাম, শান্তি অনিগী ৱাখলগী শক্তম অমদা, সহাজহান, মমতাজ শারগা তাজমহলদা লেপ্লগা হায়নবকই—

শ্যামনা— সহা—জ—.... !

শান্তি—ম—ম—ত........ !

শ্যামগী মওংদু খঙহৌদনা অৱা-শক্লোন পুরকই। নীংবা কায়না পিস্থু শিন্থরকখি। মতৌ য়েংলুবদা নুংঙায়ত্রদ্রনা—(শিরমদায়গী শক্তম অমদা)— শান্তিনা—করিগীনো নংনা ঐবু য়েংলগা মিংকী পিশি নীংঙমদনা শিন্থরিবা ?

চান্নথোয়রবা! নংনা ঐবু য়েংলগা অৱাবা কয়া কাওথোক্লনা মোমোন

তৌখি মতম পুম্বদা....... !! অদুগা ওসিদি কপ্লবা....... !! ঐনা নংবু পেলহনবা ওমদ্রবা !! ও! ঐনা নঙোন্দা লওজরবনি! ঈরৌবু চান্নথোয়বা, নংগী সেবা মতোল লোমলমদা চৎপা তার-মান্নে ঐদি !! নংনা ঐবু নুংশিবিবদায় ? নুংশরগা নং, ঐবুদি কনগে থন্দ্রবরা চান্নথোরবা........— ?

শ্যাম—মম—তাজ. ... !! চান্নথোইরবী, নংগীদমক হোৎনজবা পুম্নমক অরেম্বদা তারে !! নংনা বিধাগী তমপাক্তা, অমুক মিকপ থোক্লরোয়দবা য়াহিপ অমদা হিপথরক্লবা মতম সিদা ঐগী করি উপায়নো ? নংগী-দমক এবু কার তৌ হায়বগে চান্নথোয়রবী ? নংগী অপাম্বা অমতংতদি হায়রম্মুগবা চান্নথোইবী...... !!

শান্তি—নুংশিবা.....— !! চান্ন-থোইরবা.... !! ঐ য়াম্না তুম্মিংলক্লে !! ঈরৌবু চান্নথোইরবা, ঐগী অপাম্বা অতৈ করিসু লৈজদে ! ঐগী হায়ববু "নংবু নুংশি হায়বশিতনি !! মসিতদি কাওবিনু !! নংতনি, নং—তা.... !!

শান্তিগী থরায় য়াওদ্রবা হকচাংমু শ্যামগী মফৈবাক্তা মোন থাওহনা লৈবা ওইনা উরক্লতুনা, শ্যামনা মথম্মোয় শোক্লা, ইপা-পাখৎনা কৌজরকই—

শ্যামনা—শান্তি !! শান্তি....... !!

অদুগুম্বা, শ্যামনা মাবু নুংশিবিবা মতৌহদা শান্তিনা মথম্মোয় পেঞ্জবদুনা লৈ-রক্কুদা খোয়রুম মোমোন তৌরদুনা শ্যামদা য়েংদুনা লৈরম্নে। মতৌঙু উরকলবদা শ্যামসু মায়থোঙচু মকা লামজরকই। হরাও-হারও ইশৈ শকমিন্নে—

* * * *

যমুনা মপালদা অসুম চৎমিন্নরকই। পোথাফম নাতৈ চাবা মফম থেঙনদুনা ফম্মিন্নে। পোথাবা ওইনা অচাপোৎকা করি-করি চামিন্নগদবগী তৌই। শ্যামদা খোইরুম-মোমোন তৌনা য়েংলুবগা ইকায়-নুংশি য়ান্নদা হায়রকই—

শান্তিনা—ঐনা ইনবা চাবিগদ্রা ?

শ্যাম—চারোয়দবগী মরম করি লৈ ? নংদি ঐগী থরায়নে... .... !!

শান্তি—ঐগী থরায় ওইবস্থ নংনি ! থাদোকপিন্থু............ !!

শ্যাম—রাইহেন্থুনা হেন্না-হেন্না ইখৌ-লাঙহল্লে............ !!

শ্যান্তি—অওইবা............ ?

শ্যাম—অশেঙবনি. ঐগীদি নংতনি····............... !!

য়াম্না নুংশিনা য়েংনরগা শান্তিনা অচাপোৎতু ইরি। শান্তিগী মওং য়েংনিংমনগ্রন্থুনা, নোকফেৎ তৌরন্থুনা য়েংলম্লগা শান্তিগী মখুৎতু ফারগা খঙচিক-চিকশিনখি। শান্তি য়াম্না নাবা চৈনাখোল অমা খঙহৌদনা ফাওরক্তুনা খঙপ্রেক খঙব-মথৈ লাওগে তৌজরকই। অন্থুবু লাওদি লাওখিদ্রে ; নুংশি-রুবগীদমক চৈনাখোলদু তুমিন খাঙজন্থুনা করিস্থু নাদবগুম লৈ। শান্তিগী মতৌ য়েংলুরগা নোকফেৎ তৌরন্থুনা ইতপ-তপ্না হংলকই—

শ্যাম—নুংশিবনা চিকপবু নাবরা ? ঐনা নঙোন্দা, ঐগী পাপ লঙজবগুম থোক্লদরা ?

শান্তি—নুংশিবনা পীবা চৈনাখোলদি পাপ নত্তে, ....... !!

শ্যাম—অন্থুদি ঐবু পুয়না ফংনবা নংস্থু চৈনাখোল খাঙশিবরা ?

শান্তি—অতৈনা ওইরম্লবা নাবগী হায়নিংঙাই লৈরম্লোয় ! নংনা ওইবনা, চৈনাখোল করিস্থু ফাওখিদে ! শিবু নংগী করম্বা শায়োলনো ?

শ্যাম—নুংশিবা মাগী নুংশি শায়োলন্থুনি !

শান্তি—ওন্নবা নত্রনে রাইহেন্থুবু ?

শ্যাম—করম্না .................. ?

শান্তি—ই ! ঐনা নংবু নুংশিজবনি ! নংনা ঐবু নুংশিবিবরনে ?

শ্যাম—অওইবা ............... ?

শান্তি—অশেঙবা.................!!

শ্যাম—ফরেনে ! ঐ অমুক ইল্লগে শে য়াম্থ কাখৎলো............ !

হায়রন্থুনা অচাপোৎতু লৌরগা শান্তিগী চিনবান তম্না থাঙ্গৎলকই। শান্তিনা য়াম্না নুংশিজনা, থম্মোয়দা মীহুন তীঙ-তীঙ চোঙ-বমথৈ য়েংজন্থুনা য়াম্থ তপ্না কাখৎচরকই। শ্যামনস্থু য়াম্না নুংশিজনা ইল্লুই। শান্তিনস্থ শ্যামগী মখুৎতু খঙচিক চিকশিনখি। চৈনাখোল ফাওরন্থুন—

শ্যামনা—আই!   আ....আ—   !!

নানন-খ্রদুনা মখুৎতু ফর-ফর কনব-মখৈ লাওরকই। মতৌঙ্গুদা পেঙ্গরদুনা—

শান্তিনা—উ-হঃ অ....অ ...। অদুবু নাবরনে, নুংশিবীনা চিকপবু?

থন্নুংদা নোরক্তুনা হায়দোক্লক্লিবা। মতুদদি শ্যাম রা-কাক অনতা ভাংদনা শান্তিদা শংত্রিক যেংলগা মোমোন তৌরদুনা শান্তিবু শুপকোন কোনশিল্লগা মখেঙ্ভবান্দা থোঙলদুনা মরুম যেংদুনা পগাববগী তৌরকই। য়ানিংনা যানিংদবা শারদুনা—

শান্তি—তল্লি তল্লি। তল্লিশে... .... .. ঙস্মোয়.... .. !!

কাক হাযরদুনা নখোঙকাক ফ্রিঙ-ফ্রিঙ কাপ্তৈজ। অদুবু শ্যামনা নম না অংম পুবক্লগা কোন্দুনা থক তুশিনখি। অদুগা থক ওনখৎতুনা মথক থঙলগা শান্তিদা মুনা যেংলগা হংলকই

শ্যামনা—করি খল্লি ?

শান্তি রা ভাংবা ঙমখিদ্রে। শ্যামগী মরেঙজুম পাযরগা য়াম্না পামজনা যেংদুনা লৈ। শ্যামনসু শান্তিবু অসুম যেংলম্বদগী কামনা লাহৎলক্নুনা খও-কোন কোনশিনগে তৌরকপা। নিকুপ্পু-মক্তা ট্রেনগী খোঞ্জেল থক তারকই। ইফিং-ফিংনা থক তারম্লগা ফুক হৌগৎলকই। শান্তিসু ফুক হৌগৎলকত। ইঙক-ঙক্লা তারম্লগা ট্রেনগী মাযকৈ ওম্না খুৎশম্নদুনা অদুম চেনখ্রে।

চেনশিল্লক্কুনা, থৌবা হৌরক্লবা ট্রেনদুদা কাপ্‌চমিন্নদুনা চংখি। মনান-নবশিংনা মখোয় অনিবু যেংদুনা নৈল্লরমই। ট্রেনদু ওম্না-ওম্না অদুম থৌগ্রে।

তরামথা

*শ্যাম*-খোয়না ট্রেন তোঙমিন্নখিবা মতুং খরা চোন্তরবা নুমিংকী, নোংমগী নুমিদাংরায়, সন্ধ্যাগী মতম্নি। মধুমতিগী য়ুমদনি মফম্না। মধুমতি বিন্দ্যা দেবী মখোঙদা ধূপ-থাওমৈ থাদুনা লাই খুকমলম্নি। লোয়বগা শ্যাম্মোগী রিডিং

রুম তম্না লাক্লি। মৈস্থ ভালনা থাল্লি। শ্যাম্মোনা মাগী লাইরিকশিংদ্, শেমজিন-শাজিন্দুনা লৈরমই। অস্থম চংলক্লগা থোঙজিল পায়রত্তুনা হায়বকই—

মধুমতিনা—ইবুংঙো, তারিবরা নুপামচা ?

শ্যাম্মো—করি হায়গে ইমা ?

মধুমতি—নত্তে ইবুংঙো, নচলহুবু ঙসি থুঙলগনি হায়বদায়নে ? অহুগা হৌজিক ফাওবা য়োৎরক্তবা অসিবু.... ?

শ্যাম্মো—হোয় ইমা, ঙসি থুঙলগনি হায়বনি ! চিংনবিরুনু ইমা ! এগী মরুপ শ্যামগা চৎমিন্নরিবনি, করিস্থ থোইদোকপা তৌরোয়, য়োৎরকপস্থ ময়ারে !

মধুমতি—খঙদ্রেনে ইবুংঙো, নখোয়গী হৌজিক্কী মতম অসিনা চৎনবী মচৎনা অমা ওইনা তৌরবশিনা ! ইমা-খোয়না নহা ওইরিঙৈ কান্দদি নুপীনা মপাল থোকপা য়ানরমদে ! মতম খজিক্তুং শোয়না থোঙ্গাল ৱাংমা লানবা য়াবা নত্তে ! হৌজিক্কীদি মদ্গী ৱাস্থ লৈত্রে ; নুপী-নুপা খায়দ্রে ; অখিঙবা লৈত্রে, মসিনা করিবু কান্নরিবা ?

শ্যাম্মো—ইমানা হায়বিবিবদ্ অচুম্বমক্লি ; হংনিংঙাইস্থ ওই ! শিনি ইমা, মতম-মতমগী চৎনবী হায়বদ্ ! সংসার অসিদা মীওইবনা হিংদনা লৈরিমখৈ অহোঙবা হায়বদি হান্না চৎনবম্বা নিতী, নিয়ম কয়া চৎনখিদবা ; মদ্গী মতুংতা অনৌবা কয়া চৎনরকপা ; অসিগুম্বা অওনবা কয়া পুরকপা হায়বশি তোযনা থোক্লগদবনি ! মসিগী কান্নবগী মফম য়াম্না চাওনা কল্লি ! অমরোমদা হৌজিক্কী মতম অসিদদি নুপী হায়বীশি থৌদাং য়াম্না চাওরবী মীশক অমা ওইররে ! মীওইবা সমাজ অসিগী মরক্তা চাওখৎপা সমাজ অমা লিঙগে হায়রবদি, নুপী ওইবশিংনা নুপা ওইবশিংদগী হেন্না চাওবা থৌদাং অমা লৌবা তায় ! মদ্ ঙম্লক্লবা মতম অদ্তদা জাতি অদ্ চাওখৎপগী থাক্তা লৈগনি ! মসিগীদমক নুপীবু মীরক তিলহনবা, চৎনরোল খঙহনবা হায়বশি তঙায় ফদবনি ! নুপীবু মপাল থোকহন্দনা থম্বীরম্বা অদুমক মতম অদগী সমাজগী চাওখৎকদবা অদুমক শো লোনশিন্দুনা থম্বনি !

মধুমতি—অদুবু ইবুংঙো, নুপীবু মপাল থোকহল্লগা ; মীরক তিলহনবনা,

করিনো মখোয়না পুরক্কদবা অদুবু? ইমানা খনবদি, মখোয়বু মপাল থোকহনবনা, অমগা-অমগা খৎন-চৈন তোয়রকপা, মুংশিনদবা মশিং হেক্সৎলকপা, লমচৎ ব্যাভার মাঙশিল্লকপা, ওক্তবা মশিং হেক্সৎলকপা অসি নত্তুনা করি ওইরিবগেনে ইবুংঙো ?

শ্যাম্মো—ইমাগী রাষ্ট্র খন্ননিংঙাই ওইবা রাফম্নি ! অদুগা ইমাগী মিৎতা উরিবা শক্তমশিং অদুদি ময়াগী মর্ত্তিনি ; মরুভুমিগী মরিচিকানি ' মদুগী হৌরকফম মরুদি "জ্ঞান তাদবা" হায়বা রাফম অসিগী, মশানা মশাবু মশক শঙজদবা ফিভম অমদগী থোক্লকপনি ! মতাংশিদনি মীতৈ ইপা-ইপুনা শাগে জাৎ হায়না খায়নরম্লিবা, জাৎকী মচাকাক হায়দনা তৌনরম্লি বশি ! মহু মুথৎনবনি, মুপীবু থৌদাং চাওবী মুপী ওইহরক্লিবশি !

ইমা, মুপীনা জ্ঞান তারবা ; পোরম খঙলবা ; মতম-মতমগী চৎনবী অদুগা ইরোয়ননা ইমুং অদুগী ফিভম থম্বা ঙম্নবা হোৎনরবা, ঙম্নবা মতম অদুদদি ইমুং অহু শান্তি ওইনা লৈবা ঙমগনি : ইমুং-মনুং শান্তি ওইরবদি লৈবাক অদুস্তু শান্তি ওইগনি ! অহেনবা তান্নরকপদা চাওৎপগী মমি তারক্কনি ! মদুগীদমক্কি মুপীবু মপাল থোকহল্লক্লিবা, মীরক তিলহন্নরক্লিবশি ; মদু খঙনা চৎত্রগদি, মশা মাঙজবগা নত্তুনা মাগী জাতি অদুগীস্তু মাঙজবনি ! মদু খঙননবগীদমক্কি এনা ইচলবু, মতম চারি খন্দুনা খাদোক্লিবশি ইমা ! খঙদ্রগদি মাস্তু অদুম মাঙজবা তাবনি !

মধুমতি—অদুদনে ইবুংঙো, নংনদি মহু খঞ্জরিবা.... — ; মতম অসিনদি হাৎনরে-শুনরে-মক্তা, অফবদি অমতা উরক্রবগুম তৌবশিদা ইমাদি মুংশা হেক থিজরিবা ! অহুম তৌদুনা করিগুম্বা ফত্ত-মুংদা পোক্রবদি ইমাদি মাঙজরেদকো ইবুংঙো !

শ্যাম্মো—ইচলগী অশোয়-অভাম য়াওদবা ঈশ্বর মানা পীনবিশম্নু ইমা !!
অস্তুম হায়নদনা মমা মচা লৈহৌরি !

*থোঙ্গালদনা*, শ্যাম, শান্তি অনিনা তোঙলকপা টেক্সিহু থোঙ্গাল তম্না থৌজিল্লক্তুনা খামলরি। শ্যাম, শান্তি অনিমক হরাও-হরাও কুমথরকই। অদুগা য়ুম চংগদবগী তৌনরকপদা হায়রকই—

শ্যামনা—এ্রই ইমাখোয় উনগদবা য়াম্না ইকায়জরেবু ......... !!

শান্তি—হা....হা....হা। নবুক মাঙবনিনা ইকাযজরিনিনে.... ?

শ্যাম—অওইবা, এ্রই অস্থুম নৈহৌরগে.... .... ... .... —!!

শান্তি—অস ! অঙাংকাক মাল্লিকো তামোশিমা... .... ....'!

অসি হায়রঙনা শান্তিনা হরাওবা অমগা লোয়ননা য়াল্লম্লিবা বেগতনা শ্যামদা কল্লি অদুগা থবাক্কী ফ্রিৎতু তাপ পায়রগা চিংলকই।

শ্যামনা—হে! চিংগনু! চিংগনু হায়বা, অস্থুম চংলকে, শে থাদোকও....'!

মখোয় অনিগী মতৌঙদা টেক্সি ড্রাইভরদু ষ্টারিং কোন্দুনা থাওহৌই। শ্যাম, শান্তি অদুম চংনিন্নরক্রে। রিডিং রুম তয়া লাক্লি।

রিডিং-রুমদনা, শ্যাম্মো হান্নগুম লাইব্রিক লোযশিন্দুনা অদুম লৈরম্লি। মধুমতিনা লাইব্রিকতু শিৎতোক-নান্থোকপা যাওরম্লি। শ্যামনা মাঙ থাবড়না চংলক্লি। থোঙজিল হেক কানশিনগদবগী তৌবগা হওঙনা কৌরকই—

শ্যামনা—মরুপ ! ইমা, এ্রখোয় য়ৌজরক্রে !!

শান্তি—ইমা ! তামোচা, এ্রই লাক্রে.... .... !!

শ্যাম্মো—ও ! মরুপ ! য়ৌরক্লেদনা ........ !

মধুমতি—ইচা যৌরক্লেদনা ' ফরেদা ইচা অনিমক তেঙ-নায়দনা য়ৌরকপা ! ইচা ৱারর্নিনি ... ... .... .... — !

শান্তি—করিস্থু ৱাদে ইমা.... ... .... .... !

শ্যাম্মো—মরুপ ! ইমানা হৌজিক্তা "লাক্রে" হায়দুনা শোল্লম্বতা নঙাযরি ! য়োরকপা য়াম্না নুংঙায়জরে। পোথাবিয়ু !

শ্যাম—ও ! ইমানা এ্রখোয়বু শোল্লম্লিবা ! ইমা ! ইমাস্থু যাওবল্লবদি নুং-ঙায়রমগনি !

শান্তি—নুংঙায়রম্মোয় !! ইমা, রেল গাড়ীদো, অস ! মীনা কুক-কুক ইন্নব-জাৎনি !

মধুমতি—অদুদবু ইমা য়াওরম্লবদি শিরমলোয়দ্রদো !

শ্যাম—এ ! এ ! ইমা শিরোয়-শিরোয় এ্রই য়াওরিদবু, ইমা করিগী শিগদৌরিবা ? হুম, মরুপ এ্র, টেক্সি ড্রাইভরনা ঙাইহৌরি ; য়ুম য়োশিনথ্রগে,

ম্নারিকাক কোন্না শারশি। মেম্মা, ঐ অমুক চৎলগে! ইমা, ঐ অমুক চৎচরে!

মধুমতি—চৎলো-চৎলো মুপামচা, য়ুম য়ৌরগা পোত্থারুরো.... !

শ্যাম—মরুপ, ঐ অমুক থোকচরে! গুড নাইট.... .... .... !

শ্যাম্মো—ফরে মরুপ লেঙবিরো! ঐ অসুম লৈজহৌরে গুড নাইট........ !

শ্যাম—গুড নাইট! মেম্মা চৎলে ... .... !

শান্তি—উম চৎলো, লৈহৌরে .......... !

শ্যাম অদুম থোকখ্রে। শান্তিসু থিন্দোকপা ওইনা থোক্লক্লি। মমাসু মতুং ইন্নরকই। শ্যাম পরপ-পরপ অদুম কুমথখিদুনা কারদু তোঙখৎখ্রে। শান্তি মমা মচানা দলান মথকুদা লেপ্লগা য়েংজরকই। শ্যামনসু শান্তিদা হন্না য়েংলম্লগা মোমোন তৌরমই। শান্তিসু মপুক্লিং হরাওজনা মখুৎ হাইহৌই। টেক্সিদু মিৎয়েংগী রাংম লানখ্রে। ডাইহাক য়েংলম্লগা, রিডিং-রুমলোমদা চংগদবগী তৌরকই।

মধুমতিনা—অদুদি ইবেম্মা! ইচা রারম্লগনি; ইমা চাক ঈশিং থৌরাং তৌরুরগে .... .... !

অসি হায়রম্লগা অদুন কুমথখ্রে। শান্তিনা মবুঙগী মনাক্তা অমুক চংলক্লে। অদুগা মানা প্নরকপা পোৎ-চৈদু লৌথোক্লগা, বেগতুদগী সনা মচুগী তাজমহলগী (বেজ) ওইনা থেৎনবদু লৌথোক্লগা মবুঙদা উৎলদুনা—

শান্তিনা—তামোচা !........, তামোচা, শিনা তামোচাগী টাইদা থেৎননবা ; শিনা ঐগী টেবলদা থম্ননবা .... .... !!

হায়রদুনা, কৃষ্ণনা খোঙ কারন চন্দুনা লেপ্লগা বাঁশি খোঙবা ; রাধানা খুরুম্বগী অশাবা মুর্ত্তি অমগসু লৌথোক্লগা উৎলকই। মহু য়েংলুরগা হংলকই—

শ্যাম্মোনা - ইমাগীদি মেম্মা.... .... .... ... ?

শান্তি—তামোচা! ইমাগীদি লৈবদা মীনা নোক্লগনি খন্দুনা, ইকায়দুনা লৈরক্কে! তামোচানসু নহাল লৈরকঅদুদি .... !

শ্যাম্মো—উম, ইমাবু নীংদি নীংশিংবরা .... — .... ?

শান্তি—নীংশিংই তাম্মোচা ... .... .... — !!

শ্যাম্মো—অতৈ-অতৈদি করিমতা লৈরক্রুবরা — .... ?

শান্তি—য়াম্না লৈরকই .... ... .... — .... !

শ্যাম্মো—ফরে-ফরে। পোত্থাজরুরো! হোরেল চাক-ঈশিং চারবা মতুংদা মফম চানা-চানা থমউ। অহুগা নংগী খোঙচৎতি কমদৌরকই ?

শান্তি—য়াম্না নুংঙায় তামোচা! খুদোঙথিবা অমতা থোক্লক্তে! ঐদি ট্রেন্দা চৎপগী অরাবা করিস্নু খঙলক্তে। দিল্লীগী কুতুপমিনার; আগ্রাগী তাজমহল; বোম্বেয় সহর, য়েংবদা য়াম্না নুংঙায়বা অঙকপা অনিনা তিলহল্লি। স্টেন্দর ওফ লিভিং য়েংনবদা ঐদি ইতোমতা ইকায়জরকই তামোচা। বোম্বেয়গী নুপীমচাশিংগী ফেসনত্তুদি কা খরা হেনমনবরা খল্লি!

শ্যাম্মো—উম, ফরে; চাক-ঈশিং চানবা তৌজরুরো চৎলো.... !

শান্তিস্নু চৎকদবগী তৌহৌই। অহুম্না লৈনহৌই।

## তরাতরুক

*শ্যাম*, শান্তিনা এক্স্‌করশন, চৎমিন্নরুবা মতুংদনি। নুমিৎতুগী অয়ুক পুং ৮ লোম হায়রক্লে মতম্না। বিরকুমারগী য়ুমগী রাইটিং-রুমদনি মফমহুনা। সিট অহুম মরিস্নু থাই। বিরকুমার ফমহুনা পত্মাগী মরমদা "করম তৌনা পত্মাবু মাগী ওইনবা হোৎনগদগে" হায়বশিগী রাখলদা উংহুনা লৈরমই। ঙাইহাক লৈরগা কান্তি, কাওরোয়. কাশিদা চংলকই। বিরকুমারদি পত্মাগী রাখলত্তুদা তাওহুনা অহুম লৈরি। কান্তিনা চংলকপকাক উখিদে। চংলক্লিবা—

কান্তিনা—মিস্টর কুমার .... ... .... .... !

বিরকুমার—ও! ডিয়ার কান্তি, য়ৌরক্লেদনা....!!

কান্তি—হোয় মিস্টর কুমার লাকচরে; করি ডিসকসন তৌবিনিংলিবগে ?

বিরকুমার—করিগী ওইরমগনি খনবিবগে ডিয়ার কান্তিনা ?

কান্তি—মিস্টর কুমারগী মায়থোঙদা পত্মাগী মমি তারি মিস্টর কুমার .... !!

বিরকুমার—তারিবা মমি অহুমক ঐগী ডিসকসনগী পরিংনি ডিয়ার .... !

অসি হায়নহুনা চুরুট-মৈখেৎ লৌথোক্লুনা কান্টিগা থকমিন্নরগা লেপ্তুনা রাখল তৌনা—

বিরকুমার—ডিয়ার কান্টি, পম্বাদগী ফংলিবা ইকায়বশি মতম কুইর-কুইরগা কাওগরা হায়রগা হেন্না-হেন্নহুম মৈচাক হাপলক্লে। পম্বা মশানা মশাবু 'নুপী মচানি' হায়বা কাওথোকচবী য়াম্না পোঙবী নুপীমচা অমনি! অশেঙবমক ডিয়ার কান্টি, অচাওরম কাবী পম্বাগী নাপল অসি থুদেক্লুনা, নোংমতা ওইরবসু ঐগী নুপীনি হায়বা মীয়ামদা খঙহন্দবা য়াদে! খঙ-হন্নবা হোৎনবা হায়বশি ঐগী অরেপ্পনি .... !

কান্টি—মিস্টর কুমার, মতুমক ঐগীসু অপাম্বনি .... !

বিরকুমার—করিসু লৈতবী নুপীমচা মানা ঐখোয়বু অহু য়োনা ইকায়বা পীবা; হুম, বিরকুমার কনানো খঙদবী—করি, "মহাবলী উমংদা যোগী ওইনা চহি তরেৎ লাই নীংজো অহু ফাওবদা য়াবিবরা য়েংউ।" য়াবিবরা য়েংউ.... .... ! ডিয়ার কান্টি, নং নুপামচা ওইনা পোক্লিবনি; ঐসু নুপামচানি, করি খল্লি? ঐখোয় হিংলুবগী করি অর্থ লৈরি?

কান্টি—মিস্টর কুমার, রাহংতুগী পাওখুম করিনা পীগদগে ঐ খঙদে!

বিরকুমার—খঙফমসু থেক্তে! মতুগী পাউখুমদি চিন্না পীগদবসু নত্তে; থবক্না থবক্কুনা পীরগতদা মপুং ফাগদবনি।

কান্টি—অশেঙবমক্কি মিস্টর কুমার, থবক্না তাক্কদবনি— .... .... !

বিরকুমার—করিসু লৈতবা আইঃ জিঃ পিঃ অমগী মচানুপী ওইরগা নাপলনা মাঙ থাবদি ঐখোয় পাঙমন্দে তাকপা নত্রা? হুম, ফজবী, নংগী নীং-থিবী শক্তু রাঙাংনা য়েক্লবা ওইহুনা চন্নফম খঙদা মাঙজবা নত্তুনা করি ওইজবা ফংবগে য়েংউ!

হায়রিঙৈদা রাল পিচছতা অযুক্কী পুং মাপল তারকপগী বেল য়ৈরকই।

কান্টিনা—মিস্টর কুমার কলেজ আরার .... .... !

বিরকুমার—ও! ডিয়ার .... .... .... ....!

অসুম্না হায়নহুনা চৎনবা শেম শাহৌই।

বিরকুমার-খোয়না কলেজ চৎকদবগী ভাংনখিবা নুমিৎশিগী নুংথিলগী পুং ১ হায়রক্লে। ডিঃএমঃ কলেজ হোলগী মমাঙদা খা-রাং চৎলিবা লম্বীশিদনি। লম্বীগী মনিং থঙবা সাইডতা, হোল ময়াদা হৌরিবা উপালশিগী মখোঙদা; উশিদা ভারভনা ফম্নগা শ্যাম্মোনা মাগী শৈরেং ময়াম ইবা বোয় অথাবদু ফাক্ল-ফাক্লদুনা মাগী শৈরেংশিংদু য়েংদুনা লৈরমলিবা। ভাইহাক লৈরগা ওফিস লোমদগী লাক্লগা শ্যাম্মোগী মনাক্তা চংশিল্লকুনা হরাওনা হায়রকই—

শ্যামনা—মরুপ! হন্দক্কী ঐখোয়গী কলেজগী ড্রামা সো 'সিদা ঐস্মু য়াওবা তারি, করি খনবিবগে.......... ?

শ্যাম্মো—অওইবা মরুপ! শোয়দনা য়াওগদ্রা........?

শ্যাম—শোয়দ্রবনি কৈদৌরগে মরুপ .... .... .... ?

শ্যাম্মো—অস! অদুদি ঐস্মু মরুপকী কুমৈ য়েংবা .... .... ! অ নত্তে, উবা ফংগদৌরিদনা !! যাম্না ফৈ মরুপ য়াওবিগদবনি !!

রা হায়জবতনি, ফিভমদি হান্নগুম অদুম লৈরি। শ্যামনা খ্বাঙ মেৎলদুনা মখুৎনা উদা শৌদুনা লেপ্লি। পদ্মা, শ্রর্মিলা অনিস্মু ওফিসতা চৎলুবদগী লম্বীশিদা লাক্লি। শ্যাম-খোয়দি তাইরনিংবা, মায়থোঙদি নুংশিদবগী মওংকাক উৎলগা শ্রর্মিলাদা হংলকই—

পদ্মানা—ইতা, হন্দক্কী ড্রামাদা শরুক য়াগদববু কনা কনানো ?

শ্রর্মিলা—অহঃ .. হঃ .... ! থঙনিংলরিনি অমা য়াওবদা ... !!

পদ্মা—হাইমা! মতা অমনিকো, হয়েংমখৈদি শুকহং-হংজররোয় !!

শ্রর্মিলা—খঙলবুদি হংই হায়বরো .... .... !! হায়রগেশে ওইন-চাংবী ! মরু ওইবা শ্যাম, নং খঙজরেদনা ....!!

পদ্মা—অওইবগীরো ইতা .... .... .... .... ?

অস্মুন্না হায়নদুনা লাকই। হায়খিবা রাশিংদু শ্রর্মিলাদি শ্যাম্মো খোয় লৈ হায়বশি শুংখঙ-খঙদনা হায়খি। য়েংথোক্লকপদা, শ্যাম্মোনা ফমদুনা লৈরম্মদু উরকুনা মশাদা ইকায়জবগুম্বা অমা পোক্লকই। ইকায়-নুংশি য়ান্ননা লুকথখি।

শ্যাম্মোস্থ করিমতা খওদনা শৈরেংস্থ যেংস্তুনা অতুম লৈরি। পত্মানা খুদক্তা উবা মিৎয়েং ওইনা শ্যামদা য়েংজরকই। অত্থগা তুমিন-তুমিন লাক্লি।

শ্যাম্মোগী মনাক য়ৌশিল্লকপা অতুরায়দা ইখঙ-খঙহৌদনা নোংলৈনা হুম্লক্লুনা শ্যাম্মোগী শৈরেংশিংস্থ ইপাই-পাইথোকখ্রে। শ্যাম্মোনা অফিং-অফায় ওইনা ফুক হৌগৎলক্লুনা পাইথোকখিবা শৈরেংশিংস্থ খনজিল্লকই। অত্রাংপা অস্থুম য়েংলকপদা শ্রর্মিলাগী মমাঙদা তাডুনা লৈরিবা শৈরেংস্থ উরক্লুনা, শ্রর্মিলাদা ঙক্লপ য়েংলুরগা খুনগৎকদবগী শৎ নোম্থরকই। শ্রর্মিলানস্থ 'খুনগৎলগা পীগে' খল্লুনা লৌখৎকদবগী নোম্থরকই। অনিমক চপ মান্ননা থোক্লুনা লৌখৎনবা ঙম্মদনা ইকায়না য়েংনরকই। অত্থুম্না অমুকস্থ তোই। পত্মানা মখোয় অনিগী মতৌ য়েংনা-য়েংনা শ্যামদা হুরাল মিৎয়েং অমনা য়েংলকই। অনিস্থ মিৎচান্নখি। শ্যামনস্থ য়েংথোক্লকপদা তৌনরিবা মওংস্থ উংহুনা মতোমতা—

শ্যামনা—অ....ও ও ও ! শোরি ... !!

হায়রম্লগা মথারোমদা অতুম পরপ-পরপ চখোকখ্রে। পত্মানা মায়থোঙ মকা লাম্না শ্যাম্মো-খোয়দা নোকফেৎ তৌনা য়েংলি। অনিনা লৌখৎপা ঙম্মদনা লৈরি। খুনগৎকদবগী থোরাংলিবা—

শ্যাম্মোনা—শোরি ... .... .... ....!!

হায়না শ্রর্মিলাদা ফৎ য়েংজরুই। রাখল ওংনা য়াম্না হায়ঙমদনা হায়রকই

শ্রর্মিলানা মসিমক ঙায়জরকপা মংম কুইরবনি ! থেঙনবা মিবুপশিদা, লৈমায়দা তারিবা মচেংশিবু কন্না ইখুৎশিনা খুনগৎচনুনা পম্মোয়দা চেৎনা কোল্লশিগে !!

শ্যাম্মো—শোরি ! এক্সকিউজ মী .... .... .. !

অস্থুম্না হায়তুনা শ্রর্মিলাগী খোঙদগী হৌনা মায় ফাওবা চিংনা য়েংলম্লগা চৎখিগদবগী তৌরকই। তাঞ্জা অসিমক্তদা মথারোমদগী ওটো-রিক্সো অমা থৌগৎলকই। তান চানরতুনা শ্যাম্মোনা মখুৎ তিংথোক্লুনা খাম্লগা তোংখৎখ্রে। খঙলক্লতুনা নীংবা কায়না শোঞ্জরকই—

শ্রর্মিলানা—ও শোরি ! রাইট প্লিজ .... .... .... .... .... !

হায়না চেহু খুনগৎলগা পীগদবগী চেনশিল্লক্লি। শ্যাম্মোনদি ভাইরমদনা অতুম থোইহনখ্রে। পেনজহৌদ্রতুনা মতোমতা মুংঙায়তনা শোনজরকই—

শ্রর্মিলানা—ও ! মায় গোড .... .... .... .... !!

পত্মা—ইতা, তু অসিদগী লম্বীশিদা শোয়দনা থৌরক্কনি !

শ্রর্মিলা—ও ! ইতা, কুইক-কুইক .... .... — .... !!

অসি হায়রতুনা চেহু পায়দ্না মমাঙগী লম্বীশি তম্না পরপ-পরপ লাক্লগা, লম্বী ময়াদা লেপ্তুনা ওটোহ্ন লাকপা ভাইররি। পত্মাস্থ মতুং ইন্নরক্লি। শ্যাম্মোনা তোঙখিবা ওটোদ্স্থ থৌরক্লি। মখুৎ-খল্লদ্না হায়জে—

শ্রর্মিলানা—ষ্টোপ প্লিজ ! ষ্টোপ .... ষ্টোপ .... ও !

পত্মা, শ্রর্মিলা—রাইট প্লিজ ! রাইট-রাইট····রাইট প্লিজ— !

ড্রাইভরদ্না খামগদবগী তৌজরকই। অদ্বু শ্যাম্মোনা খামদনবা ইঙ্গিং তৌবদগী অদ্ম থৌখ্রে। নীংবা কায়হৌরবী—

শ্রর্মিলানা—ও ! শোরি ইতা .... !

নীংবা কায়বা মায়থোঙনি। মুংঙায়তনা য়েংলুরগা—

পত্মানা—ইতা, নং মাগী শৈরেংশি চেকশিন্না থম্মু ! মসি মা নোংমা শোয়দনা নীংশিংলকখিনি ! মতুদা শোয়দনা থিরকখিনি ! মতমতুদা ইতানা পুথোক্তুনা পীবা ঙম্নবদি মানা ইতাবু খক কাওরোয় ! পুন্সি চুপ্পা নীংশিংতুনতা লৈগনি !

শ্রর্মিলা—মানা ঐঙোন্দা হংলকখিগদ্রা ইতা ? শোয়দনা নীংশিংলকখিগদ্রা মানা — .... ...?

পত্মা—করিগী নীংশিংলোয়, নীংশিং খুদম ওইনবা থনম্বনি ; ইকায়বগী তৌজখিবনি .... ··· !!

শ্রর্মিলা—ও-গোড ! মতুমক ওইজগেকো ইতা ! ফরে ইতা, ঙসিগীদি নং ঐস্থ কায়নরশি ! ঐস্থ সাইকল য়াওরক্কে, রিক্সোদা হনখ্রগে !

পত্মা—ফরেনে ! ঐদি সাইকলনি ! সাইকল সেটতা লৈহৌরি ! ফরে ইতা হল্লো, বায়-বায় .... .... ... !

শর্মিলা—বায়-বায় — .... ... .... !

হায়রম্লগা শর্মিলা লম্বীদা লাকপা রিক্সো অমা খাম্লগা তোঙড়ুনা চংখি। পত্মানা লেপ্তুনা ঙাইহাক য়েংলম্লগা কলেজরোমদা অমুক চংলক্লি।

শোমদনা, ঙসাই-মথৈ তৌনরিবা মওংশিংষু শ্যামনা য়েংষুনা লৈরম্লি। পত্মা চংলকপা ঙাইষুনা ফম্লম্লি। অতুম্মা পত্মানা হঞ্জিল্লক্লবষুদদি শ্যামনা উদা ঙারগা খঙজিম্মদবা শারষুনা, পত্মাদা লোম্না-লোম্না য়েংলগা ইশৈ শক্লকই—

শ্যামনা — রাশিবু হায়রমদনা নংনা
নুংশি হায়না ফোঙদোক্লমদনা চৎলগেরা ॥ রাহৈ...
থাজ মানবী নংনি, নুংশি থোইবনি ঐগী
নংনা ঐগী থরায় ওইবীনি
নংনা মহেল্লে ঐগীদি
নংনা জুলিয়েত ২ ঐনা রোমিওনি ॥ রাহৈ....
খোঙথাঙ খুদিং নিকুপ খুদিং
য়েংলক্লিবা নংগী মিৎয়েংনা
নংবু হেন্না-হেন্না নুংশিহল্লি
নংনা ঐগী ২ গুলাপ্নি
থম্মোয় নুংদা লৈশাং তম্লরো ॥ রাহৈ....
ঐগীদি নংতনি নংতনা ঐগীনি
লৈরাংলক্কগী অহেনবী
শীঙেলক্কগী অথোইবী নংনি
নংনা ঐগী থরায়নি, ঐনা নংগী থরাই-নি ॥ রাহৈ....

পত্মা সাইকল ইন্থোক্লক্লগা তোংখৎতুনা থোরি। য়ানিংষুনা নোকমি-নোকমি তৌই। শ্যামসু সাইকল তোখখৎলগা থৌমিন্নখি।

মগোয় অনিনা অড়ুম্মা চৎমিন্নখিবদ, বিরকুমার, কান্টি অনিনা থৌরকপদা উহৌরড়ুনা থম্মোয় শোক্না শাওড়ুনা—

বিরকুমার—শ্যাম ... .... ... !!

হায়রড়ুনা থাঙ উৎতুনা শীঙহৌই। কান্টিগা লোয়ননা লেপ্তুনা লৈ-হোই। কান্টিসু শাওই।

*শ্যাম*না ইশৈ শরুগা পম্মাগা চৎমিন্নখিবা মুমিৎতুগী মতুং থা অমা কারক্কদোরে। নোংমগী মুমিৎতুগী অয়ুক্কী পুং ৮ লোম তারে মতম্মা। মধুসু-দোনগী য়ুমগী মাঙ্গোলদনি মফমদু। থাবিবা চৌকুনচিংবদ্ মহৌশাগুম অত্থম লৈরি। টেবল মথক্কুনা, হোকড়না লোকেল পেপর খরা থনম্নগা অদুম চৎখি। নিলবাবুগী কারদ্ থৌরক্লগা গেট রাংমদা খামলম্লগা নিলবাবু মাঙ্গোল তম্মা চংলক্লি। মধুসুদোনসু ইমুংদগী থোক্লকই। অনিমক উনবদুনা হবাও-হরাও কৌনরকই—

মধুসুদোন—এ! আইঃ জিঃ পিঃ বাবু!!

নিলবাবু—নমস্তে! নমস্তে জর্জ্জ বাবু!!

মধুসুদোন—লেঙশিনবিরকশি! হায় তারিবরা ইবুংঙো মমা, আইঃ জিঃ পিঃ বাবু লাকইহে! গ, আইঃ জিঃ পিঃ বাবু কদোমদা লেঙবিরুবা?

নিলবাবু—জর্জ্জ বাবু, থবক অমা অত্থম চৎচরবনি; লম্বী থোক্কুনা অসুম হাইজিনজরক্লিবনি!

ইবেমহল—আ তাদা লেঙবিরক্লি .... ....!

নিলবাবু—অহোয় ইবেমম্মা লাকচরিএ ........!

ইবেমহল—করি তানবিগদবা লৈবিবগে ........?

নিলবাবু—করিসু থোইদোকপা লৈজদে ইবেমম্মা, অসুম চুম্মা উনজনিংদনা লাকচবনি! ফম্মিন্নদবসু ফনা মকুইরে হায়দনা .... ....!

মধুসুদোন—আ, চা; চা অহাওবা অমমম .... .... ....

ইবেমহল—হোয়-হোয় হোৎনজরক্কে .... রামশিং .... .... ...!

রামশিং—সু ইবেম্মা! সু ইবেম্মা লোয়জরে-লোয়জরে; চা....চা চা!! জর্জ্জ বাবু চা... চা— !!

চা অমা পায়রগা হাথু-হাথু চেম্মোক্লকই। অদুগা মধুসুদোনগী মমাঙ, টেবল মথক্কুদা থম্নগা খরা চৎথোকতুনা মখুৎ তৈথোকতুনা লেপ্লি।

মধুসুদোননা—ইহে, রামশিং, নংশি ওম্মোক্লা নমায় থকখ্রেদা .... !

রামশিং—এ! করি রানিনা বাবুনা তাকপিরিবশিবু! মতম হেনথ্রগা ঙাংবিগদ্রা হায়দুনা হোৎনজরিবা ঐবু করিস্থ লৈতনা খনবিরেনা!

মধুসুদোন—রামশিং, চাশি অনি শুদে হায়রানি .... .... ....!

রামশিং—এ! স্না ইবেম্মা, করি রানিনা? ঐখোয় বাবুনা তাকপিরিবশিবু? নিতী নুমিৎ খুদিংগীদি চা-শি অমমমতা মতৌই, ঙসিনা অনি শুদে হায়রি-রাশিবু; নত্তে স্না ইবেম্মা, ঐখোয় বাবুশিবু ঙসি অহিং চিন অনি লোঙলম্লবরনে? মায় অনি পানবদি উদে!

মধুসুদোন—রামশিং .... ... ....!

রামশিং—বাবু -- .... .... ....!

ইবেমহল—রামশিং, নংশি ওন্থোক্না নমায় থকথ্রেদা! তাদা আইঃ জিঃ পিঃ ফম্লিবশি উদ্রবরা?

রামশিং—হা! আইঃ জিঃ পিঃ হায়বা স্না ইবেম্মা! বাবু চা....চা....চা....!!

মধুসুদোন—কয়া মথোঙ হুকখিদ্রবা মীনোনেশে! আইঃ জিঃ পিঃ বাবু রারো-বিবা য়াদে!

ইবেমহল—শিনি তাদা, মথোঙ হুক্তবা মী শঙ্গ তৌবশে চোপ্লিংঙাই-চোপ্লিংঙাই-মক্তা! লেমজফম হায়বহ্ন মচেৎ অমতা লৈতবা জাৎনি!

নিলবাবু—এ, করিগী চোপ্ল্ গদগে ইবেমস্না, উদহুনা তৌবনি; খঙদবগা চপ মান্নে!

রামশিং বাবু চা — চা .... চা ....!

হায়দুনা চা অমা পায়রগা টেবল মথক্তা থম্লরি। অম্বগা শরা চৎথোক্লগা হান্নগুম অমুক খুৎ-শা তৈথোক্লনা লৈরি।

মধুসুদোননা—কয়াদি ফিংলগে হায়বা, নংনা ফিংলিবশি রামশিং! বাবু চা লোৗবশি!

নিলবাবু—মায়-মচাশি ঐদি য়াম্লবু নুংঙায়রিনে জর্জ্জ বাবু .... .... .... ....!

ইবেমহল—রামশিং, নমিৎ ওন্দবগী করি শারগেশে? ঈশিং য়াওদনা চোৎলে হায়বা! নত্তে, নংনা অসুক য়াম্না ফিংলিবশিবু করিগীনো হায়বা? নংবু চহিস্থ ফনা ময়ায়ে, অহল ওইরগা ফগরা হয়রগা চহি য়াম্ল-য়াম্লগা

অস্থুম হেঙ্গিল্লক্লিবশিবু করিগীনো ? করম তৌগদৌরিবনো নংবু ?

রামশিং—ইহে-হেক ... ! স্না ইবেম্মা: ই হেক-হেক, ঐশে ঐখোয় থৌরানিগা ঐজ্ঞাচৌগনা নহা ওইরিবৈ; ঈ খেঙলিডৈদা পোকই হায়, অদুনা ওইর মাল্লে ! ইহেক-হেক হু-হু .... .... !

হায়দুনা নোঙ্গমগা অঙ্গুম চেংশিনথ্রে। অতৈনা নোকমি-নোকমিরদুনা য়েংহোই। নোক্লিং-বোয় করিওই—

ইবেমহলনা—হাইমা ! মসিদি তশেঙনা হেক্তা ঙাওরেদনা! হায়, কারন মপাল থোকপা নংবু করম তৌগদৌরিবনো ? তাদা তৌরিবশিনিদো, উবিরেদনা ; ওস্তোক্কা মথোঙ লুকখিদ্রব-জাৎনি !

নিলবাবু—ইবেমম্মা য়াম্নবু ফরিনে, অরা পোথাফম ওইনবা .... .... !!

মধুসুদোন—আইঃ জিঃ পিঃ বাবু, হুন্দক্কী ইচাশিংগী কুম্মৈশি য়েংবা তারিদনা .... .... ?

নিলবাবু—অহোয় য়েংজগনি ! নুপা মচানবু মকুওইবা শরুক লৌরি হায়না তারি জর্জ্জ বাবু .... .... ....

মধুসুদোন—হোয়-হোয় ! আঃ নুপী মচাসু মরু ওইবী শরুক লৌরিসু তারি — .... .. !

নিলবাবু—হোয় মহুম্না মহায়নৈ জর্জ্জ বাবু .... .... .... !

ইবেমহল—মমা ঐনা নীংজবগা, ইচানা তৌথোক্কপগা চপ হেক চান্দো !
মমাগী পোমিট খঙবা ইচানিহে তাদা ... .... .... !

নিলবাবু—মানি-মানি ! ইবেমম্নানা পোকচবা ইচাসু মমাগী পোমিট খঙবা ইচানুপা ! ঐগীসু, মপা ঐগী ইঙ্গিৎ খঙবী ইচা, হা — .... !

মধুসুদোন—থাগৎনবিয়ু ! থাগৎনবিয়ু ! অমনা-অমদগী তাথবা য়াবা নত্তে ! অমনা ইঙ্গিৎ খঙবা, অমনা পোমিট খঙবী ; ইঙ্গিৎ খঙবগী মচা ইঙ্গিৎ খঙবী নুপী ; পোমিট খঙবীগী মচা, পোমিট খঙবা নুপা, ঐগীনা ইচাগী ইমৌ মকু ইবুংঙো .... .... ! করি হায়গে আইঃ জিঃ পিঃ বাবু.... ... ?

নিলঃ মধুঃ ইবেঃ—উম হঃ হঃ হঃ.... !

অস্থুম্না য়াম্না মুংঙায়না নোকমিন্নরদুনা মচা অনিগী মরমদা রারি শানরদুনা লৈহোরি।

*শ্যাম*, পত্মা অনিনা হিরো, হিরোইনগী শক্তম লৌরগা ড্রামা উৎকদবা নুমিৎতুগী অয়ুক্কি। মতম্না পুং ১১রোম তারে। ডিঃ এমঃ কলেজগী, ওফিসগী মমাঙদা লৈরিবা প্লে-গ্রাউন্দ লোয়ননা ওফিস, অসি-মথৈনি মফমদু। লম্বীগী মমাঙ ওইনা হৌরিবা পুঙকক চাংবা উপালশিগী মখোঙশিদনি, বিরকুমারনা ঙাথত্তুনা ফমলম্লিবা। কান্টিনা খুৎ-য়েৎনা উশিদা শৌরগা থাঙ মেৎলত্তুনা লেপ্লমই। মোরে কেপ-কাক উপ্পি ফিজোলত্তু। বিরকুমারদি রাখল তৌরম্লি। নুমিৎ য়ুংলকপগী নুংশানস্তু ময়েক শেঙনা শারি। চুরুট-মৈখেৎ লৌথোক্লুনা অমমম পায়নরগা চম্লত্তুনা থক্লগা মৈখু অশাঙবা অমা কামথোক্লগা রাখল তৌনা হায়রকই—

বিরকুমারনা—ডিয়ার কান্টি, শ্যামনা হন্দক ড্রামাগী শরুক-কাক য়াঋৎলকপশি ঐখোয়বু য়াম্না উশিত্তবগী মওংনি! পত্মাস্তু, শ্যামনা য়াওরবদি মাস্তু 'য়াওগনি' হায়বগী মওং অমা উৎলকপশি য়াম্ন-মক খোয়দৌ শিন্নিং-ঙাইনি! তৌগে হায়বগী মতাগুম তৌবা— ; হুম, শাগৎহল্লরোয় খল্লম্বা ঈ-শি শাগৎলক্কদৌরি ডিয়ার কান্টি! শ্যামগী মথরায়শি—

কান্টি—মিস্টর কুমাব, নুপা মরক্তগী পাঙদবা অনি খল্লু হায়রবদি ঐখোয় অনি; মীনা নুংশিদবস্তু ঐখোয় অনি; উশিত্তবস্তু ঐখোয় অনি; নুপীনা পাম্বীদবস্তু ঐখোয় অনি; মীনা খিনবা গুন মথৈদি পুন্না পায়-রিবা ঐখোয় অনিনি! ঐখোয় অনিদগী হেনবা কদায়দগী লৈবমগনি। শিবনা হেন্না ফৈ মিস্টর কুমার!

বিরকুমার—ডিয়ার কান্টি, করিগী অত্তুক নীংহন্নবা ....? নুপামচা নত্রা? মচিল মৈ মুবতা মঙায়রি, মতাং চাবা ঙায়বশি ঐখোয়গীদি তঙায়-ফদবা ইথৌ নত্রা? রাহেত্তুনা নশানা তৌবা নশানা থাজদবা উৎত্রা? করিস্তু লৈতবী নুপী-মচা অমগী থবক্তা অত্তু য়ৌনা নীংহন্নরবদি নংগী নশাগী তুংগী ফিরেপ করিনো?

কান্টি—মিস্টর কুমার, ঐগী রাখল লানথ্রে; মত্তুগীদমক ঙাকপিগনি!!

ৱাশি হায়নহুনা লাকপনা নোটিশ বোর্ডকী মনাক্তা অমুক লেপ্লরি। অদুগা নোটিশ অদু য়েংলুই। মরোলদি ড্রামাগী মিং, য়াওগদবা মীগী মিং ইরমই। য়েংলুরগা য়াম্না শাওনা চেহু শেগায়গদবগী—

বিরকুমার—ডিয়ার কান্টি .... .... .... !

কান্টি—হেরা, য়েংনিংদবা মিংশি ফৎ-হেক শেগায়রগা লোয়রে .... .... !

হায়দুনা নোটিশ পেপরদু ফৎ-ফৎ শেগায়। থাঙ উৎলহুনা—

বিরকুমরনা—ডিয়ার কান্টি, ঙসিগী ড্রামাদা ৱান সজেসন .... .... !

কান্টি—মিস্টর কুমার, এস্যু মিস্টর কুমারগীদমক .... ... .... !

অসুম্না থাঙ উৎতুনা মখোয় অনিনা শ্যামবু শীঙদুনা লৈহৌই।

## কুন

ড্রামা উৎকদবা মতমদুগী মমাঙদনি। মফমসু ড্রামা হোলদানি। স্ক্রীনদু লেঙলি লেঙলি হাইদুনা লৈরি। ষ্টেজগা মায়োক্নরিবা সিটশিংগী মরক্তা অনি অহুম নত্তনা অতৈদি ভাবোক্না লোয়না ফমদুনা লৈরম্লে। জেণ্টলমেন সাইডকী মমাঙগী সিট পরেংদা মধুসুদোন, নিলবাবু, শ্যাম্মো ফমদুনা লৈরি। লেদিজ সাইডকী মমাঙগী সিট পরেংশিদনা শ্রর্মিলাসু ফমদুনা লৈরম্লে। ভাবোক খুদিংমক্না ড্রামা হৌবা ঙাইনরি। অসুম্না লৈনরিঙৈদা বিরকুমার, কান্টি অনিনা থোঙদু থক হাঙদোক্লগা চংলকই। থোঙজিল কানশিল্লক্লগা লেপ্তুনা, শাওরপ মায়থোঙগা লায়ননা ময়াম পুম্নমক্তা য়েংলকই। হোরেলগী মফম য়েংলিবনি। অদুম্না য়েংলুরগা বিরকুমার, কান্টি অনি লোম্না ইঙ্গিৎ তৌনরম্লগা অহাঙবা সিট অনিদু তম্না চংশিল্লকুনা শাওরপ্না ফমথররে। ড্রামারোমদা পুক্লিং লুপ্নরক্লে। ঙাইহাক্কী মনুংদা ড্রামাসু হৌরক্লে।

## ১বা উৎপা

স্ক্রীন হেক চিংখিবগা শ্যাম, য়াম্না লাইরবা, কনা অমতা লৈজদ্রবা, মচল কায়না মৈশা লাঙলবা অমা ওইনা য়াম্না নীংবা কায়না বাঁশি অমা পায়রগা

চীংতুম অমদা ফমতুনা লৈরমই। ফম্ন-ফম্না মানা থবক শুবা হল্লকপদা ময়ুম মৈ চাক্লম্বা ; মচল য়াংখিবতু নীংশিংলুবদা মমিৎতা শং-শং উরকই।

মৈনদি অস্তুম চাকশিল্লক, পীক্লিবী মচলনদি জ্ঞান তাদনা রান-রান খাওলম্বা, মবুঙগী লাইরিক কোল্লগা চাক্লিবা মৈ মরক্তুদা টেবল কোন্দুনা—

মচলনা— তামো .... তামো .... তামো .... ... ....

অস্তুম হৌন-হৌনা কৌরম্লগা মৈশা পাঙবা ঙম্লক্তুনা কৌরম্লগা শিথিবতু শং-শং উরকই। মচলনা রারমগদবতু খল্লুবদা শ্যাম হায়ফম খঙদবা অরাবা শকফম অমগা লোয়ননা লাওরকই—

শ্যামনা—ইবুঙগী ইবেম্মা, ইবুঙ লাক্লে! ইবুঙ লাক্লে, মিৎকুপ অমতদি খাঙলমখো, ইবুঙ লাক্লে!

হায়দুনা মমিৎতা উবিবা মাইকৈ তম্না চেনশিল্লকই। খুদকশিমক্তুদা, ভুইয়াম্না হাৎকদবগী তান্নবকপা শজি মচা, মা তম্না চেনশিল্লকপা অমবু মচল ওইনা উপিতুনা কোল্লুরি—

শ্যামনা—ইবুঙগী ইবেম্মা! ইবুঙ লাক্লে .... ইবুঙ লাক্লে ... !!

হায়রদুনা অরা নুংঙায় ইরোয়ননা য়েংলকপদদি শজি মচা অমনা মমিৎ মানা ইথক-থক্লা মাবু য়েংদুনা লৈবদ, উরকপদা ইওক-ওক্লা হায়রকই—

শ্যামনা—শজি !! হৌজিক্কীতুবু নং .... ... !! অসিরা? অসিরা ঐগী পুন্সি? ইবুঙগী ইবেম্মা নং ইবুঙবু রারোগনুকো .... !! হায়য়ু নংশি ঐগী ইচলনা ওল্লকপরা নত্রগা ঐগী অরাবা উবিরিবতু নংলা? নংনা ঐগী অরাবা উবিবা অশেঙবা ওইরবদি লাও চৎলি তাইবঙ লম্বীশিদা, ঐগী ইতুং ইল্লু .... !

শজি মচাদু তান্নরকপা ভুইয়ামতু লোয়না হনখ্রে। শ্যামনা, শজি মচাতুগী মঙক্লা খুদৈ মচি অমনা কিরগা, অমনা পায়তুনা তপ্না তপ্না লাক্লি। শজি মচাতসু অদুম ইল্লকই। অস্তুম লাকপদা উ, অমগী মখোঙদা চংশিনখি। অতুগা শজিদুদা য়েংনা-য়েংনা ফমথত্রে। শজি মচাতুসু মীরোল খঙবগুম্না অস্তুম লেপ্লি। মতৌদুদা মুংশিরতুনা—

শ্যামনা—বা ! নংনা ঐগী ইচল ওইনা ফংজরবা ! ঐগী রানিংঙায় কার
লৈরি ? নংগীনা করি .. ? রারুঙ্গু হোন্দোকখ্রো অরাবগী নুংশা স্বর ;
হোঙ্গু নুংঙায়বগী স্বর ; শাগু জগোয়, নংগী শাথেক্কো, ঐগী মাঙদা,
ঐগী বাঁশিগী স্বপদা....!!

ঙায়দুনা নুংশিনা নানবিরগা বাঁশি নুংশিনা খোঙলকই। শজি মচাদুস্থু
চোঙ-ফন্দুনা হবাওনা জগোয় শারকই।

পত্মানা, জমিন্দারগী মচা ওইদুনা মপাগা লোয়ননা কাশ্মীরদা লম-
য়েংবা লাক্লি। লম্বীদা শজি মচা অমা গেঙনদুনা মপা-মচানা তান্নরকপদগী
মাঙথোকলিবদু থিরক্লি। অদুম্মা থিরকপদা অরাপ্পদগী খোঙলকপা বাঁশিগী
খোঞ্জেল অমা তারকই। বাঁশিগী খোঞ্জেলদুদা মপুক্রিং মথুম-মরাঙ হৌরদুনা
ঙক্লুপনা হায়রকই—

পত্মানা—বাবা ! বাঁশি ....!! বাবা, বাঁশিগী খোঞ্জেল .... !!

জমিন্দার—কদায়দনো বেটি ? খোঞ্জেলশি ভন্তোক্কা পুক্রিং হুনা শুমহংলি !
ইপাগী পুক্রিংশি মঙং অমা তৌরে ! থিয় বেটি ; য়েংউ মায়কৈ
কদোমদনো ? কয়া শুমহংনিংঙায় ওইরিবা ... .... !!

পত্মা - বাবা, ঐখোয়না লমলৈমনা পুবিরবরা নত্রগা উনংগী লাইরেনবীনা
কাবিরেবরা ? মখোলতমক তারিবা মশাক্কি শুংউ-উদবশিবু করি মতৌনো
বাবা ? বাবা, ঙসাইগী শজি মচাডুস্তু কয়া ফজখ্রবা ! অদুগা ইকোক
কোকপন্থুদা খঙহৌদনা মাঙখিবা। নত্তে, বাবা ঐখোয় ...

জমিন্দার—করিমতা চিংনগন্থু বেটি, কনিমতা চিনগন্থু ! পুক্রিং কাথৌ ; নফম
অসি নহৌশা কৌবা লাইবেনবীগী ভুলফম্নি ! নুংশা থিগন্থু, ইপা লৈরি
নংগী নাক্তা .... ... ! য়েংউ, মাযৈক পুম্নমক ফজবগী ফজবা ঙাইহাক্তা,
হৈকোন লৈকোনগী ফজবা ; হৈরাং-লৈরাংগী নীংথজবা চীংখোঙ-চীংয়াগী
দৃশ্যশি য়েংউ ; কয়াদা পুক্রিং হুনা ফজরিবা !! মরকশিদা য়েংউ,
খোঞ্জেলদু শোয়দনা লৈরমগনি ; মুন্না য়েংউ বেটি ....!

পত্মা—ও ! বাবা আদা লৈরে ! লৈরে বাবা ! তু, আঃ উখোঙদা নুপা
অমা ফম্লি ! মলাক্তা হুইরা করিনো অমস্তু লৈএ বাবা .... !!

জমিন্দার—কদায় ! কদায় বেটি .... .... .... .... .... ?

পম্মা—তু, আদা লৈরে বাবা, আদা .... ! অস ! ঐ মাবু য়েংনিংবনা থম্মোয়শি
মথুম-মরাঙ হৌরে ! করিনো, মীতুন অসিস্তু চোঙবনা লোয়রে !!
অঙনু অরাবদি পোক্কে ! বাবা, মশক অমুক্তা য়েংহনবিয় ; বাবা অস !!

জমিন্দার—কারনো বেটি ! করিনো নং, নং লেপ্পা তনবগুম তৌরে বেটি....!!

পম্মা—বাবা, ঐ করিস্তু তৌদে ; মাগী নশক য়েংল্মশি বাবা .... !

জমিন্দার—য়েক্হনগনি ! ইপানা শোয়দনা য়েংহনগনি ! তপথৌ, শে ইপাগী
খ্বাঙদা কোল্লু ! চৎশি য়েংল্মশি ! ফিংগৎকন্নু বেটি .... !!

পম্মাগী হকচাংস্তু চোকথরকপগুম তৌরকখি। মপানা তুংশা থিরক্তনা কোল্লি। অদুগা শ্যামগী মনাদশিল চংলক্লি। নকশিল্লক্লবদা, শক্তি মচাদু উরকপদা নুংঙাযবা হবাপ্তবা অমগা লোয়ননা, হায়বকই—

জমিন্দার—ইচাগী শক্তি !! বেটি, ইচাগী শক্তি'শিদা লৈবে ! য়েংউ, য়েংউ
বেটি .... — !!

পম্মা—ও ! নায়-গোড ! শুড লাক বাবা ... — .... !

অদি হায়রক্তনা শক্তি মচাদুনা কোনাগদবগী ভৌবকপদা শক্তিদুনা তঙক-তঙক য়েংনম্লগা, কংজুনা বাঁশি খোংঙিবা শ্যামগী শেংগাদা মঙক থিং-জিন্দুনা বুক্লগা মপা-মচাদা মুন্না য়েংলেদকই। শ্যামদি হন্নাগুম বাঁশি অন্তুম খোঙলি।

পম্মা—ও ! বাবা, কয়া ফজরিবা .... .... .... !!

অদি হায়রক্তনা মপাদা কোন্নগা শ্যামদা মন্না য়েংদুনা লেপ্লি। মপানস্তু হান্নদগী য়েংলক্লি। ইশৈ লোয়খিদুনা খোঙবং লেপ্লগা য়েংথোক্লকপদা মনাওদা মপা-মচা লেপ্তুনা লৈবশি উরকপদা পুংঙক-ঙকখি। খঙহৌদনা বাঁশিদু লৈ-মায়দা অন্তুম তাথ্রে। পম্মানস্তু নুংশিনা য়েংলি। মিৎ-কুপ্পুব-মথৈ ওাইহাক য়েংলম্লগা শ্যামনা বাঁশিস্তু লোনংলগা অম্মক খোঙই।

পম্মানা বাবা নহাক অসি .... .... ?

জমিন্দার—ইপা হংগে বেটি ! নুপামচা, বাঁশি খোঙলিবা, ঐগী রাশিমতা তাখো ! হায়য়, নহাক কদায়দা লৈবনো ? ইমা, বাজিগী মিংনা করি-করি কৌই ?

পত্মানা—বাব', ঐখোয়না রানা ভানক্করিবা শজি মচাশি মাগদি কয়া চান্নজ-রিবা ! মচিল-মৌপ্‌গুম, কয়া নুংশিনা লৈমিন্নরিবা ' মানা য়োকচবা শোয়দনা ওইরমগনি ! শজি মচাশি ঐগী ওইন' লৌবিয়ু বাবা ! ঐগী ইতা ওই, নিতী নুমিৎ খুদিংগী শান্নমিন্নজগে !

জমিন্দার—ভাইখো বেটি ! নত্তে নুপামচা, নংগী খশেঙবা পরিচয় অমতদি হায়য়ু ! হায়য়ু নুপামচা, করি মিং কৌই ?

পত্মা—বাবা, অঙাওবা ওইর-মাল্লে !!

জমিন্দার—হায়য়ু নুপামচা নংগী নতৌশি উরগা থম্মোয়শি রাদবা ঙমদে ! করি ননিং থুডদবা লৈদ্রুনা অচিকপা চীং য়াশিদা খন্নক নীবা কায়না ফমদুনা চিন্তা পোৎলুম পুরিবনো ?

পত্মা—বাবা, মহাক লোম্নোক্কবা ওইর-মাল্লে !!

জমিন্দার—ঐনা হংলিবশি বাঁশি খোঙলিবা নুপামচা নঙোন্দনি ! হায়য়ু, নতেঙ পীবা য়াবা ওইরবদি নংগী অপাম্বত্ত ঐঙোন্দা খঙহল্লু ! ঐ জমিন্দারনি, চিংন নু হায়য়ু ?

পত্মা—বাবা, মহাক অপুনবা অমনা পুবিরবা ওইর-মাল্লে !

রাইদুদা শ্যাম বাঁশি খোঙবা তোল্লগা, পত্মাদা য়েংদুনা অরা-শক্লোন পুত্থনা মপুক্লিং নুংশিনা মমিৎ ইরা চেনবা-মখৈ হায়রকই—

শ্যামনা—মানি ! ঐ অপুনবা অমনা পুবিরবা মীওইনি ! তাও, ঐগী পুন্সি রারি ; তারগা ঐগী পুন্সি রারিশি, নখোয় নিত্তগী পিতদি শিন্থরকনু ! করিগুম্বা, পিরাংনা মিৎলু নাপোম ফাওনা তাররবা, পুঙমদ্রবা ঐগী থম্মোয় মৈচাকশি খাঙমদনা লৈহৌরগনি ! রারিনি, ঐবু পোকপা বাজি,ইমা, ঐনা জ্ঞান তাফাৎত্রিঙৈদা ঐগী পিক্লিবী ইচল মাবু থাদোক্লম্লগা চৎখ্রে !! সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে ! বিদায় লৌখ্রে .... ! ঐবু পোকপা—ঐবু পোকপী অনিনা লৈমিত্রবা 'তুংদা ; ঐনা, ঐগী জ্ঞান তাজত্রিবী পিক্লিবী ইচলগা লোয়ননা কোয়না চত্তুনা লৈমিন্নরকই !

পত্মা—ও ! বাবা ... .... !!

শ্যাম—অদুবু লাইবক থিবা ঐগী নোংদম থিবা মপোক্লি ! অঙকপনি,

ঈশ্বর মহাক্কী লিলা, অঙকপনি !! ইমা, বাজ্জি মশক খঙজহৌদ্রবী ঐগী ইচল ...., ঐগী ইচল .... ইবুঙগী-ইবেম্মা, নং ইবুঙবু ৱারৌগন্নুকো !! ঐগী ইচল ...., নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা, ঐনা থবক শুবা হল্লকপদা য়ুম .... ; য়ুমগা কোম্লনা মৈনা তুম্মা .... .... !!

পম্মা—ও ! বাবা ! শিবু করম্বা মাগী মপোক্লো .... .... ?

জমিন্দার—ইস ! বিষ্ণুনু .... বিষ্ণুনু !! য়ুম মৈ চাকপদা য়াওথ্রবা .... !!

পম্মা—বাবা, ঈশ্বরনা অমুক হন্না থোক্তবা পীনবিশনু !!

শ্যাম—শিনি ঐগী পুন্সি .... — !!

জমিন্দার—মুপামচা, নংগী ৱাশি তাবদা ঐগী থম্মোয়শি পুঙমদ্রে ! হায়য়ু, নংগীনি হায়বা কনা'মতা লৈজদ্রবরা ?

শ্যাম—সংসারশিদা ঐগীনি হায়না লেপ্লিনবা অমতং লৈরম্লবদি ঐগী ফিভম, কনা'মতনা অসি য়ৌরমগনি হায়বা ঙমলম্লোয় .... .... — !!

পম্মা—বাবা, মাবু য়ুমদা থম্লশি, ঐগী ইবুঙ অমতা লৈজদে ; মানা ঐগী ইবুঙ, শজি মচা 'শিনা ঐগী ইতারোয় ওইনা নিতী মুমিৎ খুদিংগী শানমিন্নজগে বাবা !!

জমিন্দার—বেটি .... .... !!

পম্মা—করিসু চিংননিংঙাই লৈতে বাবা ! তোল্ল-তারবশিংবু য়োকপিবা, নংগী চাওরবা দাননি ! তৌবিমল খঙদবা মী ওইরম্লবসু নংনা তৌখিবা দানদি লেম্না খক মাঙলোয় ; মতুগীদমক ঈশ্বর লৈ হায় ! মতুগী দন্দিদি তৌবিমল খঙদবা মানা ফঙজগদবনি ! মীনুংশি খঙবা, থোজাল হৈবা মীবু ঈশ্বরনা চাল্লি ; মাগীদমক লক্ষ্মী চাওনা ফাৎলি হায় বাবা .... !

জমিন্দার—অদুদা বেটি .... .... !

পম্মা—অদুদা কৈদৌরবা বাবা ? য়েংউ বাবা, ঐদি শজি মচাশি ঐগী ওইনা পুবিদ্রবদি য়ুমদা হল্লরোয় !!

জমিন্দার—উম, মরম য়াম্না লৈ ! ফরে, শজি মচাশি পীয়ু য়াদ্রবদি কমদৌবা তারি ? শজি মচা য়াওদনা ঐখোয় য়ুমদা হনবা তাদ্রা ?

পম্মা—হন্দবা তায় ! বাবা হনখিবা য়াই, ঐদি হল্লোয়, শজি মচাবু শঙছনা লৈহৌগনি ! য়াম্না নুংশি, য়াম্না পামই ; থরায়দগী হেন্না নুংশি, ঐনা মাবু ! লৌবিয়ু বাবা ঐগীদমক !

জমিন্দার—নংনা শজি মচাগীদমক লৈহোবা ; ঐনা নং য়াওদনা য়ুমদা হনবা তায়, শিনিনে নংনা হায়রিবশে .... .... ?

পম্মা—উম, হনবা তায় বাবানা ঐ য়াওদনা য়ুমদা !

জমিন্দার—উম-হঃ .... হঃ .... হঃ .... ! তাপঙবী, করিসু লৈতবা শজি মচা অসিগীদমক নংবু পোকপা নমা অদুগা ঐবু থাদোকপা ঙমগনি হায়বা ? অদুদি, নংনা পামজবিবা শজি মচা, লোয়ননা মাগা পুরবদি ঐবু করি ওইহনবা ঙমগনি ?

পম্মা—হঃ ... হঃ .... হঃ ... !! মায গোড, বাবা ইয়ু আর মায় গোড ! ঙমগনি, ঐনা নংবু, ঐবু শেম্বাবা "ইপা" হায়না থম্বা, অরাংবা থাক্তা ! বাবাগী নীংবা থুঙনবা হোৎনগনি !

জমিন্দার—ফরে বেটি, ঐনা হায়বদি নংনা য়াবা তায় ... .... !!

পম্মা—ঐনা হায়জবা বাবানা য়াবিরবদি, বাবানা হায়বা ঐনা য়াদবা তাবরা !

জমিন্দার—উম !! ফরে নংনা, ঐনা হায়বদা হিক্তোক্লোয় হায়রবনিনা, নংনা পামজরিবহু ইপানা পাওথোকপিগনি ! ফরে, নুপামচা, নং, নংগী শজি মচা নত্তনা নংগী কনাসু লৈতে হায়না খক চিংনগনু ; চৎশি, ইপাগী য়ুমদা নংগী শজি মচাগা লোয়ননা ; নচল লৈতে হায়বগী চিংনগনু ; নচলমক্তি খল্লু, নংনা নচলবু ! অদুগা নুংঙায়না লৈরো ইপাগী শঙ্গায়দা .... !!

শ্যামনা য়ানিংদবগী মওং উৎকদবগী তৌরকপদা শজি মচানা শ্যামগী ফিজি চিক্তুনা পম্মা রোমদা হেক-হেক চিংলকই।

পম্মানা—ঐগীসু নংগুম্বা ইবুঙ অমা থিরকপা মতম কুইরে ... ....!

জমিন্দার—করিমতা চিংনগনু, ইপাগী শঙ্গাযদা নুংঙায়না, চানিংবতা চা ; শেৎনিংবতা শেৎ ; ননিং তৌনা লৈয়ু ! চৎশি নুপামচা, ইপাগী শঙ্গায়দা .... .... ... !!

শ্যাম—য়াম্না লাইবক ফবগী রানি ! অদুবু .... ; নত্তে ! ঐ, নংগী

নুংঙায়-য়াইফবা ইমুংদা লৈগদবা মী নত্তে। মতিক চাদে, য়ুমদুদা লৈবা, ঐ মতিক চাদে; রারৌবিনু!

জমিন্দার—করিগীনো নুপামচা ওইনা পোক্লগা অতুক হন্থবা রাখল খল্লিবদি....?

পত্মা—অতুম্না অরাবগী রাখলতা খন, নীংবা কায়বগী শক্লোনতা পুহনা পুন্সি লেনবিগে খক খনবিনু !! পোকঙমদা পোকপা মীওইবগী মপোক্লি ! নংনা ঐগী .... .... !

অসুম্না হায়নতুনা শ্যামবু পুদুনা চৎমিন্নখি। শক্তি মচাসু অতুম পুখ্রে।

## ২বা উৎপা

শ্যামনা, জমিন্দারগী য়ুমদা লৈখিবা চহি অমা হায়বক্লে। নোংমগী নুমিদাংদনি। মফম্না সোসেগী য়ুমদনি। কা মনুংদনি। রাউন্দ টেবল অমা কাশিগী ময়ায় ওইনা লৈ। ফক্লাং ময়াদনা ডেকোরেসনগী পোৎনা ইকোয়-কোয়শিল্লি। মোমবটিনা থাওমৈ ওইনা থাল্লি। টেবল মথক্তুনা হুইসক্রি লিক্লি, থকপদা শিজিন্নবা গলাসনচিংবা লৈ। শেল য়াম্না পায়বা মীওই অমগী য়ুমনি।

ঙাইহাক লৈরগা মশা-মউ ফবা, হাং-চাওরবা, য়েংবদা কিনিংঙাইগী মশক ওইবা সোসে, নুমিদাংরায়রম চৎথোক্লুবগী ফিজোলগা লোয়ননা অইবা চে (উইল) অমা য়েংল-য়েংলদুনা শাওরপ্পা চংলক্তুনা চৌকুদা ফম্লরি। চেদু অতুম য়েংন-য়েংনা হুইসক্রিদু হৈরগা থকপ-মখৈ থক্লগা য়াম্না খানা উশিত্তুনা নোক্লকই—

সোসে—হুম-হু-আ .... হঃ .... ইহা .... হা .... হা ....! জমিন্দার সাহেব, ইপামক্কা, নংগা ইনথ্রবা উইল, "নংগী নচান্নুপী ঐগা লুহোংহনা লৌনা-লৈনহনশি" হায়নথ্রবা! অতুগা নংনা, নংগী নচান্নুপীগা, করিসু লৈতবা মীনাই মচা লমজা, মনা মপা মশক খঙদবনুগা থাদোক্তুনা থম্বা, নুংশিনহনবা; হায়দোকখিবা রা ঙাক্তবা; মী মশক খঙদবা; ঐগী ইগুন খঙলোয়দ্রদো! চেদা কলম তানথ্রববু কাওপোক্কে

থনবা, হুঃ .... হুঃ.... উহা.... হ....হ ....হ.... ইহা.... হ — হ ! উম, কাওথোক্লমদবা ওইরবদি ফৈ ; নত্তদনা কাওথোকপা ওইরম্লবদি ঐগী ছুরি, উম-ই হুঃ .... হুঃ .... !! কদায়দনো ঐঙোন্দগী নংনা লিৎকদবা, হয়েংমক নংবু থিক তৌবা তারেদো !

## ৩ শুবা উৎপা

সোসেনা, জমিন্দারবু শীঙনখিবা মুমিংতু হৌখ্রে। অদুগা মথঙগী ওইরক্লিবা মুংথিল পুং ৪ হায়রক্লে মতমদু। জমিন্দারগী শঙ্গায়, ওফিস ওইনা তৌবা কাশিদনি মফমদু। অনানবা টেবলদুগী মথক্তা অতৈ-অতৈ চে চাং কয়া লৈরি। জমিন্দার ফমদুনা খবর অমা য়েংলম্লি। ঙায়হাক্কী মতুংদা সোসে চংলকই। খোল খরা কল্লবনা কৌরকই—

সোসেনা—জমিন্দার সাহেব — ... !!

জমিন্দার—সোসে, করিনো নংনা অশাওবা মায়থোঙগা লোয়ননা ঐগী কাদা চংলকপদি, করি হায়নিংই ?

সোসে—অতৈ করিসু নত্তে জমিন্দার সাহেব ! জমিন্দার সাহেবকী চিন্না অমা খুৎনা অমা তৌবা থবক্তু তুকচরদুনা র্‌ানিং তৌবা লাক্লিবনি, অপাম্বা করিনো ?

জমিন্দার—সোসে, নংগী রাদুগী অর্থ করিনো ? ঐ করিমতা খঙদে !!

সোসে—খঙফমদু থোক্কে ! খঙলবসু খঙদবা মশানা তাবনি ! অদুবু হায়বিগে তাজো জমিন্দার সাহেব; ঐবু পোকপা ইপাগা নংগা তৌনখিবা উইল ; হৌজিকমক ঐগী খুৎনা পায়রি ! চেদনা ঐগা নচানুপীগা লুহোঙবা হায়না ইবা ; অদুগা থবক্তা অমরোমদা তৌবা; অরেপ্পা লৈতবা নংগী পু-চেল ... .... ! হায়রমগে জমিন্দার সাহেব, নংগী নচানুপীগা মীনাই মচাদুগা মুংশিনৈ !

জমিন্দার—করি ! ঐগী বেটিগা করিসু লৈতবা শৈতাঙবা মাগা মুংশিনৈ

হায়বা, শেঙলবরা সোসে .... .... !

সোসে—উদবা নত্তে ঙরাং লৈকোম্বা মথোয় অনি চিকথনখিবা ! মতুতস্তু নত্তে, কয়ারক হন্না থেঙনরবনি ! ঐনা হায়গদবদি, মতুংদা অমুক করিগুম্বা ঐনা, মথোয় অনি লৈমিন্নরম্বা থেঙনরবদি ঐগী ছুরি ... ; জমিন্দার সাহেব, হায়দোকখিবা রা ঙাকপা ... .... !

হায়রম্লগা অমুক পন্থবা তৌরমদনা ময়ুমলোমদা অতুম চংখ্রে। মচিন পুংথগদবগী মওং লাক্লবদা, অমনা সোসেগী মরিঙজেল খাবা মওং; "অনিগী মরক্তা করম্না লৈগদগে" হায়বশি খনবা হৌরক্লি। মতোমতা শোঞ্জনকই—

জমিন্দার—উম, চুমই সে'সেনা শাওবা ! মরিঙজেল খাবা মীনি ; অচুম্বা তৌবা মহাক্লি। ফৎলক্লগা ঐ ফাওবা মাগী মমাঙদা লেপ্পা ঙম্লোয় ! ঐগী ইচানা ঐগী মথাশি য়াম্না শাহনগদৌরি ! 'থোক্লবা য়াই' নীংনা-নীংনা থোক্লবনা হাল্লরবনি ! ঐনা তৌগদবশি করিনো ? কয়া লুশিল্লক্লবা ! ইস ! অরেপ্পা লৈতবা মীস্তু তাবা, ইথক্তা মীনা রাস্তু ঙাংবা। মতুমকাক্তি য়াবা মীস্তু ঐ নত্তে ? ফৈ লাকথিশনু ঙসিদি লনজা মচাড় খঙলোয়দ্রদো ; ঐবু বদনাম থম্নবা চংলকপা মহাক যুমশিদগী খুদক্তা তাম্থোক্কে ; শেরা, ঐবু মীরা চংহনবা .... ....!!

অস্তুম্না হায়রিঙৈদা শ্যাম ফুরিৎ-খোঙগ্রাও ফজবা কাক শেৎলদনা লাইরিক অমা পায়তুনা চংলকই। ফাক-ফাক্তনস্তু য়েংলকই। থরা শাগুরপ্না কৌরকই—

জমিন্দার—নুপামচা ... .... .... !

শ্যাম—জমিন্দার সাহেব, করি তাকপিগদবা ?

জমিন্দার—নংনা তৌরিবশি করিনো ? করিস্তু লৈতবা নংনা ঐগী য়ুমদা লৈরগা, য়ুম অসি কাঙ-খোঙ চাইনবা শিল্লিবশি করিগীনো ? করিনো নংনা পাল্লিবা ? নংনা অপাম্বতু হায়বা য়াগনি ।

শ্যাম—নত্তে জমিন্দার সাহেব ! জমিন্দার সাহেবনা তাকপিরিবশিবু .... ,

ঐ করিমতা খণ্ডজদ্রে অমুক্তা হান্না তাকপিথো !!

জমিন্দার—খণ্ডলব-মক্তদা অমুকসু খণ্ডবা পান্নিবরা ? নংনা খণ্ডহুনা লৈরবা নত্রা ? রা মথা তানবগী দরকার লৈতে, নংগা ভাংনবসু ঐ পামদে। নং হৌজিক-মক য়ুম অসি থাদোক্লগা চৎথিগদবনি !! '

শ্যাম—আ ··· !! আ, জমিন্দার সাহেব .... . .... !

জমিন্দার—রা মথা তাবগী কান্নবা ফংলোয়, চৎথো হায়রিবশিনি ! নং য়ুম অসিদা লৈবা শুকয়া য়াদ্রে ! ঐনা খণ্ডহল্লিবশিনি নংনা ঐগী বেটিগা মরী লৈনবা শুকয়া য়ারোয়, চৎথো .... .... .... !

শ্যাম—ও ! জমিন্দার সাহেব .. .... !

জমিন্দার—ঐ লোয়না খণ্ডলে, রা মথা তানবগী হক ঐনা নঙোন্দা পীদে। চৎলো হায়রিবশিনি, অমুক পন্থরগন্নু !

হায়রম্লগা মনুংগী কারোমদা অতুম চৎখ্রে শ্যাম, রা মথা তাভবা য়াহনথিদ্রহুনা মায়থোঙ লাওশিন্না। লেপ্লম্লগা থরায়-হুংভায়তা-নুংভায়তা মাগী কাদা চংলকই। নীংবা কায়না চে অমদা চিঠী অমা ইরম্লগা টেবলদা তপ্পা-তপ্পা থমখি। অহুগা মাগী লায়রবগী ফিজু শেৎচিল্লগা, অরা-পোৎলুম পুন্থনা মপাল-লোমদা তপ্পা-তপ্পা থোক্লকই। অহুম্না থোক্লকপন্থু জমিন্দারগী নুপীনা মনুংগী কাদগী থোক্লকপদা উখ্রে। শ্যামগী ফিজোলহু উরকপদা ইওক-ওক্লা হংলকই—

মমানা—রঞ্জু ! রঞ্জু, নংনা তৌরিবহু করিনো ? করিনো নংনা শেৎলিবা ফিজোলহু ! নত্তে কদায়দা চৎকদোরিনো নংনা তৌরিবশিবু রঞ্জু ? ই, শকফমহু নীংবা অংক কায়বদে .... .... !! করিনো, ইমাগী রঞ্জু; করিনো নংনা তৌরিবশিবু ? হায়য়ু, করি তৌরবগে ? ননিং থুডদবা করি লৈরে ? হায়য়ু ইমাদা তম্মু রঞ্জু .... .... !!

শ্যাম—ইমা !! ইমা, ঐ য়ুমশি .... , য়ুমশি থাদোক্লুনা চৎপা তারে .... !!

মমা—রঞ্জু !! করি ! করিনো নংনা হায়রিবশিবু ইমাগী রঞ্জু ? নত্তে করি তৌরবগে ?

।

শ্যাম—করিস্থ তৌদে ইমা !! ইমা, করিস্থ তৌদেনে ! ঐ য়ুম অসিদি থাদোক্লুনা চৎপা তারে ! চহি খরা ঐ, ইমাগী চেঙ চাক্লুনা হিংলক্লে ! অক্লুগা ইমা, ঐ ইমাগী লমন শীঙলমদনা য়ুমশি থাদোক্লুনা চৎপা তারে ! ইমা, মপী-মপা লৈতবা, লমজা মচা ঐগী মী কনাস্থ লৈতেনে.......... .. !

মমা—রঞ্জু ! নংনা য়ুম অসিবু নয়ুম নত্তে খল্লবা.......... .. !

শ্যাম—খল্লে ইমা ! হৌজিক্তি খন্দবা য়ারক্রে ! মানিনে ঐদি শৈতাঙবনিনে ইমা ! অক্লুবু ইমা....——....! ইমা, ঐ লমজা মচা ওইবনা ও !.......

মমা—রঞ্জু ! নংগী করি নরাল লৈক্লুনা ? নত্তে ইমাগী রঞ্জু, মরমক্লু ইমাদা হায়য়ু !

শ্যাম—ঐনা লানখিবনি.... ...ঐনা লানখিবা ; ইমাস্থ খঙলক্লগা ঐবু নিন্দা তৌরকখিনি ! অক্লুবু ইমা, চৎলমদায মিক্প ফাওবা আনীবু শোনখি হায়বশিমতদি আনীনা হল্লকপদা ইমানা খঙহনবীয়ু ! জমিন্দারগী অশোয়বা লাক্কদবদগীনি ! ইমা চৎলে, ঐ, ইমা ঐ, চৎ.........!

মমা—জমিন্দারগী অশোয়বা লাক্কদবদগীনি.......!! ও ! রঞ্জু, ইমাগী করি উপায়.... ...রঞ্জু !!

শ্যাম অমুক পন্থবা তৌরমদনা নীংবা কায়না খোঙ থাংঙমদনা হন্না-হন্না য়েংলক্লুনা অক্লুম চৎখ্রে। খাম্বা ওমজন্দ্রবী মমানা, চৎখ্রিবা শ্যামগী নুংঙায়তবা উরুরগা নীংবা কায়না শ্যামবু য়েংক্লুনা লেপ্পা-লেপ্পা মত্তোমতা শোঞ্জরকই—

মমা—ও ! রঞ্জু, নংগী নরাইবকশি ওন্থোক্লা থিনা তমখ্রবোয় ! কনাদনো নংনা চংজরুগদবা ইমাগী রঞ্জু........!!

অস্থুম্না হায়ক্লুনা মথরায় নুংঙায়তনা লৈরম্লগা, চেন্থরক্লিবী মিৎকী পিক্লু তেথোক-তৈথোক্লা ইমুংলোমদা অক্লুম চংখ্রে।

ঘড়ীদা মঙাস্তুবা পুংজাগী খোঞ্জেল থোক্লক্লে। জমিন্দারগী মচানুপী ওইরিবী পম্মাস্থ কলেজদগী হল্লক্লুনা মথুমশিদা চংলক্লি। মাঙ্গোল য়ৌরক্লবদা হরাও-হরাও কৌজরকই—

পম্মানা—ম-মি !! রঞ্জু...রঞ্জু ...রঞ্জু... !!

মমা—ইচা হল্লক্লেদনা ... .... .... .... .... ....!!

পত্মা—মমি, ঙসি রঞ্জু, কলেজ কুম্লক্লিবরা ? করিগীনো ঙসিদি ঐনা কৌবনা রঞ্জুনা খুয়ক্লিবা ? রঞ্জু লৈতবরা ? রঞ্জু কদায় চৎখি মমি ?

মমা—করি হায়না তমশিনো খঙদ্রে ইবেম্মা !!

পত্মা—করিনো ? করি তৌরে মমি ? ঐনা রঞ্জু হংলগা নংনা নুংঙায়তনা তারা শক্লোন পুরিবদি ? নত্তে মমি রঞ্জুবু লৈতবরা ? রঞ্জু....রঞ্জু...

কৌর-কৌরদুনা শ্যামনা লৈরম্বা কান্থ তম্না চেনশিনখ্রে। মমাদি অত্থুম নুংঙায়তনা লৈহৌরি। মথন্তা শোঞ্জরকই—

মমানা—ইস ! করি ওইগদৌরিবা খঙদবদি য়াররোয়........!!

হায়দুনা অত্থুম লৈহৌরি। পত্মানা কা মনুংদা চংলক্তুনা কোয়েং য়েংলরি। শ্যামনা শেৎখিবা ফি-রোল লোয়না য়ান্দুনা লৈরমই। চিংনবা ফাওরকখি পত্মাগী থম্মোয়দস্থু। চিংন-চিংননা অস্থুম য়েংলকপদা শ্যামনা ইরগা থনম্বা চেহু উরক্তুনা থক লৌখৎলগা য়েংলুরি। শ্যাম্না চিঠিস্থ পারকই—

"আনী ! নংবু নুংশিদে খনবিস্থ ! লম-মাঙনক্লরবা পুন্সিবু লম্বী তাকপিবী নংনি ! অমম্বা অহিংগী ধ্রুবতরানি নংনা ! মিকুপ খুদিং নংবু য়েংজরগা পেঞ্জরম্বা ঐগী থম্মোয়নি ! অত্থুবু পন্থোগী কাদা ঐনা অযেৎপা ওইনা থোকখিবনা নংবু থাদোক্লয়গা চৎপা তারে ! নং ঐবু ব্লারৌনুকো আনী ! নংবু তাক্লমদনা চৎপগীদমক ঐবু লান্না লৌবিস্থ ! লাইবক থিবা ওৎখিবনা কায়নরমদায় মিকুপশিদস্থু নংবু উঙমদনা চৎলে ! হায়নিংবদি কয়ানি, অত্থুবু হায়ঙমদনা....! চৎলে ঐ থাদোক্লে য়ুমশি ঙসিদগী ! ব্লাহৈ কারন চনখিবা য়াওরবস্থু লাইবক থিবা অতোনবনি খন্না ঙাকপিয়কো নংনা আনী ! ব্লারৌগনু বি—দা—য়...!!

পত্মা—রঞ্জু !! ও ! ও ! রঞ্জু....... !!

হৌন-হৌনা কৌরকুনা মাঙ্গোল লোমদা চেন্থোক্লকই। শজি মচা (জেলি) স্থু খোঞ্জেলসি তাইনা ইঙক-ঙক্লা চেনশিল্লকই। মমাস্থু হান্নগুম অত্থুম লৈরম্লি। মমাদা ঙনশিন্দুনা হংলকই—

পত্মা—হায়য়ু মমি রঞ্জু কদায়দা চৎখি ? ঐগী রঞ্জু কদায়দা চৎখি ? কদায়দা চৎখি মমি ?

মমা —ইবেম্মা, নং ব'বানা য়ুমদগী

পম্মা—বাবানা য়ুমদগী তাম্বোকখ্রে !! হায়য়ু মমি, রঞ্জুগী করি মরালনো ?
নখোয় নীনুংশি খঙবা মী অমত্তা নত্তে ! মরাইবক থিরবা রঞ্জুবু করিগী
অত্তম্মা তাথি-তাওইনা তৌবিরি ? কম মরালনো রঞ্জুগী ? জেলি,
হায়য়ু রঞ্জু কদায়দা চৎখ্রি ? নংস্থু খঙদে, নংস্থু খঙদে ! মানি নংস্থু
থম্মোয় পান্দবীনি ! রঞ্জু—....!

হায়না কৌরক্লনা শ্যামগী কাদা অমুক চেনশিনখ্রে। জেলিস্থু নীংবা
কায়বগী শক্লোন পুরক্লনা গেট তম্না চেম্বোকখ্রে।

মমানা—করিওইরগবা তৌরিবা মতৌশিবু........ !

হায়রম্লগা, ইমুংদা অত্তম চঙখ্রে। পম্মানা, শ্যামগী কাগী থোঙনাওশ
হাঙদোক্লগা মপাললোমদা নীংবা কায়না য়েংলক্লি। মায়থোঙদস্থু নীংবা কায়বগী
পি শিন্থরকই। অদুগা নীংজবা আশা কায়বগী মুংডায়তবা ফোঙদোক্লনা
কন্না হৌনা কৌরকই—

পম্মা—রঞ্জু....রঞ্জু....!

খোঞ্জেলদুনা য়ুমশি পুমনিল নিলখি। কায়না মৈশা লাঙলবী পম্মান
অরা-শক্লোন পুবদুনা থোঙনাওগী বারশিং পায়দুনা মপাল-লোমদা য়েংদুন
নীংজবা আশা কায়বগী পিরাং শিন্থরি। অদুগা য়াম্না মথরায় শোক্ল
কৌজরকই—

পম্মা—রঞ্জু....! হঃ....হঃ....হঃ....!!

অস্থুম্না কপ্লদুনা ফমুংদা অমুক উপশিখ্রে। জমিন্দারনা চংলক্লগা স্থুহা
নমক্লনা মৈ ঙালহল্লে। অদুগা জ্ঞান তৌনা মচাবু থেমক্লনা কৌরকই—

জমিন্দারনা—বেটি........!!

পম্মা—হায়য়ু বাবা, রঞ্জুগী করি মরাল লৈদুনা মাবু য়ুমশিদগী তাম্বোকখ্রিবনো
কারগীদমক তাম্বোকখ্রি....?

জমিন্দার—মরম য়াম্না লৈ বেটি....!

পম্মা—করি মরম....? হায়য়ু বাবা....?

জমিন্দার—হায়দোকপা য়াদে, এগী রাশি তাথো বেটি....।

পম্মা—মীগী মরালবু হায়দোকপা য়াদবা লৈবরা বাবা? হায়দোকপা য়াদবা মরালদি নংগুম্বা মীনুংশি হৈত্তবা শাগুম্বা মীতগী ওইরমগনি !!

জমিন্দার—বেটি……..!!

পম্মা—নত্তে. ঐ নংগী বেটি, মান্নবা ওইরমগনি ! রঞ্জুনা বাবাগী লম্বীদা অয়েৎপা পীবা মী ওইরবদি ঐস্মু বাবাগী লম্বীদা য়েৎলিবী মুপীমচাহুনি ; ঐ নংগী বেটি নত্তে.…. ….

জমিন্দার—তপথখো বেটি, নং মুন্না অমুক্তা খনথো ! ঐনা মতম অমদা নঙোন্দা করি হায়খি, নীংশিংউ ! নংনা হাযখিবা নত্রা, নং ঐনা হায়বা য়াগনি হায়না ?

পম্মা—হায়খি, ঐনা, বাবানা হায়বা য়াগনি হায়না……..!!

জমিন্দার—অমু ওইরবদি, ঐনা নঙোন্দা হায়নিংলিবদু হায়গে তারো। নংশে সোসেদা থাজগনি হায়না মপাগা ঐগা উইল তৌনখ্রবনি ! অদুনা, উইল অদু ঐগা তৌনখ্রবসু মদু ভাকপদি নংগী তৌদবা য়াদবা নথৌনি !!

পম্মা—ও ! বাবা, ঐনা নংগী নচা ওইনা করিগী হিংজরবা….!!

জমিন্দার—অদুনা ঐনা হায়রিবশিনি, নংনা রঞ্জুগী রাখল পুম্নমক থাদোক্কদবনি ! মদুগীদমক ঐনা রঞ্জুবু নঙোন্দগী থাপ্পা থমহিবনি ! নং ঐনা পোকচবীনি, অদুনা ঐনা হায়বা ইনবা তায় ! ইপাদি হায়খিবা রানা অরেপ্পনি অমুক হোঙবা য়াদে ! ঐ চৎলে !

হায়রম্লগা জমিন্দার অদুম থোকখ্রে। মতোমতা শোঞ্জরকই—

পম্মানা—ঐনা হায়দোকখি, বাবানা হায়বা য়াগনি হায়না ! অদু ওইরবদি ঐনা রঞ্জুগী রাখল থাদোকপা তারবা…. .!! ভম্লোয়, রঞ্জুবু থাদোকপা সোসেগী খনবা……. !! ওইথোক্তবা রানি, ঐ ভম্লোয়, শুকঙম ভম্লোয়। বাবানা হায়বা ঐ য়াকম থোক্তে ! য়াদরে ঐ দন্দি ফংগনি, অহঃ .. হঃ . হঃ….রঞ্জু !! ঐনা রঞ্জুগী রাখল থাদোক্লবগীদমক বাবানা রঞ্জুবু য়ুমদগী তাম্হোকখ্রবা….!! অমুদি ঐস্মু সোসেগী রাখল তৌদনবা রঞ্জুগী মনাক্তা লৈবা তায় ! ইম্লোয়, মচাগী পুকচেল খণ্ডবা বাবাগী রা, চৎকনি, ঐ রঞ্জুবু থিগনি ! হুম, ঐগী বাবা মতু পানবা শাগুমই। মীমুংশি খণ্ডে……. !

মমা—ইবেম্মা ! ইমা রা হায়গে তোরে ! মচুগীদমক মুংনাঙলুদু থোকলবা অমা লাকচনি ! শে অহুম্না লৈগদবগী মছুত্তা লাও চাক চাম্বা তৌরশি !!

পম্মা—চাক চাবা.. ....!! মমি নংসু থম্মোয় পান্দবীনি ! নংগা বাবাগা অমতা ওইদুনা, ঐগী রঞ্জুবু ঐ খঙহন্দনা য়ুমদগী তাম্থোকখিবা— ... !! নখোয় রাখল অমতা খনবা ঙমজদবা শা মখল অমনি ! মী ওইরবসু মী ওইনা পোক্লবা শানি !!

মমা—অহুম্না হায়গদবা নত্তেনে ইবেম্মা ! নং বাবানা নংগী মাঙনবা খক শিনবা হৌদদে। নং বাবানা হায়বা ইনগদবনি !!

পম্মা—"বাবানা হায়বা ইনগদবনি !!" মমি ঐ বাবাবু য়াম্না তুকচরে ! লৈমিন্ন-গদবদি ঐ, অহুগা রা তুপ্পদনা বাবা ! ঐগী রা অম-ফাওবা খাক্তনা, ঐগী রাবু বাবানা হেক্তা লেপথোক্লবিবা ! ঐগী বাবা, রাখল করিমতা খনবা ঙমদবা শানি !!

মমা—নং বাবাদা অহুম্না খক হায়বা হৌনদেনে ইবেম্মা !

পম্মা—হুম, মমিসু বাবাগী মীচঙদা লেপ্পবী ! ঐগীনি হায়বা কনা'মতা লৈতবা নখোয় লোযনমক ঐগী য়েরুবা ঙাক্তনি ! ফৈ, নোংতা ঙান-খিশনু ! নখোয়না হায়বকাক অমতা ইল্লোয়, হেক্তা চৎখিগনি !! নখোয় মীনুংশি খঙবা থম্মোয় পান্দে !

মমা—নংগীতা খনবদা নং বাবাগা কয়া-কয়া লাওনরিবা ! অহুগা নংনা করিসু ওইদনা খল্লবা ! নংশে, ঐনা পোকচবীনিকো ইবেম্মা ..........!

পম্মা—খঙদে ; ঐঙোন্দা রা অমতা হায়বিরক্কনু ! নখোয়গী রা তানবা ঐগী নাকোঙ পান্দে ! হায়য়ু মমি, মুংশিবা হায়বশি হোঙদোক-হোঙজিন তৌবা য়াবরা ? শেলনা লৈবা ফংবরা ? ছুকান্দা য়োনবরা ? নত্রগা মুংশিবা য়োনবা ছুকান্দ অমা তোঙালনা লৈবরা ? করি লমদা লৈ ? লৈরবদি হায়য়ু ঐসু অমতা লৈজরুগে ! লমচৎ নাইদবা, লিংজেল খাবা সোসেদা করিগীদমক ঐবু থাজগনি হায়বিরুরি ? ঐদি রঞ্জুতবু মুংশি হায়রিশিনি, হোঙবা ঙম্লোয়.... .... .... !!

মমা—খঙদ্রে, ইমাগী ইবেম্মা, করি ওইরগদবা.... .... !! মৈরকশিদা ইমানা করম হিংগদৌরিবা ? খল্লু ইমাগী ইবেম্মা নংসু .... .... .... !!

অসি হায়রল্লগা মমাস্থু ঙক্তুম গোকথ্রে। ভাইহাক রাখল তৌরুরগা—পম্মানা—ও! ইমানস্থু এগী অৱাবদা অৱাবা হাপ্লবা!! হ-অ রঞ্জু ..... .....!

অস্নুম্না কৌরক্তুনা থোঙনাও মপাদা লেপ্লরে। অদুগা মপাল-লোমদা য়েংদুনা নীংবা কায়না লৈররে। চাবা-থকপা, তুম্বগী রাখল তৌখিদ্রে।

অহিংন্ত হৌখ্রদুনা নোং ঙান্থোকলক্লে। অদু ফাওবদা পম্মা, রঞ্জুগী চিন্তাদা হান্নগুম থোঙনাওগী বারদ কোন্দুনা নীংবা কায়বা শকফমগা লোয়ননা অদম লেপ্লম্লি। নোং ঙাল্লক্লবদুদদি থোঙ তম্না থোকথ্রে। অদুগা গেরেঙদা চংলক্লগা, কার থোদোক্কন চংথ্রে।

**৪বা উংপা**

পম্মানা কার থোদুনা চংখিবা নুমিৎতুগী নৃমিদাংরাইরম ওইরক্লে মতমদু। মফমদু কাশমীরগী সেম হৌবা চীংগী চীংথোঙদা চংলিবা লম্বীদুদনি। মদু তারক্কদবা লম্বী অমদা সোসেস্থু জীপ অমা থোদুনা লাক্লমই! পম্মাবু উখি।

অদুবু পম্মা, মানা চংকদবা লম্বীদুদা অতুম থোখ্রে। সোসেস্থু হায়ফেৎ য়েংলম্লগা চিন্দুনা তাম্নখি। পম্মা করিস্থু নাচুঙদনা অতুম থোখি।

লমহাঙ য়োৱক্লবদুদদি পম্মা, শ্যামবু য়েং-য়েংদুনা থৌরকই।

শোমদা সোসে, পম্মাবু তাম্নবকপদু "কদোমদা চংখিবনো খঙদদুনা লম্বী লম-মাঙনবস্থু য়াওরি। কদোমদা চংলমগদগে, শোমদা চংলমগদ্রা" খন্দুনা অম-অমদা অদুম থৌখ্রি।

পম্মানা চীংথোঙ য়োৱক্লদুনা ঙক থিন্দোক্লগা অস্থুম য়েংলকপদা, কাযন থঙদা, শ্যাম্না উখোঙ অমদা ফমলগা য়াম্না নীংবা কায়না বাঁশি থোঙদুনা লৈবদ হেক উরকপগা পম্মাগী মায়থোঙদু য়াম্না মকা লামজরকই! অৱাবা পুম্নমক মাঙখিবগুম তৌথ্রদুনা, কার থামলম্লগা "রঞ্জু" হায়না হরাওনা কৌরদুনা হরাও হরাও শ্যাম তম্না চেনশিল্লকই। শ্যামদি করিমতা খঙদনা বাঁশি অতুম থোঙলি

লোযরকপদা পম্বানা সেম অমা য়াম্না নুংশিনা তুমিন পীতুন' লেপ্লি। য়েংখৎলকপদা মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্বতুদদি ইভক-ঙমখি। কোৎগে খনবনি অত্তবু কৌবদি ঙমদনা তুমিন অত্তুম লৈখ্রে। পম্বাম্ন করিনতা হায়দনা সেমত্তু হান্নগুম তুমিন অত্তুম পীরি।

ঙাইহাক অত্তুম্না তৈন য়্নগা শ্যাম্না, মায়থোঙত নুংঙায়তবা ফোংদোক্লনা মিৎতা উবা তৌব দৈখ য়েংজবগা সেমত তুমিন অতম লৌখ্রে। অতগা চাগদবগী তৌরুই। অতবু চাবা ঙমদনা তুমিন অতম লৈখ্রে। মতোঙদা পম্বানা শ্যামগী মঙক্তা কোন্দুনা ঙাথবগা মোমোন তৌভত্ত। হবাওনা ঈশৈ অমা শক্লকই—

পম্বানা— উ... .. করিনো হাযবো থম্মোযদা লোৎলিবা

তুমিন লেপ্লি ৱাঙাংদনা নংদি
বাই অমা লোৎলি নংনা॥ করিনো....
নুংশি ঐদ নংবু নুংশি
লোম্না নুংশি তুমিম্না ঐনা
নংশে ঐগীনি ঐসে নংগীনি
নংগী হিংজবী .... .... ....
কাঁব খল্লি কবি নীংলি তুমিন্না॥ করিনো....
চলে ঐন্তু ঙরে লোয়না
পৃক্লিংগী অপাম্বা থম্মোযদা লোৎলিবা
কবিগী খল্লবি কাংগী চিংনবি
নংগীনি ঐশে নংগী হিংবী
কাঁবা থবায় থরাযনি নংনা, নংনা॥

ঈশৈ লোযরকপদসু শ্যামগী ঙকশমদা হায়থম কোল্লি। শ্যামদি হান্নগী হন্না অতম করিনতা চাদনা ৱাখল তৌত্তনা লৈ।

তাঙ্খাত্তদা, পম্বাগী খোঙ্গুল লিরকপা সোসেনা পম্বাগী কারত্ত উাকুনা থৌজিল্লক্লগা কোয়য়েং য়েংলকপদা পম্বা-শ্যাম অনিনা অত্তুম্না লৈবত য়েংলম্লগা শাওদুনা অমুক পন্তবা তৌরমদনা গাড়ী মমায় লৈরগা অদুগ থোৎখ্রে। পম্বা শ্যাম অনিদু মদু করিনতা খঙখিদে। নীংঙমদা নীংঙমদা হাযদোরকই—

পদ্মানা—নং য়াওদনা অহিংমুমা লেনবদা ঐনা কয়া রাখিবা, নংদি খঙবিদে !!
ঐদি কয়া রাজখি নংগীদমক .... .... !!

শ্যাম—ঐস্সু অহিংশিমা, ঐগী জেলিস্সু য়াওদা, নংস্সু উদা লেনখিবা, কয়া রাখি নংনা খঙবিদে .... .... .... !!

পদ্মা—অহিংমুমা নোংঙাংবা ডাইবদা ঐনা কয়া রাজখিবা !! মিতুংথোঙ লাওনা হাঙদোক্লগা লেপতুনা নংবু লাকপা ডাইবদা অহিং চুম্মা মিৎশেঙ খঙদ্ধ-খিবা নংনা করিস্সু উবিদবা .... ... !! নংগী থম্মোয়শে নুংশি হৈবা থম্মোয়দু মচেৎ অমফাও পান্দ-মাল্লে ! হে ভিক্তা ঐ শঙ্করক্লে, নংবু করি 'নুংগী ঐনা নুংশিজরুবা .... .... .... !! অদুগা, ঐঙোন্দদি কযাগী মতিক মৈচাক পীনবিরবনো য়েংউ— নং লৈতবা য়ুমদুদগী জেলিস্সু চেনখ্রে ! অদুগা জেলি, নংগী ননাকস্সু লৈরমদ্রে শিবু ....!!

শ্যাম— জেলি চেনথ্রবা !! তোক্কো মথা অমুক শমথরগনু আনী !! সংসারশিদা হন্না য়েংবদা ঐগীনি হায়বা ইমি নত্তনা কনাস্সু লৈত্রবা ঐবু ত্তুক নুংশি-বিরম্বা ! ঐগী লাইবক কয়া ফবনো ; হাযনিংঙাই লৈতে !!

পদ্মা—নংগীদমক লেপচবানি ঐদি, অদুম্না নংনা ঐবু করিমতা থনবিদ্রবা ? ও !
পুন্সিশে কনাগীদমক হিংলুবনো ঐবু .... .... .. !!

শ্যাম—ঐনা নংবু নুংশিদে হায়বা রাখলনো, নংনা ঐবু কয়া লান্না লৌরিবা ...!
নংবু করি'নুংগী থেঙনজরুবা ঐনা ... .... .... !!

পদ্মা—ঐস্সু নংবু করি'নুংগী নুংশিজরুবা ? খল্লুবদা হায়কম খঙদবা অরাবা অমা ওইরয়ে !! হায়য়ু ঐনা নংবু করিগী নীংহনবিরি ?

শ্যাম—আনী, ঐথোয় অনি অরেম্বদা, কান্নদনা রা কয়া ডাংনডুনা মতম যাম্না মাঙহল্লে ! নংনা ঐবু থাদোকপিরম্লো ! ঐনা নংবু নুংশিজবা, নংনা ঐবু নুংশিবিবা পুম্নমক অরেম্বনি, মংলানগীনি শন্দোক্লশি ! হায়ধু নংনা ঐবু তশেঙনা নুংশিবিবরা ?

পদ্মা—নংবু ঐনা নুংশিবমদ্রবদি, ঐগী মিৎকী পিশি নংবু উদবা মিকুপ্পা করিগী নীংবা কায়না শিস্থরুনি .... .... .... !

শ্যাম—নুংশিবা মানা হায়রা নুংশিবী মানা য়াদবা লৈতে !!

পত্মা—ঐস্মু নংনা হায়বদা য়াবোযদবা লৈতে ! অদবু য়াফম থোক্কবা রাফম ওইরবদি ঐদি য়াথোকপা ঙম্লোয় ; হায়রো অপাইহু করিনো ?

শ্যাম—অতৈ করিস্মু নত্তে, নংনা ঐগী রাথল থাদোকপিরো ! অদুগা ববাগী মনি, থুঙহন্দুনা মচা পোকচবগী নুংঙায়বহু, নংনা নংগী বাবাদা পীবিদুনা হরাও মোমোন নৌক্কা নুংঙাযনা পুন্সি লেনবিরুরো ! ঐবু কাওথোক-পিরে ! ঐস্মু নংবু .... .... .... !

পত্মা—ও ! ঐবু কাওথোকপিরো !! ঐস্মু নংবু কাওথোকচরগে ! ফরে, অতৈদি নুংশিবী মানা হায়বস্মু নুংশিবা মাস্মু য়াবিফম থোকই ! য়ারে, ঐস্মু নংনা হায়বা শোয়দনা য়ারগে নংবু থাদোক্লো হায়বহু থাথোক্লগে ! অদুগা, নংনা ঐগী ইনাক্তা লেঙদনা লৈবিরো ! চৎশি ঐ নংবু কাওথোকচগে ! নুংশিবা নংনা হায়বা নুংশিজরুবী ঐনা নুংশিজরুবগীদমক য়ারবনি ; চৎলশি ঐগীস্মু যাবিগে রঞ্জু !

শ্যাম—অনী, ঐবু থাদোকপিরো ! ঐ জোমগী লৈবাক্তা অমুক হন্না চংলগোয ! নংগী বাবাদি নুংগী থম্মোয পাল্লি ! শাহিং চাবগুম শাথি ! শাথিবা মপাগী মচানিনা নংস্মু শোয়দনা শাথিরমগনি ! ঐবু লৌনম তৌহনা নুংশিবিব, শাথি ন্নবনি নংস্মু .... .... .... !!

রাশি চেক তাবগা খাঙবা ওয়াক্কুদনা পত্মানা, শ্যামগী মথজায়দা খুপাক্তা পেন্না থারুরে। অদুগা নীংঙমদনা মতোমতা শোঞ্জরকই—

পত্মা—রঞ্জু .... ....!' ও ! ঐগী খুং অসিনা — .... .... !! খুংশিনা নঙোন্দা ফুথবা !! রঞ্জু .... .... !

শ্যাম—জেলি .... .... .... জেলি .... — .... !!

অস্মুন্না মথম্মোয় শোক্তা জেলিবু কৌখি। পত্মানা নীংঙমদনা, মশানা মশাবু নিন্দা তৌজদনা লৈবি। জেলিনা, চাংদোন্দ লেপ্পুনা হৌনা থোঙলম্নগা শ্যাম তন্না চেল্লক্লি।

'য়ৌশিল্লক্কুনা পত্মাদা যেংলগা শ্যামগী 'নাক্তা লেপ্লি।

শ্যাম্না—জেলি .... .... .... !!

হায়না কৌরদুনা কোনশিল্লগা ঙংশিনা চুপ্লিরি। মপুক্তিং ঙুংঙল্লকুনা রপি অরন্‌অর শিন্থবমখৈ য়েংজরি। পত্মানা নীংবা কায়না, ঙুংবঙনবা অমগা লায়ননা চংখিবনা কারগী বোন্দিদা ওন-থোক্লনা থাঙলকই। মতোম তা মথুৎপু নিন্দা তৌজরদুনা

পত্মানা —নংনা রঞ্জুদা ক্রুরবা .... ... .... !!

অদুগা হায়ৎন্দুনা গু-হাক গুন থোইনা কপলম্মগা শ্যামলোন্দা য়েং-লকই জেলিনসু হান্নবা য়েংদুনা লৈরম্বদগী পত্মাগী মনাক্তা চেনশিল্লকুনা লেপ্লবি। নীংবা কায়বা পত্মানসু জেলিদা মপুক্তিং ঙংশিনা, কায়নরমদায় মিৎয়েং অমনা য়েংলম্লগা কার মন্তংদা য়েন-য়েনা অদুম চংবিদুনা কাব হৌত তৌখ্রে। মদুগা মথক্মোয় কায়না —

পত্মানা— জেলি .... ... .... !!

হায়না শ্যাম জেলি অনিদা অরোয়বা মিৎয়েংনা য়েংলম্লগা নীংবা কান্দবা থম্মোয়দু পুন্থনা থেরক্লে। শ্যামসু চৎখ্রবা পত্মাদা মমিৎ কুপ্পনা য়েংলুই। পত্মাসু অদুম থৌরম্বদগী ইথঙ থংকৌদনা চীংগী গোলায় লৈশিনখিন্নুনা চী দ্রে। নাংঙয়ক্লুনা —

শ্যাম্না —অনী .... .... !! অনী ... .... !!

হায়না অরোয়বা থাক্তনা কৌন-বোনা তাম্লকই। জেলিসু কৌন-কৌনা খোঙলকই। চেল্লকুনা য়েংলবদা অমুক উক্লনা —

শ্যাম্না অনী — .... অনী .... .... !!

অদুম্না কৌন-হৌনা লৌকই। অদুবু পত্মানদি হন্না য়েংলমদনা অতম থৌখে। উবা ফংলিবা মখৈ লেপ্পনা য়েংজহৌই। উখিদ্রবদা নীংবা কায়না লেহৌরে। থাজসু নোচিনক্কা লিংখংলক্লি।

## ৫বা ভংশা

পত্মানা কাম থেম্বু নীংবা কায়না ময়ুমদা হনক্লিবা, ঙমিদাং গুইশিল্লক্লিবা মতমম্তুনি। জনিন্দাবগী গেটগী য়ুম ফাওবদুনি মকম্না। পত্মানা কাম্বু গেট তম্না পৌজিল্লকই। দরবাজিনা থোক্লকুনা গেট হাঙলরে। পত্মা অদুম

পম্মা—নংবু, ঐগী বাবা ওইনা, ঐনা করিগী ফংজরুরি !! মিকুপ খুদিং কপ্পুনতা লেম্নবা থৌরাংবশি মপা অমনা মচা অমদা য়েংগদবা মিং-য়েংলা ? মীন্নুংশি মচেৎ অমতস্থু নশাদা পঙ্কবা বাবানি নংদি .... .... !!

জমিন্দার—ইয়ু সেট অপ .... .... !!

পম্মা—আ . .... .... !!

জমিন্দার—নংনা, ঐগী চিন্থক্তা অরঙ-অরঙননা খুম্বা শাই : নং মপাবু শীওনবা ওম্বী মচানি ! চিন্তিবী, লমকেৎ-লমহেনবী, নং কাশিদগী মপাল থোকপা যারোয় ! দররাজি, লমকেৎ লমহেনবাশি কাশিদগী মপাল থোকহনগনু; শো লোনশিন্দুনা থম্মু !!

দররাজি—ফগনি সাহেব .... .... .... !!

জমিন্দার শাওন-শাওনা মপাল লোমদা তন্থুনা থোকখ্রে। দররাজিনা, পম্মাগী মংং য়েংন্থনা তুমিন লৈবি। নীংঙমদবনা থল্লন্তনা মতোমতা হায়-জরকই—

পম্মানা—খুৎশিনা রঙ্গুদা ফখ্রবা .... .... ! অত্তগা বাবানস্থু ঐবু ফবিরবা...!!

মংন্থ হায়কেৎ য়েংলম্লগা দররাজিস্থু পোন্থ লোনশিল্লমগা অস্থুম থোকখ্রে।

পম্মানা মথরায়ড শোকপা হৌনবমৈথ শোকখ্রনুনা অলগিবাহদগী কি মচেৎ লৌথোক্লগা, "রঙ্গুদা ফখ্রবা" হায়না হন্ন-হন্না হায়বদনা কিদুনা মখুৎতু থুডনা য়েংশিন্নগা মাগী মোম চুগৎলবা মৈখেৎতু লৌরগা মৈখেৎ খেৎতুনা চুশিনগদবগী তৌরকই ! মমানা য়েংলবদা তৌবিবা মতৌদ উরকপদা ইপা-পাখংথ্রদনা—

মমানা—ইমাগী ইবেম্মা ! ইমাদি মাওজরেদনা ! করি মতৌ কৌবগে ইমাগী ইবেম্মা .... .... .... !

হায়দুনা থোঙদু শৎ হাওদোক্লগা চংশিন্দুনা মুনগদবগী তৌরকই।

পম্মা—ঐবু খামবিগনু মমি !! ঐবু খামবিগনু .... .... .... !

হায়নন্থনা মমা-মচা মৈখেৎ মুন্নরবি। তাঙ্গাদুদা দররাজিস্থু চংশিল্লকপদা তৌনরিবদু উরক্কুনা অগিঙ-অফায ওইনা—

দবরাজিনা—বেটি !! বেটি করি মতৌনো .... .... ?

অতুম্মা মুন্নরিবঁদা মমাহ্ন ইখঙ-খঙহৌদনা অতুম রাম্ভথোকখি। দবরাজিনা মুন্দুনা মৈত্তুম্ভ চুহনখিদ্রে। পম্মাস্ভু ফমুংদা থরো-থরো ওন্দুনা কপখ্রে। মমানা জ্ঞান মাঙহুনা লৈবস্ক উরক্লহুনা ইপা-পাখৎনা হায়রকই—

দবরাজিনা - বেটি! বেটি, নংগী মমি জ্ঞান মাঙহুনা রাম্ভখ্রে !!

হায়রমলগা চংশিন্দুনা থক কোনখৎলগা মমাগী কা-বোমদা অতুম পুশিনখে। পম্মাদি করিমতা নাচঙদনা অতুম কপ্পুনা লৈহৌরি।

দবরাজিনা মগাব, মমাগী চিপফম কাদা পুশিল্লক্লগা ইবেল চিপফল্লগা ঈশিংকাক হৈরদনা লাযকন্নখি।

গেট রাংমদনা, জেলিনা চেনশিল্লক্লগা হৌনা-হৌনা গোঙলরি।

পাদনা, কপফৌবী পম্মানা গোঙনাও মপাদা লেপ্লগা নীংবা কাযবা শকফমগী লোযননা মপাল-লোমদা যেংহুনা লৈবমলি। জেলিবু হেক উরকপগা যান্না কন্না—

পম্মানা—জেলি! জেলি .... .... .... !!

হায়না কীখ্নগা অহুম চেপ্লোরক্রে। গেট হেক লাম্লকপগা জেলিনা পাম্মাগী ফিজিহু চিক্লুনা চিংলকই। মঙ ত খঙলহুনা—

পাম্মানা—জেলি। ও! নংম্ভু অরাবাশি ফংলবা .... .... !! ভোম্লিদাকো নং-এগী মপোকপে .... .... !

হায়রনা জেলিদা কোম্নগা ফমধগাদবগী তৌরকপদা জেলিনা গোঙলহুনা চোংথোকখ্রে !

পম্মানা—ও! বঙ্গু অরাফমদা তাহৌববা !! চংলু নঙ্গী তাকউ .... .... !

অসি হায়রহনা, ভুমিদাংগী নৈডাল মরক্তদা জেলিনা মাঙ-থানহুনা পম্মাগা অতুম চেনখ্রে।

দবরাজিনা পম্মাগী কাদা যেংলবদা লৈবমদ্রদুনা মপালদা পরপ-পরপ চেপ্লোক্লুনা কোয়েং যেংলবি। "বেটি-বেটি" হায়না মায়কৈ ওন-ওন্দুনা কৌদুনা থিহৌরি। মফম মথাং খঙদদুনা গেটকী আতৈরন বার পায়দুনা ভুংশুক-ভুজ্ঞাননা লেপকোই।

পখ্না, জেলি অনিনা শ্যামগী লৈফম তম্না চৎথিবা পুংফম অদুমক্তি। শ্যাম্না লৈতৌবা চীংখোঙদুনি মফম্না। সোসেগী মীওইশিংনা শ্যামবু রাউন্দ তৌদুনা লৈরম্নে। অদুগা য়াম্না শাগিনা ঈহং-নাইহং শানা ফুদৎপিরগা শ্যামবু পুল্লগা পুখ্রে। অয়ুক থেঙজিল্লরবা মতমদুনি।

অদুম্না শ্যামবু পুখ্রবা মতুংদা পখ্নাগা জেলিগা মফমদুদা অমুক থুঙলরে। শ্যামদি লৈরমদ্রবদুদা, পখ্না যাম্না নীংবা কায়রক্লে, অদুগা চিংনবা অমসু পোকচে।

পখ্নানা— রঞ্জ .... রঞ্জ .... !!

হায়না মাগকৈ ওন-ওন্দুনা হৌন-হৌনা কৌক্করকই। অদুবু শ্যামদি থুম্না লৈখিদ্রে। উপায় লৈবক্রুইনা নীংবা কায়না—

পখ্নানা—ও! জেলি !! চংলু জেলি মাগী পোঙ্গুল লিয়ু!

অসি হায়রদুনা জেলিনা লমজিংদুনা পখ্নানা শ্যামবু থিরক্লি।

মথংগী চীংমাযগী চীংখোঙদনি। লম্বী মনাক্তা হৌবা উজাও অমগী মনাক্তা লেপ্লুনা সোসে চুরুট অমা থক্লুনা শ্যাম পুরকপা ওংদুনা লৈরমই।

ওাইহাক্কী মতুংদা সোসেগী মীশিংনা, ঈহং-নাইহং শানা ফুদংপিরবা শ্যামবু পুন্দুনা পুরক্লে। অদুগা সোসেগী মনাক্তা পুশিল্লকই। শ্যামগী মনাক্তা চংশিল্লগা য়াম্না উশিৎ-থওইদবা মওংদা।

সোসেনা—রঞ্জ, করি থল্লি: শিবা পাম্বরা, নথরায় হিংনিংবরা?

শ্যাম রা ওাংবগী পাঙ্গাদ লৈখিদ্রে। অদুবু নুপামচা ওংবগী থৌনা উৎলদুনা চৈনাখোলদু য়াম্না রানা থাঙলগা ঈ তৈরবা মচিলদু কাঙলপ তৌরগা সোসেগী মমায়দা তিন শিৎচিল্লকই। মতুদদি সোসে শাওবনা ঈ কাখ্রে। অদুবু মমায়দা তৈরিবা ভিলদু রাখল তোনা তপা নপথোক্লগা অদাবা মীনোক অমগা লোয়নন—

সোসে—উম ভুম ... ভু .... ভু ....ইহা....হ....হ...হ ইহ....হ ...হ.... !!

নথরায় পাম্মুবা থওদ্রবা! ঐগী উইল তৌনগবা নুপাবু থুংশিনবা!

হা....হা, ইহা হ—হ....!! পোকওমদা পোকপা মপোক্তু নুংশিজবীসু ফওহৌদা ঐগী খুৎতা নথরায় মাঙজবা তারেদো! পুনশিল্লু উশিদা .... ....!! খুৎলায় শৎতোকউ! নখুৎ-নখুৎতা পায়রিবা খুৎলাইশিংহৃনা মীহাৎ পেন্না হাৎকদবনি !!

ময়াম্মা শ্যামবু উত্তদা পুনশিল্লি। অত্তগা থাঙ শৎলগা থরা চৎথোক্তুনা পরেং শানা লেপখ্রে।

শোমদনা, ভাবোক 'ওইরিবা বিরকুমার, কান্তি ত্তম্ম ফশিন্নবস্মদগী থক য়েংনরগা উঙ্গিৎ তৌনরকই। যাম্না তপ্না হৌগৎলগা থোঙ ময়া-ময়াদা লেপকদবগী তৌনরি।

ষ্টেণ্ডদনা, ময়ামত্তু রেডিদা লৈনরম্লে।

সোমেনা—বন্ধু, নংনা নীংনিংবা লাই নীংজরো! অনিবগী ময়াংতগী নাম্বোকপা ভঙপা যেংজৌ! অনীনা নংগী নথরায কনবা ভত্নর, যেংউ! পেডি....

ময়াম শেন-শান্ত্তুনা লৈনরি।

ভাবোক-লোমদস্তু বিরকুমার, কান্তি অনি মফম চাবা য়েংত্তনা লেপ্পগা মথোয অনি চক-তক য়েনবগা, সোমেনোযগী মীনা শ্যামদা থাঙনা লঙগদৌরিবা টাশিংত্তু ভাইত্তনা যাম্না চেকশিন্না লৈনবে। খাঙ্গাত্তুদা অা তুত্তগী থোঙদা পুলিস থরা তুমিন-তুমিন চংলরগা ভাবোকশিংত্তু চেক তৌবগী মওংদা যেংলরি।

কত্তম্ম চেনা লৈনরবা মতনশিদা, অা চাংদোলদনা শ্যামনী থোঙ্গুল লিংখিব পথা, জেলি অনিনা য়েলকপনা তৌবিরা নভৌত্তু উত্তুনা পাখংনা—পামনা—অা .... .... !

খায়না পাখংনা লাপরম্লগা য়েংজবা চনদত্তনা নংইনা মমায খুনংনা নৈচাক খাংজরি। ভোলনা, পম্নাগী কিজি চিন্নগা শ্যামগী মায়কৈ তম্না চিংলকই; মচু সোমে খোয়দি উখিব, খওখিবা নত্তে! পত্মানা রাখল যাম্না শল্লত্তুনা শ্যামগী ফিভমত্তু য়েংনা-য়েংনা জেলিবু খাম্লত্তুনা উপায় থিহৌরি।

ভাঙ্গাত্তুদা, জমিন্দারগী জীপত্তু সোমে-খোয়না লৈরিবা মফমত্তু চম্না চাংখোঙত্তুদা পোরকপত্তু পম্নানা উখ্রে।

য়োঁশিল্লুক্কুনা, জমিন্দার জীপ থাম্লগা কুমথরক্লি। সোসেনা য়েংথোক্লক পদা উরক্লত্তুনা চিংননা কিতক তৌনা কৌজে—

সোসেনা—জমিন্দার সাহেব — ....!!

শ্যামদা থাঙনা লঙগদবগী তৌরম্বা কাঙবুড়স্তু হুৎ লৈশিল্লক্কুনা জমিন্দারদা সেলুট কৎলকই। চিঙ-লেম্না হায়রকই—

জমিন্দারনা—মহুদা এবু চিংনগদবা মচাক করিস্তু লৈতে সোসে! এস্তু মাবু ঙরাংদগী থিরক্লিবনি! নংনা অপাম্বত্ত পাঙথোকপদা এনা অপনবা পীগদবা করিস্তু লৈতে! নংনা পম্বদু অত্তম চৎথবা য়াগনি!

সোসে—জমিন্দার সাহেব — .... ....!!

জমিন্দার—হা....হা....হা....! করি শারে মপু মশক খঙদবা? নংগুম্বা লমজা মচানা এগী বেটিগা নুংশিনবা! মহাগী মহৈদি নগরায় মাঙজবা তাবেদো! লোয়শিল্লু খুদকশিদা, মাগুম্বা করিস্তু লৈতবা .... .... ... !!

হায়রম্লগা চুরুট চমদুনা থক্কদবগী তৌরকই। হরাওবা অমগা লোয়ননা—

সোসেনা—থেঙ্ক ইয়ু জমিন্দার সাহেব! রেডি .... ....!

হায়রম্লগা সোসেস্তু চুরুট চমগদবগী শেম-শারি। মাগী মীওইশিংনা থাচ পায়ত্তুনা লঙনবা বেডিদা লৈনখ্রে।

ভাবোক-লোমদস্তু, বিরকুমার, কান্তি আশা অমগা লোয়ননা টাইমিংত ঙাইত্তুনা য়াম্না চেকশিন্না লৈনখ্রে। পুলিসনা মীরক্কুদা চংলক্লি।

জমিন্দারনা মতুং ওন্থোক্কুনা চুরুট থক্লি।

নোংহুনা চুরুট চম্না-চম্না ওহুর তৌরকই—

সোসেনা—থ্রী....টু.... !!

ভাবোক-লোমদনা বিরকুমার, কান্তি থাঙ ফৎ ফৎ শৎখোক্লগা এম তৌত্তুনা লৈরে।

ষ্টেজদনা ইখঙ-খঙহৌদনা পম্বানা তুমিন ফৎ চংশিল্লত্তুনা শ্যামবু খল্লগা মমাঙ-মক্কুদা চপ লেপ্লবে।

মিকুপ্পু-মক্কুদা মতুং ওন্থোক্কুনা চুরুট থক্লগা আ কদায়-কদায়দা য়েংলুবা জমিন্দারনা হুৎ লৈশিন্দুনা য়েংলকপদা পম্বানা অহুম্না লৈরম্বত্তুদদি ইঙক ঙকখ্রত্তুনা—

জমিন্দার—বেটি.... .... ... !!

হায়না ফিংলপ তৌনা কৌযিবহুদা, নোঙ্গয়ঙ্গা ওর্ডর তৌরিবা সোসেস্নু ইউক-উক্লা ফৎ য়েংলকই। মতুদা পত্মানা অত্নম্না লৈরম্বতুদদি ফিংগৎনা কে রক্লই—

সোসে—জমিন্দাব সাহেব .... .... .... !!

ভাপোকলোমদনা, ময়াম্ম, পেম্নতুনা খুবাক পড়খুদা খুনবকখি। অতুগা বিবকুমাব, কান্তি অনিনা নীংবা আশা কাযবতুনা পত্তাদা হাযনিংঙাই লৈংনা অশাঙবগী শকফমন্থু উৎখ্রে। মখুৎ-মখুৎতা পাযন্বিবা থাঙতু তাখিবা খঙনখিদ্রে। পুলিসনা উনক্লতুনা বিবকুমাবগা, কান্তিগা অনিবু থাঙগা কোন্ননা যাবগা পুথোকখ্রে। ভাবোনশিংনা পেনখ্রতুনা পত্থাবু থাংনদনা রা রা লাঙ-নবক্লি। মতাঙুদা, ভ্রাম যেংলবা নিলবাবু, মধুসুদোন অনিনা নীংজবিবা আশা খুডলহুনা মথরায ন্থু চাযনা নোকমি-নোবাদি তৌনতুনা যেংনবকই। শ্রীলাল শ্যাম্যোদা থোযদা নিংযে না যেংতুনা লৈবম্মে। শ্যাম্যোনস্তু শ্রীলালদা ইকান শক্তোয যাঙনা লেংগা ঙসোনবকই। মালস্তু নিংচানতুনা ইকায থোয লেখো এ

ইষ্টজদনা, অশাংব অমগা লেযননা কৌবনই—

চপবাবনা পানি .... .... .... !!

পাপা—ববা !! ববাগীনি মা খড়ানদ্রিববা পেননিবো !! বাবাগী নীবা খুদনবীদমক নচাম্থু লেপচবে বাবাগী মাচশি-নঙুদা! কবিগী অমুক পাপাবা ! লচউ, নখুং-নখুংতা পাযন্বি খুংলাইশি হুনা খংলচ কনা লচউ. বঙ্গী খম্বোযদা থুম্না-থুম্না চনবা ! হাংলু বঙ্গবু নখুং পেম্না-পেম্না ! অতুগা নোকউ পেন্না ! ববা নশাদা যাঙবিবা ইচৌলতু শংলগা নখুং পেন্না কাপাপিবো নচাদস্তু ! ঐস্তু চৎচখ্রগে বঙ্গী মাচ থাঙন নেক্লা নোরা, ন্থুংশিবা মাগীদমক !! পাংমিন্নজরুগে থরাথরযং নংববস্থু লাইবক-লেন্দা ! কাম্ভু বাব কনাগী কাপত্রি? এনা লৈত্রবা হুদা নোকাপিবো পেন্না পেন্না, শেঙ্গান পাংবা ; নীহাং মীপুম হনব, নংবা থৌনা-ফবা সোসেগী নকু হনুংদো হইনা !! নচাদি

চৎচখ্রগে, মমা-মপা মশক থঙজদ্রবা, কনা লৈত্রবা   মরাইবক থিরবা মীনা শুৎপা নৈবা   খাঙবতনা মথৌদাং ওইজরবা তোঞ্জরবা রঞ্জুগা লোয়ননা !!

জমিন্দার—অানী চৎথোকখ্রো চৎলু .... .... ... !

পম্মা—বাবা, ঐ খোঙফম অমফাও-লেঙবা ঙম্লোয় !!

জমিন্দার—য়ারোয়দ্রা অানী .... ....  ... ?

পম্মা—ঐগীদি মসিনা অরেপ্পনি বাবা.... !!

জমিন্দার—সোসে, লমকেত-লমহেনবীশি মশা লাক্কুনা চিংখো। অদুগা লমজা মচা অসিবুনা অরাপ্পা, মী তাদবা দীপ্পা থাদোক্কু ... ... !!

অসি হায়দুগা অমুক পন্থবা তৌদনা জীপতু থৌজুনা অম্তম হনখে। সোসেগী মীওইশিংনা থুৎলায়দু লৈমায়দা য়ুংশিনখি। সোসেনা চংশিল্লুনা পম্মাবু চিংগদবগী তৌরক্লি। মরকশিদা জেলিনা, লাংবা উ মরুম অমদগী তৌবিবশিংদু তঙক-তঙক য়েংলি।

পম্মানা—চংশিল্লকনু ! এবু শোকনু .... .... চংশিল্লকনু .... .... !!

হায়জে। অদুবু সোসেনা কনিম্ন থৌশাদনা চংশিল্লকুনা পম্মাবু পাইদুনা চিংগদবগী তৌবক্লি। শ্যামবুনা ময়ামদুনা পুখিগদবগী পৌই। চৈরকাশানা জেলিনা চেনশিল্লকপা থাংদু অমা চিকুনা পুখ্রে।

পম্মানা—রঞ্জু .... রঞ্জু .... .... !!

সোসে—অানী, নংনা রঞ্জুবু কৌবগী মতুংদা ঐগী মিংবু নুংশিনা কৌ ! লাও লাও, ঐনা হাযবদা হন্‌াও-হরাও যাগ্ন !!  চপ—আ !!  কযা খোইথুম্নবিবা !!

পম্মা—আ ! লমচং নাইদবা শা ! নংগী নফমদা লৈতুনা পুন্সি লেনগদে, শরুকপুদি মপোক-মপোক থুদিংদসু মীওইনা পোকচরোয় ; মতু পানবা শা ; নং মীহৎ চাবা শানি।

সোসে—অানী, ঐনা হায়বাশি য়াদ্রে ! .... .... লাও ... .... !!

শাওরকুনা সোসেনা পম্মাবু চিংতুনা পুবি। পম্মানা রঞ্জুবু কৌরদুনা য়াম্নরি। শ্যামবুনা ময়ানতুনা দীপ্পা থাদোক্কুনবা পুখ্রে।

শোমদনা, পত্মানা য়াদ-য়াদ সোসেনা নমন্থনা। পত্মাগী হকচাং শোক্নবা তৌরক্নি। অদুম্না পত্মাগা সোসেগা নম্নরিবৈভেন্দা জেলিনা থাওয়্ন ময়ানা চিক্লগা চেনশিল্লকপন্দুদা —

পত্মানা জেলি .... .... .... !!

হায়না কৌরকই। সোসেনা নমগদবগী তৌরি। তাঙ্গাহুদা জেলিনা পত্মাগী মনাক্তা চেনশিনথিত্নুনা থাওয়্ন পত্মানা ফংনবা তৌরি। তাঙ্গা ফংলত্নুনা পত্মানা থাওয়্ন লৌরগা খুদক্তা সোসেদা থিনখি। হুপকদবগী তৌরম্না সোসে, চৈনাখোল ফাওরক্নুনা—

সোসেনা—আঃ অঃ .... .... !!

হায়না কপ্পা লাওরল্লগা চৈনারদা অদুম ওৎক্লে।

ভাবোক-লোমদনা, মীয়ামহুনা জেলিদু থাগৎপগী লাওবা, খুবাক খুবা তোক্লনদ্রি।

থেৎনদনা, রাজববী পত্মানা জেলিদু পেঙ্গরহুনা হুংশিনা মনিংতা পি তোল-মখৈ য়েংক্নবগা কৌরকই—

পত্মানা—জেলি .... .... .... !!

অদুগা নুংশিনা কোনবিরি। ভাইহাক অদুম্না অরাবা হন্দোক্লরগা, অমুক পাম্নবা তৌদনা—

পত্মানা—জেলি, চংলু রঞ্জুগী লম্নী এাকউ .... !!

হেক হায়বকপগা জেলিনা শ্যামবু পুথ্রিবা লম্বী অদোমদা চংপা হৌত্রে। পত্মাস্থু জেলিগী মতুং ইন্দুনা চংত্রে।

শোমদনা, শ্যাম, অপিকপা হি অমদা ইশাঙ-শাঙনা, অশিবগুম তৌনা সমুদ্র ইয়ায় তম্না তাওথোক্লক্লি।

জেলিনা, শ্যাম্না মতোল্দা হেক-হেক পুনবিবা খুদৈছ চিক্লগা সমুদ্র তম্না চেল্লক্লি। লেপ্তুনা য়েংলকই। পত্মাস্থু রানা-রানা লাকতুনা কোইয়েং য়েংলরি। অদুম্না য়েংলকপদা, হেক উরকপগা য়াম্না মীপায়কনা নীংবা কায়না কৌরকই—

পত্মানা—রঞ্জু .... .... রঞ্জু .... .... !!

অসুম্না শোঙ্গতনা পেন্দবা হৌনব মখৈ পেঙ্গদনা য়ুবী পাম্বী কোন্দুনা কপচরি। জেলিনা ফিত্তু মচি অমদা চিক্লগা লেপ্তুনা শ্যামবু য়েংজরি।

সমুদ্রদনা, হিংলি হায়বদা ওাইথ্রবা শ্যাম্না জ্ঞান তারক্লুনা নোংলৈ-ম্নুংশিং মরক্তুদা লেপথংলগা য়েংলকপদা জেলিনা চিক্লিবা ফিত্তু উরক্লুনা—

শ্যাম্না—জেলি !! .... .... জানী .... .... জানী .... .... !!

পাম্মা—রঞ্জু !! .... .... রঞ্জু .... .... !!

অসুম্না অরোয়বা থাক্তনা কৌনবগী খোঞ্জেলতনা পুমনিল-পুমনিল নিল্লি। লোয়নবা নোংলৈ ম্নুংশিংসু অসুম-অসুম কনশিল্লক্লি। মরক্তুদা জেলিনা চিক্লিবা ফিত্তুনা বিদায়গী খুৎকুম হাইরি। উপায় লৈত্রবী পাম্মা কপ্পা-কপ্পা য়েংজবত্তা মওায়রক্লে। শ্যাম্না মথুংনা হিত্ত হোৎজন্নবা ফন হোংনজে। অদুবু ম্নুংশিংনা হুমদোকপিবনা অত্তুম হেনখিত্তুনা অসুম-অসুম তাম্না হুমদোকপিথ্রি। মরক্তুদা জেলিনা চিক্লিবা ফিত্তু মযাযদা শেগায়রক্লুনা তংথায় অমা নোংলৈনা সমুদ্র তম্না হুমদোকখ্রি। শ্যাম মিৎয়েংগী রাংমা লানখ্রে। কপচবা নত্তুনা উপায় লৈত্রবী—

পাম্মানা রঞ্জু! হঃ .... হঃ — হঃ .... !!

অত্তুম্না কপ্পুনা লৈখ্রে।

ওাইশাক লৈরুরগা রাখল তৌনা লম্বী য়েংজরকই। অরাম্বদা উরি বন্দরত্ত। মত্তু হেক উবগা অরাবা পুম্নমক কাওথোকচত্তুনা—

পাম্মানা—জেলি .... .... ... !

হায়না কৌরম্নগা বন্দর তম্না অত্তুম চেনখ্রে।

জেলিনা, চিক্লিবা ফি মচেৎতুগা লোয়নবা, অন্না-শক্লোন পুরতনা লৈমায়দা অত্তুম কুপ্পখ্রে। নোংলৈ ম্নুংশিংসু কনশিল্লক্লি।

## থম্মোয় অনি

**৭ শুবা উংপা**

চেহি অন্তম হৌখ্রবা মতমগী, বসন্ত থাগী নোংমগী পুর্ণিমা হুমিৎকী হুনিদাংনি ! অথাম্বদা, সম্মুদা ইরোল্ল'ল্লংদগী, ইমায়গা শম্মরিবা ঙাংনৈনবা লৈচিন নোংফাঙ মরক্তা থাজনা খোঙদোয় তুল্লক্লি। পুক্লিং চনা ফজংবা জমিন্দার সাহেবকী শঙ্গায়গী অকোয়বক্তুস্থু য়েংবদা মিৎফম হোঙবা য়াদনা নাংথিঙ রিবা মফমতান। হৈবাং-লৈরাংতনা পল্লা হৌরি, শাংলি। জমিন্দারনা কোট-কাক লিংলগা ষ্টিক, অমা পায়রক্তুনা ইমুংদগী থোক্লক্লগা থাবল'রকশিদা, লম্বীশিদা হুঙ্গৎ-হুন্দা চৎতুনা নাকলগী হৈরাং-লৈরাংশিংশি য়েংতুনা লৈরি।

শঙ্গায়দনা, মথক থঙবা মাখোলশিগী কা খুদিংমক্ক মৈ-ঙালনা থাল্লি। পত্থানা, রাখল চোয়রবী আনীগী শক্তমদা কা অমদগী অমদা চংল-চংলতুনা কনাগুম্বা অমা থিবগুম, য়েংবগুম তৌরি। মানা থোঙনাও মপা য়োম্রক্তুনা থোঙনাওক্তু হাঙগদবগী তৌরুবগা থোঙনাওক্তু মতোমতা খঙহাঙ-খঙহাঙ হাঙদোকচখি। পত্থানা পদারশিংত্র পায়র-পায়রক্তুনা থোঙনাও ফাওনা মপান লোমদা কনাগুম্বা অমা লৈবরা য়েংলক্লি। উদবা, লৈতবগুম, মাগী মশাদা ইহাওতা-হাঙবগুম তৌবদু শকফমতনা ফোংদোকই। রাখল কয়া খলহল্লি পত্থাবু। মীপায়জরকই মাগী থম্মোয়। ভাওরবীনি মহাক, চোয়রোন লোল্লবীনি রঞ্জুগী রাখলদা।

অকোনবদদি ইশৈগী যম্ম ময়াম লৈবা কাশিদা চংখ্রে। মিহুৎথোঙগী বারশিং পায়মনা লেপ্লগা পুক্লিং ওংশিনা পুশিমাগী থাজদু য়েংজরকনি। হৈরাং লৈবাংগী মত্রৌ উক্তরগা মিংশা মিংল্ম পিহোনবা নীংবা কায়বগী পীরাংদু ওপা ওপা শিন্দরক্লি।

মদোন শাংচবী মচাগী থাজবু ভুমজদী মাযথোঙদগী শিন্দরক্লিবী। নীংজবা অশা কায়বগী পিশি, মপাক্নদা চৎতুনা লৈংবা জমিন্দার থোঙনাও ওয়া য়েংলকপদা উক্তথি। মচাগী, মুংভায়গা চেংলৌ শকফনাশ গেংলুরগা থম্মোয়দা মুংভায়তবদু শকফমনা উংলক্তনা রাখল ওৌনা লৈদি। থাবল ইপোম রক্কী হৈরাং লৈবাংগী ফজরবা দৃশ্যশি য়েংজনা মুশি চিংগা পুরিবী পন্দানা ওাকৈকাক য়েংলমগা, তাজরক্লিবী পিন্থ হৈথোকচমনা কা মনুংলোনদা মমায লৈশিনখ্রে।

কা মনুংদনি, পন্দানা চংশিল্লক্কুনা যম্ম অমা পায়রগা নীংবা কায়না ঈশৈ শক্লকই—

> আ.... ঐগী থরান, থম্মোয় ওইবা নরান
> থরায় নংদি চংগ্রগা
> ঐদি কবি ওইরান॥ ঐগী....
> য়েংউ-য়েংউ উরু-উরবা
> পুম্মক পুনহা ঙাওলে
> চিক্লে চচিক তাদবে খোঙ্খোল
> মহৈরাওম ওইবে ঐদি,
> চাক্লে ঐগী থরায়শে
> নংবু উদবা ২ পুস্নিশে॥ ঐগী....
> অহিং মতম ওইরক্লে
> থাজম্ম খোঙদোয় হুলক্লে
> লৈরাংনা মোমোন ২ নোক্লক্লে
> উপাল রাপলম্ম নোয়না জগোয় শারক্লে
> ঐবু করম য়েংলাশগে
> মৈচাকশিবু ফনেনবা ২
> ঐনা নংবু মুংশিরকবরা॥ ঐগী....

অসুম্না থম্মোয শোক্না শরুগা, নীংজবা আশা কাযবগী তাবক্লিবা পিশি তুমিন্না তপ্পা তৈথোকবি। মমাস্থু হান্ননা, থোঙজিল পায়দনা লেপ্লগা মচাগী মতৌ য়েংহনা ঈশৈ তারম্লি। নুংঙায়বা শক্তম উৎলহনা লেপ্লম্বদগী, তারক্লিবী পিন্থু তুমীন তৈথোকচৈ।

মপালদনা, মচাগী ইশৈ তাববদা পুক্নিং থল্লক্লবা, নুংঙায়রক্লুবা মপান্থু খঙহৌদ-পিরাং শিন্থরকখি। পিন্থু তুম্নি তৈথোকচরগা নুংঙায়তনুংঙায়তা চংলক্লগা, ম্যাগী কান্না চংথ্রগা কম্নহনা রাখল তৌখি।

কা মনুংদনা, মথম্মোয় কাযনা শিন্থরক্লিবা পিন্থু তুমিন্না তৈথোকলম্লগা মচাগী মনাক্তা চংশিল্লক্লনা হায়বকই—

মমানা—ইবেম্মা, নংবু পোথারো কৈদোবগে! তুমংনি হায়বকাক করিনতা খঙদ্রবরা নংবু? করিনো ইচানা তৌরিবশিবু .... .... .... !!

হাযরহনা চংশিল্লক্লগা মচাগী ফাবরী শমশি নুংশনা নান্থবির‍ক্লি। মমাগী রাগা মরী শুক্লে লৈনদনা হায়দোকলই—

পম্মানা—মমি, থোকলক্লিবা নুমিৎশি ময়েক শেঙদ্রা? কয়া নীংথিনা ফজখ্রবা .... .... .... !! নুমিৎতুগী অসিগুম্বা মতম অঙনক্তদনি রঞ্জুগা ঐগা উনখিবা! রঞ্জুবু উখিবা মিকুপ্‌দা ঐনা করি খনখি, কয়াম নুংঙাযখি, থঙনিদ্র মমি? হায়গে তাও, রঞ্জু ঐগীনি, থরাযদগী হেম্না ল্লবে !! নুংঙাযখি ঐ, কয়া য়াম্না? মপা লৈতনা! হরাওখি ঐ! করম তৌনা? নুংশবা মা ফঙবমুক !! ও! মমি, মতমদো নীংশিং নীংশিং তৌথ্রেকো! লাক্রবোয অমুক !! তত্তনা নীংশিংলকউকো মমি নংস্থু .... .... !!

মমা—নত্তে ইবেম্মা, করি রাখলনো নংনা খল্লিবহবু? য়েংঙোই ইমা রা হাযগে তাওশে— থোক্লিবশে নুমিৎ নত্তে থা....নিএ! মতমশে অয়ুক নুংখিল নত্তে নুমিদাংনেএ!

পম্মা—করি হায়বা মমি? "নুমিৎ নত্তে থানে, অয়ুক নত্তে নুমিদাংনে, হঃ.... হঃ .. হঃ ....!! মমি ঙাওরে, মমি ঙাওবে! বাবা মমিশি ঙাওরে পুনশিল্লো .... .... ....!! ঐনা ঙাওবদদি কা মনুংদা শো লোল্লগা

থম্বীবদায় ! মমিদি ঙাওরনা করিগী শো লোনমিদ্রি? হুম, ঐগী ৱাশি কনামতনা তাবিদে ! থঙই, বাবানা তানা-তানা তাশিন্নদবনি ; মমিবু হেন্না লুনা তৌবনি ! মমিবু হেন্না লুনা তৌবা, মচা নীরায়বা, অচাল মীরায় নাইব বাবানি ! অদুবুদি ঐগীসু মতাং লাকখিগনিদনা, মতমদুদা খঙলোয়দ্রদো ! হুম, উ-হুকঃ .... হুঃ .... হুঃ --- ঐবু নুংশিবিবা কনা মতা য়াওদ্রবনি !!

মমা—ইস ! ইমাগী ইবেম্মা ! করিনো নংনা ঙাংলিবহৈবু ? নংগীদমক ইমা লৈরি, নং বাবাসু লৈরি, কপকনু লাও মাগা নুংঙায়না পোত্থারুরশি, শে চংশি .... .... !!

হায়ত্তুনা মচাবু তুমফম কাদা পুগদবগী কোল্লুরি। অমবোমদা, পত্মাদি মশাদা মী অমনা হেক কোনবগা "ফাওবনি" অসি-মক্তনি খল্লিবা। অত্তুনা হায়রকই—

পত্মা—লাক্লে ! রঞ্জু লাক্লে ! রঞ্জু... রঞ্জু.. !! ঐবু ফাবিগন্নু, ঐবু ফাবিগন্নু থাদোকউ ; রঞ্জু লাক্লে, রঞ্জু লাক্লে !! সমুদ্র ঈ'য়াইদা কযাদ ৱানা তোল্ল-ক্লিবনো !! মশা পুম্বা ঈহং নাইহং শারে, মযাসু ঈনা পুমঙাং ঙাংলে ! শে, ঐবু থাদোকউ ; মবাইবক থিরবা রঞ্জুনি, ঐ মাবু কল্লুগে শে, ঐবু থাদোকউ !! মীনুংশি খঙদবশিংনা তাহংপিরবা চোকথরবা হকচাংশিনা চাওর-চাওরবা ঈ-থকশিংশিগা থেঙনবদা কযা ৱানা খাঙলিবা.... .... ! নুংশি হৈতে ঈশিংগী লাইরেম্বী, নংসু মীনুংশি খঙদে !! ও ! ঐ রঞ্জুগী মতেং করিমতা পাঙবা ঙমদ্রবা !! ও ! রঞ্জু ঐবু ৱারোগন্নুকো ! নুপী ওইবী তোল্লিদকো হঃ .... .... ৱারোগন্ন .... .... ... !

মমা—ইমাগী ইবেম্মা ! ইস ! ইচাগী হকচাংশি কযাদা চোকথরবা .... .... !! ইবেম্মা, চংশি ইমাগা পেত্থারুরশিনে — .... !

ৱাশি হায়রত্তুনা মশা চোকথনা ঙাথরক্লিবী মচাবু ইরেল কোনশিনবিরগা মচাবু তুমফম কাদা পুখ্রে।

শোমদনা, কা মনুংদা জমিন্দারসু য়াগা নীংঙম্লক্তবা অরাবা ৱাথল অমা থনবহু শকফম্না উৎলত্তুনা ফমদনা অত্তুম উংলম্লি। ঙাইহাক্কী মতুংদা সোসেনা হুমিদাংৱায়গী ফিজোলগা লোয়ননা চংলক্লি। হায়রকই ইংলপ্পা—

সোসে—জমিন্দার সাহেব, করি উপায় য়েংবিরি ?

জমিন্দার—সোসে !! ঐ পেল্লে, ওক্লে ; নংগা ওনশিন্দুনা রারি শাবদি লায়-রক্তনা নংগী নশক ফাওবা উবা পামদ্রে ! নঙোন্দা ইচানুপী পীগে হায়বা তারম্বশি ওন্থোক্লা লানথ্রে ; শি'মুক লানবা অতৈ অমা লৈত্রে ! ঐশে হিংচাবদগী হেন্না মীনুংশি খঙদবা, মচা ভাওহনবা মপা ওইরে ! পুম্নমকশিগী হৌরকফম মরুদি ননা, নংনি থ্বায়দগী হেন্না ফত্তবা মী ! চৎথ্রো চৎলু, নশক্তু য়েংনিংদ্রে ; নংবু মশক খঙবা জমিন্দারত্নু ঐ নত্তে ! ঐদি মচা ভাওহনবা মপানি !!

সোসে—জমিন্দার সাহেব, ঐস্তু ইকায়বা অসি লৌবা লাকপা নত্তে ! তম্বুগা জমিন্দার সাহেবনা হেন্না খঙবিরবত্নুনি, সোসে করম্বা মীওইনো হায়বা ! লরুবা যাদবা, মীহাৎ-মীপুন থিবা ... ! সোসেদা ইকায়বা পীবা মীদি সোসেগী হন্নবদা মখরায় থাবা .... ! নংনা ঐগী থাঙদা নপুন্সি লোম্বা, খঙজিল্লু ....

জমিন্দার—হৌ কি শিগনি হায়বগী অর্থবা পোক্তে। নংগী নপাগা, ঐগা, নচা-ইচা পীনাশি হায়ত্নুনা উইল থম্বদি নংগী নপানা নংগুম্বা লমচৎ-নাদবা মীওই অমা মচা ওইনা কঙগনি হায়বা থাজ রুদবদগীনি ! নংগী লমচৎ তুকচবে, নংগী রাঙাং তুকচরে; ইচানা নংমুক তুকচবা অনি শুদ্রে ! হায়র্নবিবা রা কায়ফদে, ভাক্লা চৎকে কন্না হোৎনবনি ! নংগী লমচৎ-ব্যাভারনা পুম্নমক অবেস্না তাহল্লে ! নংবু মিকুপ অমতাও পন্তনা উনিংদ্রে, চৎথ্রো চৎলু, মফমশি নংগী অকল অরিঙ শীঙনফম এরিনা নত্তে

সোসে—শিরমদায়দা রাজাও ভাংগন্নু, জমিন্দার সাহেব মীশি ফজবোয় ! নচিলনা হায়দোকখিবা ঙপাগা য়ানখিবনি হায়বগী নচানুপী লৌবিগে হায়র্বনি ! ঐনা নমন্নুনা লোগে থৌরাংশিদে .. .... !!

জমিন্দার—ইয়ু-সেচ-অপা, নংগুম্বনা পংভাং-ভাংবা যাবা ঐ নত্তে ! নংগী হন্নুরনা ঐগী হকচাংশি মচেৎ-মচেৎ শেগাইত্তনা ঈনা লোথোঙ ওইনা চেল্লবস্তু নঙোন্দা ঐগী ইচা থাজগনি হায়বদি নমঙ-ফাওবা

মঙলুরম্ন ; শেগাইরবনি ইনখিবা উইল, চাক্লে হায়নখিবা বাদু ঐ ... !!

সোসে—জমিন্দার সাহেব ... .... ....

জমিন্দার—হেন্দ-অপ. হৌজিক্কি নংগী ধমকাদা কিগদবা জমিন্দারদু ঐ নত্রে ! নংগী ধমকানা, সনজিংনা কিন্থরকপগুম কিন্থরক্লনা ইথকশিদা মরোল তরেৎলক নল্লবস্থ, ইচানা লম্বা লমহাঙ খঙলক্লবা ; চাগনি থক্কনি কাওরক্লবা মতমশিদদি নংগুম্বদি তুমিৎ-য়ুরাগুম খল্লক্লে, খঙলবরা ? নথরায'দু মাঙনিংদ্রবদি অমুক পন্থবা তৌদনা তুমিন্না চৎচখ্রো ! নৎত্রবদি নথরায়দু মাঙজনি .... .... — !

সোসে—ও ! জমিন্দার সাহেব .... ... ....

জমিন্দার—নংগী রা মখা চৎথনবগী মতম লৈতে !

সোসেনা জমিন্দারদা থিনগদবগী তৌরকপা মঙংশি জমিন্দারনা উরক্লনা উপ্নদগী পিস্টোল শৎলগা মুক্তুনা রাশিংশি হাযথি । সোসে, হেক্কিনবা য়াদম্ননা তুমিন .অত্তম ময়ুম মায়কৈ পাঙখ্রে ।

সোসেনা চৎখিবত্ত য়েংতুনা ডাইহাক লৈরম্লগা পিস্টলদু টেবল মথক্তা থম্লগা রাখল তৌজৈ । মতোমতা নীংঙম্লক্লনা শোঙ্গে—

জমিন্দার—লমচৎ নাইদবা অমদা ঐনা, ঐগী ইচা থাজবা তারম্লবা ! মসিরা ঐনা মপা অমা ওইবগী মচা অমদা য়েংগদবা মিৎয়েং ! ঐশি শিবনা হেন্না ফরে, শিবনা হেন্না ফরবা .... — ! আনী, ইপানা লানখ্রে .... .... ইপানা লানখ্রে ... !!

হায়রিঙৈ তাঙ্গাশিদা, মচানা ওইরিবা ফিভমদগী থল্লুবদা রাজববী মমাম্ন পেন্দবনা পিক থল্লদুনা মপাদা রাকৎপা লাক্লি । মপাম্ন মুংঙায়তনা রাখল তৌম্ননা লৈরিঙৈদুদা শাওরপা !

মমানা—করিনো চোয়রোল-লোনবিরিবশিবু ? ইচা য়াম্না মুংঙায়না পোখাখ্রে ! করিমতা তৌদে ! অদুগা, ঐ রা অমতা হংজগে ....

জমিন্দার—করিনো হায়য়ু, নংনা ঐঙোন্দগী খঙবা পাম্লিবদু !

মমা—ঐবু ইচাগী অসিগুম্বা কুম্মৈশি কয়া কুইনা য়েংহনবিখিনি অদোমদি মীমুংশি চাঙবনিনা পেনবিরমগনি ; ঐদি মুংশি হৈতবী

মমা ওইবীনা য়েংজব ঙমজদে! শে, পিষ্টলশিনা ঐবু কাপ্পুনা হাংপিরো: অদুগা পেল্লা পেল্লা য়েংবিহৌরো।! নুংঙায়বিহৌরো পেনবিহৌরো! ননিং তৌনা পানবিহৌরো! ঐদি ইচাগী মতৌশি য়েংহুনা হিংজনিংদ্রে: শে, কাপপিরো শে .... ... ....

জমিন্দার—করিনোনে মমা? করিনো নংনা অমুক তৌবরিবশিনা? নংনস্থু অহুম্না অমুক তৌরবদি, কাননো ঐনা ওইগদবা ফিভমশি? করিনো ঐগী কোকশি ঙাওরক্কদৌরি! করিনো তৌরবশিবু .. ....

মমা—অতৈ করিস্থু নত্তে! মচাগী পুকচেল খুদন মপানা, শান্নরিবা লিলা-শিগী ওইবন্নিবা ফিভম অসিবু য়েংবা ঙমদবগী বাওনি!

জমিন্দার—তপথখো অমুক্তা জ্ঞান তানা খন্নখিশি ....! হৌজিক্তি পুম্নমকাশ ঐগী ইথক্তা লোয়না তারক্লে। করিনো ঐনা তৌগদবা!! অমগীমকস্থু খনবা ঙমদ্রিঙৈশিদা অমসু অমুক হাপচিল্লবে! অসিগুম্না মৈচাকশি মথোল-মথোল হাপচিল্লক্কুনা ঐ ঙাওদুনা চৎপা তারি! ঐ মথা অসি ফাবা ঙমদতুনা চৎপা তারি; ঙাওদুনা চৎপা তারি।

মমা—করিগী ঙাওজকনি, রাখল লৈবা জামন্দাবনবু!! নংনা ঐ অসমকস্থু নখুৎমক্তা কাপ্পুনা হাৎপা তেক ওল্লবা ... ... ; নংগী মিংচৎ তেনগৎকান লৈবাক মীয়াম্না নংবু থাগৎপগী খোঙ্কেলতনা মাযকৈ তরামক পুম্নমল নিনগনি! অ .... .... ....

জমিন্দার—তোক্লো, তোক্লো মথা অমুক তারগল্ল তোক্লো! ঐ মথাম অসিগী মৈচাক অসি খাঙনবা হোৎনবদা মথা অসি চেকখাযগদৌরি! মথা সি ফাবা চেমদতুনা ক্রেক লাকপা তারি, ক্রেক লাকপা তারি!

মমা—য়েংউ, অমুক্কী নুমিৎ শং, নুমিদাংগী থা ওই য়েংজবিবী ইচা অসিনা অহিং-নুংথিল থায়খিদ্রে; চাগনি থক্কনি শুঙলক্লে; 'শিবু কবম্না য়েংখো হায়রিবনো ঐবু? নং, মচাগী মীনুংশি পোক্কবা মপানি! নংবু "ইচাগী মপা ওইনা করিগী ফঙজরুরিবনো কল্লবদা" খোঙদগী তোন ফাওবা তু-চুংবা পোকই! অসিগুম্বা লিলা অসি য়েংডুনা লৈগদবগী শরুকপুদি শিখিবনা শরুক চামা হেল্লা কৈ! শে, নংনা থোনবিবা লিক-কোন,

স্না-লূপা পুন্নমক লৌজহৌরো.; ঐনা হিংদুনা লৈবগী করি কান্নরি ?

থল্লুবদা থম্মোয়শি .. — ....

অসি হায়রদুনা লিক কোল, স্না-লুপা লোয়না লৌথোকুনা টেবল মথক্তা থনম্লগা চৎখিগদবগী তৌরক্লি। মপাদি রাখলনা উংদুনা অদুম লৈরি। নোন্থ-খিবদগী মকোক হঙ্গৎপা ভূমদনা মুংবভনরি

মমানা—ঐ চৎলে, ভসিদগী ঐ নংবু থাদোক্লবনি .... ... ....!

হায়রম্লগা থাংভমদনা থোঙ তন্না অরা-মৈশা লাভনা থোকলক্লি। মকোক ভাওরবা—

জমিন্দারনা—দররাজি, মমা! মমা-ফাও .... ....; মমাব্ না ৎ... ....!

অম্তুম্না লাওরম্লগা ফুক হৌগৎদুনা ভান্নগদবগী তৌরকই। চমখিদ্রে "হং! ইক .... ...." হায়রম্লগা অদুম রান্তদুনা তুথখ্রে। দররাজিস্তু ইফিং-ফিংনা চেনশিল্লকই। অদগা ইপা-পাখৎনা হাযরকই—

দররাজি—সাহেব !! কবিনো মমা ইবেম্মা !! নত্তে, মমা ইবেম্মা .... .... !!

স-সাহেব রান্তখ্রে !!

মমাবু ফাগদবগী তৌরম্মা দররাজি, জমিন্দারগীদমক পানৎখে।

অশোমদস্তু কা মনুংদা তুমদুনা লৈহৌবী পম্মাস্তু লাভনাবিৎ পাখে। ইরাং লাওবদুদা থভবোয়-পাখৎপোয পভকৌ কৌরকখি— "মমি ... .... !!" অদুগা চেন্থোক্লকই। ইভক ভকই।

জমিন্দার, ইফিং-ফিংনা ফুক অমুক শৌংৎকদবগী তৌরকই। অদুবু মকোক উরু-উরু লৈবনৈ ভাওদুনা, মায়কৈ খভদনা মমিং তম্দল পাইব মথৈ তুশনখিদুনা—

জমিন্দার—ঐবু ভাইহাক্তা পোথাহল্লু — .... ! ভাইহাক্তা পোথাহল্লু .... ....

দররাজি—মমা ইবেম্মা! মমা ইবেম্মা .... ....

মমানা—থাদোকউ, ঐবু ফাগনু ; ঐবু ফাগনু .... .... .... হিংজনিংদে, ঐ হিংজনিদ্রে .... ... !!

পম্মা—মমি .... — !!

চেনশিল্লকুনা, দররাজিগা ইম্নোক-ইংশিন ভৌনবিবী মমাদা ইপা-পাখংনা কোল্লরি। দররাজিস্তু অফিঙ-অসায় ওইনা চংশিনখিদনা জমিন্দারবু কোনখংখি।

পত্মাদা হন্না য়েংলদ্রনা—

দররাজিনা—বেটি .... .... !! জমিন্দার সাহেব .... .... জমিন্দার সাহেব ....

পত্মাদি পুমঙক ভরি। তৌফম খঙদ্রি। দররাজিনদি জমিন্দারবু কোন-খংলগা স্লিপিং রুম-লোমদ পুশিনখ্রে। মমানা থোদোক অন্থ মচাবু খঙ-হল্লোয়দবগী লোংশিন্নবা কল্লা হেৎংখি। মপুক্কি নুংশিনা—

পত্মানা—মমি .... !!

মমা—ইবেম্মা .... ... !!

পত্মা—করি তৌরে মমি .... .... ?

মমা—ইবেম্মা কারিস্তু তৌদে, কারিস্তু তৌদে .... .. !!

পত্মা—অদুগা করিগী ফান-পুন্নখিবা ? মমি। করিগীনো নংগী ভক্তা লিক অমফাও-যাওদ্রবদি, করি তৌবে ? নাদস্তুনা অমফাও যাওদ্রে ! হায়য়ু মমি, নং করি তৌকবে ?

মমা—ইবেম্মা ! ইমাদি ইচাগীদমক পানবদা পোত্থাকম খঙদ্রে !! লাক্লো চংলশি ইমাগা,

পত্মা—মমি, নংনা ঐগীদমক পানবদা রাপবা .... ....! ঐদি করিস্তু তৌদে; হান্নগী হান্না অম্থ মওায ! করিগীনো, মমি নংনা ঐগীদমক রাখিবা ? হায়য়ু ঐবু করি তৌখবনো ? হায়য়ু মমি, ঐ করি তৌখ্রে ? নং, ঐবু নুংশিদ্রবরা ? করিগী ঐবু নুংশিবিদ্রি মমি ?

মমা—তোক্লো ইবেম্মা তোক্লো, মথা অমুক তাবগন্থ ! লাকও চংলশি, ইমাগা পোত্থাকবশি।

অদুগা মচাবু থেম্লগনা তুমফম কা-লোমদা চংশংখ্রে।

জমিন্দারস্তু মাগী স্লিপিং রুমদা নুংঙাযদা তুমখুনা তাল্লম্লে। দররাজিনা লেপ্লদুনা জমিন্দার য়েংলম্লি। অদুম্না ভালহাক য়েংলম্লগা থোরক্লুনা পত্মা মমা মচা অনিবুস্তু তুম্নবরা য়েংশিল্লবি। মমা-মচাস্তু তুমলম্লবদুদা থোক্লক্লগা থোঙন-চিংবা চেক তৌবারি। অদুগা ভসাইগী পিস্টোল লিকনচিংবদুস্তু মফম চানা থমজিল্লম্লগা মাস্থ তুম্নবা পোৎসং তেহোরে।

অদুম্না তুম্নখিবনা মফমদু ইচিক-চিকখ্রে। অহিং অথেঙবা মতম য়ৌ-শিল্লক্লে। কৌজেঙ-তারৌ, হুঙোযগী খোঞ্জেলতা মঙাইখ্রে। অতিয়াদনা নোং মংবা নুমিৎতা থাজনা থোক্লি। মরক-মরক্তা নোং পুবা লৈচিল্লনা থাজবু খনখিহ্নুনা মলেমস্তু হেক-হেক মন্নি। হেক-হেকস্তু পুমঙাল ঙাল্লি। অদুম্না তৌরিঙৈদুদা নুমিদাংগী পুং ১২ গী খোঞ্জেলস্তু তারক্লে।

ঙাইহাক্কী মতুংদা শ্যাম, নেভি কেপটেন; ফিজোলদুগা লোয়ননা গেট রাংমগী লম্বীদুদা লাকলম্লি! গেটশি হেক উবগা, মাগী থম্মোয়দা, কাওখ্রবা মতম কয়াগী মমাঙগী মফম তাম খঙনিং নীংশিংলকপদু শকফম্না তাকলকই। "ওইরমগদ্রা ওইরমল্লোয়দ্র" হায়না চিংনৈ হায়বত্ত মাগী মওং মতৌনা য়েংবশিংদা খঙহল্লি। অস্তুম য়েংলমই, হল্লি: নীংশিংলক্লি মাল্লক্লি। অদুনা চেকপল লাশিন্দুনা কোয়েং য়েংলি। মাঙ্গোলদুদা চংশিল্লগা ফোটোশিংদু অস্তুম য়েংলুরি। উরক্লি পত্মাগী ফোটো। মদু হেক উবগা মহাক খঙনিং নিংশিংলক্লে পত্মাবু। অদুনা চৎথোক্লগা বিল্ডিংগী শরুক পুম্বা য়েংলকই। পত্মাগী তুমফম তম্নস্তু য়েংলাক্লে।

নাকল অমরোমদনা, মতমদুদা অরোনবা নিপা অমনা জমিন্দারগী তুমফম তমগদবগী য়াম্না চেকশিলনা তুমিন্না রালদুদা কাখৎলিবদু উবক্লি। শ্যাম চঙক-ঙরুদুনা য়েংলুই। অদুগা য়াম্না লোন্না তুমিন ঙাইহাক য়েংলম্নগা পিস্টোলদু শৎলগা মচিলদুদা মচিলনা চুপ লাওনা চুম্নগা মাস্তু তুমিন, হুইশার তৌদুনা কাখৎলি। য়াম্না লোন্না, অরোনবা নিপাদুগী মতুং ইন্নরক্লি।

জমিন্দারদি কা মনুংদা নুংঙায়না তুমখুল তাল্লি। থোঙদু তপা হাঙলগা নিপাদু চংলক্লগা, তুম্লিবা জমিন্দারবু ছুরিনা থিনগদবগী শেম-শারি।

অদুম্না তৌরিঙৈদুদা ইখঙ-খঙহৌদনা জমিন্দার মিকপ থোক্লক্কুনা মমিৎ পাঙলকপদা, তৌরম্লিবা মওংদু উরকপদা য়াম্না পাংখনা লাওরকই—

জমিন্দার—ইয়ু সেট অপ !! হেলপ মি .... ... !!

মতমশিমক্তা সোসেনা জমিন্দারদা থাঙনা থিল্লকপদু শ্যাম্না ফাখ্রে। মখোয় অনি ওনশিন্নদুনা চেলেনজ তৌনরি। জমিন্দার ইঙক-ঙক্না য়েংলি। শ্যাম্না ঙমদুনা সোসেবু থোঙনাওরোমদা অস্তুম লঙথোকখ্রে।

'তৌনরিব' মতৌঙদা ইপা-পাখংনা চেনশিল্লরিবা মচা, মমা, জমিন্দার অমুক-হেন্না পাখংগ্রনা—

পাম্মা—আ! বাবা ... .... ...!! মমি .... ... ... !!

মমা—ইবেম্মা ... .... !!

দররাজি—জমিন্দার সাহেব .... .... !!

সোসেবু লংথগ্রবা মতুংদা শ্যাম ইপা-ইমা মফ-পোল শেমগৎলুনা লৈরি। অদুগা ইঙক-ঙক্লা য়েংলি শ্যামগী কনবিরৈবা মতৌশি উরকপদা—

জমিন্দার—কনানো থোক্লাল লৈবা নংবু? কনানো কনাবি রৈবা নংবু, শক অমুক্তদি খঙহনবিয়ু।

শ্যাম—ঐগী শক নখোয়না খঙগ্রবনি। লৈনিবা নখোয় খুদিংমক্তা ঐবু খঙদবা কনামতা য়াগদে! রাবন্নু জমিন্দার সাহেব, চিংনগন্নু, নংগী খুদোঙ-থিবা পুন্নমক ঐনা ঙাকথোক্কে খল্লি! গুড বাই,

অসি হায়বল্লগা থোকল্লই। পম্মাদা হায়ফেৎ মুন্না য়েংলল্লগা তুমিন্না অত্তুম থোকখ্রে। দররাজিনা থোঙনাংদা চংশিন্দুনা য়েংল্লরি। মিমু শেৎপাগু সোসেনি হায়বা খঙ্লক্লে। মতমশিদা রাখল তৌনা—

জমিন্দারনা—মাগী মশক ঐখোয়না খঙলবনি! কনা ওইগদৌরিবা .... !!

দররাজি—সাহেব! মিমু শেৎপশি সোসে, সোসেনি .... ... !!

জমিন্দার—করি !! সোসেনি হায়বা !! পুলিশ....পুলিশ !!

চেক্তোকলক্লুনা ফোন তৌরি। জমিন্দার, দররাজ, পম্মা লোয়ননা মমা, চংশিন্দুনা থোঙনাংদগী য়েংলক্লি! খুদক্তা পুলিস লাক্লুনা সোসেবু ফাখ্রে। নোং ঙানগদবা মতমদু ওইরকলি।

## ১৮বা উৎপা

শ্যাম্মা, শিরগদবা জমিন্দারবু কনখিবা অহিংদু কয়া অমা হৌখ্রে; অমুক কয়া অমস্তু লানখ্রে। মতুগী মতুং, নোংমগী অয়ুক্তুনি। বটালেনগী শক্তীনা অয়ুকী পুং নিপাল য়ৈরকপগী খোঞ্জেল তারক্লি। জমিন্দারগী য়ুমগী

মমাঙ খংবা চেকপল, মেন রোডকা হেক তাইনবা অসিদনি মফমত্তু। পত্মা, লৈকোনগী নুংগী সিটত্তা ফমহুনা লম্বীদা লাকপা মী য়েংতুনা লৈরমই। শক্তমদি মশা নাললি, তক তহেল্লি, রাখলদি চোয়। ফিজোলস্তু অঙৌবনি!

শ্যাম্মা নেভি কেপটেনগী ফিজোল'মক শেংলত্তুনা লম্বীশিদা লাক্লি। পত্মাবু উরক্লি, য়েংলগা অত্তুম রাখল তৌনা চংলি। পত্মানস্তু, শ্যামবু উরক্তুনা য়েংনা-য়েংনা চেকপল তম্না চংশিল্লক্লি। চেকপলদা পায়রগা নীংবা কায়বপ তৌনা য়েংগরি। অত্তুম্না য়েংলুরগা রাখল চোয়রবীগী শৈশক অমদা—

পত্মানা— কনানো নংবু লম্বী চংপা
তপ্পা-তপ্পা কেনা-কেন।
হাইনা হুম্না চংলিবা॥ কনানো .... ....
য়েংলম্মু অমুক্তা উৎলম্মু মায়থোঙদো
ইকায়বিনু, নুংশিবিয়ু ঐবু
নংবু উরগা
নুংশি মীনোক্না লৈশাৎ-তমজরি
.... .... লৈকোনগী লৈরাং,
ঐগী লৈকোনগী লৈবাংশে
হায়জিন্নবরা য়েংউ অশেংবনি য়েংউ॥ কনা ....
লাক্লমই নংনা ভয়াং ঐগী মঙদা
ওইরিদ্র খল্লি—
খল্লিবনি নংবু নুংশিবনি ঐগী॥ কনানো ....
ও! লাল্লে ঐনা লাল্লে
নীংজবত্তা মঙাইরে শঙাবদবে নংনা
উখিদবা কুইরে চেঙলো অদো নংগী
করম কাওশিগে .... কাওভমদনা ঐদি ....

পত্মাগী মতৌত্তুদা শ্যাম হেন্দোক্না চংখিবস্তু ভমদা, চংশিন্দুনা খঙহনবস্তু ভমদা, মাস্তু ওমচাক্লত্তুনা লৈরি। পত্মাস্তু গেটকী বারহু পায়রগা মপি তরঙ

তরগু শিন্তব-মখৈ য়েংহুনা অহুম লৈখ্রে। মতৌদুদা খাংডম্লক্তুনা থম্মোয় কায়না কৌরকই—

শ্যাম্না—আনী .... — .... !! /

পত্মাটি করিমতা হায়-ভাংবা তৌদে, ডকচাননা য়েংহুনা তুমিন অহুম লৈখ্রে। শ্যাম, অমুক্কা হেন্না নীংডম্লক্তুনা পত্মাগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা—

শ্যাম--আনী ! নং ঐবু কাওখ্রববা ?

পত্মা—কনাবু কাওখ্রবা ! কনা ! নংবু কনানো ?

শ্যাম- য়েংউ আনী ঐ কনা মানবগে হায়বত্ত ... .... ?

শ্যাম্না মশাদা খুদোনবিনা থিন্দুনা লৈ। পত্মানা মুন্না য়েংলি।

অশোমদনা, জমিন্দাবনা ষ্টিকতু পায়রত্তনা মাঙ্গেল-লোমদা থোক্লক্ল। য়েংথোকলকপদা তৌনারিবা মওংশি উরক্তুনা লেপ্লগা য়েংহুনা লৈখ্রে।

পত্মানা "রঞ্জুনি" হায়বা লাকশিনবা 'ডমজ্রে' হায়বা খঙলত্তনা মাগী ফিজোল লৌথোক্লগা মশক উৎলকই। মুন্না য়েংহুনা লৈরম্বদগী "রঞ্জুনি" হায়বা খঙলক্তুনা য়াম্না নুংঙায়নবা পেনখিদবা অত্ত ফোঙদোক্তুনা থঙকৌ কৌজরকই -

পত্মানা - রঞ্জু ... .... !!

শ্যাম—আনী ... ... !!

জমিন্দার—রঞ্জু !! ইস রঞ্জু .... .... !!

অমুম্না শোন্নম্লগা নীংডম্লক্তুনা কারোমদা অমুক হঞ্জিন্দুনা চংঞ্জে। পত্মা, আনী অনিনা চেজেৎ কোনশিন্নরম্লগা পেন্নখিদবগী পি শিন্তরক্লি।

শোমদনা, ভাবোকশিংনা খুবাক খুনরত্তনা "ভালো" লাওনরক্লি। হুই-শেল থোঙজিল্লক্লি। অতুগা, শ্রমিলাগা শ্যাম্মোগনা লোন্ন-লোন্না য়েংশিন্নবদা মিংচানখ্রি।

ষ্টেজদনা, পত্মাগা শ্যামগা কোন্নবা থাদোক্লরম্লে। পত্মানা নোকমি-নোকমি তৌরত্তনা শ্যামদা য়েংহ্রি। মায়থোঙদা পিগী ইচেলদি লেপ্লি। য়েংত্তনা লৈরম্বা শ্যাম্না তপ্না তৈথোকপিরকই। পত্মানসু শ্যামগী তৈথোক্লি। য়াম্না নুংশিনা মুনা য়েংনরম্লগা পেনবা নাইদ-মখৈ চেজেৎ অমুক কোনশিন্নে।

মতৌংদা, ভাবোক ওইরিবা নহারোলশিং পেল্লখুনা অমুকস্থ হুইশেল খোঙজিল্লক্রি। শ্রমিলা, শ্যাম্মো অনিস্থ লিলাশি মুন্না য়েংজনা লৈনরম্বদগী শ্রমিলানা শ্যাম্মোদা অমুকস্থ লোল্লা য়েংজরকই। শ্যাম্মোনস্থ য়েংলকপদা মিৎচানখিত্তুনা অনিমক ইকায় খুংশি য়ান্ননা লুকথনখি। মধুসুদোনগা নলবাবু-গস্থ মে:মোন নোকামম্লে।

ষ্টেজদনা, পদ্মাগা-শ্যামগা হরাওনা য়েংনরম্লে। শ্যামবু থাদোক্লম্লগা য়াম্না হরাওনা—

পদ্মানা—বাবা .... !! মমি .... !! রঞ্জু ... রঞ্জু !!

হায়না মপা-মমাবু কৌনা-কৌনা ময়ুম তম্না য়াম্না হরাওজনা চেনশিনখ্রি। শাম্না চেনখ্রিবী পদ্মাবু য়েংনা-য়েংনা লেপফৌরি।

কা মন্নুংদনা জমিন্দার য়াম্না নীংওম্লক্লবা রাখল অমগা লোয়ননা ফমহ্ন। লৈরমই। পেঞ্জরক্লবা মক্লনা মতোমতা শোঞ্জরকই—

জমিন্দারনা—রঞ্জু .... ; ইস ! ঐনা মাবু কয়া থিনা লাক্লবিখ্রবা ... !!

মমিৎতা শ্যামবু উদা পুন্নখিবা অদুদগী সমুদ্রদা থাদোকখিবা অঙ উরক্লি। মতোমতা য়াম্না পেঞ্জরক্লবনা শোঞ্জরকই—

জমিন্দারনা—ইস ! ঐনা অস্থক থিনা লাক্লবিখ্রবা ! অদুগা মানা, মসিগী লমন খুম্বা ওইনা ঐগী থরায় কল্লরবা !! .... .... রঞ্জু .... ....

পদ্মা—বাবা .... .... !! মমি .... .... !! রঞ্জু .... রঞ্জু .... ....

হায়রকপগী খোঞ্জেল তারকই। থওহৌদে, য়াম্না হরাওজনা চেনশিল্লগনা হায়রকই—

পদ্মানা—বাবা ! রঞ্জু .... .... !

মপাগী খুদাং তাপ পায়রগা মপাল-লোমদা চিংথোক্লকই। মমাস্থ ইমুং-লোমদগী হরাও-হরাও তাহ-তাহানা থোকলকই। হংলকই মচাদা—

মমানা—ইবেম্মা ! রঞ্জু লাক্লে হায়বা ?

পদ্মা—মমি ! রঞ্জু !! বাবা .... .... !!

চায়রদুনা থোঙ্গালশোমদা মখুৎ থিল্লদুনা রঞ্জুব তাক্লি। রঞ্জুব্ চেক উথগা মমাদি য়াম্না হরাওডনা মায়থোঙদ্ মকা লামথোকচৈ। তদুগা মপাগী মায়থোঙদি য়েংলুরগা হেন্না লুমশিলকপগুম ওৈই। হরাও-হরাও কৌই—

মমানা—রঞ্জু .... ... !!

জমিন্দার—রঞ্জু, করিগী লেপ্পুনা লৈরি ? লাও ইপা কোনগে !! ইচাগী শক উরক্কুবা কুইরে !!

পম্মা—রঞ্জু .... .... !!

কৌরদুনা শ্যাম তম্না চেনখ্রি। মমা মপা অনিনা মাঙ্গোলদা লেপ্পুনা য়েংহৌরি। পম্মানা, শ্যামবু মখুৎ পায়দুনা পুশিল্লক্লি। শ্যাম তুমিন অদুম লেপলৈ।

জমিন্দারনা—রঞ্জু .... .... !! ইপাগী রঞ্জু ... .... !!

শ্যাম—জমিন্দার সাহেব .... !!

মমা—ইমাগী রঞ্জু .... !!

শ্যাম—ইমা .... !!

মমানা শ্যামবু নুংশিনা নানবি। মপুক্তিং নুংশিনা হায়রকই—

জমিন্দারনা—রঞ্জু ! নং ইপাবু রারোগনুকো .... .... .... !! চৎলু ফিজোল হোঙলু !

পম্মানা য়াম্না হরাওজনা শ্যামগী মখুৎ পাযদুনা ইমুংলোমদা চংমিল্ল-খ্রে। মমানা নোকমি-নোকমি য়েংজহৌরি। জমিন্দারদি রাখলত্ত অদম লুমশিল্লকপগুমই। ফক্লাং ময়াদা লৈরিবা সিটতু তম্না তপ্না-তপ্না চংশিল্লগা ফমথরগা থিকতুনা খদাঙ শোৌরদনা, মশানা মশাবু পেঙ্গরক্তুনা শোঞ্জবকচ—

জমিন্দারনা—ঐনা, কনা লৈজদ্রবা রঞ্জুদা কযা তাথি-তাওইনা তৌবিহ্রবা। ঈহং-নাইহং শানা ফুবিখিবা ! মশা পুম্বা চৈফনগী চৈফম-মক্তা ! রা ঙাংব-ফাওবা ঙমজখিদ্রবা ; হিংবা মচেৎতা খাক্তুনা অমুক হল্লকনবা থাদোক্লুরবা !! অদুগা মানা মতুগী লমন ওইনা ঐগী থরায় কল্লরবা ! ঐগী থরায় কল্লরব-কো !! রঞ্জু, নং ইপাবু রারোগনুকো ! ইপানা নংবু মশক খংলুদ্রে ; ইপানা লানখ্রে ! ঐগী থম্মোয়শি পুবা ঙম্মোয়দৌরি মমা !

মমা— রঞ্জুদা কযাদা চাওরবা কনবিহৈবগী থম্মোয় অমা শাল্লমবা !!

জমিন্দার— উম, পুম্নমকশিগী হৌরকফমদি উইল— উইলদগী ! মমা, ঐনা উইল ভাক্না চৎনিংলুবা ; সোসেনা উইলগী মতেং লৌরকপা .... ! অনিশিগী ফল ওইনা এগী অয়ুক্কী নুমিৎ ওই, নুমিদাংগী থাগুম য়েংজবিবী ...ঐগী অনি শুদ্রবী মতোমতা শাৎচবী ইচানা ভাওনা চৎলকপা ; মবাল লৈজদ্রবা রঞ্জুদা শনা তাথি-তাওইনা তৌখিবা .... ! নাপল মতেক যাওরুবনা ঐনা প্রাচ্ছিত ফঙদুনা অনুতাপ্পা চান্নবা হকচাংশি পুদুনা মাযথিফমদতা চাংবা ...!! খল্লুবদা মমা ঐ .... !!

অস্নুম্না হাযবিদা শ্যাম পত্মা অনিনা, অনানবা ফজবা ফিজোল শেৎলগা হপাও মাযথোঙগা লোয়ননা থোকলক্লি। অড়ুগা মপা-মমা অনিগী মনাক্তা পশিল্লকনা ভুমিন লেপ্লবে। ফম্নস্বদগী তপ্পা হৌগৎ-হৌগৎনা হায়বকই—

জমিন্দারনা—ইপাগী বঞ্জু ! ইপানা খঙলদবনা নংবু খোযখা-লিনখা থাদুনা কয়া লাকৃবিনে ! মতুংগী মহৈ ওইনা, হৌজিক্তি ইপাগী হকচাংশি পেন্দব-মক্তনা যোমলবে ! নীংঙমক্তব-মক্তনা ইপা নংগী নমাওদা লেপ্পা ভম্নোযদৌবে !! ইপানা লানশিবা পুম্নমক নংনা নপামক্লি থন্দুনা রারোগন্নুকো। বেটি, ইপানা ইচাবু শকনবা চৈরাক কয়া পীদুনা অরাবা কয়া ওংনখে, ইপা ওজেন্দা লানখ্রে ; নংনা ইপাবু রারোগন্নুকো ! বঞ্জু, আনী, ভসিদগী ইপানা ইচা অনিগী নুংশি লৈপুন নপুন্সিগী ওইনা শেম্মিববনি ! বেটি, ভসিদগী বঞ্জু নংগী ওইরবনি ! রঞ্জু, ভসিদগী আনী নংগী ওইরবনি। নখোয অনিগী নুংঙায়-য়াইবী মরাং কায়না ; পুন্সি নুংশাভনা পাংবা ইপানা পীরবনি ! লৈবিবা মান-চাঙ, সমপতি পুম্নমক ভসিদগী বঞ্জু, নংগী নখুৎতা লোয়ননা শিন্নববনি !! ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিগনু ! পৌজললবিগনু !! অড়ুগা আনী, রঞ্জু, নখোয় অনিনা ইপাবু দোয তৌগনু, রারোগন্নুকো বঞ্জু, বেটি ইপাবু রারোগন্নুকো !!

অসি হাযবম্লগা মচা অনিবু খুৎকা-খুংকা শন্নরগা অফবা মাঙ্গল পীরদুনা পুন্সি লৈপুন শেম্মিনগ্লে। অড়ুগা মিৎতগী হৌরক্লিবা, মকশিল্লবা মায়থোঙদা তারক্লিবা নীংচমনা পিতু হৈথোকচরি। অনিনা পুন্না অমতা ওইনা কৌরকই—

শ্যাম, পম্মা — বাবা ..........!!

/হায়রত্তুনা মপাবু খুরুমজরক্লি। মপাদি নীংঙমলক্তুবা থম্মোয়দগী চেল্ল-ক্লিবা মীৎকী পিহু হেন্না-হেন্না শিন্থরক্লি। মমাগী থম্মোয়দসু নীংঙমলক্লি। পুক্লিং থুংশিনা হায়রকই—

জমিন্দারনা—হৌগৎলো, হৌগৎলো, ইচা অনিগী তেক্ত-কায়দবা ওইশনু....!!

ইপাবুদি রারৌগম্নুকো ........ .. !!

হায়রম্লগা মিৎকী অরা-শক্লোন পুত্তুনা ইমুংলোমদা অতুম চংখ্রে। মমানা পিহু তুমিন তৈথোকচরি। মমাদা য়েংলত্তুনা খুরুমজরকই—

শ্যাম, পম্মা—ইমা, মমি........!!

থুংডায়কত্রবা মায়থোঙ অদু নোকমি-নোকমি তৌজরত্তুনা হায়রকই—

মমানা—রঞ্জু, আনী, নখোয় অনিনা ইমাবু অমুক্তা চুপ্পু; মহুনা ইমাগী

থম্মোয়শি হংবরা য়েংগে......... !!

রাশিদা শ্যাম, পম্মা অনি ইকায়-থুংশি য়াম্লনা মোমোন তৌহুনা ডাই-হাক য়েংনকই। অতুগা য়েংন-য়েংননা চপ মান্ননা মমাগী থজায়দা চুপকদবগী তৌজরকই। চুপকদবা মীকুপ্পু-মক্তদা মমানা হুৎ লৈথোকখিহুনা পম্মা, শ্যাম অনি থক চুপ্লখি। ইকায়নত্তুনা লৈথোক্লে। মমানা মথম্মোয় পেঞ্জত্তুনা মোমোন তৌজে। স্ক্রীন হায়জিনখি।

স্ক্রীন অমুক হাইদোক্লকই। পম্মা, শ্যাম অনি, প্রাইজ অমমম কোল্ল-হুনা, মোমোন তৌহুনা লেপ্লম্লি। শ্যাম্মো, শ্রমিলা অনিদা য়েংলকই। ঙক নোন্থত্তুনা ময়ামদা ইকায় খুম্নবা উৎলকই। শর্মিলানা শ্যাম্মোদা য়েংলকই। শ্যাম্মোনসু য়েংলুই। মিৎচানখি। কৈনো অমা তৌনখি। পম্মানসু খঙঙখি।

### কুনমাথোই

*ড্রামা* উৎপ্রবা মতুংগী চৎলিবা চহিত্তুগী য়াওশঙ মৈ-থাবা থুমিৎতুনি। থুমিদাংগী পুং নিপাললোম হায়রক্লে মতম্না। বিরকুমারগী য়ুমগী ড্রোইং রুমদনি মফমসু। অনানবা চিয়ার খরা ইকোয়-কোয়না থাই, কাত্তুগী ময়াইদা লৈরিবা রাউন্দ টেবলহুগী অকোয়বত্তু। য়াম্না ফজনা লৈতেঙই কাহু।

মোমবতিনা থাওমৈ ওইনা থাল্লি।

-- ভাইহাক্কী মতুংদা বিরকুমার, কান্তি অনিনা জেন্টলমেন শাবদনা কোট অমমম য়াল্লগা চংলক্লুনা ফমলরি। চুরুট চম্নগা থকমিল্লে। নৈখ্র শাঙংক তৌবা অমা কামথোক্লগা হায়বকই—যাম্না চাঙ-লেম্না রাখল তৌনা—

বিরকুমারনা—ডিয়ার কান্তি, ড্রামা নুমিৎতসু ঐখোয়গী খুদোঙচাবা ফঙখিদে। তোংনজরবা পুন্নমক অবেস্বা তাত্রে! তৌবিবা মতম পব্লশিদসু ঐখোয়গী খুদোঙচাবা ফঙখিদ্রে! ঐখোয় তৌজিক কবি সপ্তেসন তৌবা তায?

কান্তি—মিস্টর কুমার, হয়েংথিমক পম্না-খোয়গী মমাঙদা থারগী প্রোগ্রাম - অমদি নৈ মিস্টর কুমার........!

বিরকুমার—থাবলগী প্রোগ্রাম! শোযদ্রবরা ডিয়ার কান্তি?

কান্তি—শোযদ্রবনি, হায়বশি তশেঙনমক খঙজববনি মিস্টর কুমার!

বিরকুমার—গুড! অদু ওইরবদি শ্যাম শোযদনা মতুদা লাকপা যাগনা! উম, ঐখোয় মতুদা শোয়দনা চৎতবা য়াদে! খুদোঙ চাবা ফঙলবাদি শ্যামবু শোয়দৎপা..............

কান্তি—ফিকস মিস্টর কুমার...............!

বিরকুমার--ফিকস ডিয়ার কান্তি! অহুগা পন্থাবুনা করম্না গুংশি মদি তাইনগদগে? মসিসু মরু ওইবা রাফম অমনি।

কান্তি—ভেরি ইজি! মতুদি য়াম্না লায়বা রানি মিস্টর কুমার! শ্যামবু লোয়শিনবা ওম্নবা, ঐখোয়গী থবক লোযবে মিস্টর কুমার।

বিরকুমার—নো ডিয়র কান্তি, শ্যামগী পুন্সি লোযশিনবদি মিকুপ অমতগীনি। পন্থাবু য়ানবা থেম্বদি অরাযবা থবক নত্তে! আইঃ জিঃ পিঃ, গী মচানি, পন্থানা পামজবা শ্যামনি! শ্যামগী মপা জর্জনি; পন্থাগী মপা আইঃ জিঃ পিঃ গা খায়দগী হেন্না লুনা চান্না তিন্নবা মরুপ অনিনি! ফিভম অসি নৈরম্বদগী ঐখোয়গী থবক অয়াম্বা ফেল ওইখিবনি ডিয়ার কান্তি! অদুনা অরায়বা ওইবা য়ারোই—.........!

কান্তি—য়েস, মিস্টর কুমারগীহুসু খন্নবা য়াবা রাফম্নি! অহুবু শ্যামবু

লোয়শিল্লবদি পত্মাদি নোংমগী মনুংদা অহুম মশানা য়াজবক্কনি মিস্টর কুমার........ !!

বিরকুমার— মস্তু থোকপা য়াবা রাফল্লা ডিয়ার কান্তি ?

কান্তি —করিগী যারোয়; তশেঙনমক য়াম্না লায়না থোকপা য়াবা রাফল্লি। ময়েক যাম্না চংবা পোৎ নক্তে; মরি নত্রগা মপ্তাতনি মিস্টর কুমার !!

বিরকুমার—ডিয়ার কান্তি ! মচুদি করম্বা মংলগী করি উপায় ! তশেঙ-নমক ঙক্কই !

কান্তি —মিস্টর কুমার, যাম্ন লায় য়াম্না ! 'যাবা' নত্রগা 'চিংবা' হায়বশি খরায়দগী হেন্না কমল ওইবা নুপী খেম্বগী খুৎলায়নি !

বিরকুমার—ফাবা নত্রগা চিংবা ! উম, এখোয় নুপা মচানিংকা....... ........!!
অসুম্না খন্নইনা য়াম্না রাখল নুংঙায়না লৈনহৌরি।

## কুননিথোই

রারি শানখিবা স্কুমিদাংওগী মথং লাক্লিবা নুমিৎতুগী অয়ুক পুং ৯ লোম তারে মতমহুনা। সহরগী মযোলমক্তদগী তাম্না-তাম্না শন্দোকখিবা লম্বী-শিংদনি মফম্না। লম্বীশিদা লৈশাবী শঙ্গ; পাখঙ শঙ্গনা য়াওশঙগী আরাজ অমগা লোয়ননা চংনরি। কাঙবু-কাঙবু অবের তৈনরি। নুপী-মচা কয়া অমনা অরাকপা গাড়ী ফাড়না শেল লৌরি।

পত্মানা তোঙই, শ্যাম্না ENFIEND দু থৌরম্বুনা, হরাও-ইথক ইরোয়-ননা নোক-খেত্তুনা হোরোল পীর-পীরহুনা লম্বীশিদা থৌরক্লি। ফাগে তৌবসু কযানি। লান্থোক্কুনা কয়া অমসু লাক্লে। হংদক্তি নুপী মচা শঙ্গ অমনা গাড়ী ফারিবা, থংলিবী লমলোঙ অহুম ফাঙবা কৌবিলা মথোঙশিমক য়ৌরকপদদি ইথঙ-খঙহৌদনা স্ট্রার্ট মুংথোকখ্রে। ইউক-উক্রৈ। থৌরি তিঙলিবী নুপী মচাশি, শ্যামথোয়গী মতৌংদা, ইকায়বা পীবা ওইনা হৌনা নোকখৎলকই।

নুপীমচাশিং—হঃ....হঃ....হঃ....

নুপামচা শঙ্গ অমনা মখোয়গা মায়োকননা থম্মৌ চাহুনা লৈরমই। সহরদগী লাপতক তৌরকপা মফমগী অঙাংশিংনি। শ্যাম, পত্মা অনিসু

অশোয়বত্রু য়েংনত্তুনা ইকায়বোয় করি-ঙই নুপী মচাশিংত্তুদা য়েংলকই ড্রকান মমাঙগী নুপাগী চা শঙ্গুত্তুনা অমুক তিঙশংত্তনা নোকখংলকই। মত্তুদদি শ্যাম পম্বা অনিস্তু চপ লেপ্তুনা করিনো অমা তৌনা থক-থক য়েংন-রম্লগা ইশৈ শকমিম্লরকই।

* * * * *

অড়ম্না ইশৈগী শকলম্লগা গাড়ীত্তু ঙ্.টি তৌগনা থম্মা উহিবা, চীংখোঙ ভম্না অড়ম হরাও-হরাও থৌগখ্রে।

## কুনহুমদোই

নুমিৎ তাশিনখ্রে। নোংপোক চীংগী চীংদোলদা পুনিমা মত্তু নোংমী কোনবগী থাজনা অতিয়া তম্না লিৎখৎলক্লি। পম্বাখোয়গী মাঙগী লম্পাকতুদনি। থাবল চোঙবগীদমক শেম-শারম্লবত্ত। গৌরাং লোয়না লোয়রম্লে। মফমত্তু যাম্ল ফজনা শেন-শায। টিম লাইট, টিউপ কয়া অমা থালি। মখল কযাগী মচু কযাগী চেনা অকোয়বদ ফাংবা লৈরেঙ শেমই। মাইকতা লাংথোক্লকই—

"লেডিস এন্দ জেনটলমেন্ট, পুকচেল চাঙবা, থাবল অসিবু য়াংবিনবা লেঙবিবরিবা চিল-ইনাংশিংদা হায়জরি—হৌজিক ঐখোয়গী থাবল অসি হৌজরগনি; অত্তুনা লেঙবিবরিবা ইচিল-ইনাংশিংনা থাবল অসিবু মপুঙ ফাহনবিনবা; খঙন চৈনবগী আশা তৌবিবম্বা য়াংরবম্ল মদ তৌবিদনবা হায়জরি! থাবল অসিগী ভোলুনটিয়ার থমজদে! থাবল অসিদা লেঙবিরক্লিবা জেনটলমেন্ট খুদিংমক্লা থাবল অসিগী ভোলুনটিয়ার ওইবি নিনীংজে! অত্তুগা থাবল থুগায়বিরক্লবদি থাবল থুগায়বিরিবা সাহেব জেনটলমেন্টশিং মুদগী মতিক চাবা স্টেপ লৌথংগনি......... !!"

লোয়খিবগা নম্ব পার্টিনা নম্ব খোংবা হৌরকলকই। নুপী, নুপা খন্ন-খন্ননা পায়নত্তুনা যাম্লা ফজনা চোংখ্রে। খোবি মনাক্তা থাবল য়াওগদবা কয়া অমা লেপলম্লি। বিরকুমার-খোয়গী মরক্তুদা চংলক্তুনা থৌরি মনাক্তুদা লেপ্লগা শ্যামগা-পম্বাগা য়াংবা য়েংত্তুনা লৈররি। ভাইহাকী মত্তুংদা শ্যামগা

পাম্বাংগস্থু পায়মিন্নবুনা থাবল য়াওরক্লে। পম্বাদা পায়গদবগী ভাইবুনা লৈরিবা বিরকুমারনা শ্যামবু পেন্দবা উৎতুনা শাওনা য়েংদুনা ভাইহাক লৈরম্লগা মাগী মপা য়ৌরকপদা পম্বাদা 'পায়গে' হায়গে তৌখি। হায়ওমদনা শাওনিংনা লৈহৌই। মথংগী মপা য়ৌরকপদা য়াম্না থোনা লৈনা হায়—

বিরকুমারনা—মিস্টর শ্যাম, ঐ অমুক্তা পায়জগে .. ....!!

হায়বগা পম্বাগী মথুৎতা তাপ পায়রুনা শ্যামবু থদংলগা থাবল চোংগদবগী তৌরক্লি। শ্যাম হায়ওমদনা নীংবা কায়না শাওনা হায়ফেৎ য়েংলম্রগা থৌরিগী রাংমদা লেপ্লগা বিরকুমারদা য়েংদুনা লৈরি। পম্বানা লৈথোক্তুনা য়েংলকপদ বিরকুমারা ওইরম্বদুদা শাওরপ তৌবা শক্তম উৎতুনা থদংকদবগী তৌরকই।

বিরকুমারনা—ভাইহাক্তা চোংমিন্নখিশি কৈদোবগে চান্নবী ......?

পম্বা য়ানিংদবা উৎতুনা মথুৎ কনথোক্লগা অছুম তোকখ্রে। বিরকুমারসু ইকায়-ইকায় থোকখ্রে। অদুগা চুরুট অমা চম্লগা থৌরি মনাক্তুদা লেপ্লগা শ্যাম লৈবা মায়কৈথোমদা য়েংলক্লি। মীরকতুদা চংলক্লগা—

কান্টিনা—মিস্টর কুমার, শ্যাম .. ....!!

হায়রম্বুনা অরোনবা মওংদা শ্যাম তম্না মথুৎ থিল্লি। শ্যামদি বিরকুমারদা হান্নবা য়েংদুনা নোকমি-নোকমি তৌরি। উশিংনদবা মওং ভাক্তনি তোনরিবনু। মতৌদু বিরকুমারনা য়েংলকপা উদুনা আফিল অমা কান্টিদুনা শাওনা চুরুট লওথোকখি। পম্বা থাবল য়াওরক্লে। শ্যামগী মনাক হেক য়ৌরকপদা শ্যামবু পায়হননিংবগী মওং অমা হেক্তা তৌরমই। শ্যামা, বিরকুমার য়াওরকপা ভাইবুনা লৈরি। বিরকুমারসু শ্যামগী মওং থওগে মতাওুম পম্বাদা তাপ পায়দুনা চোংলকই। শ্যামসু কর্মিতা থৌশাদে। মনাক্তা হেক য়ৌরকপগা রাকাক অমতা হাযদে, পম্বাগী মথুৎতু পায়রগা হেক্তা চোংবা য়াওশিল্লি। বিরকুমার শাওবনা ঈ কাবমথৈ মুন্না য়েংলম্লগা কান্টিদা ইঙ্গিৎ তৌরকই। মিকুপ্তু মতুদা পুলিশশিংনা তুমিন চংশিল্লক্তুনা কান্টিগী মনাক্তা লেপ্লরি। অসুম রাউন্দ তৌরকপদা বিরকুমারগী মনাক্তসু থুড়ক্লে। তাঞ্জা ভাইদুনা লৈনরি।

তৌরকপন্থু তাররি। ফোন্দা হায়খি—

শ্যাম—হল্লো.... !!

শান্তি—কনা ওইবিরবনো ?

শ্যাম—হৌবিরিবী অদোমবু কনানো ?

শান্তি—এ.... ! আ, তামো শ্যাম ওইবিরবরা পায়বিরিবহৌবু ?

শ্যাম—আই ! শান্তি,.... ...শান্তি করি তৌরবা ? হা ! হায়রো করি তৌরগে ?

শান্তি—আ—উম—; অহুবুরো হোয, আ—ঐখোয তামোচা—ননে.... !

শ্যাম—হোয়নে ! করিনো হায়গদবহু পরপ-পরপ হায়বো কৈদৌরগে.... !

শান্তি—অস ! য়াম্না তকাশল্লকংকো ! অদো, নুমিৎ থানরম্বকাক লৈববা হায়বা ? মতম-কাক করুরম্ল—গদি....; অহু ওইরগনা থম্লগে হায়ব-রোই-এ !! অদোমদা য়াম্না কায়গদবা ওইরগাদ হায়দগনা ফৈদনা !!

শ্যাম—রাঙাং হৈবরা হায়ববু, কাওরবরা অহুঙৈগী ননা লৈবদো ?

শান্তি—অস ! নাশি যেঙ-ফোঙ শার ! তামোগী খুৎতুদি ইংলরিনি ! ইংদ্রিবরা ? শোয়দনা ইংলম্লগনি....!!

শ্যাম—ইংদ্রি ! য়াম্না নুঙাই ! মশিং থিঙমদনা চামথোকপ্রবা খুৎশি হোজিকসু ইমোনতা মোন্দুনতা লৈরি ! নংগী নাদো য়াম্না মোল্লি ! হৌজিক্কা হেন্না মোল্লম্লগনি ! কৈদৌঙৈ অমুক লৈবা ফঙগদগে খনবদা চাক-চাগান হায়ব-ফাও কাওরি... !!

শান্তি—অস ! হৈরেনে মীবু হরাওহনব-কাক্তি ! থাজহনব-কাক্তি ইরায় লায়না হেক্তা হায়দোকপা ঙম্লে হায়বা.... !!

শ্যাম—হোয়নে, ঙমজবো ; রা ঙাংব-কাক্তি য়াম্না এক্সপার্ট ওইরে ! তম্বীব মশিং য়াম্লে হায়বা তাকপিরে !! অহু, করিনো হায়গদবহু হায়বিরো

শান্তি—রাইহেন্নুনা ঐগী থম্মোয়বু মথক-মখা ওন্থোকপিখ্রে !! হায়গে হায়জরুরবনিনা হায়জরগে ; অহুবুরো "তামো,... উম... অতৈ করিসু নত্তে হায়বা ...!!

শ্যাম—হোয়নে হায়রোনে.. !!

শান্তি—উম, হয়েংগী মথং.... !!

শ্যাম—হঙচিৎ,—'শিদা কৈদোবা ... ?

শান্তি—উম, ইশ রিহিয়র্সেল তৌগদৌরি হায়বা, অদুদা লাকপিনবা ইভাইটেসন নিউজ অমা ... !!

শ্যাম—কনানা ?

শান্তি—খঙদে.... !!

শ্যাম—খঙদ্রবদি তোক্লেদনা— !!

শান্তি—তোকপসু য়াদবা....!!

শ্যাম—অদুদি ঐবু করম-তৌ হাযরিবা.... ?

শান্তি—অস ! তনখ্রে-শে তামোশিমা ... !!

শ্যাম—তল্লবসু তোকচৈ হায়বা....!

শান্তি—তোকপসু য়াদে হায়বা....!!

শ্যাম—অদু ঐবু করি তৌ হায়রিবনো ? খঙদেশে কলেজগী ভোটতু ঐসু মতেঙ য়াম্না পাঙনিংই ; ঐবু দরকার ওইহনবির-রোয়দ্রা ? মিউজিক সেক্রেটরি ওইরগা ঐবুসু ইশৈ তম্বীগনিদনা.... !!

শান্তি—দরকার ওইবা.... !! হায়নিংঙাই নৈতনা অদোমগী মতেং দরকার ওই !! অতদা, ঐভোন্দা মতেং পাঙনিংদবগী নৈগোরুবা রামাঙ য়ানবা হান্না হৌরক্রবশিদা.... । ঐ করি হায়গদনো হায়ফম খঙদে !! অদুগা, অদোমগী চিন্দগী অসুম্না হায়দোক্লককনি হায়বসু থাজরুদে ! থাজদনা হায়দোক্লকপশিনা নীংবা কায়নিংঙাইগী মশক ওই,........ !!

অসি হায়রম্লগা পুক্নিং রারোহ্লনা শাওরঙননা ফোন্দু কোক থনজিল্লম্লগা থোকখ্রে। ইমুংলোমদা অহুম চংশিনখ্রে।

শোমদনা, ডসাই-মখৈ নুংঙায়না চিন্দাল-পাওতান্নদুনা রারি শারম্বদগী ইখঙ-খঙহৌদনা কনেক্সন ককথ্রবা অদুদদি পেলহৌদদুনা ফিঙলপ্পা হায়রকই—

শ্যাম্না—আই ! আই ! শান্তি ! শান্তি....!! ও-হো....!! করিগী হায়দোক্লরিবা!!

হায়রদুনা পেন্দবা ফোঙদোক্লুনা ফোনদু থমখি। রাখল হায়ফেৎ তৌদুনা নৈরি। মমা ইবেহলনা লাক্লগা থোঙজিল ময়াদা লেপ্পুনা মতৌদু

তুমিন য়েংলরি। মদু খঙদনা—

শ্যাম্না—কদায়দগী হায়দোক্লুরিবা ! চিন নংশে য়াম্না ফৎমন্দে ! এগী করি-
মতা খনবিদে হায়বা ! নত্তে, এনা হায়নিংলক্লবস্থু নংনা হায়দনা
তোকপা য়াবনি হায়বা ! হৌজিক্তি করি শারগেশে ; মাগী রাইহে
মঙা-তরাদংনা তেকখৎলুরবা হকচাংনি, তেকখৎলেদনা ; মতৎ-মতৎ
লোয়না থদংথ্রে ; পেল্লবরা........ !!

ইবেমহল নোকফেৎ তৌরম্লগা ইখঙ-খঙদবা শারদুনা লৈরি। শ্যাম্না
মপাল লোমদা থোক্লকই।

ইবেমহলনা—করিনো নুপামচা, নংনা ঙাংলিবদ্রবু কনাদনো ? কনানা নংগী
করি থদৎপা য়াওথ্রগেনে ?

শ্যাম—অঃ....অঃ....ইমা.... !! করিস্থ তৌদে........ !!

হায়রম্লগা, ইকায়-ইকায় অদুম থোকথ্রে। মতৌন্থ য়েংলুরগা নুংঙায়-
জহৌই, নোকফেৎ তৌনা মতোমতা শোঞ্জহৌই—

ইবেমহলনা—উ....হুম....হুম....হুম........ !! অঙাংবা ভুমদনা চোইরোল
লোল্লিবশিবু ! ডে-ড্রিমর খন্দুনা তোক্লরনি ! উম, চাওবা মপুঙদি
কাজরেদনা, ডে-ড্রিমিং ফজনা হৈবে হায়বা ! কনাগবু ওইরিগদবা....!!
খন্দুনা অদুম লৈহৌরে।

### কুনমরি

*ফোক্দা* রারি শানবিবা নুমিদাংদুগী মংগী নুমিদাংদনি। মংমস্থ পুং
৬ লোমতা মতারি। আইঃ জিঃ পিঃ নিলবাবুগী থুমগী লাইরিক য়েংফম
কাদনি মফম্না। টেবল, চৌকুনচিংবা মথিক চানা থাই। সোফা সিট অশাঙবা
অমস্থ লৈ। মৈস্থ ডালনা থাল্লি। নিলবাবু চংলকুনা লাইরিক য়েংগদবগী
ফমথগদবগী তৌরি। মধুসুদোনস্থ কোট কাক লিৎলদনা অহলগী ষ্টিক অমা
পাযদুনা মাযথোঙ মৰা লাম্না কাশিদা চংলল্লি। ফমগে তৌরকপদা উরক্লদুনা—

নিলবাবুনা—এ ! নমষ্টে জর্জ্জ বাবু.......!!

মধুসুদোন—নমষ্টে আইঃ জিঃ পিঃ বাবু.......!!

নিলবাবু—লেঙশিনবিশি শোমদা ! আ, বেটি ; চা অনি....!! জর্জ্জ বাবু

করি থবক্কী লেঙবিবকপা ......?

মধুসুদোন—এ। আহঃ জিঃ পিঃ বাবু কবিস্তু থো দোকপা লৈক্লদে মতম থবা হাঙই হাযদনা স্কুম চৎথোকচরকলিবনি! ফিভম ফবি বদনা....'

নিলবাবু—হোয-হোয! হা, জর্জ বাবু হচাশিংগী কুম্মে উ ববেদনা.. ॥

মধুসুদোন—উজবে, যাম্না ফজগ্রে! মপুঙ যাম্না ফাগ্রে। অশোয-অঙান অমতা যাওদব-মখৈ যাম্না ফকচনা, ফজনা-তৈনা, চেকশিন্না উংখে! রাহটবগী হমোসন্দা তাওহনা, ডিবেক্কবগী লনজিং নখাদা এক্সেস অনগী মশাগী কনাগী হৈশিংবী মওং উংপদা মপুঙ ফাহল্লি! রাবিগী চাহলোগ থক শিথহনখিদে; ড্রামাগী নেচর কবিমতা কাযখিদে। ফজৈ থাগৎপদা মতিক চাবী ইচানি!

নিলবাবু—হোয, অশোয-অঙাম থাইদোক।। যাওশিদববা খল্লি জর্জ বাবু!

মধুসুদোন—যাওখিদে! শুকযাও-যাওখিদে। যাম্না ফজনা উৎখি হচানগুম ইহেন হেনখি! মীনা থাগৎপনজুম রাংলবান!

নিলবাবু—অহঃ....হঃ....হঃ! জর্জ বাবু, নুপামচাস্তু যাম্না ফজনা মপুঙ ফানা উংখি। ষ্টেজগী মী ওহবদা অতৈদগী মওং শাবা হেল্লি! এক্টরগী গুন চেল্লি! টিউন ফজৈ এগ্রান চমহ! অকন-অযাঙ গোন্তোক্কী উচ্চাবন শেংহ! ট্রেজিডি উংপদা বাইটবগী এক্সবিসনদগী এক্টরগী কলানা হেন্না হৈশিঙবা মওং উংলি.... ॥

মধুসুদোন—হোয়, আহঃ জিঃ পিঃ বাবু ড্রামাস্তু ফজৈ; রাবিন্দ্রমরুস্থ হচা অনিগী হেন্না নকশিন্নবা মবী অমা পূবকপদা যাম্না চাওববা থৌদাঙ অমা লৌরমগনিস্তু খঞ্জে! লিলাদতা নত্তনা অশেঙবা ওইনস্তু পাঙথোকপশিনি ঐনা পামজবিবস্থ। আহঃ জিঃ পিঃ বাবুগীদি ঐ খঙজদ্রি ॥

হাযনবিঙৈ-মকশিদা পত্মানা চা পুশিল্লকহ। চাহু টেবলদা থম্লগা ইচমচম্না হায়—

পত্মানা—ডেডি চা... .... ॥

মধুসুদোন—উম, ইচাগী চাহু হাওখিবনিদা.... ॥

নিলবাবু—লৌবিশি জর্জ্জ বাবু ...     !!

পন্থা কান্নদগী থোক্লুরবা নিল্ম ফিল্মার অমা পাযরগা অমুক চংলকই !

ফম্নগা ফাকফাক্তনা যেংলম্নগা চা থক্লিবা মপাখোবদা হংল চই—

পদ্মানা—ডেডি, নহাল-মখৈ শ্যামাগী ডোডনা পোকপনি হায়বা খঙহনবিব্রা

কাবিগীনো ?

মধুসুদোন—অএ ! নখোয়বু নহাল-মখৈ শুঙখঙ-খঙনদবগনে ?

নিলবাবু—ঠয়া অপাঙবী, খঙদ্রবস্ত মাংজনদা হাযদোরু। অস্নক লুনা

তিম্নবিবা মরুপ অনিগী মচা, কলেজ কাবা, কারবী নখোয় অনি

খঙনদে হায়বাশিবু মীনা তাবা যারিবা রাগা হায়বা ? অঙম্না হায়ন-

ববদি নখোয়বু মীনা কবি খনিদগে ? জর্জ অনগী মচাবু আইঃ জিঃ

পিঃ অমগী মচানা খঙদা ; আইঃ জিঃ পিঃ অমগী মচাবু জর্জ অমগী

মচানা খঙদে হায়নরবদি নখোয়না নহাল-মখৈ চংনবিবা লম্বীচুবু

কদায়দা চংনবগে হায়বা ? মীনা তাবা যাবিবা রায়নে ?

মধুসুদোন—আইঃ জিঃ পিঃ বাবু, বেটনা হায়রবস্ত চম্বা লৈ। মরমদি

ঐখোয় পুন্না অমুক্কা মিনদ্রি ! কনাগুম্বগী মচিলদগী নমবা মমামবা,

মমাম্নবদগী তারম্বদি যাই ; নখোয়গী ফিভমদগীদি খঙনদে হায়রবদা

থোইনা লাক্লোয় ; কবিনা, পিক্লিংডো লম্ব অন্না লৈনখিবা, চাওরক্লগনা

লোয়নবা চংমিন্নবা হঙোয়নবা....! বেটি, হৌজিক্কি নখোয় মুন্না

খঙনরে.... ...!! আ, যানবেদনা........!!

পদ্মা—অদু পিক্লিংডোগী থংনরম্নবদি কয়া নুংঙায়রবা........!! ডেডি নখোয়

যাম্না ফত্তে ; নশা-নশাগীদমক যেংউ। শ্যামবু পুডনা তেক-তেক

লাকপা য়াবনি হাযবা ! অদু অমুক্ত ফাও পুবরুবাগ নরিগীনো

হায়বা ডেডি ?

মধুসুদোন—হোয়, মতুংদমক্তি ডেডিনা লাক্লে ! অম টিনগী খুদোঙ চাব-

শিদি নংস্থ খল্লু বেটি, পিক্লিংডদা নখোয়না বোম্বেদা, ঐখোয়না

মনিপুরদা.......! অদু নংস্থ হৌজিক্তি নং ডেডিনা ঐগীদা লাক-

পদা য়াওরকপা য়াবনি—হা....... ?

পত্মা—অদু ঐখোয় ডেডিনা পুবিদে হায়বা! মতোমতা হেক্তা চংথি!
চংকনি হায়বস্থ তাক্লমদে....!

মধুসুদোন—অদুদি ঐগী ইরাল নত্রে, নং ডেডিগী মরাল তা'রদনা! নত্রা?
নংস্থ খল্লগা হায়য়ু হায়বা........?

পত্মা—উম, ডেডিগীস্থ মরাল লৈ; ডেডিগীস্থ লৈ.......!!

মধুসুদোন—উম হঃ...হঃ....! অস্থ হৌজিকপু নংবু ডেডিগী য়ুম য়েংনিং-
লিবরনে?

পত্মা—করিগী য়েংনিংলোয়দৌরিবা? খঙদববু খঙনিংবা মশানা তাদ্রনে
ডেডি?

নিলবাবু—রাইট! বাইট বেট; ইয়ু আর রাইট! খঙদববু খঙনিংবা
মশানা তাবনি! উম, ডেডিনা মথং চংপদা শোয়দনা পুবিরগে....!!

পত্মা—নো ডেডি! আই ডোন'ট লাইক টু গো বিথ ইয়ু।!

মধুসুদোন—হুয়ায় দাগ্টর....?

পত্মা—বিকোজ, আই হেভ গ্রোন-অপ!

মধুঃ নিলবাবু—হঃ....হঃ....হঃ.... !!

মধুসুদোন—ইয়ু আর অলসো গ্রোন অপ দাগ্টর.?

পত্মা—য়েস! য়েস ডেডি.......!!

মধুসুদান—উম! ক্ষেত্রনেং নশা চাগ্তরক্রবনিনা লাক্লগা য়েংদ্রবস্থ লৈরগা
যেংবা য়াদে হায়বা..! হা য়ারেদনা....? নং ডেডিগা লোযননিং-
দ্রবস্থ ডেডিগা লৈমিল্লবাদ করিস্থ কায়দে হায়বা.... !!

নিলবাবু—নং ডেডি খোয়গী য়ুনাদি নং চংববু হৈনরোইদা! শত্ত নাল্লি,
খক্কে; কোন্নুংদগী তেল্লা থুংজায! মস্থনা বেট, নংগা অমুক লৈশল্ল-
বদি স্নাগী মথক্তা ওম্ফা থিনবনি, ফজগদৌরিবা........!!

মধুসুদোন—হঃ....হঃ....হঃ! ডেডিগী কোন্নুং মানবা য়ুমদো নংগীনিকো
খঙজিল্লু! আইঃ জিঃ পিঃ বাবু, অদু ঐ অমুক........

নিলবাবু—ফগনি হনবিরশি! নমষ্টে!

পত্মা—গুড নাইট! গুড বায ডেডি.......!!

মধুসুদোন—গুড বায়-গুড বায় বেটি ! আইঃ জিঃ পিঃ বাবু নমষ্টে...... !!

অসুম্না কায়নখি ।

**কুনমঙা**

*পত্মা*-খোয়না রারি শানখিবা মুমিদাংস্তুগী মথংগী মুমিদাংরায়স্তুদনি । মফমস্তু মধুমতিগী ঋুমগী শান্তি-খোয়গী ইশৈ নৈনফম কাদনি । শ্যাম্মো ফুরিৎ পুমযাৎকাক লিংলদনা চংলকই । থোঙজিল ময়াদা খোঙউপ লৌথোক্লমই । তদলা শঙ্করস্তু চংলকই । রিহিয়ারসেলগীদমক শেম-শারি । শান্তিস্তু চংল-ক্লগা ইশৈ শক্কদবগী শেম-শারি । মোটোর অমা থৌজিল্লক্তুনা থাম্লবগী মথোল তারকই । হান্নগুম অস্তুম লৈনৈ ।

মতমশিদা শ্যাম টেপ রেকোর্ডর অমা পায়রগা হরাওনা চংলকই । উরবনা যাম্না হরাওনা হায়রকই—

শ্যাম্মোনা—ও ! ডিয়ার ! লেঙশিনবিরকউ........ !!

শ্যাম—ফরে, মকপ ফরে !....ঐ লাক্লে ! থোরাং লোয়না লোয়নরম্লেদনা !

মকুপ ওসিদি মেম্মগী ইশৈ তাবা তারেদনা........ !!

শান্তি—ভল্লি কৈস্তু শল্লোয ! মীগী অশোয়বা য়েংলগা নোক্লবিগদবগী....!!

শ্যাম—ইশৈ হৈরিববু নংলা ঐরা ? অখঙ-অহৈতনা য়েংশিনবনি........!!

শ্যাম্মো—মকপ ভোট থোম্লবা ওইশেনি হায়রা ! তাক্লনা য়েংশি ! হৌরো হৌরো মেম্মা, যারদ্র য়েংশি — !!

শ্যাম—ফজনা শক্কদবনি, রেকোর্ডিং তৌগদৌরিবা.... !! হয়েং মীওন্দা তাইল্লগদৌরিবনি অরা-পোৎথাকম ওইনগদৌরিবা ....... !!

শান্তি—অস ! ইকায় তাহনবিনু !

হায়না-হায়না শ্যাম্না রেকোর্ড তৌগদবগী শেম-শারি । শান্তিনা ইশৈ শক্লকই—

* * *

মধুমতিস্তু থোঙজিল পায়স্কনা লেপ্লগা মচাগী ইশৈশি তুমিন তারম্লি । শ্যাম্না রেকোর্দর ফও পীশ্রে । ইংনা মেঙনা হংলকই—

শান্তিনা—যার-দ্রা—তামো........ ?

শ্যাম—অতুম্না শক্লবদি পুক্লিংশি মওং অমা তৌহল্লিদনা ....... !!

শ্যামমোখোয়দি মপাল থোকখ্রে। শ্যামনা ইশৈং অনুক থাদোক্‌তুনা তারি। ইত্তপ তপ্পা—

মধুমতিনা—ইচাশা নখোয়গী হৌজিক্কী ইশৈনি হায়দনা তৌরিবশিদি ইমুং-মনুং মচিল-মনাও পুন্না তামিন্নবা য়াবা অমতন্ত্‌ নত্রেদনা . --- !!

শ্যাম, মমাগী রাহু তাবগা ইশৈং থক খিঙলগা হরাও-হরাও নোক্লদুনা হায়রকই—

শ্যামনা—হঃ....হঃ....হঃ.... ! ইমা, ইশৈনি-ইশৈ। ইমাখোয়গী রাগা তুংগী নামদো মদো, মতুংগুম্বনি মসিংমু.... .. !!

শান্তি—হঃ....হঃ....হঃ.... !! অস, য়াম্না হৈনা........ !!

শ্যাম—উম, তম্বীবদগী খরদি হৈজরে ! অদুদি চৎলগে.... ; ইমা চৎচরে !!

ফুক হৌগৎলগা পরপ-পরপ অতুম থোকলক্লি। শ্যামমোনা ডাড়ী মপালদা লেপ্লগা নপ শিংতুনা লৈরমই। মমা মধুমতিনা নোকনি-নোকনি তৌরদনা কা মনুংদা চংখি। শ্যামনা থোকলক্লগা খোঙউপ তোঙশিল-তোঙশিলনা হায়রকই—

শ্যামনা—মরুপ, মেম্মগী ইশৈংসু তাজরে। য়াম্না ফজখ্রে ! অসুম্মনু শরুপা ওন্নবদি শোয়দ্রে কাবা মরুপ— ! অদু ঐ অমুক হল্লরগে !!

শ্যামমো—ফরে য়ৌবিরো মরুপ, রারৌবিবা য়াদে ! ঐদি লোক খরা লৈবশিনা হকচাংশি ইমুং-মুংডায়দ্রে ; অমুক থিন্দোকচররোয় অসুম লৈজহৌরে, রারৌবিবা য়াদে !!

শ্যাম—করিগী রারোগদগে মরুপ ! মরুপকী হকচাংতু লাইনা চেন্দনবা হোৎনবিয়ু ! চৎচরে মরুপ গুড-বায়........ !!

শ্যামমো—গুড বায়, মরুপ........ !!

হায়রম্লগা শ্যাম মোটোর ষ্টার্ট তৌদুনা অতুম থোখ্রে। শ্যামমোসু ডাইহাক য়েংলম্লগা ইমুংলোমদা অতুম মমায় লৈশিনখ্রে।

•

কুন্নতরুক্ত

ইম্ফালগী মিট হোটেলদনি। নুমিদাং থেঙজিল্লক্লবা মতম্নি। বাজারগী লম্বী পুম্বা মী ইতাক তাকখ্রে। মরক-মরক্তা জীপ কারনচিংবদি চৎলি।

জিঃ এমঃ কোলগী ঘড়ীদা পুঃ ১২ তাগদোরক্লে। লম্মী পুম্বা মৈদি অস্তম ওয়াল্লি। অরাপ্পা, আইঃ ওঃ সিঃ রোমদগী মথা ওন্না কংলা পাক্কা লম্বীদা জীপ অমা য়াওনা থোরক্লগা পাওনা রোডলোমদা থৌজিনগ্রগা মিট হোটেল মনাক্তুদা থামলরি। থোরক্লিবস্থ কান্টিনি। গাড়ী থামলম্নগা মিট হোটেল মনুংতুদা পরপ-পরপ চংশিনখি। মনুংদা বিরকুমারখোয় ময়াম অমা পার্টি তৌজুনা লৈরমই। চার থক্লুতুনা, মনিপুরগী ফজ-ফজরবা মফম কয়াগী ফোটো কয়া য়েংনরমই। পুথোকতুনা, উংলতুনা মথং-মথং হায়রকই—

বিরকুমারনা—মসিনা জুলোজিকেল গার্ডেন, ইরোইশেম্বা; মসিনা সিংদা ডাম, কাংচুপ, সিংদা; মসিনা, সনাইল লোকচাও; মসিনা সিরোয় চীংমায়গী সিরোয় লিলি, সিরোয় চীংশাং উখ্রুল; মসিনা মনিপুরগী কংলা; মসিনা কোন্নুং; মসিনা মোরে, মোরে বাজার; মসিনা আইঃ এনঃ এঃ টুরিশ হোম; কৈবুল লমজাও; লৈমতাক হায়ড্রো ইলেক্ট্রিক প্রোজেক্ট............

কান্টি—মিস্টর কুমার! তশেংনমক থওলে! শ্যামগা পম্মাগা অনিনা চংকদৌরিবস্থ, টুরিশ হোম, লোক্তাক, কৈবুল লমজাও, শোয়দ্রে! হয়েংমক মখোয় তশেংনা চৎলগনি!

বিরকুমার—শোয়দ্রবরা ডিয়ার কান্টি .. ?

কান্টি—ঐ ইশামক্তা লুমদুনা তাবদা মখোয় অনি হায়নহৌবা তাররক্লবনি—!

বিরকুমার—সবাস!! হঃ....হঃ....হঃ....! শ্যাম, নং ডাক্তর তম্বা চৎপগী আশা তৌরিবস্থ কায়জবা তারেদো! মেডিকেল ইনট্রান্স ইজামিনেসনগী ফোল হয়েংমক ঐনা হায়দোকপিরগনি! ডিয়ার কান্টি চাওথকউ; পুম্নমক ঐগী খরচনি। হয়েংমক পম্মা ফাগদবনি, শ্যামগী মপুন্সি লোয়শিনগদবনি! হৌজিকমক ঐখোয়গী গাড়ী মোইরাংলোমদা থোথদবা য়াদে!

অস্তুম হায়রতুনা ময়ামদু নোক-খেরতুনা, পেন্না চা-থকলম্নগা জীপতু তোওলতুনা মোইরাংলোমদা থোক্লে।

অঙনবা অমুক ওইরক্লে। নোংপোক 'অতিয়াদা ভাঙ্গ্রনবা মশেক-মভাঙ্গলগা লোয়ননা নুমিৎনা য়াকায়রক্লে। লোক্তাক্কী ঈশিং ইথক-ইপোম হৌরি। তি-কয়া তোর্ব্বানদা লৈরি। পোস্বী চেক্লানা খোঙল-খোঙলদুনা লোক্তাক্তা চাক্তাবা পাইশিল্লক্লি। টুরিশ হোম উরক্লে। নোংস্থ পুমঙাল ভাস্তোক্লক্লে। ভাইহাক্কী মন্নংদা বিরকুমার-খোয়না থৌথিবা জীপতু টুরিশ হোম তম্মা থৌজিল্লরুগা প্পামলবে। কাঙবুদ্ধ ঙরাংগী নিশাদু হন্নরমদ্রি। অদুনা মশাত্ত হাইরং-তুবঙ কুমথনবরুগা মাগী-মাগী থোকপা পঙচৎ-চংথোক-নখ্রে। বিরকুমারগা কান্টিগা অনিদি চীংখোঙদা, উ অমদা ভারদুনা ফম্মি-ল্লরি। মবোল ইশৈ-শৈনা—

কান্টি—মিস্টার কুমার মফমগি কদায় য়ৌরে? ঐখোয় অবোকতোন-খোয়গী থোঙ্গালদ্ মানশিল্লক্লিদা ঐদি! নীংশিংলকইদা মমাংঙৈগী মেমচাদো, কাওবা ঙমদেদা ইথাযগী পুর্নিমাশিদো! নুংভায়বনিদা ঐখোয়গী লিকোল শান্নবীদো. মোইরাংদা শান্নবা মশান্নদো! মোইরাংগী থোইবী শকহেনবী, নীংশিংলকই লাইরবা মচা খম্বনা মগুংলাঙগী শমু খোঙদা য়েৎনিবদো............

* * *

অদুম্মা ইশৈ ওইনা শক্তোক্লকই। ময়ামমু জ্ঞান ইতা তানদ্রি। অশোমদনা, শ্যাম পন্থা অনি কৈবুল্লমজাও য়েংমিন্নরম্লি। হরাও-হরাও ইশৈশু শকমিন্নৈ।

* * *

অদুগা টুরিশ হোম তমগ্রি।

শোমদনা নিশা হন্নরম্লে। কান্টিনা বাইনোকুলার হাপ্লুনা য়েংলম্লি। লাপ্পা পন্থা-শ্যাম কার তোঙদুনা লাকপদু উরকই। বিরকুমারদি থঙদ্রি। কান্টিনা কোয়থি থিরকই। মানা থিরি, ময়ামমু খোমজিলি। তাল্লকুদা শ্যামখোয় টুরিশ হোম তম্মা থৌজিল্লক্লি। খাম্লগা কুমথরকপদা পন্থানা মোন্দা মুংভায়না ঙসাইগী ইশৈ মমৈম ঙংবা হৌরকই। শ্যামসু য়াওই।

মচি অমদা তুমিন্ন ফমদুনা চুরুট চম্লম্বা বিরকুমার য়েংথোক্লকপদা ইখঙ-খঙহৌদনা উরক্কুনা যাম্না শাওনা খানা য়েংলগা, মতৌদুদা দিল চাম্লহনা চুরুটতু থক লঙথোকখি। তাঞ্জাদুমক্কদা কান্টিনা লুচিংজনা শ্যাম, পল্মা অনিবু রাউন্দ তৌররি। মতৌদুদা পল্মা মীপাম্লজজনা শক্রফম ওল্লকই। উশিত্তনা হায়রকই—

অমনা—অস! বা! বিউটিফুল........!

অদুম্না তৌনদুনা বিরকুমারনা পল্মাবু নমদুনা ফারগা জীপতা হাপকৎ-তুনা থৌখ্রি।

অতৈদুনা শ্যামগা চেলেনজ তৌনরম্লগা শ্যাম্না নোংমৈ পিস্টোল উৎতুনা কিহল্লম্লগা কারদু থোদনা তান্নখ্রি। শক শক উনরক্লবদা বিরকুমারনা পল্মাদা পিস্টোল উৎতুনা কিহল্লি। শ্যাম্না য়াম্না হৈশিঙনা কাপ্পকপদগী বিরকুমারগী পিস্টোল মখুৎতগী অদুম চোংথোকখ্রে। অদুফাওবদা বিরকুমারন পল্মাবু নমদুনা মশা শোক্কদবগী হোৎনরকই। অদুবু শ্যাম্না হাঞ্জিল্লক্কুনা বিরকুমারবু মপুন্সিগী দাক লৈনবা খুৎফু ঊমদা মথোঙ থুদেল্লম্লে; মমিং নামা হুগাযরম্লগা পল্মাগা লোয়নন্না অদুম হনখ্রে।

কুনতরেৎ

*শ্যাম*, শ্যাম্মোগী ফাইনেল হঙ্গামিনেসন রিজল্ট আউট তৌখ্রবা মতুং, নোংমনি। মতমদু নুমিদাংরাহনি। মফম্না মধুসুদোনগী য়ুম, মাঙ্গোলদনি। টেবল চৌকনচিংবা মৃত্যৌশাগুম্না অদুম লৈরমই। মধুসুদোননা খবর অমা য়েংদুনা ফমলল্লি। মনা ইবেমহলনা চা পুরক্কুনা পীরে। শ্যাম্মো নুমিদাংরাইরমগী ফিজোলগা লোয়নন্না মাগী ক্যারদু থৌজিল্লক্লগা থাম্লদুনা কুমধরকই। পাও নুংঙায়বা ফংবগী হরাওবা অমগা লোয়নন্না হংলকই—

মধুসুদোন্না—এ! নুপামচা নহাক লাল্লিবরা? নখোয় পাওকাক্তি ফংলবরা? করি থল্লি?

শ্যাম্মো—হোয় পাবুঙ ! পাবুঙ ! ঐখোয় পবিক্কাস্তু ফজ্জনা পাস তৌব-
বনিনা এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ অসিতংগদি থাখিশিবা খঙ্গরি !

মধুসুদোন—উম, থাগদবনি, নখোয়না ফবগা ইপাখোযগী মাযনি !

শ্যাম্মো—অদুনি পাবুঙ ঐখোয়না খঙ্গরিবস্থ.... ...'।

অস্তুয়া হায়নরিভৈদা শ্যামস্তু থবব অমা পাযবগা চংশিলকই। শ্যাম্মোবু
উবদ্দা য়াম্না হরাওনা কৌবকই—

শ্যাম্না —এ ! মরুপ .......!!

শ্যাম্মো—ও ! মরুপ ......!!

শ্যাম্না—পাবুঙ ঐখোয়গী সিট ফংলে। সেলেকসন্দা যাওরে। মরুপকা
ঐগস্থ এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ অসি তম্বা চৎপা তারে।

মধুসুদোন—করি হায়বা ? নং অমদি নংগী মরুপ শ্যাম্মো, নখোয় অনিমক
সিট ফংলে ; সেলেকসনদা যাওবে !! ভেরি গুড ! ভেরি গুড মায বোয়।
অদুনিদনা মুপামচা হাযবদু ! ঈশ্বরনা নখোয় অনিবু থৌজ্জালবিরবনি !
শ্যাম্মো অদুনিদনা ! মখোয় অনিনগা এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ তুগা পাস
তৌরকপা থোক্লবদি ঐখোয়গী মীদি রাৎলবোয, পাবুঙবুস্তু মীয়াম্না
থম্মীরিবা রেসপেক্ট অসিগী মথক্তা অনৌবা রেসপেক্ট অমগস্তু থম্মী
রগনি হায়বা...... !! অস্তুনি মুপামচা হাযবস্তু, লৈবাকমচা তাব
থবক তৌগদবনি ! আ, অস্তুগনে মখোয় মীবমদা চৎপ্রগা ভাওশন্নব
কাক্তি য়াব-নস্তেকো ! নখোদা পুরিং চংব্রবদি পাবুঙ শাওগনিকো
মসিমদি নীংশিংউ, খঙলেদনা শ্যাম্মো ! উম, চৎলো চৎলো নখোয়গ
তৌগদবা নথৌ তৌজ্জরুরো........ !!

শ্যাম্মো—ফগনি পাবুঙ........!!

শ্যাম—মরুপ, ফমস্তুনা ভাইহাক পোথারুশি........ !!

অসি হায়নস্তুনা ড্রাইং রুমদা চংগদবগী তৌরকই। পাও খঙল
মম্মানা হরাও-হরাও থোক্লরুগা হংলকই—

ইবেমহলনা—নখোয় অনিমক সেলেকসনদা য়াওরে হায়বা মুপামচা ?

শ্যাম্মো হোয় ইমা, মরুপস্ন ঐশ্ন সেলেকসন ফংলে !

ইবেমহল— অদুনিদনা মুপামচা হায়বদো ! ইচানি হায়বদা লেমই ! ইমায় পাকই ! মীনা কল্লরুরনিদনা !! ইমাবুসু মীনা ব্যাভার তৌনবিনি হায়বা .... !!

শ্যাম্মো— ঐখোয় ইমা'শিদি........ ! মরুপ-মপাঙগী মমাংদা ইমা কৌজবদা লেমগদৌরিপোৎনিকো মরুপ ...... !!

ইবেমহল— মচাগী মমানা ঐনিদনা ! ইমাগী ইচানা নংগা, নংগী মরুপক-নিদনা। অঃ চৎলো-চৎলো রারি শাথুনা ফমলম্মু ; ইমা নং অনকলবু শঙ্গোম পুহল্লকে ! মাই পাবুঙস্ন শঙ্গোম তৌবিহিদ্রা ?

মধুসুদোন—থক্কনা তোকই হায়বর' ! ইচাশিংনা মথঙ মথঙ মায় পাকল-ক্লবা অসিদবু . মতাংশিদা থক্কনা করম্বা মতমদা থক্কনি ! পুবকউ হাওনা শেন্নকউ ; হন্না-হন্না থক্কে !

শ্যাম, শ্যাম্মো অনি কা তম্না অদুম চৎখ্রে। ইবেমহলস্ন ইমুংলোমদা চংখ্রে ।

ড্রোইং রুমদনি, শ্যাম, শ্যাম্মো অনিমক চংলকুনা ফম্নবে। অদুগা এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ তম্বা চৎনবগী মরমদা রারি শানরকই—

শ্যাম্না—মরুপ ঐখোয় চৎপা শোয়দ্রেকো........ ?

শ্যাম্মো—সিট ফংলশিদবু ঐখোয় তুমিন্না লৈখিদ্রা ? মীনা সিট ফংদদনা চৎনিং-চংনিং চৎতবা কোঙ্গায় য়াওনরি !

শ্যাম—চুমই মরুপ ! ঐখোয় চৎপশি শোয়বা য়াদ্রে .... !!

রামসিংনা শঙ্গোম পুরকুনা থনম্নগা তুমিন অদুম থোকখ্রে । শঙ্গোমস্ন থন্ন-থন্না—

শ্যাম্মোনা—অদু মরুপ হয়েংদি ঐখোযদা চাক চারা অমা চামিন্নশি হায়ববু করি খনবিবগে ? হঙ্গোযবিগদ্রা........ ?

শ্যাম—হেরা মরুপ, হৌজিকপু ইনৌ-নোনা অদুম্না হায়বিরক্লিবশিবু........ ! মরুপকী রাহুদা ঐ করি খল্লমগনি খনবিবগে ?

শ্যাম্মো—ঐদি, মানা য়ুম থাদোক্লমদায়নিনা ইনভাইটেশন য়াম্না লৈরমম্বনা ঐগী চাক্লেনগী বাতোন লোবা ঙম্লরোয় হায়রক্কদরা-কাক খঞ্জরি ! ওই-রমদববুদি য়াই ; অঙ্কদা পরিক্ষা মতুংদগীদি য়ুমদকাক ইরাক লাকপিদবশিদা "পুক্লিং-অদু ওনথ্রবরা" হায়ন-ফাও খঞ্জরিবা........ !!

শ্যাম—হঃ .. হঃ....হঃ.... ! মরুপকীম্ব য়াম্না হৈবা রাঙাংনি হায়বা খঙজরে !

শ্যাম্মো—ফরে অসিমম্ব খঙজিনবিরো, ঐদি লাকপিগনি খঞ্জে !

শ্যাম—লাক্তবা তারেদনা, মরুপ্পা ঐবু অদু য়োনা চিংনবিরবদি ! অমনা, ইনভাইটেশন য়াম্লবনিনা মরুপকীম্বনা হেম্না লুই ; অদুনা লাক্তবা হায়বদু তারেদনা ! অদু শোয়দন-মক্কী য়োদি য়োজরক্কনি !!

শ্যাম্মো—কৈ, লাকপিদববুদি ঐগী করিম্ব কায়জদে ! চাক্লেনদু চাবিরদ্রবা, মদুতনি ঐঙোন্দা কায়জরিব্বশি........!!

শ্যাম—হঃ....হঃ .. হঃ ! মরুপকী রাঙাং অম্মুম্না মেম্মম্ব কোচি হেক্কা কোৎলি ! হোয়, অদুবুদি মবুঙগী মচল্লনিদনা ! ফরে মরুপ ঐ লাক্লবম্ব চাকলেনম্ববুদি শোয়দনমক শরুক য়াজরগে !

শ্যাম্মো—হোয় লাকপিদ্রবম্ব হায়জরিবা, লেঙবিরক্তবদি য়াদে ! ইমানা, "চৎলমদাযশিদা নংগী মরুপকা লোয়ননা চাক্লেন অমতংদি চামিম্নরগা চৎথিবম্ব ইমানা য়েংজনিংইদা ইবুংঙো" হায়না ইমানা শোলহৌই ! পাঙশিতগী মরু ওইনা লাকচবনি, ঐ অমুক হঞ্জরগে ....... !!

শ্যাম—মরুপ ঐম্ব চৎলমদাযশি ইমাবু থুরুমজনিংলিবনি ! শোয়জররোয় মরুপ ! অদুদা মরুপ........

শ্যাম্মো—করিনো তাকপিয়ু কৈদোবগে ....... !!

শ্যাম—পুজারি ওইগদবীদু কনানো খঙজনিংলিবা........ !!

শ্যাম্মো—কনা ওইহনশিগে, মরুপ্পা পাম্বদু হেক্তা ওইহঞ্জগে ; ইমারা মেম্মরা ? অসিদগী হেন্না গতোপ্পীদি লৈজদ্রি মরুপ্পা খঙবিরেদনা !

শ্যাম—খঙজরে। অদু মরুপ, চৎলমদায়শিদা শ্রর্মিলাদু অমুক্তা ওইরবম্ব উনরুশিদনা রা অমতা ওইরবম্ব হায়রমশি ! মরুপ্পা শ্রর্মিলাবু ঙৌ-হনবশি হাকমল্লিকো, দোষ পুদুনা তোকচনি ! 'তুংদা নীংঙম্লক্লোয় মরুপ !

শ্যাম্মো—হেরা মরুপ ! হৌজিক মচুগী মতম নত্রে ! নহাক্ মথৈদি হায়-ক্রৌদ্রগা হৌজিক, চৎকদবগী খোঙ থাঙ্গৎতুনা লৈরবা মতমশিদবু.... !!
নত্তে মরুপ মদোমদা খন্নরগুমশি ! মানা ঐগী থম্মোয়বু মশক খঙ-বিরম্লগদি, হায়বা হায়দবা চপ মানৈম !

শ্যাম্—করম্না মরুপ ? করম্না মান্নগদৌরিবা নোংমতম্ব রাহৈ অমতম্ব হায়রু-দনা ; শ্রমিলানা মরুপ্প্ করম্না মশক খঙবিরমগদৌরিবা ?

শ্যাম্মো—নত্তে মরুপ, মসিগী রাশি তোকশি ! রা য়াম্না য়াম্লকঙ্গোয় । ফোঙ-দোকপা ঙাক নুংশিনবা নত্তে ; ফোঙদোকুবা ঙাক নুংশিনদবা ওইরোয় !
অা কান্নদে মরুপ রা তেনশনশি মতমম্ব থেঙজিল্লক্লে ! হায়রো মরুপকী অপাম্বা পুজারিম্ব কনানো ? ঐস্ব হঞ্জরগে !

শ্যাম—ফরেনে মরুপ ; অা মরুপ, ইমাদু অহল ওইশিল্লক্লে রাহল্লগুমশি, মেম্মবু হেক্তা থোঙহনশিদা........ !!

শ্যাম্মো—মরুপপবু য়োৎপা য়াগনি হায়রবদি হেক্তা হোৎনজহনগে ; চৎচরে মরুপ গুড বায় .. .. !!

শ্যাম—ফনি মরুপ, গুড বায়........ !!

অসি হায়ন্নদুনা শ্যাম্মো মপাললোমদা অদুম থোকললকই। মধুসুদোন হান্নগুম খবর য়েংদুনা অদুম লৈরম্লি। শ্যাম্মোনা থোকলকপদু উরকপদা হংলকই—

মধুসুদোন্না—শ্যাম্মো নং হল্লগেরা.... ?

শ্যাম্মো—হোয় পাবুঙ অমুক হঞ্জরগে !!

মধুসুদোন—অঃ ফরে-ফরে চৎলো ! নাদ-য়েক্তুবা চেকশিল্লকো !

শাম্মো—ফনি পাবুঙ........ !!

হায়রম্লগা কারক্ত অদুম থোদোকখ্রে। কুইনা কান্নদে নিলবাবুগী কার শৎ থৌজিল্লক্তুনা থক খাম্লে ; অদুগা নিলবাবু মাঙ্গোল-লোমদা অদুম চং-শিলকই—

মধুসুদোন—এ ! আইঃ জিঃ পিঃ বাবু নমষ্টে-নমষ্টে ....... ! লেঙশিন-বিরকউ........ !!

নিলবাবু—নমষ্টে জর্জ্জ বাবু, নমষ্টে ..!! মুপামচাগী সিট ফংলে তাজৈ!
য়াম্না মুংঙায়জৈ!
মধুসুদোন—হোয়-হোয়, লাইবক ফবনি হায়ব-তায় সেলেকসন্দা য়াওজরে;
সিট ফংবদি ময়ারে খঞ্জরি........ !!
নিলবাবু—য়াম্না মুংঙাইজৈ, ঈশ্বরনা থৌজালবিবা ওইশনু!
মধুসুদোন—ঈশ্বরনা থৌজালবিদুনা মাগী এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ অসিতংগা মায়
পাকচরবদি ইচা পোকচবগী মহৈদি চারগনি খঞ্জরি! অদুবু খঙদে
আইঃ জিঃ পিঃ বাবু, মতুংগীশি ঈশ্বরনা করি তম্বীরমগদনো........ !!
নিলবাবু—ঈশ্বরনা থৌজালবিদুনা ইচাগী মায় পাকপা ওইহনবিশনু!
মধুসুদোন—মহুনি ঐনা খঞ্জরিবসু আইঃ জিঃ পিঃ বাবু.......!!
ইবেমহল—তাদা য়ৌবিরক্লেদনা ....!!
নিলবাবু—হোয় ইবেমস্না ঐ লাকচরে........ !!
ইবেমহল—মায় পাবুঙনা হায়ববু, তাদবু করি লমদনো অমা চৎপা তারে
হায়না তাজৈ!
নিলবাবু—হোয় ইবেমস্না চৎপদা মতারয়বনি! অদু হৌজিক অমুক চৎতবা
তারে!
ইবেমহল—চৎতবা তারে হায়বা? ইস! ওস্থোক্না মুংঙায়জরেদা!.........
মধুসুদোন—বস-বস !! আইঃ জিঃ পিঃ বাবু মহুতা চৎতবা হায়দুনা,
মমাগা ঐখোয় অনিসু ভসাইদগী লাই খুরুমদুনা লৈজরম্লিবনি! ঈশ্বর
লৈতবা নত্তেদনা... ....!
নিলবাবু—হায়ব য়ায় জর্জ্জ বাবু ঐসু ওস্থোক্না মুংঙাইজখ্রবনি!
ইবেমহল—ফরেদা তাদা! অতৈ অতৈ লাইরিদা তাদা! ঐদি য়াম্না
খঙনিংবা অমদুম লৈরেদা........ !!
নিলবাবু—এ! করি রানিনা ইবেমস্না........ !!
ইবেমহল—করিবু ওইগনি তাদা, ইচা মুপা লৈজবা ঐখোয়গীদি........ !!
নিলবাবু—এ! এ! খঙজরে-খঙজরে........ !!
ইবেমহল—অদু তাদা, নহাল-মথৈ ভাংনবনা-ভাংনবনিদো! নোকশি-মুংঙায়শি

হায়দনা পাংভাং-ভাংনরবা হায়বগনি। সুপীনা থৌনা ফমল্লি হায়বিগদ্রা; ঐদি অকক্লবা অরেপ্পা অমত্তম খঙদোক্লবা পামবু-পাম্লেনে তাদা! ঐগীশি অতৈ কনা নত্তে হায়দনা হায়জবনিকো ....... ! নোংফাদোকসু লাকচনিংবনি!

নিলবাবু—এ! এ! লেঙবিরকনু! লেঙবিরকনু, অঙাং নাও চাওখিনবনি কান্নদে ইবেমস্না! ইবেমস্নানা লেবিরক্নুগসু জর্জ্জ বাবুনা মরক মরক্তা লেঙবিরক্লিম্ব-ঙায়! হোয়, মশানা পামফমদি থোকপনি; ইবেমস্নাগীদুসু করিসু কায়দে; মানা করিনা হায়ববু মুংঙায়রিডৈদো মুংঙায়বা হাপ্পিংবা হায়বশি মীওইবগী হৌনশানি! করি হায়বগে জর্জ্জ বাবু?

মধুসুদোন—হোয়, হরাও-মুংঙায়মিন্নশি, ইচা-ইশু হাকতক-ফাও চারোলমৌরোলনশি হায়বগীদমক মরুপ মপাঙ, ভাই বনধু হায়নরিবনি! অদুবু তৌনদ্রবদি তিন্নবগী.............. ! নত্তে, তিন্নদবনা কৈ হায়জরিবা ... .. .... !!

নিলবাবু—অচুম্বনি, অচুম্বনি জর্জ্জ বাবু ........ !!

মধুসুদোন—আইঃ জিঃ পিঃ বাবুগা ঐগা তিন্নবিশিগুম, ইচাগা ইচাগসু তিন্নহনবা মশানা তাবনি! মসিবু তৌনদ্রবদি.... ; করি হায়গে আইঃ জিঃ পিঃ বাবু?

নিলবাবু—অসুম্না হেক হায়নবশিনা, ঐশে লেঙবা য়ারোইদৌরিএ! ইবেমস্নাগী ইচাদদদি ঐগী ইচাশি থাংবোয় শঙ্কবনি; অদুবু য়ারোইদৌরিএ! ইবেমস্নাগী লাইনা কনগদৌরিমাল্ল ....... !!

—হুঃ . হুঃ .. হুঃ .... !! (হরাওনা নোকমিন্নৈ)

—হরাওনা নোকমিন্নবশি মুংঙায়জে! অদুবু রাৎলিদা মতমশে, চহি মঙা-তরুকশি ঙাইবা তারিবনিদো! হোয় কৈদৌগনো ঐসু ইচাবু মহৈ-মশিঙ মপুঙ ফানা তমহনখিগে খল্লি! বেরিস্টর ফাওবদি তমথহনগে খঙ্গরি!

ইবেমহল —ফৈনে তাদা, কোটিতা মম্মৌন্নুপীগা মকুগা লওনহনবা হায়বদুনি !

নিলবাবু—মদুনি ঐনা ইমিৎ পেন্না য়েংজনিংলিবশি........ !!

অতুম্না থাম্মা হরাওনা রারি কয়া শাগনা লৈহৌই।

কুননিপাল

রারি শানখিবা নুমিৎতুগী মথংগী নুমিদাং ওইশিল্লক্রে মতমত্তু। মধুন-তিগী য়ুম, শ্যাম্মোগী রিডিং রুমদনি মফমত্তু। টেবল মথক্তা ফাক্তোক্লবা লাইরিক অমা লৈ। খরা অমসু লৈ। শ্যামো ভাইহাক্কী মন্নুংদা চংলক্লগা চে, কলম পায়থৎতুনা লাইরিক (চিঠী) অমা ইররি। লোয়রগা থুপচিন্দুনা থমগদবগী তৌরি। থোঙদা কোক-কোক লাওনা থিল্লহুনা হরাও হরাও কৌরকই—

শ্যাম—মরুপ, ঐ লাকচরে........ !

শ্যাম্মো—ও ! মরুপ !! থেঙ্ক-ইয়ু লেঙশিনবিরকশি........ !!

শ্যাম—ফরে মরুপ........ !!

শ্যাম্মো—ভাইহাক্তুং পোথাখিসি মরুপ ! ঐদি লাক্লরোইদ্রবু থঙ্গরুরে !

শ্যাম—এ ! ঐ ঙরাং শোয়দনা লাকচগনি হায়জখিবত্তনি ...... !!

শ্যাম্মো—অদুবুদি ঐসু খঙজে ! অদু চাক লোয়ররবরা অমুক্তা হংজখিগে !

শ্যাম—তপ্পা তৌরবসু য়াই মরুপ !

শ্যাম্মো—হুম, চাক লোয়রবদি চাথোক্লগা থন্নগদবহু কোন্না থন্নবনা ফৈ !

অঃ মেম্মা... ....

শান্তি—তামোচা ! করি হায়গে তামোচা .. ?

শ্যাম্মো—চাক লোয়শিল্লবরা ? নং তামোসু য়ৌরক্লে !

শান্তি—কুইরে লোয়বা তামোচা........ ! তামো অসুক থেঙনা লাক্লিবদি করিগীনো ? হন্দক-মরকশি ঐখোয়দা কয়া লাক্লিংদবগী মওং অমা তৌরক্লিবশিবু করি নুংঙায়তবা, পেন্দবা করি লৈরগে ?

শ্যাম্মো—ভাইখোনে, মথেলবু করি-করি তৌরিবগে........ ?

শ্যামো -মরুপ, অতুদি ঐ হকচাং অমুক্তা শেঙদোকচরুখিগে ; ডাইহাক্তং ফমবিরমখো ! ঐ হেক্তা কৌজররক্লগে........ !!

শ্যাম – ফনি মরুপ শেঙদোকপিরু ! অতু মরুপ শ্রমিলাহু অমুক্তংদি উনরু-বনা ফববা "ল্লিকো !

শ্যামো—কোন্নগী রানি ! এরুপ কোন্না ....... !!

মখা তারমদনা অতুম থোকখ্রে। শান্তি খজিক্তং চিংনবগুম তৌখি। চংশিল্লক্তুনা মবুঙগী লাইরিকতু ফাক ফাক্তুনা য়েংলরি। শ্যামসু ফিলম্-ফিয়ারহু য়েংতুনা লৈ। চিংনরপ তৌনা হংনা হংলকই—

শান্তি—শ্রমিলা হায়বা........ ! কনানো ?

শ্যাম—শ্রমিলাবু হৌজিক-ফাও খঙদ্রিবা। শ্রমিলানিদনা ....... !! কান্নদে, কার করি মথেলবু তৌবগে ?

শান্তি—মথেলবু হৌজিকফাও খঙদ্রিবা ! মথেলনিদনা.... ... !!

শ্যাম—উম, পঙহৈ হৈজিল্লকনু ! খুৎশি মরেঙ-মরেঙ চৎখৎলকই ....... !!

শান্তি—অস। অহু চারগা খঙলদোহুব, হংদ্রদি যাদববনে ?

শ্যাম —অদু ল'ক্লগা খঙলদোহুদি কৈদৌবগী হংলক্লি ?

শান্তি—কনাবু লাকতোইবা.... ... ?

শ্যাম—খঙদে! কান্নদে ঐনা খল্লকপগা লোয়না ওন্নদৌরিমাল্লে! ঐদি নংনা ওইনহুনা চাক-কাক থোঙলমখিবোইদবোয় নীংলুরে !

শান্তি—ই-হল্লো ! মীগী মওং খঙবিরেদা ! উম, ডাওশন্নজনু ঐদি থাদোকপা ডল্লোয় ছায়রিশি !

শ্যাম—লেপচরবরনে রাখলহুবু ?

শান্তি—থরায়শি কৎথোক্লবশি-ফাওবা রাহংহু হংহুনা অহুম লৈরবনিনে ? ঐবু পেন্দবা করি লৈহনা অহুম্না হেক-হেক হংলিবনো ? অশেঙ-বমক কৎথোকচরবনি তামোগীদমক ! কৎচরবা পুন্সিশিবু লৌশিন-বিদ্রবা........ !!

শ্যাম—তশেঙনা ঙম্লগদ্রা ?

শান্তি—ঙম্লগদবা নত্তে ঙম্লবনিএ !

শ্যাম—অদু ঐনা পামদে হায়রবদি ..../.... ?

শান্তি—ঐদি নহাললা হায়থ্রেনা ...... !!

শ্যাম—করি .... ?

শান্তি—নংগীদমক শিবা........ !!

রা মথা তাবা ওয়দনা ইকায খুংশি য়াম্লনা অসুম য়েংনরম্বদগী ইখঙ-খঙহৌদনা শ্যাম্না য়াম্না কল্লক্না শুপকোন কোনশিল্লুরি অদুগা........ ... য়াম্না মেঙনা হায়রকই—

শান্তিনা—তামোচানা কৌরকঅনিএ ...... !!

শ্যাম্মো—মরুপ লেঙশিনবিরকও থৌরাং লোয়জরে !!

শ্যাম—লাকচরে মরুপ... .... !!

ইঙক-ঙক্লা খুমদোকখি। তঙক-তঙক য়েংলম্লগা অত্তুম থোকখ্রে

চাকশঙদনি, শান্তি তুমিন চংলক্তুনা চাক ঈশিং থৌরাং তৌররি।

শ্যাম্মো, শ্যামসু চাক চাবা চংলক্লে। চংশিন্দুনা চাগদবগী থৌরাং তৌনরি।

শ্যাম্মো—তৌবিরো মরুপ! হাঙবা হাওতবা, ইচলনা থোঙবনি থন্না পুক থন্নবদি চাগি! ঙসিদগীদি পঙনা চামিন্নবা ফংলরোইদবনি!

শ্যাম—হোয় মরুপ, হৌরশি . .... !!

অসুম্না হায়নতুনা য়াম্না হাওনা চানিন্নরি। শান্তিনা লেপ্তুনা তুমিন য়েংলম্বদগী অতাওবত্থ থাবৈনা কোৎতুনা হাপকদবগী পুথোক্লকই।

শ্যাম্মোনা—চাবিয়ু মরুপ! ওক্লবা চাশি! মেম্মনা হাপচরক্কনি! উম, মেম্মা; নংগীসু কবিনো, অতাওবরা ?

শান্তি—উম তামোচা .... !

শ্যাম্মো—আ, হাপ্পু-হাপ্পু! নং তামোগীদা হান্না হাপ্পু। মরুপ মেম্মনা থোঙবনি চাবিয়ু! হাঙবা-হাওতবদি খঙদ্রে!

শ্যাম—য়াম্না হাওখ্রে!.... .. য়াম্না হৈ! থৌরানী ওইনা পোক্কদবীনিনে! আই! আই!.... ...উম, খুৎতুনা হাপ্পনা হেন্না হাওগনি ...... !!

শ্যাম্মো—উম মেম্মা, নং তামোশি নংগী খুৎনা হাপ্পনা চানিং-মাল্লে; চৎলু নখুৎতু শেঙনা হামদোক্লগা হাপলরাও ....... !!

শ্যাম—এ ! এ! হায়নু ; হায়দবা খুংতুনা হাপ্পনা হেন্না হাওগনি ........!!

শান্তি—অস ! তামো—সিদি ...... !!

অসুন্না চাকতু হাওনা চাহৌবি।

দ্রেসিং রুমদনা, মীযাম চম্রবা মমা মধুমতিনা, শ্যামমোনা পুগদবা ফিরোলন্থ স্ত্রী তক্কুনা লৈরমই। কুবিৎতু মগং খরা শোয়না তক্লমই। শ্যাম্না চাক তোকপগী টারেল অমা পাযথনা চিন তৈথোক-তৈথোক্না কাহুদা চংলকপদা উরক্লতুনা—

শ্যাম্না—ইমা ! ইমা অপচৌশিদি ! হৌজিক ফাংবা স্ত্রী তকপা হৈত্রি ! নচান্নুপাদি ডাক্তর অম্বা হয়েংদগী চৎলনি ; মীমাঙদা চোপলরনি........!!

মধুমতি—খঙদেদা ইবুংঙো ইমাখোয়দি নখোয়গী হৌজিক্কী চৎনবিশি.... ... !!

শ্যাম—শিবু হয়েং মীমাঙদা চোপলোয়দ্র শে ... ... !!

মধুমতি—কনানা খঙজগনো নহালমখৈশ্ন অমুক্তা তৌবা নৎবনিনা........!!

শ্যাম—লোয়রে-লোয়রে ! অস ! চোপ্লমলোয়দ্রশে... .... !!

শান্তিনা—ই ! ঐ লৈরিশিদি........ !!

থোঙজিল মরুমদগী থক হায়দোক্লকই। উক্লব তৌনা য়েংথোক্লরগা হংলকই—

শ্যাম্না—নংনা য়ুমশিদা কয়াম কুইনা লৈগদৌরিবা ? নখোঙ থাঙ্গৎতুনা নহুম হোঙগদবগী ঙাইরবী নংবু..... !!

শান্তি—অস ! হায়নিংঙকইকো তামো........ !!

শ্যাম—করি হায়নিংলিবা .... ?

শান্তি—তামোনা পুশিনবিদ্রি-ফাও.. .... !! ফরবরা !

অসি হাযরম্লগা মরুমদা তুং লৈশিনখি। শ্যামসু ইকায়বোয় করি ওই তুং লৈথোক্কুনা লৈ। মমা মধুমতিনা নোকমিরপতি তৌরগা মোঙ হাদনা তুমিন অতুম লৈ।

রিডিং-রুমদনা, শ্যামমো মাগী লাইরিক-কাক লোয়শিন্দুনা লৈরমই। ঙাইহাক্কী মতুংদা শ্যাম চংলকই।

শ্যাম্মোনা—মরুপ, হয়েংদগীদি ঐখোয় মতম খরা য়ুম থাদোকপা তারেদো!
খল্লুবদা থম্মোয়শি মওং অমা ইতৌ তৌজনে মরুপ?

শ্যাম—হোয় মরুপ! রাখলশি ইতাও তাংবগুম করিগুম পুক্লিংশি মওং অমা ইতৌ তৌই। কপ্পিংবতুম পোকশিল্লকই, ইমাখোয়-মেম্মখোয় উনর-রোয় খনজিল্লুবদা!

শান্তি মপুক্লিং নুংশিরপ লাক্লগা খোঙজিল ময়াদা তুমিন লেপ্লরি। পুক্লিং ইনৌ নৌনা—

শ্যাম্মোনা—মেম্মা! লাও ইবুঙ রা হায়গে! য়েংউ মেম্মা, নং তামোসু-ঐসু মতম খরা উররোয়! অস্তনা নং, ইমানা হায়বা ইনগদবনিকো! ইমাবু থক মপুক্লিং রারৌহল্লোয়দবনি!

শান্তি—তামোচা-খোয়সু অশোয়-অভাম য়াগদবা পীনবিশনু ঈশ্বরনা!! অত্তগা তামোচা! য়ুমদদি ইমাগা ঐগতা ভায়রনিকে?

শ্যাম্মো—অদুগীবু চিংনবা হৌনবরা! ইমা লৈরি, ইবুঙসু মরক মরক্তা ছুটিদা লাক্কনি। মদুগীদমক নুংঙায়হবা তৌকনু!

শ্যাম—নখোয় তামোচাগী ফোটো কাক্তি লৈরবরা?

শান্তি—তামোচাগীদি লৈরে; তামোগীদি য়াংদ্রি!

শ্যাম—ঐগী হায়বা? ও! ঐগীসু শে........! নংগীদি........?

ফোটোদ লৌশিল্লগা শান্তিসু মাগীসু লৌথোক্লুনা পীরকই। শ্যামসু লৌরগা খুদাং থাঙ্গৎতুনা ঘড়ী থক য়েংলুরগা—

শ্যাম—অদুদি মরুপ, মতমসু থেংজিল্লক্রে; ঐ অমুক চক্লবগে!!

শ্যাম্মো—ফরে মরুপ থোক্লশি মপাল ফাও থিন্দোকচগে!

হায়রদুনা শান্তিসু যাওনা থোকমিল্লরকই। মমা মধুমতিনা শুনাংদা লেমটন অমা পায়দুনা করি-করি পোৎচৈ য়েংশিন্দুনা লৈরমই। শ্যামগী কারস্থ গেট ময়াদা লৈরি।

মধুমতি—ইবুংঙো নং অমুক চল্লগেরা?

শ্যাম—হোয় ইমা! ঐ অমুক চঙ্গরগে! হয়েংদি ইমাবু উনজনবা মতম

ফংলরোয়! অস্তুনা ইমা! ইমাবু থুরুমজরি, নচাবু তেক্ত কায়দবা,
অশোয়-অঙাম য়াওদবা পীনবিয়ু!

মধুমতি—হৌগৎলো হৌগৎলো! ইচাগী অশোয়-অঙাম য়াওদবা, খুৎলৌ
পল্লৌবা থোক্তবা ওইশনু! ঈশ্বর মানা থৌজানবিশনু!

শ্যাম—মেম্মা! নংস্থু অনা-অয়েক য়াওদবা ওইম্মুকো! ঐখোয়না হল্লক-
পদা মুমশিদা লেঙদনা লৈবম্মু! অতুদি মরুপ ঐ অনুক...... ...!!

শ্যাম্মো—ফরে মরুপ! হয়েংদি ইরার ফিলদা অতুম উনরশি!

শ্যাম ফরে মরুপ গুড নাইট! গুড নাইট মেম্মা ....!!

শ্যাম্মো—গুড-নাইট........!!

অসুম হায়নরম্লগ শ্যাম কার থৌদ্রনা অতুম চৎখ্রে। শান্তিনা পিগী
ইরা হৌনা চৎথিবা শ্যামবু মমিৎ কুপ্তনা য়েংজহৌই। ভাইহাক য়েংলম্লগা—

মধুমতি—চৎলো-চৎলো চংলো পোত্থাক্রুরো থেঙগ্রনি! নংগী লোয়শিন-
গদবন্থ ইমা লোয়শিনবিরমলগে!

শান্তি—ইমা! তামোচা নং হয়েং চৎলনিকো!

শ্যাম্মো কপকনু মেম্মা করিগী কপ্লি! চৎলো-চংলো নংস্থু পোত্থাজরুরো!

মধুমতি চৎলো-চৎলো! ইবেম্মা নংস্থু পোত্থাজরুরো হয়েং নং-তামোচা
থিনবা থেঙগনি।

অসি হায়নদুনা মধুমদা চংনখ্রে।

*শ্যামশ্যাম*গা চাক্লেন চামিন্নবম্লগা ময়ুমদা হল্লক্লিবা অহিংঅনি। মফম পুম্বা
পুমচিক চিকখ্রে! কৌরেঙ-হাবৌগী খোঙেলতান তারিবা। ৱাল পিষ্টছ্রুনা
নোংয়াইগী পুংশিং ১২ য়ৈরক্লি! অদু ফাওবদা শ্যামদি মাগী ফমুংদা লোঙনা
হিপ্লগা শান্তিনা রিহিয়ারশেল তৌখিবা টেপতু থাদোক্তনা তারম্লি। মখুৎ-
তনা শান্তি, পদ্মা অনিগী ফোটোস্থ পায়রগা রাখল তৌনা য়েংদুনা লৈরমই।
ইশৈস্থ অসুম তারম্মদগী সুইচতু কিৎ নমস্থনা থিঙলগা রাখলদা রাগ শাগৎ-
লক্লি। মহাক-পদ্মাগা অমুক চৎমিন্নৈ। শান্তিগা অমুক চৎমিন্নৈ। তোথায়
চৎমিন্নবদু মহাক কয়া পানদে অমুক পুন্না চৎমিন্ননবা তৌদুনা লৈহৌরি।
অদুগা অস্তুম তুমথখি।

নুমিদাংদু হৌখ্রে। অয়ুক অঙনবা মতম ওইরক্লে। নোং-ভাল্লকপগী য়েনখোঙ তম্লক্লে। উচেক-ৱায়াগী খোঞ্জেল তাবা হৌরক্লে। অমমম-অঙাল শিন্নরক্লি। নোংপোক চীংথৈ ঙঙ্গান্নরকই। কাক্লা খোঙবা তারকই। মধুমমতিগী য়ুমগী থোঙক্ত য়াহৌরকপগী তপ্পা-তপ্পা হাঙদোক্লকহ। মপূরোইবগী ফোটো মহৌশাগুম অদুম থেৎলম্লি। মধুমতি য়াহৌরক্লুনা মপাল থোক্লক্লগা স্বর্জদেব খুরুমলমই। শান্তিনা ইমুং শুমজিৎ পায়রুনা থোকলক্লগা ৱাইরম শিং-শেঙলরি। মমানা মচিল মযা শেঙদোক্লুরগা অয়ুকী স্বর্জদেবদা কৎনবা লৈকাক হেক্লুরি। শান্তিনা তুলশিবোঙ রায় তৈরম্লগা সনাবুল পুদুনা থোকখ্রে। ইরু লুজথোক্লগা, সনাবুলদু ঈশিং থন্না শোক্লক্লগা তুলশিবোঙদা থন্নরি। অদুগা চাক ঈশিংগী থৌরাং তৌখ্রি। মমানা হৈ-লৈ কৎননবা শেম-শারি। মচাগী পুগদবা পোৎ ফমেন-ফক্তা থন্নরি। শান্তিনা ধুপ থাওমৈ কৎলরি। মপাগী ফোটোদসু ধুপ কৎলি।

নোংসু পুমঙাল ভানথোক্লক্লে। শ্যাম্মোসু মফি-মবোল শেৎপা লোয়রনুনা মাঙ্গোলদা থোক্লক্লি। শান্তিনা কার থৌদোক্লকনুনা মবুঙগী পুগদবা পোৎ-চৈ লোয়না হাপচিল্লগা চৎনবা থৌরাং তৌরি। থৌরাং লোয়রনুনা শ্যাম্মোসু লাই খুরুমলরে। অদুগা স্বর য়েংলি।

মধুমতিনা—ইবুংঙো নংগী চিংনবা শঙ্কা-কাক লৈতেদনা? নীংথিনা চনিং তানা জ্ঞান তৌ; খুৎলৌ-পল্লে দনবা, লাই নিংহুনা চৎকদবনি! নপাবুঙসু খুরুমজনুনা চেৎনা থাগাম্নজগদবনি!

শ্যাম্মো—হোয় ইমা! থোইদোকপা চিংনবা লৈতে........!!

থৌরাং লোয়রনুনা মপাগী ফোটোদা খুরুম্নরি। মমাসু থোঙজিল ময়াদা ফমদুনা মচাগী বর পীনবা লৈরি। শান্তিসু মপুক্লিং মুংশিনা লেপ্পুনা লৈরি।

শ্যাম্মো—ইমা! নচা মঙ্গোল ওইজগে!

মধুমতি—ইচাগী মঙ্গোল ওইবা ওইশনু! অশোয়-অভাম য়াওদবা; খুৎলৌ পল্লোবা থোক্তবা ঈশ্বর মহাক্না পীনবিশনু!! নমাম্নবগা মীমাননৌ.......!

শ্যাম্মো—মেম্মা....   !!

মপুক্কিং মুংশিনা কৌরকই। তুমিন্না অত্তুম কাবদা তোঙখৎখ্রে। শান্তিনা অত্তুম থৌদোকখ্রে। মমানা মপি তরঙ-তরঙ শিন্তত্তনা থোকখিবা মচাবু যেংজহৌই। নোকমিবা মাযথোঙ চেল্লকই। পিন্তু তুমিন তৈথোকচরগা ইনুংলোনদা মমায় লৈশিনখি।

মধুসুদোনগী য়ুমদস্ত অসি মঙায। পুজাকাক কৎপা লোয়না লোয়রম্লে। মপানা মচা থিংদোক্কদবগী থৌরাং তৌতুনা লৈরম্লে। ষ্টিক অমা পায়ত্তনা কার মনাক্তা লেল্লমই।

মধুসুদোন—মুপামচা নংবু থৌবাং লোযদ্রিবরা ? মতম ওইবক্রে... ... !!

ইবেমহলনা—লোয়রে-লোয়রে থোকললক্লগনি ! ইবুংঙো নং পাবুঙনা মতম ওইরে হায়বেনহে ; কয়াম ৱাংলিবগে .... ?

শ্যাম—লোয়রে ইমা . !! ইমা ! অনকল ! ঐ মতম থরা........!!

ইবেমহল—ইচাগী অশোয-অঙাম যাওদবা ওইশনু ! নাদ-য়েক্কবা ঈশ্বরনা পীনবিশনু !

রামসিং—ইবুংঙো মচা ! মঙ্গোল ওইয় ! ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিশনু !!

হাযনরম্লগা থৌদোক্লকপতা মঙায়বি। নিলবাবুগী কার, পত্থাস্তু তোঙলকপঙ্ শৎ থে জিল্লকই। হেক উনবগা—

মধুসুদোন - নমস্টে আইঃ জিঃ পিঃ বাবু ! মমায় লৈবিরক্লো !

নিলবাবু—নমস্টে জর্জ্জ বাবু ....!

হাযনত্তনা মমায় লৈবগা তুংদ-মাঙদা থৌগিন্নখ্রে। পত্থা শ্যাম অনি মুনা য়েংনগি। পত্থাদি য়ুমলোমদস্তু মুন্না য়েংশিল্লমই। উহৌরত্তুনা হরাওনা হায়রকই—

ইবেমহলনা—হায়মা ! রামসিং, ঙসিদি ইবেম্মস্তু য়াওরকইনহে !

রামসিং -- কদায় ! কদায় স্না ইবেম্মা ? অঃ ! স্না ইবেম্মা, হেল্লিনহে ! অস ! লেমগ্রনিদা ইমৌনি হায়বদা... .... !!

ইবেমহল—ওইদৌরিবনিনহে রামসিং ইমৌ হায়বদা ! ইবুংঙোনা ডাক্তর তম্বা হল্লকপগা ! হান্নত্তুম পুশিন্দুনা থম্লশিরা কৈনো ....... !!

অস্থন্না হায়নহুনা লৈনহৌই।

ইয়ার ফিলদনি। প্লেন খামহুনা লৈরম্লে। চৎকদবা কয়া অমা মথং মথং কাখৎনরম্লি। থিল্লকপা মী কোঙ্গাও অমম্ভ লৈরমলি। শ্যাম্মোগা শাল্তিগম্ভ ময়াম মরক্তুদা লেপ্তুনা শ্যামখোয় থুডলবা য়েংহুনা লৈরি। খোয়না কান্নদে শ্যামখোয়গী কার মথং মথং থৌজিল্লক্তুনা থান্নরে।

শ্যাম্মো—গুড মোরনিং .... !!

শ্যাম—গুড মোরনিং.... ! কয়াম কুইরে য়ৌবিরকপা মরুপ ?

শ্যাম্মো—পঙকুই কুইজদ্রি !

শ্যাম—ও ! এৈনা থোডহৌ খরা থিনথ্র-মাল্লে !

শ্যাম্মো—পাবুঙ ....... !! ও ! শোমম্ভ ....... !!

পম্মা—অঙ !.... .. !!

মধুসুদোন—এ ফরে-ফরে ! ইচাশিংগী তেঙ কায়দবা ওইশন্নু !

পম্মা শ্যাম্মো অনি য়াম্না ইকায়-হঙ্গোয়নৈ। মথং মথং অমনা অমবু লোয়না য়েংনৈ। হায়ন-হংনবগী মতম ফংখিদ্রে।

শ্যাম্মো—মরুপ চংশিল্লশি মতন লৈত্রবনি ! ঝরৌবিবা য়াদে মতম লৈশিল্লক্তরে গুড বায় ....... !! মেম্মা ... ... !

পম্মা—অঙ ! আ .......গুড বায়

শ্যাম-শ্যাম্মো চংশিনশিহুনা প্লেনদা অহুম কাখৎখ্রে। মথুং হায়র হায়রহুনা অহুম চংখ্রে। শ্যাম্মনি পম্মাগা-শাল্তিগদা হন্না-হন্না য়েংলমই। মখোয় চংথ্রবা মতুংদা পম্মা শান্তি, শকশঙনদহুনা হন্না-হন্না য়েংনৈ। থম্মোয়দা চিংনবম্ভ পোক্রৈ ! শায়খোঙহু শাল্তিদনা তেন্না নীংবা কায়।

মনুংদনা, শ্যাম্মো হৌগৎকদবগী তৌই। অহুবু থোকপাদি তৌদ্রে।

শ্যাম্মো—ও ! শোরি মরুপ ! ঐ পাবুঙখোয়দা মেম্মবু মশক তাক্রমদ্রে !

শ্যাম—ও !! শোরি........ !

প্লেনদা অহুম য়েংহুনা লেপ্লম্বদগী হায়বকই—

নিলবাবুনা—ইচাশিংগী অশোয়-অঙাম য়াওদবা ওইশন্নু !

প্লেনদু অতুম পায়থৎখ্রে। ময়াম্না য়েংনহৌরি। শান্তিগা পন্তাগদি প্লেনদা অমুক য়েংই। মখোয় অনি শকপনঙদবগী অমুক য়েংনৈ চিংনবসু পোক্কে। অত্তুম্না য়েংনত্তুনা লৈরিঙৈত্তুদা—

মধুসূদোননা—এ! ফরে বেটি হন্নবা তৌরশি! ইচাশিদি করিসু সুংঙায়তবা তৌরুনু! য়াম্নগম সুংঙায়থোকউ! অমুক হন্নবা তৌরশি আইঃ জিঃ পিঃ বাবু.. .... !!

নিলবাবু—ফরে জর্জ্জ বাবু! অ! বেটি হল্লশি........ !!

হায়নরত্তুনা অত্তুম থৌনখ্রে। শান্তিদি মপুক্কিং সুংশিনা য়েংহৌই। পম্মাদা কয়ারক হন্না য়েংত্তুনা থৌখি। মথরায় ইন্নুং সুংঙায়খিদে।

কুন্ত্রা

*শ্যাম* শ্যাম্মো অনিনা এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ তম্বা চৎথ্রবা মতুং চহি অমা মপুঙ ফারবা চহিত্তুগী রথযাত্র সুমিৎনি। মতমত্তু গয়ুক্তনি মফম্না লাইনিংথৌ সন্না মতৌগীদনি। মধুমতি পুক্কিং লৈতানা লাই খুরুম্নম্মি। মহাবলি ঠাকুরগী মন্দির লৈরিবা অসিদনি। মধুমতি ঠাকুরজিবু দর্শন তৌবা লাক্লি। কবোক অথুম অহাওত্তু শেম্পাক অমদা হাপ্লত্তুনা পায়রগনা মীযাম মরক্তুদা লাইশঙ তম্না চংলক্লি। শ্রমিলাসু লাই-খুরুম্বা লাকলমই। মীযাম্না লাই খুরুমগদবগী কুক কুক ইন্নবত্তু য়াওরম্মি। মধুমতিনা অস্তুম চংশিল্লকপদা, হাম্না উরক্লত্তুনা হরাওনা হংলকই—

শ্রমিলানা—হায়বা! ইমা, লাই-খুরুম্বা লাকপিবিবরা?

মধুমতি—হায়মা! ইবেম্মা, নংসু লাই-খুরুম্বা লাক্লম্মিবোইরে! ইমাসু, নবুঙ মীরমদা লৈখিবত্তুগী অশোয়-অভাম থোক্তনবা, অনা-অয়েক লৈতনবা লাইনিংথৌ স্নামহৌবসু খুরুমজরম্নগা শিদসু লাক্লিবনিনহে!

শ্রমিলা—ইমা, ঐসু কাঙ য়েংবা ওইনা লাকপদগী নরবশিদা লাই খুরুমগে খন্দুনা হেক চংলক্লিবা! অতুগদি মীবু ওন্থোক্লা চিল্লম্নে ইমা! নত্তে ইমা, তামোগী পাওবু করি করি তারিবগে?

মধুমতি—চহি অমা হেল্লক্লবশি-ফাওবদি থোইদোক্না অনা-অযেক, ফত্তু 'নুংদা থোকপগী পাণদি অমতা ফংদ্রি ; খংদে হবেম্মা মতুংগী কণি থোক্লগবা হাযবত্তদি........ ...! ঙাইখো লাই হান্না অমুক্তং খুকুম্নবা তৌশিশি, অতুগা কোন্না ইমা ইচা বাবি শাশি। হস। কবিনোনহে ইনলক্নহুনে, শিন্নবনিনে ; হস। কপিনো লাম খুকুম্না লাকপা নহে, ইন্নবা লাকপা নাবেনে। হহে, লেপ্পাক-কাকনি লোযনা কাযবা তাবেনে। হবেম্মা, থবা থবা চংশিল্লু, লেপ্পুনা ঙাহবনা ওহনোহ-দৌবি। ফিবোলকাকশি লোযবে, কনাই অমাং অশোয খংদ্রে.. ।

শর্মিলা—হাযমা! কবিনো ত্রিংথং-ত্রিংথং তনা নল্লিংশবু? হমা চংশিল্লকউ থবা-থবা লেঙদ্রবদি যাবোইদৌবি!

মধুমতি—চংশিল্লু· চংশিল্লু হবেম্মা থবা-থবা চংশিল্লু! লৈবাকপাকপ নুমিৎকা ওইবে লাই নমিৎকা থোক্রে মীনা মহা ওকবে! নফি-নবোল চেকশিল্লু বান্দোবনা পুথিনি।

শর্মিলা—অস। যোদি যৌজবে ইনা, চংশিশি মন্নুংদা........!!

মধুমতি—হবি-হবি কবি মতৌ কোবনো। চংলো লাগ ইবেমা, হমা মাং থাগে!

অস্তুম্না লাই খুকমলুবগা কোন্নংলোমদা অমুক বাবি শাত্তনা লাকি কোন্নুংগী কাও চিংদবগী থৌবাং তৌবম্মি।

মধুমতি—ইবেম্মা, নখোযশি ইমাখোয নবুঙখোযবু হগল-খন্দেদন কো।

শর্মিলা—হমা। ইমানদি ঐবু অদোমদা ব্রাবৌবিবি। ঐনা.......!!

মধুমতি—হেংয হোয ইমাখোযগীবুদি কনা লৈগদগে। কবিবুদি যেংত্থুনা কনানবুদি ঐখোযগী মী ওইনিংনি! ইচানা মীবমদা চৎশিবত্ত কনামতা হেক যাওখিদে। মচলগা মখোয অনিতা তবক-তবক হেক থোক-খিবা; ইমাগী থম্মোযশি পেনখিদে। মপাক্লুতং লৈজ্জবম্নবদি মযাম্না হৌ-হৌ তৌবিগদবনি। নখোযস্থু যাওবিবমগদবনি। অত্নবু থোকখি-দ্রেদনা। নখোযস্থু যাওনা ইমাখোযবু লমলানবগুম থম্লেদনা .. ....!!

শর্মিলা—অস! হমা! ইমানা অত্নমক খনবিববনিকে! ইমানা ঐবুস্থ

শক খণ্ডবিদ্রে! ইমা, ঐসু তামোবু থিন্দোকপা য়াম্না লাক্লিংবনি! ইমানা লাকতল্লিংলিবা অত্তদগী নচানা শরুক চামা হেন্না লাক্লিংবনি! অত্তবু লাকপা ওমজখিদেনে ইমা! নুমিংতো ঐসু থম্মোয় কায়না কপ্পুনা লেনখিবনি!

মধুমতি—হায়! করিনো নংনা হায়রিবশিবু ইমাবু জ্ঞান অমা তাদ্রেনে! নুমিংতো ইমাসু থরায খুংঙায়খিদ্রে। মবুঙ থিন্দোক্লুবা হল্লকপদা মচল নুপীনা "নীগীদ শঙ্খ-শঙ্খ লাকই; ঐখোয়গীদি ঐ নত্তনা কনানতা লৈতে!" হায়না মথম্মোয়ন্থ কয়া শোক্লা। ওম্নরগে হায়বনুনে; মত্তুদি ইমাসু খুংঙায়খিদ্রে! নখোয়বু য়াম্না রাম্নৌত্থনা লৈরমলিবনি! কৈদৌঙ, নংতা ওইরবসু লাক্লম্নবদি ইমাগী থম্মোয়শি পেল্লমগদবনি!

শ্রমিলা—ইমানদি ওন্না হায়বিরবা। ঐসু থম্মোয়দা য়াম্না শোকই ইমা! খেওনবা খুদিংদা তামোনদি ঐবু শকখঙদবা লমলানবা অমগুম হেক্লা থম্বীরমই! নোংমতা কৌরক্লে। কলেজদা ওত্তক য়াম্না, নুংতিগী উনবত্তবু অমুখ-ফাও কৌবিদে! মত্তদবু, ইমা! ঐ তামোবু থিন দোকপনি হায়ত্থনা ইমাখোনদা করম্না লাকপা ওমগনি! ঐনদি তামোবু য়াম্না লুনা খঞ্জে! অত্তগা তামোনদি ঐবু, কারিসু ওইদনা উারি। শিদবু ঐ করম তৌনা লাকপা ওমজগদোরিবনো ইমা? শান্তিসু মামংতদি খঙলে; মা-ঐ অমুক্তসু উনখিদ্রি, শকসু খঙনদে। তামোহু মমায় য়াম্না শোননল্লি। য়াম্না ইকায় নিংল্লি! ঐখোয়শিবু মানা কৈনো অমা ওইনা উবগুম তৌই! অত্তুনা ইমা, ঐসু তামোনা চং-লমদায়দা, মচল অমা ওইনা করিগুম্বা অমতা পীওম্নবিদে! মত্তুগীদমক ঐসু কপ্পা-কপ্পা লেল্লিবনি! ইমানসু ঐবু নীংশিংবদে থন্দুনা ইমাবুসু রারোজরিবনি! করিগুম্বা ইমানা ঐ লাকউ হায়না পাও অমতং থাবি-রক্লম্নবদি ঐ লাক্তনা তোক্লমগদ্রা ইমা? খঙলে, ইমানা নুংশিজবসু তামোখোয়দনি! ঐখোয়বুদি মিকুপ অমতা নীংশিংবিপোৎ নত্তে! পাবুঙ লৈরিঙৈদদি ঐখোয়দা ওাইহাক লৈত লাকই! ঐবু নুংশিনা তৌবি; খঙলে, পাবুঙতনি ঐবু নুংশিবিরম্বা.... !!

মধুমতি—ইস ! নংস্থ অতুম্মা ইমাখোয়বু রারোরমবোয়রে ! ইমাদি নহাল-মথৈ থঙলুত্রেদনা ! থঙদতুনা তৌবা ওইরমগনিনহে ইবেম্মা ! থঙলবদি নংবুস্থ মচলগুম লুনা তৌরমগদবনি ; কৌদে হায়ঙ্কনা শাওরুন্নু ; নপুক্লিং রারোরুন্নু !! নং তামোদি মচল লুনা তৌথ্রপোংনি ! কৌন-রম্লবদি নংস্থ, নং তামোগী মঙং থঙজরমগদবনি ! অতুগা মমায়দি ওথাক শোনবনিনহে ইবেম্মা ...... ! মী অমগা মায়োক্লতুনা রা ঙাংনবা ঙমজদবনিনে ! অঃ নহাল চিঠী অমা লাকপতুদদি করিস্থ তৌদে ; অনা-অয়েক অমতা য়াওদে হায়রকই ! থঙদে ইবেম্মা. ওইগদৌরিবরা ওইরোইদৌরিবরা, নং তামোনা তোংনরিবশে ! ইমাদি পুক্লিংশি ইরাঙ-লাঙলি !

শর্মিলা—অঙ্কগীবুদি করিমতা চিংনবিকন্নু ইমা ! শোয়দনা মায় পাক্কনি ! তামোদি তোংনবা য়াম্না কল্লি ! রাথল চোইথোক্কে ! লাঙ ফাঙ তৌদে ! ....... ...

অস্থুম্মা রারি তৌরিঙৈদা মহাবলীগী য়েঙ মযামতুনা তৌরিবত্থ উরকই ।

শর্মিলা—অস ! ইমা তামোশে মীনা য়াম্না কল্লকনৈবু ....... ... !! এগী ইবুঙমক ও রমদ্রবস্থ এগী ওইজরবদি .. ........খল্লি ইমা ! য়াম্না নুংশি তামোবু .... !!

মধুমতি—কনানদু নুংশিবিগনোদা ইবেম্মা ! করি য়েংতুনা নুংশিবিগনো ! হায়মা ! য়েংডুনহে ইবেম্মা তৌনারিশে বুম্মৈ অমানিনহে . .... !!

শর্মিলা—হোয়নহে ইমা, কয়াদনো .. আই.... !!

মধুমতি—ইমায় পেম্মা মীহুন কাকাশি ইচেল হেক চেনখংথ্রেদা ... .... !!

শর্মিলা কয়া শাথিরিবনোনেশে ! অস ! ইপা-হেক পাথংহল্লিনে ইমা ...!

মধুমতি—ফরে ইবেম্মা, কোনুংলোনদা অমুক চংলশ ! ইমাস্থ জগবোনধু দর্শন তৌরম্লগা হন্নবা তে থ্রগে ! য়ুমদা ননাওতমক লৈহৌই ।

শর্মিলা হোয় ইমা.... !!

অসি হায়নতুনা কোন্নুং লম্পাক তম্লকই । কাঙ চিংবা হৌগদৌরম্নে মধুমতি হৈ-রা থরা কংলতুনা থুরুমজরে ।

মধুমতি—অহুদি ইবেম্মা, ইমা হনখ্রগে, নোং-ফাদোকস্থ ইমাগীদা লাকউ !
ইমাদি চহিগা য়ামশিল্লকপনে; য়ুমগা থাদোকপা য়াদবনে পঙলাক লাকপা ঙম্মোয়দৌরি !

শর্মিলা—হোয় ইমা, ঐনা লাকপা হায়বহুনি ! রিক্সোস্থ য়াম্না লৈরে, রিক্সোদা হনবনা ফরনি ইমা........ !!

মধুমতি—হোয়-হোয় ইমাস্থ রিক্সো অমদা চৎলগে ; চৎলে...চৎলে........ !!
অসি হায়নরম্লগা অদুম চৎখ্রে। শর্মিলানা লেপ্তুনা য়েংজহৌই।

## কুঞ্জ মাথোই

এম্বঃ বিঃ বিঃ এসঃ তম্বা চৎথ্রবা মতুংগী মরি শুরকপা চহিগী ডিসেম্বর থাগী থাথায় মক্তদনি। মতমস্থ অয়ুক্নি। লৈচিননা পুমভৌ-ভৌনা থারি। পদ্মানা হিটর থাত্নুনা ফম্লগা লাইব্রিক পাগদবগী থোরাং তৌহুনা লৈরম্বা মফমহু নিলবাবুগী য়ুমগী মাঙ্গোলহুনি। অইংবা নুংশিৎনা লিরি-লিরি হুম্নি। টেবল মথক্তনা ফোটো ময়াম য়াঙবা ইলবম অমা লৈ। লাইব্রিক লো বুক থরস্থ মরোল-মরোল লৈরি। পদ্মানা মপাল থোক্লুরগা হনজিন্দুনা লাইব্রিক অস্থম খল্লিভৈদা, খঙহৌদনা ইলবমহু নাম্বতুনা তারকই। শ্যামগী ফোটো য়াঙবা লমায়হু হাঙদোকখ্রে। ফোটোত হেক উবগা পদ্মা লাইব্রিক্কাক শনবা খঙলেপ লেপ্লগা মুন্না য়েংজরকই রাখল নুংঙায়না—

পদ্মানা—তামো, নং ঐবু কাওরবরা? ঐদি নংবু কাওদ্রি ! ড্রামাদা তামোনা চুপখিবদো হেজিকস্থ ঐগী থম্মোয়না ইনৌতা নোথোক্লা নীংশিংলি ! খল্লি ঐদি নংশে ঐগীনি ! নংবু ঙায়বদা রাজরবানি ঐশে ! নংনা করিমতা খঙবিদবগুম অস্থম তুমিন্না মোমোনতা তৌহুনা লৈবা ! হায়য়ু, নংশে অরাবা পোক্তবা, নুংশি মৈগাক খঙদবা মীরা? খুম্মো, খুম্মো হায়বা ! নচিলশিবু পান্দ্রবরো? মীগী চিনবান চুপ্লনদায়দদি, নোকমি-নোকমি, নারমগনিকাক খঙদ-মথৈ হেক্তা কোনশিনবা.... ... !! মতমহুদা ঐনা নঙোন্দা করি হায়খি? রাহৈ অম-ফাও হায়দনা চৈনাথোলহু

তুমিন খাঙজন্নুনা নংনা পেন্নবতা চোৎনজবা নত্রা? অদুগা কবিমতা খঙবিদে; খুম্মো হায়বা... ...! ঐবু কযাম কুইনা ঙাইখো হাযবি-বনো? তনগ্রেশে তামোশিমা মী-চাকহনবনা হৈবিবা। খুম্মো, খুম্মো হাযবা নচিনশিবু পাল্লববো... ....?

হাযদুনা শ্যামগী ফোটোদা, গোযবাঙজনা মচিলঙ্কু খোৎত্থকদবগী তৌবকই.। তৌবিবা মওং মতৌগ্ন মধুসুদোননা নিংথম থাগী ফিজোলদু শেৎলি, ষ্টিক অমা পাযবদুনা চংলক্লগা শুমাঙ মচিলদা লেপ্পুনা পম্মানা হায়েবশি তুগিন তাউনা, যেংল্লুনা লৈবক্লি। অদুগা মতোমতা হবাওজদুনা শোঙ্কে -

মধুসুদোন—উম। মসিনা ঐগী ইমৌ........।। মধুসুদোন ইচা পোকচবগী মহৈ চাজবে! কযা নীংথিবিবনো! হঃ হঃ....হঃ.... ।।

অদুম্না নোক্লকপদুদা, হেক তাবগা পম্মা শ্বায লাপ্পনা খঙবোয-চ চায-বোয পাখৎপোয তৌদুনা হুৎ লৈথোক্লুনা খংযেং-যেংলকপদা মমাঙদা মধু সুদোন ইচাও-চাওনা লেপ্পুনা লৈবম্মু উবকপদা, ইকাযদুনা যোতো-বাক্ত থক খুমজিল্লম্নগা ইমুংদা পবপ-পবপ অদুম হোচিনখ্রে। ইখঙ খঙদবা শাবদুনা হাযরকই—

মধুসুদোন—হায! ইযা, অঙাওবী অসিদি ঐনিংহে। কযা নিংশিবনা-নেশে! হযেং যুমদা লাক্লগা, ঐ কান্দ্রনা চৎশিদনা মতুংবোক কাংবী হায়দনা মীনা লক্লবিদনা তোক্লবনি! ঐস্থ মগী অখেঙবীগী ঙান খঙদবা মকু তাদনা লৈবাক মীশাঙদা কুম্মৈ ওৎববনি তোবিশে ... ।।

নিলবাবুসু অসুম চৎথোক্লুবদগী হক্তিল্লকপদা মধুসুদোনগী রাও তাবদুনা নোক্লিং নোক্লিংনা লৈবক্লি। অদুগা চংলকপদা ঙাইবিবা শাদুনা হাযবকই—

নিলবাবু—এ। নমষ্টে জর্জ্জ বাবু! করিগীনো লেপ্পুনা লৈবিশিবশিবু? চংশিন্দুনা পোথাবিবা যাদববা? লেঙশিনবিযু পোথাবিযু। হায বেটি! নং ডেডি লাক্লিবশি উদ্রববা .......?

মধুসুদোন—এ! এ! কোংবিকরনু আইঃ জিঃ পিঃ বাবু লাইবিক পাবা কায়নবনি। কৌবিকনু, লাইরিক পাজশনু!

নিলবাবু—শিনি জর্জ্জ বাবু, রাবৌবিবা য়াদে, মঙাও থিগ্রবী অঙাংনি!

মধুসুদোন—আঃ ঙিঃ পিঃ বাবু, করিগী হারোগদগে; অঙাংগী হৌনবিনি—
অঙাংগী হৌনবি! অদু ঐনা লাকচরিবশি......... !!

নিলবাবু—তাকপিশি জর্জ্জ বাবু ......!

মধুসুদোন—শি-নিমা, সুপামচাসু থোকলক্কদবা কুইদ্রে; মাগী মতম লোয়রক্লে!
তাঙ্গাত্নুদা পাম্মা অয়ুক্কী ফিজোলদুগা লোযননা লোন্না তুমিন থোকক্লগা গেরেজদা চংশিন্দুনা কার থোদোক্লনা অদুন চৎখ্রে।

## কুক্ত্যানিথোই

মফমদু শ্রর্মিলাথোযগী য়ুমদনি। অয়ুক অতুন ওইরি। য়ুমদু মমাংঙৈগী মীতৈ য়ুম লাইখল তাবদনি। মথক্তদি চিন্না কুপ্পি, কুইববা য়ুমনি। য়ুমশিগা হেক পংনবিবা খা-রাংগী য়ুমশিংদু লৌনা শাগৎপা পাকা বিশ্টীং-মক্তনি। য়ুমসু কুণ্ডনা তাই। থোঙ্গালসু মমাংঙৈগী মীতৈ কোন্থোংদু অতুন তৌবি। য়ুমজাওদুগী নিংথোল কাদনি। কাদ তক্ততক্ত থমই। মীতৈগী মোড়া, লিগী চৌকি, টেবল শন্না হায়রবদা মীতৈগী পোৎথোক মক্তনি কাক্তদ লৈরিবা পুন্নমক। কোনা ফক, লিফকসু লৈ। পেৎলিবা লৈরিবা পুন্নমক মীতৈগী ইনাংকী মক্তনি। কাশিননি মীতৈ ইনাৎপু চীড লেন্না মশক তাক-লক্লিবা। ফিক ক্নাক লোয়না লৈ। অদুবু টেবল লে', রেডিওদি লৈ। শ্রর্মিলাগী রিডিং রুমনি। শ্রমিলা মমাঙদা মৈক্ত অমা থম্লগা বাসকেট চিয়ার অমদা ফমদুনা যান্না নীংবা কায়না তুমিন য়েংদুনা লৈরমই। হৈক্রু হি তোঙবা, হিয়াঙ তান্নবা য়েংবদা শ্যাম্মোগা লোন্না মুনা য়েংশিবদু শঙশঙ নিংশিংলকই।

পম্মা কারগী চাবিদ হাই-হাইরদুনা হরাও-হরাও চংশিল্লকই। শ্রর্মিলাগী মতৌদু উরদুনা তহা-তহা হংলকই—

পম্মানা—হায়মা! ইতা, করি চিন্তানো অয়ুকশিদা তৌরিদুদি? ইমাখোয় লৈতবরো?

শর্মিলা—লৈতে ইতা ! মাগী-মাগী থবক লোয়না চৎনখ্রে ! ফম্মু ইতা !
করি থবক্কীনো ? চুম্মা অম্মুম লাকপরা ?

পম্মা—উম চুম্মা অম্মুম লাকপনি, উনদবা কুইরে হায়দুনা ! নত্তে ইতা, নং নীংবা অতুক কায়না লৈরিবশিবু করিগীনো ? করি তৌনবা য়াওববগে ? ইতা, নংগী নতৌশি ঐনা খঙ্গরকপগা ওন্থোক্না থিনা খেন্নরম্লে ! ঐ ফাওবা নুংঙাইরক্রে ! নত্তে ইতা, হায়য়ো ; করি তৌনবা য়াওরবগে ?

শর্মিলা—করিবু তৌনগনি হায়গে ইতা ! অদুবু ঐগী থম্মোয়, রাখলবুদি পোথাকম খঙহনবিদ্রে ইতা ! পল্লেপফম খঙদ্রবা রাখল অমগা, যৌবনগী পুন্সিগনা ঐবু মুম্না-মুন্নদুনা শেৎ-শেৎতুনা চাখৎলক্লে ইতা ! মসিনা ঐবু থাওফম খঙদবা অরাবা ঈপাক অমদা লওখবিরেনে ইতা !

পম্মা—করিনো ইতা নংনা হায়রিশিবু ?

শর্মিলা—করি ওইনি ইতা ! ইমাগা ককাগনা ঐবু মতম চারিবৈশিদা নয়ুম পালহৌরো, লুহোঙনবা তৌরশি , নংগী কোয়নবা লৈরবস্থ হায়বো : লৈত্রগনা হায়রিবশিদা য়ারো "হায়না নোংমা কাওদনা তকশিল্লক্লে !"

পম্মা—অস ! ইতা....... !!

শর্মিলা—ইতা নংনা হেন্না খঙলিবদুনি, ঐগা কোয়নবা কনা লৈ ? ঐনা থরায়, হকচাং অনিমক কৎনা নুংশিগে খঙ্গরুবদি শ্যাম্মোতনি ! অদুগা শ্যাম্মোনদি ঈশিং মন্নুংদা লৈতুম থাদচগুম অদুম লৈরি ! কাওরবরা ইতা, হৈক্রু হি তোওবা য়েংলিবৈদা শ্যাম্মোখোযনা য়েংলকপা মিৎয়েংদা ইতানা হায়খিবদো ; "শ্যাম্মোনা ঐবু তশেঙনা নুংশি' হায়না ! মদুতা নত্তে হিয়াঙ তানবা য়েংবদা, কলেজদা, উনবা মফম খুদিংদা মানা ঐঙোন্দা য়েংখিবা মিৎয়েংদো, মদুনা নুংশিবিদে করম হায়শিগে ? নুংশিবি থম্মা করম লৈখিশিগে ইতা ঐবু ? নুংশিবিদে হানবস্থ ঙমদ্রে ; নুংশিবি হায়বস্থ খঙদ্রে ; করিনো ইতা ওইগদৌরিবশিবু ? অদুগা ইতা, ইমানা তকমনবদগী খুমফম খঙদ্রদুনা ঙরাংদি, কনাস্থ লৈতেস্থ হায়দোকথ্রে !

পম্মা—অস ! ইতা.... ....... !!

শর্মিলা—খল্লু ইতা নংস্থ শ্যাম্মোগী মওংশিদবু 'লৈ' করম হায়রুদগে ?

পত্মা—অত্থনা, ঐনা চিঠী থাখিগে হায়বস্থ ইতানা শুকয়ামক য়াবিখিদে।

শর্মিলা—মানদি ঐঙোন্দা নোংমতস্থ রাহৈ অমতস্থ হায়রক্ননা, ঐনা মঙোন্দা ইপাওস্থ করম থারুনি ইতা! হৌজিকশিদা ইতা, ঐ মাগী মপাও অমতং-কাক ফংলবদি শিব-চঙবা কিদনা লুহোঙদব-কাক ঙম-গনি !! হায়য়ু ইতা, হৌজিকস্থ ঐগী মতম লৈরি ; ইতাগী মোৎতা করি লৈ ? ঐ হৌজিক শ্যাম্মোগীদমক লেপ্তুনা লৈখিশিরা লৈরগুম-শিরা ?

পত্মা—ইতা ! রাহংস্থগী পাওখুম ঐস্থ করম্না চম্মংরোয়দগে ? করি পাও-খুম্মো ইচিলশি হায়দোক্কদবা.... ?

শর্মিলা—ইতা ! ঐবু চম্মনা-চম্মনা ; নোংমতস্থ মশক উদ্রিবা মাগী মনাক্তা, নীংবা কায়না-কায়না ; কপ্পা-কপ্পা অস্থমক চৎপা তারবরনে ইতা ? লাই হায়বস্থবু-কদায়দা লৈথবনো ? ঐনা করি কায়খিস্থনা ; করি-গীনো শ্যাম্মোনা ঐবু অস্থক য়াম্না ওৎপিরিবশিবু ? ঐবু নিঙোলগী পুন্সি লোয়রগা, থম্মোয় অনি পুস্থনা লেনবা তারবরনে ইতা ? হঃ... হঃ... হঃ .. করিনো ঐনা ওইরিবশিবু ?

পত্মা—অস ! ইতা, অদু য়ৌনা পেন্দনা লেনগদৌ শরুক, 'ঐ চিঠী অমুক্তদি থাখিগে ; লুহোঙবস্থ য়ৈথোকখিশি..... .. !!

শর্মিলা—থারুস্থ ইতা ! খঙবিগদবা মানা খঙবিদ্রদবু ঐখোয়না খঙহল্লুস্থনা কৈদৌনি ! মদুনা মঙোন্দা অকায়বা থোকহনখিবস্থ য়াই। অদুনা ঐগী মরমদা মঙোন্দা করিগুম্বা অমতং খঙহনগে খল্লকপদা ; ইতা নংস্থ নুংশিবা কায়নবা ওইয়ু ! মা অফবা ডাক্তর ওইরকশনু ! নুংঙায়না লেনশনু ! ইতাস্থ ডাক্তরগী নুপী ওইস্থনা নুংঙায়না লেল্লকউ ! ঐদি কপ্পবা পোকলক্কবা মপোক্কি, কপ্লশনু ! নোংমা শ্যাম্মোগী মমা, ইমা মাগা উনবদস্থ ; ইমা মানদি খঙদবনি, মমিৎতা ইরা চেনব-মথৈ ঐবু কয়াদা য়ারোরম্লবা ! মবুঙখোয়বু নোংমতা নীংশিংবিরদে" হায়না কয়াগী মতিক য়ারোরম্লবা। ইতা ঐগী থম্মোয়শিবু মশক খঙহনবা

ঙমদনা, নীংবা কাযনা ঐবু অহুম মৌ ওইরদগনে হঃ . হঃ হঃ.... !!

অস্থুম্না মথম্মোয় শোক্না কপ্পকই। পত্তাস্থ হায়ফম-তোযম খঙদনা মিৎস্না পিনা থুস্বমথৈ অন্না শরুক যাহৌবি।

কুন্না চুমদোই

মবুঙ খোযনা চাক্কব তম্বা চংগ্রবা মতুংগী মচাক্তকপা। হি চক্তগী নোংমগী মুমিৎ অমদান। মতম্না মুমিদাংগী পু ভ পোম চাবক্রে। শান্তিগী বিডিং-রুমদনি মফমচুস্ত! শান্তি ফম্লগা চৈবমস্থ ফাক্ ফাক্কুনা ফোটোশিংস্থু য়েংহনা লৈবমই। মমা-মবুঙগী ফোটোস্থু ফ্রেম চন্নগা মাগী টেবল মথক্তা থমলমই। অদুম ফাক্রুকপদা শ্যামগী ফোটোড উবক্লনা, ভাইফাক যেংলুবগা মোন্দা মুংঙাযনা মতোমতা হাযজে—

শান্তি—নংশে ঐগীনিকো চামো! ঐশিনা তামাগী লোযনবী, তামোনা ঐগী থরায়গী থবায! মুংশিবা, নংগী মুখ যাহৈ চাদনা লেন্নকপা কুমজা মশিং যাম্লরে! হাযবো ঙসিদি নংগী খোযথুম্বা রাহৈদো! নংনা হাযখিবদায নাপদা লোন্না লোন্না, "ঐদি নংবু মুংশি, নংনা ঐগী থরাযনি!" কাশিগী অদিকপা কযাস্থ থুগাযখিবদায ননা! মছুদা ঐগী থম্মোযনা নংবু কযাদা খেইদাজগিবা! অদগা কদায, ঙসিদি কররিগী তুমন লৈবি লোম্লোক্তবগুম? ঐবু কাযনা মৈবগ লঙথবিগে খল্লিববা? হাযযু মুংশি থোংবা থরাযগী মবুংঙো . !!

মধুমতি—ইবেম্মা, নংবু লাইরিক পারিবরা?

শান্তি—হয়। উম পাবি ইমা, করি হাযগে?

মধুমতি— য়েংঙোয, ইমানা চংক্লিবশে রা অমা তানশি হায়দনা লাক্লিবনি!

শান্তি—করি রানো ইমা? কনাগীনো? করি মরমগীনো?

মধুমতি—শিনি ইবেম্মা, নং বাবা লৈরিঙৈদা য়াম্না লুনা তিন্নরম্বা; চাক চাক্রুক অমতদা চামিন্নবম্বা; মুংশিনগ্রবা নং বাবাগী মরুপঙ্কী মচানুপীত্র হংচিৎ লুহোঙগদৌরি, হয়েংদগী লাক্তবা য়াদে হায়না লাক্লমই; করম

তৌশিগে? য়ুমস্থ থাদোকপা য়াদে ; চৎতবস্থ য়াদে !

শান্তি—লুহোঙগনি হায়বা ইমা ? বাবাগা লুনা তিন্নরম্বা........ !! কনানো ইমা, ঐদি মশক খঙদ্রি ? উনব-কাক য়াওরম্নগদ্রা ?

মধুমতি—নংদি খঙলরোয় ! খঙনদবনা ওইরমগনি, উদি করিগী উনদনি ; মাস্থ নঙগুম্না লাইরিক তমই হায়নে। কুইদি কুইরে নোংমা লাই খুরুম্বা চৎপদস্থ লাইফমদা থেঙনৈ। নবুঙবুদি মানা য়াম্না মুন্না খঙই। নংবুদি কয়া মুম্না খঙলমলরোয় !

শান্তি—তামোবুস্থ য়াম্না মুন্না খঙবী, লুস্থ-সুহোঙগদৌরিবী! চৎলুশি ইমা য়ুমশি কনাদনো অম্না চেকশিন্না শিন্নরমশি ; লেকপা য়াত্রবস্থ গাড়ী পুরগা থর থেঙনা হেক হল্লকশি !

মধুমতি—হোয়নে, ইমাস্থ অদুম্না খল্লি ! চৎত্রবস্থ য়াম্না ফজরোয়। অদুনমি ইমানা চংলক্লিবশি ! নবুঙনা লৈরম্বা থোক্লবদি ইকোম-হেক কোম্বনি !

শান্তি—ফরে ইমা শোয়দনা চৎলশি ! বাবাগী মরুপ ওইরবদি চৎতবদা য়াম্না- মুংঙায়রোয় ! অদুগা শকখঙনবস্থ পামই ! ইমা, মাগী মমিংবু করি কৌবগে ? ঐগী পুক্লিংশি ইচিং-চিংনৈদা........................!!

মধুমতি—অঃ মাগী মমিংত্তবু করি! করি হায়এ! উম শুম হায়বা ওইরমাল্লে- উম "শ্রর্মিলা :" মানি-মানি, শ্রর্মিলা' হায়বনি ; ইবেম্মা !

শান্তি—শ্রর্মিলা—!! নোংমা পনখিবা শ্রর্মিলা:.......!! মমিংস্থ য়াম্না ফজৈ ! তামোচাবুস্থ য়াম্না মুন্না খঙবী মহাক........!! তামোচানা মুংশিজবী ওইর- ম্লবদি নীংবা কায়বা ওইরনিকো..........................!! অস ! ইমা ঐ চিংনদবা- ঙমদে !

মধুমতি—করিবুনোনে ইবেম্মা ............ ?

শান্তি—শ্রর্মিলা........!! তামোচানা চৎখিগদবগী মমাংগী মুমিদাংদুদা তামো- শ্যাম্না হায়খিবা মিংনি। তামোচানস্থ খঙ্গবগী মঙং ওইনা তৌখি !

মধুমতি—মিং মাম্নবা ওইরিগনিদা ! অদুবু খঙদেনহে ইবেম্মা, নোংমা উনম- দস্থ মানা নং তামোচাগী মরমদা য়াম্না মুন্না খঙনিংবগুম্ন তৌহৌইনে....!!

শান্তি—ফরে ইমা, ঙসি হোঙ্গবগী চংনবা শি.......!!

(দা দা অসুম্না মমা-মচা, অমিলাগী লুহোঙ্গবা চংনবা বা তানজনা লৈহৈই।)

## কুমারি

এম্ঃ বিঃ বিঃ এসঃ ইজামিনেসন বিজল্ট আউট তৌবকপগী রানি। নোংমগী মুখিদাংবায় পুং মঙা মঙা মতমদুনা। নিলবাবু, ফমদুনা পেপর (আনন্দ্রা বাজাব) কৈলম্লিবদু মশাগী মাহাক্সিদনি। অসুম যেংলকপদা শ্যাম-খোয়গী এম্ঃ বিঃ বিঃ এসঃ পরিক্ষা পাস তৌবগী পাওদু থেঙনখবদা হরাওনা মচা কৌরদুনা হায়রকই—

নিলবাবুনা—বেটি। আঙিবা, থোক্লকউ লাওনহে। শ্যাম এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ পাস তৌবে! শ্যাম্মো হায়বা মাগ। চংমিন্নথিবদুসু যাওবে!

পত্মা—ডেডি! কবি হাযবা?

নিলবাবু—নং তামো শ্যাম পাস তৌরে! মাগা চংমিন্নাখবা শ্যাম্মোসু যাওবে!!

পত্মা—ডেডি! শ্যাম এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ পাস তৌবে হায়বা............!!
কৈদৌঙৈ থুঙলগনি হাযগে ডেডি?

নিলবাবু—থুঙলগদবা মুমিৎতুদি প্রাস নেল লেটবদা নত্রগা টেলিগ্রামদা থঙ-হল্লকদবনি! নিউজ পেপরদদি পাব্লিশ তৌবক্লোয়দনা......!
বাকলুদা, মীবমদা লৈনিংবা কনাসু যাও-পোৎ নত্তে! বারি-সম্বলধি-শিংশি নিনিদং উদবদা চহি কুয়া উত্রবোয নাইংলি-পোৎনি! বাকরমু.....!!

পত্মা—ও! আই এম সোরী ডেডি! ডেডি, তামো শ্যাম্মা এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ পাস তৌবগী ঐথোয়না মঙোন্দা করি তৌবা তায়?

চমথোক্লকখবা রাহংনি। মহুদা নিলবাবু, রাথদ্ব খনতক তৌখি। মাং য়েংলিদুনা হায়—

নিলবাবু—বেটি! ঐখোয়নবা শ্যামদা তৌগদবরা ......!! উৎকদবা রেস-
পেক হায়ববু...... বেটি! নো আই দোন'ট নো !!

পত্মা—ও! ডেডি! ইয়ু আর এ চিংটর! ইয়ু ডিছিভ মী! নো
ডেডি নো! টেল মী প্লিজ! প্লিজ টেল মী! হ্বাট আই ডু
ডেডি?

নিলবাবু—ঐ খুঙদে বেটি! করি তৌগদগে ঐ খুঙদে!

পত্মা—ডেডি, পুলিস হায়বশিদি, হ্বাও টু কিপ রেসপেক মশক মুন্না খঙবা,
ডিসচিপ্লিননা য়োম্বা মীওইনি! ডেডিদি আই: জি: পি: ও
রেসপেক মশক খুঙদবদি, ডেডিনি হায়বদা য়াম্না ইকায়থে!

নিলবাবু—উম !......ফরে হায়গে তাও বেটি; শ্যাম্না থোক্লকপদা ঐগোয়না
উৎকদরা রেসপেক হায়ববু, নংনা শ্যামদা য়াম্না তুকচবা মিৎয়েংনা
য়েংবা; হন্তবা থাক্তা থম্বগী মওং উৎপা অসিনি !!

পত্মা—করিগী ডেডি! করিগীনো শ্যামবু তুকচনা য়েংগদৌরিবদি ডেডি?
ডাক্তরবু মীনা তুকচনা হন্দনা খল্লবরা? নত্রগা শ্যামগী করি মরাল
লৈ?

নিলবাবু—মাগী মরাল য়াম্না লৈ! হায়দোকপা য়াদে! মাননি ঐবু লৈবাক
মীমাঙদা খোঙ্গোয়নগদবগী থবক কম্না পায়খৎলম্লিবা! অদুনা,
শ্যামবু নংনা তুকচনা খনগদবনি।

পত্মা—ডেডি!! ডেডিবু বদনাম পীনবা হোৎনবা......!! নত্তে ডেডি,
ডেডিগী রাদু পুমওন-ওন্নবনি! শ্যামবু লাম্না লৌবনি ডেডিনা...... !!

নিলবাবু—ওইবা য়ারোয়! মখা অমুক তানিংঙাই লৈতে; নংনা শ্যামগী
রাখল থাদোক্লদবনি! মতুনা নংগী অফবা ওইগনি!

পত্মা—শ্যামগী রাখল থাদোকপা......!! মতুমক ওন্নবনি ডেডি......!
ডেডি নং ভাওরে; নং, বিঙ্গলা চুরে ডেডি......!!

নিলবাবু—মাসি, ঐ ভাওরবনি! ভাওরবসু ঐনা হায়বদি নংনা তৌগদবনি !!

পত্মা—ঐবু করি তৌ হায়রিবা?

নিলবাবু--"শ্যামগী রাখল থাদোকপা" হায়রবশি নংগী তঙায়ফদবা নথৌনি ; তৌদবা য়াদবনি !

পদ্মা— ওয়্লোয়, ঐ গুকঙম-ওয়্লোয় ডেডি........!! ও ! মায় গোড, ঐবু করিগী অঙাওবশিগা লৈমিন্নহনবিরি········!! ডেডি নং লাইয়েংদবা য়াদ্রে !

নিলবাবু—ঐ লায়েংত্রিবঙেগী মমাঙদা, নংগী ব্রেন্দ অদু হান্নবা ওপরেশন তৌদবা য়াদ্রে ! নংগী কোক মনুংদা, শ্যামগী রাখলনা পিক থন্না লৈখিদুনা ; নং-নশাগী অক-ফত্তা রাখল অমতা থঙবা ঙমদ্রে ! অদুনা, নংগী ব্রেন'দু ওপরেশন তৌরগা শ্যামগী রাখলদু লৌথোক্লুনা, নঙোন-দগী থাপ্পা থম্মবা হোৎনবা তারি !

পদ্মা—ওয়্লোয় ! ঐ গুকঙম-ওয়্লোয় হায়রিশিনি ডেডি........!!

নিলবাবু—ঙমদবা গুকয়া-য়ারোয় ! ঐনা হায়রিবশিনি, নংনা শ্যামগী রাখল থাদোক্কদবনি !

পদ্মা—অদুদি হায়য়ু ডেডি ; নংনা করিগী, শ্যামগী মপাবুঙগা তোয়না-তোয়না ফম্মিন্নদুনা ঐবু শ্যামদা লুহোঙগনি হায়না করিগী রা লেপ্লম্ন্রিবনো ?

নিলবাবু—নংনা মতুগী পুরান ফাক্লুনা ; ঐঙোন্দা মতুগী মরম হংনিংঙায় রাইট লৈতে ! গুক্লৈ লৈতে ! য়ুমগী মপু ঐনি, পুম্নমক ঐনা শিনগদবনি, পুম্নমক ঐগী মখাদা লৈগদবনি !

পদ্মা—চুমই ! য়ুমগী মপুনা য়ুমগী থবক, থানা খুদিংমক য়েংশিনগদবনি ; পুম্নমক মানা শিল-লাওগদবনি ; ঐস্মু য়াই ডেডি ! অদুগা ঐদি য়ুমগী মপুগী মখা পোন্দে !

নিলবাবু—নং য়ুমগী মপুগী মখা পোন্দে ! মরমদি........?

পদ্মা—মরমদি, ঐদি য়ুমশিগী নত্তে ; ডেডিগীসু নত্তে ! ঐনা য়ুমশিদা লৈবদি, মীগীদমক ডেডিনা ঐবু য়ুমশিদা থম্বীবনি !!

নিলবাবু—ইয়ু-সেট-অপ ! চিঙ্খিবী, নংবু ঈ 'মতুমদগী চাওনবা য়োক্লকপদি মদু হায়নবগীদমক্লা ? ঐনা হায়রিবশিনি, নং ঐনা হায়বা ইনগদবনি !!

পম্মা—ডেডি!! ডেডি নংনা মিকুপশিদা অসুক চাওবা অওনবা অমা পুরক্লিবশিবু করি মরমগীনো? অসিমতা তাকপিযু! মখি, নং লৈরম্লবদি ঐ অসুম্না মিৎকী পি তাবমলোয়কো...... !!

নিলবাবু—বেটি!! হঃ...হঃ...হঃ ....! বেটি নং ডেডিবু ক্লারৌরবরা? ৱারৌগনু, ডেডিনা নংগী মওং অমা থঙনিংহুনা চাং য়েংবনি! নংনা নীংজরিবত্র ডেডিনা শোয়দনা পাঙথোকপিগনি! নংনা নীংজরিবা শ্যাম, ডেডিগী থরায়নি খঙলবরা?

পম্মা—ও! ডেডি আই এম সোরী! ইকুজ মী ডেডি! ইয়ু আর মায় গোড। ইয়ু আর মায ডিয়াবেষ্ট ডেডি! ইয়ু আর মায রাইজেস্ট ডেডি!

অসি হায়বত্রনা পম্মানা য়াম্না হবাওনা নিলবাবুদা কোল্লহুনা, হম্না হন্ন হবাওবা ফোগুদোকচরকই। মচাগী মতৌদা মোমোন তৌরহুনা হায়রকই—

নিলবাবু—বেটি....... !!

পম্মা—উম—হু ....... !!

নিলবাবু—নংনা নুংশিবগীদমক্তি, করিস্থু লৈতবা ৱাহে অসিদা পি অসুক য়াম্না শিন্থবা ওম্মী, হযেং ঐনা শিবদা নংবু পি তাবা ওমগত্রা?

পম্মা—হ'....হঃ..হঃ....!! ডেডি নংদি চাং-য়েংবদা হালেওবা লৈতবা মীনি, অমুক্তং শিদোক্লগা হান্নবা চাং-য়েংও। অত্রগা কোন্না অমুক শিযু!!

নিলবাবু—উম হুম....হু...হু....!! বা-বা!! হৈবে ঐগী বেটি, ৱা ঙাংবা য়াম্না হৈবে! ওম্মা নাইত্রবস্থ হৈবনি, বেবিষ্টরনি হায়বদা মতিক চারনি! অত্তগা য়েংউ বেটি, শিবা হায়বশি কন্নানস্থ চাং-য়েং ওইনা পাঙথোকপা য়াবা নত্তে; অত্তুনা ৱাহৈত্র শক শিক্লিন্নয়োয়দবনি!!

পম্মা—উম, ডেডি! শিবা চাং-য়েংবা য়াদে........!! তুংশিবা করি পোৎ নৌ ডেডি?

নিলবাবু—মশক নাইদবা; য়েংবদা উদবা; শোকপা য়াদবা, থম্মোয়দা লৈবা ৱাখলগী ইহুল অমনি! এবস্ট্রেক্ট ওইবা পোৎনি।

পত্মা—-ভেডি। মত্নুদা ঐনা অসিমস্তু হাপচিন্নিংগ্নি.......! হোঙবা য়াদে, লৈবা ফংদে..........

নিলবাবু—অহঃ....হঃ....হঃ.... !! ভেরি গুড বেটি! ফবে থেঙজিল্লক্লে ...!!

অসুম্না মপা-মচা অনি হরাও হন্নাও লৈনহৌই।

### কুত্রামণ্ডা

*শ্যাম*, শ্যাম্মো অনিমক এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ পাস তৌরে খঙনবা মতুং হুম্নি শুবা মুমিংতুনি। মতম্না, সেকেণ্ড ক্লাই থুংলবা ঙাইনরিবা মতমদুনি। ইয়ার ফিলদনি মফমদু। মাগী মাগী মী ওকপা লারুবা মী কযা অমা প্লেন থুঙলবা ঙাইহুনা লৈনবম্নি। শ্যামখোয তোঙলকপা প্লেনস্তু ফিল ত্মা পাইথরক্নি। মতমদুদা মচা ওকপা লাক্লিবা শ্যামগী মপাবুঙ, কাব থৌজিল্লক্লনা খাম্নরে। নিলবাবুগী কাবস্তু থুঙলরে, পত্মাস্তু য়াওরকই। শ্যামখোয় পোক্লকপা ঙাইদুনা লৈনরি।

শ্যাম, শ্যাম্মো অনিস্তু মযামবু য়েংযেংহুনা প্লেনদগী কুমথবক্নি। মপাখোযস্তু য়াম্না হরাওজনা য়েংদুনা লেপ্লি। পত্মানা ফজরবা লৈ-পরেং অনিংক পায়দুনা শ্যাম, শ্যাম্মোদা হুক্কদবগী ঙাইদুনা লেপ্লি। শ্যাম-খোয়না নকশিললক্লবদা মওংশিংদু খঙলক্লহুনা, পত্মাখোয়গী মনাক্তা লেপ্লম্বা অহল ওইরূপ তৌবা নুপা অমথক্লা ফিঙলপ তৌনা হায়রকই—

নুপা—এ! এ! করিনো সাহেবখোয়, নুপী মচাশিবু যুম পান্দ্রিবী নত্রা? মথোং কারক্লিবী যুবোতি অমনা কনাগুম্বা অমগী ঙকশমদা লৈ-পরেং অমা হুকপা হায়বশি তরায়না তৌবিন্নু! য়াম্না লুবজাৎনি! য়ারবদি তৌহনবিন্নু! চৎনদবনি! ঐগীশি ইথৌদি লৈজদেকো সাহেবখোয়! অদুক পামজদবগী হায়জবনি! হুকপিবা তারগস্তু অতোপ্পা মমাগুম্বী, নত্রগস্তু লেঙবিরক্লিবা সাহেব-খোয়না হুকহনজনিংই!

রাম্ন তাবদা পত্মা শকফম খঙহন হনজিনখি। নিলবাবু, মধুসুদোন আনিস্তু ইকায়বোয় করি-ওই তঙক তঙকই। রাখল তৌনা হায়রকই—

মধুসুদোন—উগ, চূম-তাম্ব আইঃ জিঃ পিঃ বাবু !! অদুদি ইচানা হুক্রুগসু
মপা ঐখোয়না হুক্রুবসু করিসু কায়দেনা !

নিলবাবু—ও ! কৈ-কৈ ! অদুদি জর্জ্জ বাবুনা ইবুংঙোশিদা হুকপিরো !
ঐনা ইচাদা হুকচরগে !

মধুসুদোন—করিসু কায়দে আইঃ জিঃ পিঃ বাবু........ !!

হায়নত্তুনা হরাওনা লৈ-হুকপি। শ্যাম, শ্যাম্মো-খোয়না মপা-খোয়বু খুরুমজৈ। পাম্মানা শ্যাম, শ্যাম্মো অনিদা মুনা য়েংভত্তুনা তুমিন লেপ্লি।

মধুসুদোন—অদুদি চৎলবা তৌরশিনা আইঃ জিঃ পিঃ বাবু ! শ্যাম্মো, অদু-
নিদনা ! নুংঙাইরে ইচা অনিনা মায় পাক্লকপশি পাবুঙখোয় পেল্লে !
মীয়াম্না, নখোয় অনিগী পাও তাবদা কয়া হরাওজগ্রবা........ !! ফরে !
চৎলশি, নুপামচা কাখৎলো, যুম য়ৌরগা পোত্থারো !

নিলবাবু—জর্জ্জ বাবু মদুনা ফরে...... !!

পত্মাদি হায়ফম-ভাংফম খঙদত্তুনা তুমিন অদুম লেপ্লি। শ্যাম্মোনা মীয়াম মরক্তুদা মচল "য়াওবরা" কোইথেং য়েংজরকই। মতৌদুদা পম্মানসু য়েংশিল্লুই।

মধুসুদোন্না—শ্যাম্মো নংসু পাবুঙগী গাড়ীদা অদুম চৎলশিদনা....— ?

শ্যাম—মরুপ চৎলশি কাখৎপিরো........ !!

শ্যাম্মো—মরুপ ! ঐ ইচল ভাইজহৌরগে, লেঙবিরো ! পাবুঙখোয় লেঙ-
বিরম্লো !

মধুসুদোন—আ ফরে-ফরে ! অদুদি পাবুঙখোয় থরা হাম্লম্লগেকো ! আইঃ
জিঃ পিঃ বাবু হন্নবা তৌরশি, নুপীমচা কাখৎলো........ !!

নিলবাবু—ফরে লেঙলশি, জর্জ্জ বাবু........ !!

শ্যাম—নত্তে মরুপ, লেম্মদুবু—.... ?

শ্যাম্মো—য়ৌরকপসু ময়ারে, লেঙবিরম্লো মরুপ ...... !!

শ্যামসু হায়ফেং নুংঙায়তা মায়থোঙগা লোয়নৈ। শ্যাম্মোসু নুংঙায়তে। অদুবু শ্যামদি কার মনুংদা অদুম চংগ্রে। পম্মাখোয়সু গাড়ী তোঙখৎগ্রে। থৌবা হৌগ্রে। শ্যাম্মোনা পম্মাদা য়েংলুরি।

শ্যাম্মা—অদুদি মরুপ ঐ........!!

হায়রম্লগা মখুৎ হাইরকই। পম্বানস্থু হাইরকই। শ্যাম্মোস্থু হাইখি। পম্বানা হায়ফেৎ মুংঙায়জদবা মঙং উৎতুনা য়েংল য়েংলদুনা চৎখি। মতৌংদা শ্যাম্মোস্থু মপুক্লিং মুংশিরপ তৌনা য়েংঙনা লেপ্লি।

থোয়না কান্নদে। শান্তিস্থু য়াম্না হরাওজনা কাবদুশর খোঁজিল্লকুনা মবুঙগী মনাক্তা থাম্লি ফজরবা লৈ পরেং অনি পায়রদুনা হরাও-হরাও থক কুমরকই। অদুগা য়াম্না হরাওনা কৌজরকই—

শান্তিনা—তামোচা........ !!

য়াম্না হরাওজনা মবুঙদা থক কৌঞ্জে।

শ্যাম্মোস্থু—মেম্মা ........... !!

মচলবু মুংশিনা কোনশিল্লি। শান্তিনা কোইয়েং য়েংজরকই। শ্যামবু উদবদা—

শান্তিনা—তামোচা, তামো শ্যামদি.... .. .... ?

শ্যাম্মো—পাবুঙ-খোয়না ঙাইরমদুনা কনখ্রে !

শান্তি—হনখ্রে !!

নীংজবা আশা কায়খিদুনা লৈ-পরেংদু খঙথা থাদোকখি। রাখলনা উংদুনা তুমিন লৈ।

শ্যাম্মো—কবি তৌরুদুনা মতম চানা য়ৌরক্লিবনো ?

শান্তি—তামোচা, মৈ লাক্তদুনা থাও হানবদা ঙাংনবদগী থেঙখ্রে !

শ্যাম্মো—পাবুঙ খোয়না ঐখুম্ম চৎলাশ হায়রম্লবনি ! ঐনা, নং ঙাংগৌরগে হায়বদগী অদুম চৎখ্রে ! নং তামোস্থু "হৌরেল য়ুমদা লাক্লগা রারি শান্নরবা হায়বদুনি" হায়রম্লগা চৎখ্রে ! ফরে চৎকশি, য়ুম য়ৌরগা কোন্না রারি শারশি মেম্মা ...... !!

হায়রদুনা, লৈ-পরেংদু খুদগৎলগা মচংগী মপাম্মোম পোয়দুনা কাপ্প মগুংদা অদুম চংমিন্নখ্রে। শান্তি, করিমতা ঙাংদনা নীংবা কায়না কারদু টাটি তৌদুনা থৌবা হৌরক্লে। গাড়ী থৌনা পৌনা মপুক্নীং মুংশিনা রারি হৌরকই—

শান্তিনা – তামোচা ৱারি অমথক লৈ। তামোচানা ডাক্তর ওম্বা চংশ্রিদৈ মন্নুংগী নোংমা ইমাগা-ঐগা লুহোংবা অমা চংলুবগীনি !! লুহোঙগদবা মমাঙগী নুমিদাংড় নীংবা য়াম্না কায়নখি !

শ্যাম্মো—করিগী নীংবা কাযনখ্রিবা ? কনাগী লুহোঙবনো মেম্মা ?

শান্তি—শ্রমিলাগী লুহোঙবনি ...... !!

শ্যাম্মো—শ্রর্মিলা লুহোঙখ্রবা....... !!

শান্তি—উস, তোঙখ্রে। তামো শ্যামবু চিংনদবা ওমদ্রে ! শ্রর্মিলা, ঐখোয বাবাগা য়াম্না লুনা তিন্নরম্বা, মরুপকী মচান্নুপী ওইরম্রে ! ঐখোয়গা য়াম্না নক্লবমই, মরি মখোঙদা ! ঐ মাবু........ !!

শ্যাম্মো—য়াম্না লুনা তিন্নরম্বা মরুপকী মচা....... !!

শান্তি—ঐ মাবু মশক খঙলমদে ! লুহোঙগদবা মমাঙগী নুমিৎতুদা মা-ঐ শকখঙনখি ! শ্রর্মিলাগী ৱারি তাবদা ঐ য়াম্না পেঞ্জখিদে ! মিৎতগী পিনা অরৎপা লৈতনা শিন্থখি ! শল্লুবদা তুঙ্জুবা পোকই !!....... !! শ্রমিলানা তামোচাবু য়াম্না মুন্না শক-খঙলমই ! মানা হায়, "মাগী পুন্সিগী ওইগে খঞ্জবদি অতৈ কনা নত্তে !

শ্যাম্মো—অস ! মেম্মা, তোক্লো মথা তারগন্নু.... !!

শান্তি—আইংঙমা তামোচাগী মরমদা, মাগী ৱারি লিবদা, শ্রর্মিলা মিংশেং থাঙখি ! মিৎ-কক্লা অমতা তুমখিদে ! মানা হায়, "ওসিদি অরোয়বা নুমিৎনি, নং-ঐ উনদ্রনা লৈশারিঙৈ-পুন্সিগী অৱা-নুংঙায় ৱারি শাবা ! মমাঙদস্থ ফঙখিদ্রি ! মতুংদস্থ অমুক ফংলরোয় ! হয়েংদগীদি ঐগী হকচাংশি ঐগী ওইররোয় ; মীগী ওইখ্রগনি : মো হায়বন্থ ওইখ্রনি ! ঐগীদি, নোকপগী মত্থংত কপ্পনা হয়েংদগী মত্থং শিনখ্রনি ! শিনি শান্তি, হায়গে তাও—নখোয় তামোচাবু ঐনা কয়াগী মতিক নীংজবগে হায়বন্থ....... !!" অশেঙবা তামোচাগীদমক হিংজরম্মী শ্রমিলানি। তামোচাবু উনবা থুদিং হায়নিংবগী মপা লৈতে ! অন্থবু ইকায়খিবী ওইখিবনা হায়জবদি ওমখিদে ! শাংচরবী লৈরাং লৈনা, মাংও খোঙদোয় হুন বিরক্তবনা লেংঙমখিদ্রে ! অন্থবু খন্দবদি নত্তে, তামোচানবু

রাহৈ অমতং হায়রক্লবদি শ্রর্মিলাগী "থম্মোয়দা লৈজবা পুথা ফোড-
দোক্নে" খন্দুনতা মতম পুম্বা শেম শাজরমই ! কুমগী নোং কপচেৎপী;
ইভা নোং পিনৌবীত্রবু, নোঙৌবীগী ইথৌ লাওববু করিমতা খণ্ডবি-
দ্রবরা ? মুংনা শাবা থম্মোয়রা ? করম্বা লৈরভদা মৈ ইক্নুনা, করি
মুংথওনা শারক্লবনো- তামোচা নংগী থম্মোয়হুবু ? শ্রর্মিলাবু, করিগী
অঙ্কক য়াম্না ভৌহনবিখ্রিবনো ?

শ্যাম্মো—মেম্মা......... !!

শান্তি—তামোচানা খণ্ডবিদব-মক্তনা, শ্রর্মিলানা নিঙোলগী পুন্সি তুং ওইনরম্নগা;
মৌগী পুন্সিদা থম্মোয় অনি পান্দুনা নীংভবা আশা কায়না; শকখণ্ডদবা
মাগী ময়ুমদা কপ্পা কপ্পা চৎখি ! তামোচা, নং উরম্নবদি "নুপী ওইবীগী
মপোক অসি ওইরেকো" হায়বা থওজরমগদবনি !

শ্যাম্মো—তোক্লো মেম্মা'....... !!

শান্তি—অম্নম্নু হায়রমই শ্রর্মিলানা—তামোচানা মুংশিবিদবা অশেংবমক
ওইরমত্তুনা, মাগী হকচাংত্র অতোপ্পগী ওইখ্রবমু থরায়হুদি তামোচাগী-
দমক্তি ...... !! হায়য়ু তামোচা, তামোচাগী থম্মোয়ত্র মুংশিবা হায়বশি
মরিক অমতা পক্তবরা ?

শ্যাম্মো—ই-ক-অঃ.... !! ফোঙদোক্লুদবা........ !!

শান্তি—তামোচা থম্মোয়শি পেন্দব-হৌনব-মথৈ পেন্দেনে ! তামোচানা
চন্নদ্রবা ওইনা লওথোক্লম্নবা শৈরেংত্র শ্রর্মিলানা কয়া চেকশিন্না থনম্নবা !!
ময়েক্তু শ্রর্মিলানা ঈশৈ ওইনা এরোন্দা অহিংত্রদা তাহনবি !!

শ্যাম্মোনা ইখিবা ঈশৈগী ময়েক—শ্রর্মিলানা মথম্মোয় শোক্লা শক-
খিবা শক্তমত্রু শান্তিগী মাঙদা ফন চোঙথোক্লক্নুনা—

উ'বদ্রবা নংনা খণ্ডবিদ্রবা মৈচাকশে
লৈরাং কনাগী খোইমু ওইনা ভংলুবা
পোম্বী কনাগী চেক্লা ওইনা পাইরুবা
করি'মুংগী নীংজরুবা নংবু !! উবিদ্রবা .......
অহানবা মিকুপ্তা পুন্সিগী ওইনা
য়েকচরুবা মুংশি শক্তম, মুজ্রা নংতগীনি

মুংশিবা থগুদবী নং······

থম্মোয় পান্দবী ওইরম্লবা······

করি ওইরশিগে ঐগী পুন্সি, পুন্সিশিবু,

হায়ডমদনা নত্তোন্দা লৈহৌরে থম্মোয়দা

নীংজরুবা আশানা মৈরি ওইনা চাকলক্লে

থঙ্গরুবা রাগলনা থম্মোয় লায়মন ওইররে !! উবিত্রবা······

করম খাঙশিগে—

খঙবিত্রবা মুংশিবা মৈচাকশিবু ঐনা

চাক্লে থম্মোয় খাংডমত্রে !! উবিত্রবা·········হঃ···হঃ···হঃ

অম্মল্লা কল্লুরগা ময়েক্কুবু অরেংম্নবা মিংথেংনা য়েংজরগা মপি চক্লুম-চক্লুম শিন্থরক্লুনা য়াম্না নীংবা কায়না হায়রকই—

শর্মিলানা—অমুক লাক্লরোইকো মতম্মদো ! হয়েংদগীদি কায়রবনি ; অরেম্বা ওইরনিকো······!! শে শান্তি, নং ঐবু ৱারোম্লু, শিমতঙদি নখোয় তামোচাদা পীবিয়ু ! ঐগী ইমিং ফাওবা পনবিরুম্লু। পীতা পীবিয়ু !!

শ্যাম্মো-খোয়গী থোঙ্গাল য়ৌশিল্লরক্লে। মধুমতিনা থোঙ্গালদা লেপ্লুনা মচা ল্যাকপা য়েংস্লুনা লৈরমই। য়ৌরক্লবদা শান্তিনা গাড়ী থাম্লগা, শ্যাম্মো কুমথবগা—

শ্যাম্মোনা—ইমা······!!

মধুমতিনা—ইচা য়ৌরক্লেদনা······!! ইচাগী অশোয়-অভাম থোক্লবা ঈশ্বর মহাক্না থৌজালবিরবনি ! চংলশি, চাক ঈশিং চাথোক্লগা হংনা পোত্থারো······!!

হায়নক্লুনা চংম্মিল্লরকই। শান্তিনা কারক্লু গেরেজ-লোমদা অস্থুম থোজিনথি।

## তুম্ন তেরুক

মুমিৎ থরনিগী মতুংদনি। মতমক্লু অমুক ওইরি ! মধুসুদোন-খোয়গী য়ুমদনি। শ্যাম অয়ুক্কী অস্থুম চংথোক্কদবগী মখোয়গী বুলেটতু ইম্মোক্লুনা

থোক্লকই। মখোয়গী যুম, ইংখোল পুম্নমক শেমজনবগী ইনৌ নৌনা কজ্ঞ থোকপা মওংচু উই। মধুসুদোন অসুম চংথোক্লবদগী হুন্জিল্লকপচু গেট য়ৌশিল্লক্লি। শ্যাম্না মোটোর ষ্টার্ট তৌরি। হায়রমই—

মধুসুদোননা—নুপামচা কদাযদা চংকদৌরিব্নো? পংচং চংথোকমু?

শ্যাম করিমতা খুমক্লমদনা অসুম থোদোকখি। মপাস্থু যুমলোমদা অসুম চংলকই। বামসিংনা যুমগী অক-ফত্ত য়েংশিল্লি। মাঙ্গোল য়ৌশিল্লকনা হায়বকই—

মধুসুদোন্না—হায, তাবিব্বা মমা?

ইবেমহল—করি হায়গে মাই পাবুঙ?

মধুসুদোন—থোক্লকউ লাগনে! কবি-করি কমদৌবা খবা ন্নবা ফৈনে...!!

ইবেমহল—করিনিনা মাই পাবুঙ?

মধুসুদোন—খবক অযাম্বা লোযশিন্নবে! নুহোঙবগী বাক্তোন ওইনা খবর কাগসতদা পল্লিশ তৌনবা ঙরাং ওডব তৌবম্বকুসু ঙসি শোয়দনা খবরদা ফাওরম্লগনি। নচাগী মপুক্লিং হোঙদনবা কন্না হোংনৌ! মচু মমা নংগী দাযত্তনি! লম হেন্লহনবা য়াব নত্তে খঙলববা? মীনা খজিকুদা বদনাম তেক্কা পীগদবনি! চেকশিনবা ফৈ পংচং-চংথোকহনগন্থ! মমা, শীংজৌ, মিকুপ-নাহুম য়েংজৌ শোযবা যাবা মতাং ওহন্দ্রবনি!

ইবেমহল—মায পাবুঙগীদা শোযদনবা তোংনবিও! হচাগীবুদ্দি মমা ঐ লৈঙ্গবিএ! কবিমতা নুংশা খিবিকুনু! মশানা হেন্না পামজরিবনে পামজরিবা! মী-মাওদা চোপ্পা য়াবা নত্তে! ইচা অনিশুবা নত্তে, হন্দক্কা লোযবনি, চাওনা হোঙগদবনি.......!!

মধুসুদোন—আঃ-আঃ। ফৈ-ফৈ! মতবু ওইববদি এগীদ লোয়রবনি!

অসি হায়নতুনা হবাও হুরাও রাবি শানহৌরি।

### কুন্ত্রাতারেৎ

শ্রর্মিলাগী মপুরোয়বগী যুমগী থোঙ্গালদনি। অসুম য়েংথোকখিবদা শান্তিখোয়গী কার, গেট রাংমতুদা থাত্তুনা লৈরমই। ফমতুনা রারি কয়া

তৌনরম্বদগী থেঙজিল্লকুনা হুনগিগদৌরবী শান্তিবু থিন্দোক্লকপী ; থা লেপথ্রবী শ্রর্মিলানা ; য়োংক্বী গেটতু পায়ন্তুনা ; কার মন্নুংদা ফমথ্রবী শান্তিদা য়েংল্লুনা লেপ্লমই। শান্তি, স্টার্ট তৌরক্লে। য়াম্না মুংশিজনা হায়রকই —

শ্রর্মিলানা — চৎলোকো শান্তি······ !!

শান্তিনা — চৎলেকো টচে······ !

মায়থোঙ অনিমু য়েংনরূবগা নীংবা ইকায়-কায়নরকই। শান্তি অদুম পৌখ্রে। শ্রর্মিলানা মপি তরঙ-তরঙ শিন্নবমখৈ লেপ্লগা য়েংজহৌই। শান্তিনা লম্বীদা অস্তুম থৌরকপদা, লম্বী নাক্কী যুমশিংদ্র, মনাংঙৈগী মীতৈ ঘুমজাও, লাইখল তারি, ইনা কুপ্পা ; চরুনা কুপ্পা কয়াম্ভু উরি। মরক-মরক্তা অনৌবা বিল্ডীং কয়া শাগৎনরিবন্সু কুণ্ডশিলনা লৈবা হেনগংলকই।

অস্তুম থৌরকপদা লম্বীদা হোকড় থেঙনন্তুনা শান্তিনা গাড়ী থাম্লগা খরব থরা লৈহৌই। অহানব মক্তদা "প্রক্লাংম্রা"দু য়েংলুই।

লাপ্তক্র শ্যামস্তু, হকচিক লাঙবা ওইনা উখোঙ অমদা বুলেটতু থাম্লগা, মন্তুদা ফমন্তুনা, ইংলিস পেপার অমা য়েংন্তুনা লৈরম্লি।

খবরন্তু অদুম য়োলম্বদগী চখঙ-খঙহৌদনা মথম্মোয় য়াম্না কায়বগী থোললাও অমদা······

শান্তিনা — অঃ······ !!

খোনকম অমা শোক্লা লাওরকপন্তুনা, তারন্তুনা শ্যামবু খবর য়েংবা কায়হনখি। ইঙক-ঙক্লা য়েংথোক্লকপদা মতৌমু উরক্লন্তুনা খঙকৌ কৌরকই—

শ্যাম্না — শান্তি······ !!

খোঙ্গেলন্তুনা শান্তিবুস্তু শায় লাওহনখি। থক য়েংথোক্লকপদা খঙই উরকই ; শ্যাম্না, মা তম্না থৌজিল্লকদবগী থৌরাং তৌদুনা লৈরম্বদু। মন্তুদা শান্তি অমুক্কা হেন্না নীংবা কায়খিন্তুনা শ্যামবু উননিংদব-মক্তনা ; শ্যামবু য়ারৌনা মিকুপ অমা, অনি, মিং-কুপ্তুনা য়েংলম্লগা কারমু অন্তুম শর থৌখ্রি।

শ্যাম্না — শান্তি········ !!

হায়না, ইচুক-ভক্লা কৌররগা পেপের কাক্কু কাওব-মথৈ অতুম তান্নখি।

ফন-কুইনা তান্নববদগী ফংলক্লবদ শ্যাম, শান্তিনা থৌরক্কদবা লম্বাদা লংজুনা কৈরমই। শান্তিনা মপাক্তু হেক যৌরকপগা—

শ্যাম্মা—শান্তি .... !!

খান্নবা থংতি। অতুবু শান্তিনদি রাবৌমনখিত্তুনা হন্না য়েংবিদনা অতুম থৌগিগদবনু খুন্ডলহুনা কারগী বোংবা চোংশিন্দুনা অতুম নপক্লে। শান্নবা কন্না হোংনজে। অতুবু শান্তিনদি মনাদকাং হাপপিদনা অতুম থৌরকই। শ্যামবু তাহৌনবা মগং শেম-শাজুনা থৌরি। শ্যামসু নান্নহৌবা মরেতে।

মমেদাদি শান্তি, শ্যাম্মা বুলেট খাল্লগা লেপ্লখ্বা মফম অতুমক্তদা অমুক থৌজিল্লক্লগা মমায় খণ্ডলৈ লৈবদা শ্যাম অতুম চোংথোকখ্রে। হন্না য়েংথোকলকপদা খুন্ডলহুনা শান্তিনা রাবৌনা য়েংলম্লগা "প্রজাতন্ত্রা"গী শং থাদবন্নগা হন্না য়েংলসদনা অমুক থোথ্রে।

শ্যাম্মা ফক তৌংতুনা খবরজু তাপ থাকুনা য়েংলুবদা মথেক অচৌবনা থারিবজু উরক্লে—"লুহোংবগী পাংতেল" মধু হেক উরবগা খুত্শাও শান্তিনা খবরজু ফংদং শোগাইদুনা লংথোক্লহনা শান্তিবু থত্তনবা বুলেটতু পাংবমথৈ থৌদুনা তান্নরক্তে।

অতুম্মা তান্নরকপনা ফণ্ডদবা শংবা মডায়রক্লে। অতুবু শান্তুনা মযুমদা থৌজিনখিবনা হানখিরনা নংগোংবা নীংবা ক্লামখ্রে।

অহরোমদনা, নিংবানু-থোংবগী মুংদাম। মাসেলগী টেবল মথক্তুদা "প্রজাতন্ত্রা" খবরজু লৈরমই। মুমংসু লৈনা শেমজিল শাজিনবগী মতং ওইনা তৌরে। পাইনা হকজনবা কাংগী মকোক্তে। শামজেং অমা থেংলগা শনদোনজু থত্তা অমনা শুমংশুমদুনা ইমুংদা চংলদবগী তৌরকই। টেবল-লোমদা য়েংশল্লুবদা খবরজু উদুনা লৌখৎলগা অতুম মথং মথং য়েংলুবনা উরকই, ময়েক অচৌবনা থারিবা, "লুহোংবগী পাংতেল !" মধু হেক উরবগা অমুক্লা হেন্না থরায় যাওশিন্না য়েংলদুনা মচিল থোক্তুনা পাইজে। খবরগী রারোলজু অদুম্না ইরমালিবজু চাংওরাক্লা হায়ফেংতমক য়েংলুই। অতুগা যাম্না মুন্না য়েংজররিবদি—

"মধুসুদোনগী মচানুপা শ্যাম........পত্মাগা লোয়ননা শুভ বিবাহ তৌজগদৌরি" অসিতবুনি। মতু হেক য়েংলুবদগী মায়থোঁওত্তু অমুক্কা হেন্না মকা লামজরকই। হরাওজনা মোমো। তৌরতুনা শম-জেৎ-কাক শৎ-শৎ হাৎকংলকই। মফি কাক শৎ-শৎ হোঙদোক্তুনা মোন্দা নুংঙায়না লৈজগৌবি।

শ্যামদনা, ঙুমিদাংবায় ওইশিল্লক্লে। শান্তি-থোয়গী য়ুমগী মমিতু য়ুমগী মমাঙলোমদা, শুমাঙগী শরুকলোমদা তারম্লে। নীংবা কায়না কপ্পুরবী শান্তি, মিৎন্না পিনা থুমহৎলবী মায়থোঙতুগা লোয়ননা মাগী কাগী থোঙনাওতু তপ্পা হাঙদোকচরকই। অতুগা মপাল্লোমদা অসুম তপ্পা-তপ্পা য়েংথোকচরক্লি।

অদুম্না য়েংথোক্লকপতুদা, শ্যামসু, মথোয় মমাঙগী (লাপতকপা) হৈনৌ মথোঙতুদা নীংবা কায়বা শরুকমগা লোয়ননা থোঙনাওদ, তম্না য়েংলগা ভুমিন লৈরম্বতু উরুরি। মনাক্তা বুলেটতুসু থামদুনা লৈবা উই। শ্যামসু ডম্বাইদগী অদুম লৈরক্লিবনি। মিকুপ খরা মুনা য়েংনরম্লগা শান্তি মথম্মোয কায়বক্তুনা থোঙনাওদ অমুক লোনশিনখ্রে।

মাগী মতৌদ উরুরগা শ্যামগী থম্মোয়দু অমুক্কা হেন্না নীংবা কায়রক্তুনা অশাবা মুত্তিগুম লৈহৌই।

ঙুমিদাং ওইশিল্লকে। মৈ-খানগৎনবক্লে শান্তিদ নীংবা কায়না কপ্তুনা অদুম লৈরি। মমা মধুমতিনা মওংশি শঙদবনা মচা লাহারক পারি কন্দুনা—

মধুমতিনা—ইবেম্মা, নংবু কাইরিক পারিবরা? ই! করিনো? ইবেম্মা, করিনো ইচানা অসুক নীংবা কায়না লেপ্লিবদি? নত্তে, করি তৌরে? নত্তে, ইবেম্মা নংবু নচে শ্রমিলা থোয়দা চৎকনি হায়না চৎখিবদায়! অতুগা করিগীনো নংনা অসুক নীংবা কায়না তৌরিবা মতৌশিদি? নত্তেনে ইবেম্মা, নংনা তৌরিবশিবু করি মতৌনো? ইমাদা হায়যু, করি ননিং থুংদবা লৈরে? কনানা করি হায়রক্লে? ইচাবু কনানা

লাকচ খুত্নম চনখ্রবগে? হায়যুনে ইবেম্মা ইমাদা! ইমাগী ইবেম্মা···!!
মমা ঐ-লৈন লৈন ইচাগী মিৎতগী পি তাহল্লবা ....... !!

শান্তি—ও·ও! ইমা! হুঃ....হুঃ....হুঃ...

খিঙবা ঙম্লক্রুত্নুনা অসুম্না মখোল থোক্লা কপ্লকই। মচাগী মতৌদা মথম্মোয় শোক্লবী মমা, হায়ফম খঙদ্রত্নুনা--

মধুমতিনা—ইমাগী ইবেম্মা...... !! করিগীনো ইবেম্মা—.... !! কপকনু ইবেম্মা নংনা কপ্লগা ইমাগী থম্মোয়শি পুবা ঙমদে........ !!

শান্তি—ইমা....... !!

হায়না য়াম্না চোকথনা কৌরল্লগা ফমুংদা অত্নুম তুথখ্রে।

মধুমতি—ইবেম্মা! করিগী অত্নুক রারুরি! কপকনু, ইমা লৈরি, নবঙ লৈরি! ইচাগী করি রাৎলি! কপকনু ইবেম্মা ....... !!

অসি হায়রত্নুনা তুমখ্রবী মচাগী মফি-মরোল শেমজিনবিরি। মপিত্নু তপ্না-তপ্না তৈথোকপিরগা, মুনা য়েংলত্নুনা পিগী ইরা হৌরকই। শান্তিদি অত্নুম তুমখত্রে। মচাগী মতৌ ঙাইহাক য়েংলম্লগা—

মধুমতিনা—হা ঈশ্বর! করি মতৌ কোবনো তৌরিব। মতৌশিবু! থোল্লবী ননাই-নুবীবু অরাবদা অরাবা হাপ্পিরগেরা........ !! তৌল্লিদকো ঐগী মপোকশে !! করিনো ইচানা তৌশিবা মতৌশিবু........ !!

অসি হায়রত্নুনা থোঙগী পর্দার-কাক্তু থাদরম্লগা পেন্দা-পেন্দা অত্নুম থোক্লক্লি। মপালদনা "খাবলনা ককচেং চৎপা উনা ফৈ" হায়বত্নুগুম থাবলত্নু ফৈ। শ্যামসু হান্নগুম অত্নুম লৈরম্লি। শ্যাম্মোসু চৎথোক্লবদা পাঙশি খঙলক্তুনা মখরায় নুংঙায়তনা হঙ্গিল্লকালি। মথক্তগী কুমথরক্লিবী মমানা

মধুমতিনা—ইবুংঙো! করিনো নচলনা ঙসি তৌরিবা মতৌশিবু? ইমাদি করি ওইরশিগেনে ইবুংঙো, নচলগী মতৌশিবু !!

শ্যাম্মো—ইমা! ঐসু খনবদা খনফম খঙদত্নুনা, মমত্নুনা লাক্লবনি! অতৈ করিসু নত্তে ইমা, মেম্মনা শ্যামবু লুংশিরুরে, অদুগা শ্যামাদি মীগী ওইখিগদৌরে! মসিগী খঞ্জবদা ইচলনা মৈশা লাঙলবনি ইমা !!
করিনো ঐ........

মঙ্গমতি—ইমানা হিংলিবশে নখোয় অনিতগীনিনহে ইবুংঙো........! হা ঈশ্বর, করি উপায়নো তোল্লবী ঐনা তৌগদবা........!! ইচাগী মতৌ য়েংজরগা অরা-পোত্থাক্কম ওইজরিবীনি !! হঃ ! ঐ লৈনা-লৈন্না ইচাগী মিৎতগী পি তাহল্লবা........!! ঐশিবু মমা ওইবদা করি কান্নরিবগে !! ইমাগী ইবেম্মা, ইমা শিনিংলেদকো ! ইবুংঙো নংদি উদ্রবোয়, ননাই-নুবাগী অরাবশে !! নং লৈরম্লবদি ইচাগী মিৎকী পিশি তারয়োয়দবনিকো........!!

শ্যাম্মো—ইমা !!........ঐনা তৌগদবা, কর উপায়নো........!!

শোল্লম্লগা মচলগী কা তম্না লাক্লি। মমানা নুংঙায়তনা লেপফৌরি।

শান্তি তুম্লম্বদগী হৌগৎতুনা থোঙনাওদগী মপাল-লোমদা য়েংতুনা লেপ্লি। মরক-মরক্তা, নীংজবা আশা কায়বগী তারক্লিবা পিদু হেক্ক-হেক ঙৈহৌকৈ।

শ্যাম্না, নীংবা য়াম্না কায়না মথুৎ হৎতুনা শান্তিবু থোকলকবা ইঙ্গিত তৌজরকই। অদুবু শান্তিনদি উবিবা লৈখিদ্রে। তুমিল চংলক্লগা কৌরকই—

শ্যাম্মোনা—মেম্মা........!!

শান্তি—তামোচা ! হঃ....হঃ....হঃ তামোচা ........!!

খুল্লম্লগা মবুঙদা কোল্লগা মখোল থোক্লা কপচরকই। শ্যাম্মোসু হায়ফম তৌফম খঙদনা মচলবু নুংশিনা কোনশিনবি।

তৌনরিবস্তু শ্যাম্মা উরতুনা মথম্মোয় শোক্লা উদা য়ৈশিঙ্গে। অদুগা পিগী ইরা তৌবমখৈ অমুকসু থোঙনাও তম্না মুন্না য়েংলকই।

মচলগী মতৌদা নীংবা কায়রবা শ্যাম্মো করি হায়না মচলবু থেমগদনো খঙখিদ্রে ! অদুবু রাথল কয়া তৌরগা মচলবু নুংশিনা থেম্লকই—

শ্যাম্মোনা—তোক্লো ! মেম্মা তোক্লো ! ইচলগীদমক ইবুঙ লৈরি ! করিগী অতুক রাক্লরি ! কপকনু, নংনা অদুম্না কপ্লগা........হ-আ........ কপকনু !!

শান্তি—তামোচা হঃ অ........!!

শ্যাম্মো—ইবুঙ রা হায়গে শে, কপ্পনু ! কপ্পগী মহুৎতা, শে চংলো ফমুংদা

চংলগা তুম্বা থেগ্ররো ! নংগী লাইবক্কা অলমজ্রবনি, খন্দোক্রউ ! অহৎগা য়েংউ মেম্মা ...... !! খল্লু নংস্থু............করিগী অত্থক্ থম্মোয শোনগদগে........ !! নংনা অতুম্না কপ্লুনা লৈরগা, নং-ঐগীতা চিংজ-রিবী ; রাজরবী ইমা ...... ; নংবু মিকুপ অমতং উদবনা পোথাফম খঙজদ্রবী ইমা, করি ওইনি ? নং-ঐগী আশাদা চিংজরিবী ইমাসু অম্মুক কুইবশি মম্বিৎতগী পি মরিক অমফাও তাহল্লক্কগা ; ইমাগী পুন্সি লোয়রমদায়শিদা নংনা ইমাবু কপফনবা তারিবরা ? খল্লু মেম্মা........ ... !!

শান্তি—হঃ-আ....তামোচা—... !!

শ্যাম্মো—করিগুম্বা কপফনবা তারবা, নং-ঐগী কয়া চাওরবা লঙজবনো ? ইমানা চিংজরিবশি, নং-ঐবু য়েংজত্রনা চিংজরিবনি মেম্মা !

শান্তি—তামোচা........ !!

হায়না কপ্লতুনা ফমুংদা অত্থম উপশিনখ্রে।

শ্যাম্মো—নংনা অত্থম্না কপ্লবদা, নংনা অত্থম্না লৈরবদা, নংগীদমক চিংজরিবা মবুঙ ঐ, করি ওইরশিগে মেম্মা ? কপকনু—মেম্মা কপকনু ! নংনা ঐগী ইচল অশেঙবা ওইরম্লবা, .......নং-ঐবু পোকপিবী অহল ওইরবা ইমাগীদমক খল্লু ! নঙোন্দগী নুমিৎ থা উবা হাল্লবা নবুঙবু নীংশিংউ। নপুন্সিদা নীংবা কায়বা কয়া লৈরবস্থু নোক্না-নোক্না খাংঙুনে মেম্মা ?

মবুঙনা অম্মুম্না হায়রবদস্থু শান্তিগী মিংকী পিদি খক-খকপা লৈখিদ্রে।

মমাস্থ থম্মোয় শোক্না চংলকই। অত্গা মপুক্রিং থুংশিনা হায়রকই—

মধুমতিনা—কয়াদা থম্মোয় শোক্লবী ইচাগী মায়থোঙনোনে-শে ! ইবুংঙো ইমাবু, নচলগী ফিভমশি করম্না য়েংলশিগে ? পোকপদগী পি মশক খঙজদ্রিবী ইচানা ; ঙসি, থেম্বা য়াদনা কপ্লুনা লৈবশিবু করম য়েংতুনা লৈগদগে ?

শ্যাম্মো—মরুপ শ্যাম ! নংনা ঐগী ইচলদা কয়া চাওরবা পোৎলুম অমা থোনগৎপিরবা। পোকপদগী পি মশক খঙলক্লিবী ঐগী ইচলনা ঙসি, মথম্মোয় শোক্না ওন-থোয়না কপ্লবা !...........

মপাল্লদনা, অহিংগী মতম ওইশিল্লক্কি। ভাল্লম্বা থাজস্থ নোং পুবা লৈচিলনা কুপশিনখ্রি। ভাল্লম্বা মলেম অমম্বদা অস্থম-অস্থম তিনশিনখ্রি। শ্যামগী মায়থোঙস্থ অস্থম অস্থম মমশিল্লক্কি। নোংলৈ-নুংশিংস্থ কন্না-কন্না শিং-কংলক্কি। অদুবু শ্যামস্থ পেন্দব মক্তনা নোংলৈ নুংশিং মরক্তদা লেপ্লুনা থোড্ৰনাওক্ত তম্না য়েংহুনা অদুনা লৈরি।

কা মথুংদনা, শ্যামসোনা খবা-শক্রোন পুনতনা লেপ্লগা কমুংদা য়াতারিবী মচলদা য়েংতনা লৈবনলি। মশানা, মচাগী নাকল্দা ফম্লগা ফি-শেমজিন্দুনা মপুক্কিং চুংশিনা মচানু য়েংজরি। শান্তিনা লোঙনা য়াতারি। পিগী ইচেলস্থ লেপ্ত্রি।

শ্যামসোনা— ঐ লৈনা লৈনা, ইচলগী মিংম্না শম্বাল অনিদগী মিংলু নাপোম ফাওনা, নীংজম্বা খাশা কাবনবী দি আহল্লবা.........!! ইনা! ঐ ইচলগী মনুঙ ওইবদা নাংনা চাদ্রে !! মেম্মা ইবুঙবু করি ওইরশিগে......... !!

হায়না-হায়না মশাদা অহম থোকপ্রে। মমানা কপ্পা-কপ্পা মচাবু শেন্নহৌরি। মপালদস্থ, নোংলৈগী শাক্ কনশিল্লক্কি। শ্যামস্থ হান্নগুম অহুম লেপ্লক্ত্রি। নোংস্থ কপা চুশিল্লক্কি। নোংনা মশা পুম্বা চোংলবা শ্যাম, খুদাং থাঙ্গৎতুনা ঘড়ী য়েংলক্ত। অদুগা শান্তিগী কাগী থোড়নাও তম্না মুনা য়েংলি।

মিকুপ্তু-মক্তদা কা মথুংগী বাল ঘিড়চতা বাড়ো তারক্তনা ১২ গী বেল য়েরক্ত।

উপায লৈত্রক্তনা থোংনাওজোংদা মুনা য়েংনা য়েংনা মোটোর ষ্টার্ট তোপ্রে। নীংঙমদবনা হন্না-হন্না য়েংতনা লোং-ন্মুংশিং মরক্তদা তপ্লি-তাপ্লি থোহুনা ময়ুম মায়কৈ তমশি।

কা মথুংদস্থ, ফমতুনা মচা শেন্নহৌবী মমাস্থ তুম্নিংবনা খপ-খপ চিংহুনা লৈরম্লে। শান্তিনা য়াওল্লকপদা মনিং-মনা খঙশিঙ-শিঙলক্তনা মচাদা মুন্না য়েংজরকই। অদুম্না য়েংলম্লগা—

মধুমতিনা—ইমাগী ইবেম্মা ! তুম্মো, পোথারো ! নোংয়াই চবুক লোল-
লক্লে ! ইমাম্থু ঙাইহাক পোথাগে ! খঙজে, করি ওইগদনো
ইমাম্থু········ !!

হায়না-হায়না থোঙকাক লোনশিল্লগা মচাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা
ফমহৌরে।

অশোমদনা, শ্যাম, মাগী ড্রেশিং-রুমদা রাথলনা উংহুনা, ঙসাইগী
অচোৎপা ফিজোলহুগা লোয়ননা বাসকেট চিয়ার অমদা ফমলম্মি । মমাঙদা
লৈরিবা বেড-সাইড টেবল মথক্তুদনা রেকোর্ড প্লেয়ারনচিংবা অমা অমা লৈরি।
অনম্বা ইনভাইটেশন কার্ড বন্দল অমম্তু লৈরমই। ইবেমহল তুমিন চং-
লকই। শ্যামগী মতৌহ্ উরুবদা তহা-তহানা হংলকই—

ইবেমহলনা—হায়মা ! করিনো নুপামচা নংনা তৌরিবহুদি? ইস ! করি-
নোনে ইবুংঙো নংনা তৌরিবশিবু ? অহুম্না তৌরবদি ইমাদি মাঙজ-
রেদনা ! নত্তেনে ইবুংঙো নংবু নফি নরোল-কাক্তু ইচোৎ-চোৎনা
তৌরিবহবু করিনো ? শে হৌগংলো নফিহ্ অকঙবা হোঙদোক্লুচো !
লোয়রেদনা, লোয়রে হায়বা নংনা তৌরিশিদি ! ইমাদি মাঙজরে-
দনা······ !! শে নফিশি হোঙদোকও !

হায়রহুনা হোঙদোরুবা ফিহ্ পীশিল্লি। মমানা হায়মল্লবদা তুমিন্না
ফমহুনা লৈথোকপা য়ারক্তহুনা তুমিন হৌগৎলগা মফি-নরোল হোঙদোকই।
মমানা অচোৎপা ফি-রোলহু য়াম্থোক্লুরি। শ্যাম হান্নগুম ফমহুনা হোয়-
মায় হায়দনা তুমিন অহুম মরৈ। য়াম্না হংনা, তপথনা জ্ঞান তানা হংলকই—

ইবেমহলনা—নত্তে নুপামচা নংবু কদায়দা চৎলুবগে ? য়ুমদা নুংশা থিনরম-
গনি হায়ব-কাক করিনতা থন্দ্রবরা নংবু ? অম্থক থেঙলবা নোংয়াই
মতুং অসি ফাওবা কদায়দা লৈরুই? কনাগীদা চৎলুই ? অয়ুক্তগী
নত্রা নংনা য়ুমদগী থোকখিবা ? য়ুমদদি অমুক-তোয়রে ; লৈফম-চাফম
খঙনদ্রে ! নং পাবুঙনা ঐবুম্থ চৈনা লোয়রে। কদায়দবু চৎগ্রবনো,
কোয়খি থিনরুরি ! অহুগা নংনা করিম্থ থৌশাদনা, নোং মরকশিদা
নশা পুম্বা পুঙলুপ লুপ্প-মখৈ হৌজিক্তা হঞ্জিল্লক্লি ! য়েংউ, ইমা ব্রা

হায়গে তাও—ঙসিগীদি ঙসি ওইরে, ঙ্কেখ্রে! হয়েংদগীদি অতুম্না অমুক ২৫লম্নুকো! তুম্মো তুম্মো পোত্থারো। নং নশানা খঙলবনিদনা শোযবা য়াত্রবনি। নং পাবুঙবু মকোক শাহনগন্নুকো! হয়েং তৈজিঙ পোৎ প্রবদৌনি খঙলেদনা! পোত্থারো-পোত্থারো; লাঙ-ফাঙ খন্দুনা লৈথোক্লন্নু!

হায়খ্নগা থোঙ থোঙনাঙ-কাক্তু য়েংশিল্লম্নগা অতুম থোকখ্রে। শ্যামদি মানা "ফমুং চংতুনা ফিপত্রি-মথৈ ঙাংবা লেপ্লরোয়" খঙতুনা তুমিন হিপগ্রবনি। মমানা হায়রিবিদা লৈফম খঙজতুনা রেকোর্ড প্লেয়ার থোঙগৎলকই। অতুবু রা লৈদি ইরাং-লাঙত। অতুনা, মমানা থোকখিবগা টেবল-মথক্তা অস্তুম থোশল্লুবদা ইনভাইটেশন কার্ডতু উরক্লে। মতুনা রাখলতু অমুক্তা হেন্না লুংচয়রক্তদে। তপ্না-তপ্না কার্ড অমা লৌথোক্লগা মুন্না য়েংতুনা শোঙ্গরকই— রাখল শর্মা হস! মশিনু শাম্মোদা করন্না থাগদৌরিবা! শান্তিতুবু....!!

অক্তে! এ শান্তি······!! অতুগা পম্বানা অমুক করম·········!!

তু,······!!

অমন চাংক্লতুনা কার্ডতু মনম-মরাং ঙঙদনা অতুম থাদখ্রে।

শান্তিমা পোক্তনা, শান্তিগী পুমচিক চিকখ্রে। করিগুম্বা থোঙ্গেল তনত্তা তাবা লৈতিদ্রে। নুমতিস্থ মচাগী মনাক্তা হাশি-শিনা তুমতুনা লৈ-পল্লে। শান্তিগী মিকপ থোকলক্তুনা মমিং তপ্না-তপ্না পাঙথোক্লকই। মায়-থোঙদদি পিকম নাইবগ্নি। অদুগ য়েংলকপদা মমানা মনাক্তা তুমতুনা লৈরি-বগী উরক্তুনা শ্বায় লাওন নীংবা খঙকায় কায়রকই। মমা তাদনবা লোন্না তপ্না হোৎলক্লগা থোনাও হাঙতুনা হৈনৌ মথোঙ লোমদা য়েংথোক্লুই। মথম্মোয়তু অতুম কায়খ্রে। অতুম্না লেপ্লম্বদগী তুমিন থোক্লক্লগা মখুঙগী হিদাক ময়াম থমফম কাঙদা চংখি। পোইজন থাবা লিক্লিতু তুমিন লৌথোক্লক্লে....!

মমাগী মতৌ য়েংলুরগা রাম্বব-মথৈ কপ্পিংলকই। অতুবু অথাঙ কনবা অমগা লোয়ননা থিঙ্গৎলে। অতুগা থোঙতু লোম্না হাঙলগা রিডিং-রুমদা চংশিনখ্রে।

রিডিং রুমদনা, মমা, মবুঙগী ফোটো-কাক-লোয়না মকৈশাঙুম লৈবি। ইলবমতু তপ্পা-তপ্পা ফাক্রগা শ্যামগী ফোটোও শেংতুংলগা মপি চংম চঙুম শিন্থনা পেন্দবা হৌনব-মথৈ পেন্দনা য়েংজরম্ভই। রাখলনা তায়রম্ম।

"ঐনা নংবু, কয়াগী মতিক ঙুংশিজন্নরবা! নংবু কয়াগী মতিক নুংশি-রুবা! অতুগা নংনা করিস্থ খঙবরমদ্রবা! নংগী খম্মোমবু মশাক খঙদনা ঙুংশিরুবা তারবা! মামি, পঙুলবী ঐগী খঙ্মোয়রনি। ঐগী ইরালনি! কপাচনবগীদমক নংবু ঙুংশিরুরবনি!! শাওগা, চহি ঐগী অরোয়বা মিকুপ্তা, নচলনা শিন্থরম্লিবা নীংবা কায়বগী মতমদা, অম্মুকদি নীংশিংবিরকউ; মতুনা নচলগী নীংবা থুঙবা ওইজগে!! য়েংজরগা পেঙ্গরম্বা নংগী শক্তম! ঙসিদি কপাচনবা চারগে! অসি ঐগী হৌরেকো ঙুংশিবা হায়বদো....... !! হে পুন্সি লাননবি চন্না! মনা পীনাবিবো তোল্লবীগী চংফম !!"

অস্তম্মা খঞ্জত্নুনা তুহু থক্কদবগী থাঙ্গৎলকপদা মমা মবুঙগী ফোটোহ উরুরে। মতু হেক উরুবদগী হুদু থকঙমদনা ঘাম্লগা—

শান্তি—ও! তামোচা............ !! তামোচা! নংগী "মেম্মা" হায়বদো ঙসিদগী তাররোইকো! তামোচা......... !! ইমা!! ইমা, নংনা কনা য়েংহুনা লৈগদগে....... !! উংনোয়রকো ঙসিদগী ইমাবু অমুক হন্না !! ইমা! তামোচা, নংবু য়েংহুনা করম্না থাঙ্গৎলগে! ইমা নচাবু রারোবিগন্নু !! তামোচা !! তামোচা! নচাবু রারোবিন্নু! রারোবিন্নুকো.... ... !! অমুক উইররোইকো ইমাগী চেংগো! তামোচা! নংনা "মেম্মা" কৌবদো, অমুক হন্না তাররোইকো !! উররোইকো ঙুংশিবা নংগী চেংলোম্থু........ !! রারোম্নু! ঐবু লাম্না লৌবিন্নু.... !!

অসি হায়রহুনা হুহু থকদবগী অমুক থাঙ্গৎচরকই। থকঙমদনা থক-থক নিক্না অমুক থমগ্রে। অতুগা বোয় ফাতোকখ্রে; কলম হাওদোক্লুনা ইনবা থৌরাং তৌখ্রে।

শ্যাম্মোনাও—মেম্মা! নংমু থল্লু! ঐগী চন্নবা পুকচেলহুনা, হৌজিক্কি ঐগী পুন্সিবু নীংবা কায়বা ওইহল্লরে! মচল থাজনবা তিন্নবগুম থোকহল্লে!

মপান্দা ইওক ঙক্তা ফুক অমুক হৌগংলকই। তাম্না য়েংলকই--মশিং থিঙ-মদবা কু কয়া অমা মৈ চাকখৎলক্লিবক্ত থঙউ-উই। শ্যাম্না, ইখঙ থঙহৌদনা "শান্তি" হায়না অরোয়বী থাক্তনা কৌড়ত্তনা কু তম্না চোংশিনজে। শ্যামগী মশাক্তস্থু মচেং-মচেং তানা শেগায়ঙনা থতন খি।

ফমুংদা তুম্লম্বা শ্যাম্মো, মিকপ থোক্কুনা মমিং পাঙলকই—মঙগী মরমদা মুংঙায়তা রাগল তৌত্থনা লৈবি।

মপালদনা, নোংঙাল্লমদায় মতমশিদা মকুনা থোঙবগী খোজেল তা-রকই। লমখুন্নুগী চিংনা-চিংনা থোঙবস্থু তাত। শ্যাম্মো চিংনবগী মগক্তা অমুকস্থু চিংননা রাগিল তৌনা, মমিং-মনা শিঙনা লৈরি!

"ইমা!! তা মো-চা... ..."

শান্তিনা মপুঙ-ফাদনা হায়দোক্লকপত্ত গাং। শ্যাম্মো শ্বায় লাওনা কোকখাওবী কাত্তনা 'মেম্মা' হায়না খঙকৌ কোরম্লগা ফুক তৌগংত্তুনা, ফিঙনা মচলগী কা তমখি।

মচলগী কাদা য়েংলৈ। মমাতমক তুমঙ্গন। লৈবত্ত উবগা ইমা' হায়না খঙকৌ কোরম্লগা অমুক্তা হেন্না পাগংনা শোঙ কদা শং চংশিল্লকই।

শান্তি লেকথরকুনা লৈ:য়দা পাদাক থতম তাথরাক। য়াম্না পাগং-চনা কৌরকই—

শ্যাম্মো—মেম্মা....... !!

তুম্লম্বী মমা, খঙদ্রোক পাঙনা মিকপ থোক্লকই। মচা লৈরম-দ্রবাদা য়াম্না পাখংনা কৌরকই—

মধুমাতনা—ইমাগী ইবেম্মা!!

পন্থবা তৌদনা তহা তং থোঙ হন্না চেংশিল্লকই। শান্তিনা লৈরিবা কাত্থদা তহানা চংশিল্লক্লি।

শ্যাম্মোনা—মেম্মা .. .... !!

পন্থদে শং চংশিন্দুনা মচলগী মশাও তাপ-তাপ পায়না য়েংলগা, ফোন তৌনবা পরপ পরপ অত্তুম চেম্ভোকাক্ল।

নোংম্নু পুম্নঙ্তাল ডাম্লে। জেনেরেল হোসপিটালগী ওপরেসন থিয়েটরগী কাদনি। নর্স, সর্জ্জন ময়াম্না খুংলায় থা-থাজুনা শান্তিগী মশা চেক অপ তৌরম্মি। অদুম্না তৌরম্নগা আশা লৈত্রে হায়বা ইঙ্গিং তৌরম্নগা সর্জ্জন অজুন থোকখ্রে। নর্শশিংনা শান্তিগী হকচাংবু ফিডৌনা কুপশিনখ্রে।

মপালদনা, শ্যাম্মো, মমা মধুমতি, মথম্মোয় য়াম্না লাওতরুনা, তৌফম খঙদনা লৈরমই। সর্জ্জন, তুমন থোক্লকপদু উরব্রদুনা; পুক্রিং য়াম্না লাওতরুনা হংলকই—

শ্যাম্মোনা—ডাক্তর ........... !!

ডাক্তর—ভেরি পরাগ-ফুল পোইজন ডাক্তর শ্যাম্মো! ইযোর সিস্টর কেজ লেপ ডিস প্লেস! ওপরেশন হজ নো নিড। ডাক্তর শ্যাম্মো,...... হোপ লেস...... !!

শ্যাম্মো—হোপ লেস !! নেম্মা...... !!

সর্জ্জন মথা তারমদনা অজুম থোকখ্রে। শ্যাম্মোনা রালদা মকোক য়ৈশিন্দুনা লৈহৌরি। মচাগী মতৌদুদা ওইদ্রে খঙজরদুনা মচা কৌরদুনা কপথংলক্লি --

মধুমতিনা ইমাগী ইবেম্মা- ইবেম্মা! ইনাদি নাডজবেনে!- ইনাবু কনা য়েংদুনা লৈয়ু থনম্নিবনো ?. হা ইবেম্মা-ইবেম্মা -- ...

মপালদনা, কেজ্যালটি ডিপার্টমেন্টগী মমাঙদা শ্যাম্মো থোয়গী কারদা থাদুনা লৈরম্মি। শ্রমিলা মপুথোয়বনা ডেসপাচ থৌরক্তুনা লাকই। কার মনাক্তদা থনম্নগা কেজ্যালিটি ডিপার্টমেন্টতা পরগা পরগা অজুম চংশিনখ্রে; অদুগা ওপরেসন থিয়েটর শম্না অজুম পাইখ্রে। মধুমতিগী মতৌদু উরবদা মপুক্রিং থুংশিনা কৌজরকই —

শ্রমিলানা—ইমা ...... !!

তৌফম- খঙদনা লৈরি। শ্যাম্মোনা কপ্পা-কপ্পা ভেরেন্দাদা মনপ শিংলকই। মতমদু মক্তদা শান্তিগী অশিবা মশাক্ত ফিডৌনা কুম্নগা নর্শশিংনা ইস্পোক্লখ্রে! মদু হেক-উবগা—

শ্রমিলানা—শান্তি !! হঃ....হুঃ...হঃ........শান্তি ....... !!

হায়না কৌরক্লনা শং চংশিল্লগা শান্তিবু কোন্দুনা রূপত্রে। মথোল তারবী—

মধুমতিনা—ইমাগী ইবেম্মা . হুঃ .. হুঃ ...

শ্যাম্মো—মেম্মা !! অহঃ........

অশুম্মা হায়রক্লনা চংশিন-চংশিনক্লনা থরায় য়াওত্রবী শান্তিবু কোন্দুনা থাম্মায় শোক্লা-শোক্লা মথোল হৌনা-হৌনা তেত্তথানরকই।

শ্যাম্মোনা—মেম্মা !! ইবুঙগী ইবেম্মা ! অঃ হুঃ ...হুঃ....

মধুমতি—হুঃ.... ! ইমাগী ইবেম্মা ! ইমাবু কনা য়েংক্লনা লৈগদগে ? হুঃ অঃ হুঃ—....ইবেম্মা ; ইমাগী ইবেম্মা ইমাগী ধরায়শি চাক্লে-চাক্লে হঃ হঃ হুঃ....

শ্রমিলা—শান্তি !! শান্তি নংনা তৌরিবশিবু করি মতৌনো ? শান্তি, নংবু ঙরাংতা এগীদা লাক্লমবদায় ! ঐনা নং তোয়না-তোয়না লাকউ হায়-থিবক্লবু অসিরনে শান্তি ।। ঐঙোন্দা করিগী তাক্লমদবগেনে শান্তি.... !!

মধুমতি - ইমাগী ইবেম্মা শ্রমিলা ! ইমাবু কনা য়েংক্লনা হিংগদৌরিবনো ? করিনো ননাগনা তৌরিবা মতৌশিবু ? হায়য়ো-ও ! হায়য়ুনে ইমাগী ইবেম্মা শ্রমিলা !

শ্রমিলা—ইমা !! হঃ....হঃ .. । শান্তি ঐবু করি ওইরশিগে নংনা তৌরি-বাশিবু ? খুম্মো........

মমানা 'শ্রমিলা' হায়না হেক পল্লকপগা শ্যাম্মোনা মথম্মোয় শোক্লা কপ্লল্লবসু মমাখোয়রোমদা ফং, ফিংলপ তৌনা য়েংলকখি। উরবদা, শ্রমিলা দা হায়ফেং মুনা য়েংলল্লগা নীংবা কায়বদা-নীংবা কায়বা হাপথিক্লনা রালদা মমায় য়ৈশিন্দনা থাংওমদবা মৈচাক্লা য়োমক্লনা লৈত্রে। শ্রমিলাসু শ্যাম্মোবু উরকপদা অমুক্লা হেন্না নীংওমদবা পোকখি। ঙকচাল্লরম্বা থম্মোয়েক্ল মৈরি থোক্লা চাকথংলকই ।

মধুসুদোন-থোয়দনা, হৈজিং-পোৎতু য়াম্না চাওনা পুগদবগী থৌরাংলি। রামসিংনা, থেন্দুনা থম্লবা পোং চৈশিংক্ল শেমজিন-শাজিল্লি। মশিংকাক থিক্লনা য়েংলল্লি।

শোমদনা, শ্যাম্মো পোত্নগী খুৎনদগী লাপ্পক্না শান্তিগী সংস্কার, মীয়াম্না তৌরি। শ্যাম্মো মঙ্গাশক্লি। যুমদনা মনা মধুবতি জাওদা ভাগুরবগুম তৌরে ফিভমস্থু! কপমনবদগী মখোলস্থু শিরে! অদুবু ওন-থোয়না অদুম কপ্লম্মি, মচাগী ফোটো য়েংলগা—

মধুমতিনা—ইমাগী ইবেম্মা! ইমানা কৌরিবসি নংবু তাদ্রবরা! খুক্না খুম্নকউনে, ইমাবু থাদোক্লগা কদায়দা চৎলবগে নংবু? ইমাগী মৈ পাকশি উত্রবোয়দকো। হঃ....ইবেম্মা! ইমাবু করি ওইরমগে, ইবেম্মা... ইবেম্মা........!!

শ্যাম্মোনা – ঐগী লাইবকশি ওথোক্লা শিরেদা! ইবুঙগী ইবেম্মা, নবুংবু থাদোক্লম্লগা নংবু কদায়দা চৎলবগে! হঃ .......

হায়গুনা লাইবক্তা খুতুম্না শুধুনা হুংভাতবা ফোভদোক্লম্লগা খ্রি চং কুম তম্না অদুম চংখ্রে। মমাদি ওন-থোয়না অদুম কপখৌরি।

রিডিং-রুমদনা, শান্তিনা ভ থকথিবা মতমদা ওইখিবা ফিভমস্থু কাখিনা হোৎলম্মখ্রি। ভু লিক্লিস্থু লৈমায়দা অদুম ভারি। ফোটোশিংস্থ হাপ্লগুন লৈরি। শান্তিনা কোল্লগা কপ্লম্বগী পিক্মস্থু নাইবম্লি। ইলেক্ট্রিক ভবস্থু অদুম ভাম্লি। শ্যাম্মোনা চংলক্লগা মচলনা তৌরম্বশিংস্থু য়েংলমি। ভু লিক্রিস্থু হেক উবগা থওপেনা পেন্দরা পোকই। সৌখৎলগা মুন্না য়েংলনা—

শ্যাম্মো—নংনা ঐগী ইচলগী........!!

য়েংলম্লগা অদুম থাদনখি। অদুগা, অদুম য়েংলকপদা শ্যামগী ফোটোস্থু উম্লক্লে। লৌখংলগা য়েংই। অশাংবগা থোয়দনা শেগায়গদবগী তৌরকই। অদুবু রাখল তৌনা মতোমতা শোঞ্জরকত—

শ্যাম্মোনা—ঐগী ইচলনা হুংশিজল্লম্বা... ....!!

থম্বরক্তুনা শেগায়বা ভমদনা থম্লগা চেস্থু অমুক লৌখৎতুনা য়েংই। য়েংল্লরগা নীংবা কায়না পিগী ইরা হৌরকই। অমুক, অম্মুম য়েংলকপদা, মচলনা কোল্লগা কপ্লম্বগী পিকম নাইরবা মমাগা-মাগগী ফোটোদ, উরবদগীদি নীংজম্লক্লবনা পিক থনকংলক্তুনা থম্মোয়দ কাপ্লনা-কায়না হায়রকই —

শ্যাম্মোনা—ও! ইবুঙগী ইবেম্মা! ইচলগী কায়নরমদায় পিরাংদি ইনুঙনা

উরি ! নংগী চেংলৌ শক্তি উগ্রে মেম্মা....... !! মক্কম কৈদা চংলু-
রগে, হল্লকখো ! হল্লক্কোনে ইবুঙগী ইবেম্মা !! ও ! ঐগী অনি
শুদ্রবী ইচল ; ঐনা মমিং ফানা কৌজদ্রিবী !! ঐনা মমিং ফানা
কৌজদ্রিবী ঐগী ইচলনা, ঐবু থাদোক্লগা সংসারদগী বিদায় লৌ-
থ্রগা !! মেম্মা ! মম্মা ইবুঙবু কনা যেংলুনা লৈখিশিগে, অং !
অমুক উররোয়কো ঐগী ইচল ! তাররোয়কো ইচলনা "ত্যায়োগ"
হায়না কৌরদো !! অমুক্তং হল্লা কৌরুম্নবদি ইবুঙগী থম্মোয়শি পেন-
গাদবনিক্কো মেম্মা !! ফম্নররোয় অমুক লাইরিক পাফমশিল্লা !! অমুক
উবা ফংলরোয় ইচলগী শক্কো হন্দক মপোকী !! মেম্মা ! নংবু
ইবুঙনা করম্না কাওগদগে !! হল্লকখো ইবুঙগী ইবেম্মা, অমুক্তা হল-
লকখো ! থম্মোয়শে নীংঙয়হৌদেদকো মেম্মা ! মরুপ খাম
ইমানা, অঙাওবীগুম লেল্লগনি !! ইচলনা হায়নিংলম্বা
অসুম্না শোন্দুনা পেন্দ-পেন্দ অহুম লৈল্লহৌরি ! শান্তিনা ইরম্না চেত্তু
পায় ......!

**কুঞ্জ মাপল**

হুমিং য়ুংবা মতুং গুইরক্লে মতম ! মধুসূদোনগী য়ুমদনি, হৈজিং-পোং
পুগদবগী মীয়াম্না থৌরাং তৌনরম্লিবদ। পোংপুবীসু, লৈকায়গী অহল-লমনসু
মরি-মরি পরেং-পরেং থোকপা হৌনখ্রে। মধুসূদোন, ইবেমহলসু অনানবা
ফিক্কোল-কাক শেংলদনা, থোকখ্রিবা ময়ামকুগী মনিং খোম্লহনা অহুম থোক-
খ্রে। হরা গাড়ী কয়া অমসু য়াওনা চংকদৌরি।

শ্যাম্মা দলান মথক, ম্যাগী কাদগী, থোঙনাওদগী হৈজিং-পোংকীদমক
চংখ্রিবা ময়ামদুবু তুমিন্ন য়েংজরি। মায়থোঙত্ত হৈরাং লাওশিল্লি ; বাখলত্ত
ইলুং নুংঙায়েত্তে শককমত্ত ! ডাইহাক য়েংলম্লগা নীংবা, হৈকায় খায়না কা
মনুংদা অহুম লৈশিনখ্রে।

য়ামাসংনা ময়াম্মা চা-থক্লম্বগা চাহারবা লাকুম-শাম্ভ্রগুম মম্মামদু লেঙ-দোক্লম্মি।

অশোমদনা, নিংবাবুগী য়ুমদনি। হৈজিং-পোৎকী য়াম্নি লিরম্মি। মী য়াম্না, অতলদগী অভাং ফাওবনা কুক কুক ইনৈ ভাইহাক্কী মঙ্গুংদা মধুস্থ-দোন খোয়দগী থোকখিবী পোৎ পুবী ময়ামদু মরি-মরি চংলক্লি। হৈজিং-পোৎকী হোনবী নিতি নিয়ম শুনা চৎথরি। কবোক-কাক অতুম য়েল্লকুনা; মী কয়া হল্লখিবা য়াওনরক্লে।

শোমদনা, শ্যাম, মাগী কাদা ফংদুনা লৈরম্মি। মথরায়স্থ মুংভাইতে, রাথলস্থ মুভবনৈ। কাতাদি নৌনা শেম শাজিনবগী হোনবা ইনৌ-নৌনা ফজখোক্লে। শ্যামগী মম্মাক্লবশিংনা পীরবা প্রেজেনটেসনগী পোৎ কয়া অমস্থ লৈরি। শ্যাম, মখুৎ ওইগী থুবাক্তা শান্তিগী ফোটোও থম্লগা, য়াম্না নীংঙমদনা য়েংদুনা তুমিন লৈরি। শ্যাম্মো, মথরায় মুংভায়তনা চংলক্লগা থোঙজিল ময়াদা লেপ্পি। চংশিনগদবত্ত কৌতক তৌদনা, শ্যামগী মওং য়েংনা য়েংনা শান্তিনা ইরম্বা চিঠি, শ্যামগা ফোটো অনিদু মখুৎনা পায়রি। ভাহ-হাক তুমিন, শ্যামগী মওং য়েংলম্লগা, য়াম্না পেঞ্জদনা কোরগা হায়রকই—

শ্যাম্মোনা—মরুপ শ্যাম....... !! আ, শে মরুপ, অসিংংদ লৌশিনবিয়ু!

মরুপ্পা ইচলবু মুংশিবিদবা লৈরবস্থ; নং ঐ পিক্লিভৈদগী তিন্নরকপা মরুপ্পি খন্দুনা ইচলনা ইরম্বা য়াহৈ থবশিংংদি; মবুঙ ঐনা পুরকপা ওইরগস্থ চানবিত্রনা লৌশিনবিয়ু! মরায়বক থিরবী ঐগী ইচলগীদি, মরুপ মপিজ্জা কনা লৈজদবনা, মবুঙ ঐনা মরুপ ওই, পীজরবনি য়ারৌবিয়ু! শে, লৌতদি লৌশিনবিয়ু মরুপ! অস্তুগা মরুপ্পা লঙ-থোকপিগে হায়রবস্থ লঙথোকপিখো! অত্রগা মরুপ্পা ঐগী ইচলদা পীবিরম্বা, মরুপকী ফোটোশিংগা ঐনা ইচল শক্কা পীজরম্লগে য়ারৌ-বিয়ু! কনাগুম্বদা শিন্নজরগা পীহল্লনগদবনি! অহুবু, মরায়বক থিরবী ইচলগীদি, নীংবা কায়হোরবা মবুঙ ঐ নত্তনা কনা লৈজদবনা ইশামক্কা পীজরবনি; হোৌন থঙদে হায়বিরগদ্রা? মহস্থ মবুঙ ঐগী ইয়াল ওইজরগে। য়ারৌস্থ মরুপ শে......... !!

হায়রবদুনা চংশিন্নগা চিঠি ফোটো অনিদু পীরি। শ্যামদি মদু করিমতা খঙড্রি। শান্তিগী রাখলদা উৎহনা মহাক, অতৈ করিমতা খঙদনা অদুম লৈরি। শ্যাম্মোসু পেন্দ-পেন্দনা অসুম য়েংলুবদা শ্যামগী মখুবাক্তা লৈরিবা মচলগী ফোটোদু উরক্রে। মদু হেক উবগা খঙলুং মুংঙাইতবা পোক্তুনা মপুক্কিং মুংশিনা মখা তাথরকই--

শ্যাম্মোনা—মরুপ!! মরুপ থরায় য়াওদ্রবী ঐগী ইচলগী ফোটোদু য়েংবি-করসু; মরুপকী লম্বীদা অপনবা ওইরনি। মদু য়েংবগী মতুংতা আই: জি: পি: গী মচান্নুপী শকহেনবী পম্মা. মরুপা হংনিংবা রাহুং হংবদা অপনবা লৈতনা পাওখুম পীরগদবীদু য়েংবিহোরো!! শে মরুপ........!! অদুগা, থরায় য়াওদ্রবী ঐগী ইচলগী ফোটোদুদি ঐ পুজগ্রগে, রারৌবিসু মরুপ......!!

অসি হায়রদুনা চিঠিগা ফোটোগদু থম্নগা, শ্যাম্মা পায়রদুনা য়েংলিবী মচলগী ফোটোদু থক শংকংলুরে।

ফোটোদু হেক শংখিবগা খঙপ্রেক খঙদুনা থক য়েংখৎলকই। অদুম্মা য়েংখৎলকপদা শ্যাম্মোনা মমাঙ-মক্তদা লেপ্তুনা লৈরম্মুদুদদি শ্বায় লাওনা, ইওক-ওক্লা কম্না হোনা কৌরকই—

শ্যাম্মা—মরুপ........!!

মখা তাবা খঙখিদ্রে। মরাইবক্তু টেবলদা য়ৈশিনজদুনা অমুক হঙ্গৎপা ঙমদনা অদুম তুমিন লৈখ্রি। য়াম্না ইংনা থোংনা হায়রকই--

শ্যাম্মোনা—মরুপ শ্যাম! ঐগী অনি শুজদ্রবী, মরায়বক থিরবী ইচল; ইমাগা, ঐগা থাদোক্লগা সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে! অমুক উর-রোয় চেংলৌ শক্তো হন্দক মপোক্কী!

শ্যাম—শান্তি......!!

খোনকুম অমা শোকপমখৈ। মচলগী মমিং তাবা পাংদদুনা শ্যাম্মোনা মনাকোঙ মেন্দুনা থাঙজৈ শান্তিগী ফোটোদুসু অদুম তাথোক্লে।

মঙ্গসুদোম্না হৈজিংপোৎ চংলুবগী খিজোলদুগা লোয়ননা ট্রিকদু পায়দুনা চংলক্লগা মওংদু তুমিন য়েংলরি। শ্যাম্মো উরকপদা শাওনিংবা পোকই। অদুবু রাখল কাথদুনা তুমিন লৈরি।

শ্যাম্মোনা— মরূপ, নং ঐবু য়ারৌমু ! করিম্ব থঙজদবী ইচলবু মুংশি মশক্ক থঙহনখিরা, অত্তুগা কায়না মৈনা চুবিরম্বহ ; মত্তু মরূপ অমনা মরূপ অমবু মুংশিবুগী থুদম ওইরে !! মরূপ, নংনা হেন্না থঙলিবতুনি, ঐদি মচলতবু য়েংজরগা পেঙবা মবুঙনিনে মরূপ !! মবুঙগী থম্মোয়বু মঙাল্ল পীরম্মী ; মবুঙগী থরায় ওইজরম্মী ইচলদো, ঙসিদি মবুঙ ঐগী থম্মোয়দগী পাইথোকঞ্জে ; মফম কৈদা চৎথরবনো মফম থঙদনা চৎথ্রে-নে মরূপ ! মসিদবু মবুঙগী থম্মোয় কারি ওইগদগে ? মরূপ, পুম্ন-মক পঙলবী ইচলহুগী মরালনি, চমজরুবা মবুঙ ঐগী ইরালনি ! ইরাল অত্তুবু মরূপা, ঐবু মরূপ অমনি থনবিহুনা ; মচল কায়নবগী মৈরিনা মৈ-রায়রবা মবুঙ ঐবুস্ত, ইচলগী মৈচাক অতুগুম্বা মৈচাক অম-তংগা হাপচনহিয়ু মরূপ ! মহুনা ঐগী ইরাল ঙাকপিবনি খনবিয়ু !!

মধুসূদোন—সুপামচা ! শ্যাম্মো !! নংবু ঐনা ইচাদা ইচাগুম খনবদি মসি থোকরবরা ? নত্তে, নংনা ইচা তিম্নরিবশিবু নচল শির ...... !!

শ্যাম্মো—প্যাবুঙ........ !!

মধুসূদোন—নচল শিরগা তায়ননবা তিম্নরিব্রা ?

শ্যাম, শ্যাম্মো—পাবুঙ........ !!

হায়রহুনা, শ্যাম্মোনা তাবা ঙম্লক্রহুনা মনাকোঙ মেনহুনা থাঙই। শ্যাম্মা ফক্লাংদা অহুম য়েশিনখ্রে। শ্যাম্মো জ্ঞান মাঙখ্রে। মকোক ঙাওরক্লুনা কাহ্র উরু-উরু লৈরক্লে। শকফম পুমংন ওনখ্রে। শাওবনা মথা তারকই—

মধুসূদোন—চৎখ্রে। চৎলু মরূপ হাংপা শা !! ঐথোয়গা করি মরী লৈনহুনা নংনা য়ুমশিদা লাক্লগা অহুগুম্বা পাও কল্লিগী তাহল্লরি ? ইয়্-গেট-আউট !! নং, ঐ কনানো হায়বা মশক খঙদে........ !!

শ্যাম্মো—মরূপ; শ্যাম !! নসি নং-ঐ চারুক অমতদা চাম্মিন্নরকপগী মহৈ-নিকো ! মরূপ অমগী মফমদা, মরূপ অমগী মপানা "শা" হরিবশি মচা ওইবগী হায়জবনিকো ! অহুবু, ঐবু পোকপি ইমাহুন কাও শনবিহ্রিবা ঐনি ! পাবুঙ, পুম্নমক নচা ঐগী ইরালনি ! থুরুমজ্জরি প্যাবুঙ, নচা চৎচরে ! মরূপ ঐনি মচল কায়নরবা মবুঙনিকো !

মপুন্সি নৌ-া কেমথ্রবী ; মনিং থুডেখিদ্রবী মচাক্রক্ষ, মাচেতোম্ব জাঙ্কো-
বৰা মবু ঙনি মংঙ ....... !! গুড বায় ! গুড বায়, মায় ডিয়ার
গুড বায়... !!

হাযনা হায়না অঙাও-তকৈগুম অতুম থোকখ্রে। চংখ্রে খঙলবদা
মচাদা—

মধুস্থদোননা—মুপামচা মুংঙাযতবা তৌকন্থু। শিগ্রবীনি, অমুক হন্নক্রয়োয় !
শ্যাম—শান্তি...... ॥ মরুপ, মরুপ শ্যাম্মো ....... !!

মধুস্থদোন—মুপামচা ! হৌগ্রবনি, অরেম্বনি, পুম্নমক পুন্সিগী নম্নথাক
ঙাক্লি। মাযাগী লাঙনি। পুক্লিং ফাথৌ ! অমুক নীংশিংন্নুরগন্থু-
মঙনি খন্দোকউ ! মঙোন্দগী চেনবা অমা ফংগদৌরি খল্লু ! পাবুঙ
থোক্রে। চংলক্লিবশি হৈজিংপোৎ হন্নক্লিবনি।

অসি হাযবম্নগা অতুম থোকখ্রে। শ্যামদি উংহুনা অতুম লৈহৌরি।
তুমিন লৈবম্বদগী—

শ্যাম্না হ অঃ। মরুপ ....... !!

হাযনা মুংঙাযতবা যোঙদোন্নম্নগা, শ্যাম্মোনা থনম্বা চিঠীহু উরক্লুনা
তপ্প-তপ্পা লৌখৎলগা যেংন্নুহ। শান্তিনা নীংবা য়াম্না কায়না কপ্পা-কপ্পা
পাবকই—

"মুংশিকবা তামো,

তামো, নংগী নফমদা, হন্দক মপোক্কী অমুক উনববোয়দবী লাইবক
থীবী নচল্লনা রাহৈ 'সিমতং ফোঙ...... !! মতিক চাদ্রবী নচলব্রু মুংশিবি-
দ্রবস্থ, নচলগী রাহৈ 'সিতংদি লংন বিন্নুকো তামো ॥ মন্থনা নচল্লনা চাওনা
শাগৎচরুবা তা....—, মুংশি আশা ....... ॥ আশা কায়না চৎলবী, মপোক
থিনা পোন্নক্লবী নচলগী, মুংশি পণ্থনি খঞ্জগে !! ঐবু মুংশিবিদ্রগস্থু....
তামো ঐবু মুংশিবিদ্রগস্থু, মচল কায়না মৈশা লাঙহৌরবা ; পম্বো লৈত
তোঙ্গরবা, মপুন্সিদা নীংবা কায়হৌরবা তামোচা ; তামোচাতদি কায়নবিন্থ !!
ঐনা অম্থম্না চৎলবদা....! ঐনা অম্থম্না তামোচাগা কায়নরবদা ; ঐগী
অনিশুজদ্রবা তামোচা ; তামোচানা চারমদায়, চৎলমদায় তুম্নমদায় খুদিং

মচলবু কাওভমদনা ঐবু "মেম্মা-মেম্মা" কৌরদুনা চাগনি, থক্কনি খঙদনা, মথম্মোয় কায়না-কায়না কপ্লকপহুতদি তৌহনবিন্নু !! অসিমতংদি লাইবক থিরবী মচলনা ভিক্ষা নিজরি, পীনবিয়ু !! তামো শ্যামগী অফবা ওইশন্নু ! অশোয়-অঙাম খোক্কবা পিনবিশন্নু !! হঃ....হঃ....হঃ.... ! তামোচা !! তাদৌ ! তামো শ্যাম নংগী পুন্সি লৈপুনগী নুংঙাইবদবা নুমিৎচুদা, ঐনা নচল অমা ওইনা তামোগী মফমদা পীজগদবা থুদোল-পোৎতুবু মিৎকী পিশি-রনে তামো শ্যাম ? হায়রৌন্নুকো তামো, 'পঙজবীনি থন্না' ঙাকপিয়ুকো !! নংগী নুংশি লম্বীদা অয়েৎপা ওইরুরবী লাইবক থিবী নচল্দি চৎ..... !! ও ! অমুক উররোয়কো তামো শ্যাম নংগী চেঙশৌ শক্তো !! লোয়রেকো হন্দক মপোক্কী........ !! বি—দা—য়—

নহাক্কী নচল,

মরাইবক থিরবী শান্তি

শ্যাম্না হঙ্গৎনা য়েংগৎলকপদা, কা মন্নুংদা কন্না শিংপা নুংশিৎ মরক্তা শান্তিনা ফিঙৌ শেৎলগা, শ্যামদা পিগী ইরা হৌরদনা অবোয়বা মিৎয়েংনা য়েংথুনা লৈরবগুম মুর্ত্তি ওইনা উরুরি। ঙাইহাক য়েংলম্লগা শান্তি মিৎকী পিহু তুম্মিন তৈথোকচরগা য়াম্না নীংঙমজদনা মমায়ত তপ্পা লৈথোকখি। মহু হেক উবদগীদি য়াম্না পেঙ্গদনা কৌজে—

শ্যাম্না—শান্তি !!

হেক কৌরুবগা শান্তিগী মুর্ত্তিহু মফম থঙদনা অতুম মাঙথোকখি। শ্যাম নীংঙমদবা হৌমব-মথৈ নীংঙমলক্তুহুনা টেবলদা মরাইবক য়ৈশিন্দুনা লৈখি। হৈজিঙ-পোৎ চৎলুবী মমা ইবেমহল চংলকই। য়াম্না মেঙ-থোৎনা হংলরি—

ইবেমহলনা—ইবুংঙো, করিনো নংবু ঙাওরবরা ? নত্তে ক'রগীনো অত্থক কন্না লাওরিববু ? য়েংঙোয়, ইমা রা হায়গে, পুক্রিং ফাথৌ; হাথল লাঙ-ফাঙ তৌরন্নু ; শোয়বা য়াবা নত্তে ! ঙসি হৈজিং-পোৎ পুরব-নিদো ! ইমাখোয়না পামজরিবীস্নু মাতনি ! ইচানা হেক পাম্ব-মথৈ ইমাদা হায়য়ু ! ইমা লৈরি ! অতোপ্পা রাথল থল্লহু ! নথরায়

শ্যাম্মা—শান্তি········ !!

পদ্মা মীংবা কায়শিল্লকুনা মায়থোঙছ লাওশিল্লকই। ইরা হৌরক্লিবা থিংহুনা শ্যামদা কুপ্তুনা য়েংহুনা লৈ। শান্তিগী মায়থোঙ মকা লামথোকচরকই। নোকফেং তৌজরুনা, মথুং তিঙথোক্তুনা শ্যামবু রথ মথক্তা চিংখংকনবগী তৌজরকই। শ্যামসু কাগদবগী তৌরি। য়েংলিবী—

পদ্মানা—ও! ডেডি······ !!

হায়না আশা কায়না কৌজরকই। মহুদা, রথদা কাখংকদবগী তৌরম্বা শ্যাম হুংগায়রক্লকুনা—

শ্যাম্মা—পদ্মা······ !!

থম্মোয় শোক্লা কৌরহুনা পদ্মা তম্মা পরপ পরপ চংশিনখ্রে। মহুদদি পদ্মাগী মায়থোঙছ মকা লামথোকচরকই। শ্যামগী মায়থোঙদা হুংশিনা য়েংজরকই। শান্তিনা অমুক শকফম ওনখ্রে। অতুবু মুনদি য়েংজরি। শ্যাম্মা মথুং তিঙথোক্তুনা পদ্মাগা পায়নগদবগী হেক তৌরকপহুদা, থম্মোয় য়াম্মা শোক্লা লাওজরকই—

শান্তি—আঃ········তামো········ !!

হায়রকপগা রথছ খুরুপ থাত্তুনা থোংংখ্রে। শান্তিনা, শ্যামলোমদা য়েংনা-য়েংনা মপি হৈরা চেম্মা অরাবা ফোঙদোকচরকই। শ্যাম্মা অমুক য়েংথোক্লকপদদি কন-শাঙনা থোখিরম্মে। উরক্লবদা ইপা-পাখংনা কৌজরকই—

শ্যাম্মা—শান্তি !! শান্তি········ !!

হায়না কৌরম্লগা কৌজহুনা, পদ্মাবু থাদোক্লম্লগা কৌ-কৌহুনা শান্তিবু অহুম তাম্নখ্রে।

পদ্মানা – ডেডি······ !!

মথম্মোয় কায়না কৌজহুনা, ড্রাইভর ওইরিবা নিলবাবুদা চাক্লা-চাক্লা কোনশিনজরকই।

শোমদমা, শান্তিগী রথ চীংয়াঙ কারক্লে। হম্মা-হম্মা কৌরহুনা শ্যাম্মা অয়েক্পা লৈতনা তাম্মরক্লি। অতুবু রথ নদি লেপ্পনা থোখিবনা চীংদোল লানখিহুনা লৈচিল মংক্তা অহুম থোগংখ্রে। অহুম উথিখ্রে। শান্তিবু উবা

ফংলক্রবদা নীংজবা আশা কায়রহুনা য়েংলুরগা, লৈথোক্নুনা চীংখোঙ লোমদা অমুক তাম্না-তাম্না য়েংথরকই। পত্মাগী কারহু লাপ্পা চীংখোঙদা। থৌগ্রিবহু উরক্লহুনা—

শ্যাম্না - পত্মা !!……পত্মা…… !!

অসুম্না হৌনা কৌরহুনা পত্মাবু অমুক তান্নরক্লি। অদুবু পত্মানসু তাবিবা লৈতনা অতুম থোক্লে।

শ্যাম, রাবনসু মখোঙ থাঙবা ঙমশিল্লক্লে। রাখলনসু মশা পুম্বা লুমথরক্লে। চোকথবনা তপ তাদুনা উখোঙ অমদা ফমথক্লে।

মথংগী মিকুপ্তুনি, কৈলাশ চীংগী মহাদেবগী মন্দিরদনি হায়না তৌই। বাঁশিগী মিরবা খোঞ্জেল অমনা মন্দিরত্ত থৌগল তৌরমই। শ্যাম্না নীংবা কায়না রানা লাক্নুনা মন্দিরহুনা তপ্পা তপ্পা চংশিল্লক্লি। হৈ-লৈ বর্তী কৎলহনা—

শ্যাম্না—ভগবান! সব আপকী লিলা হৈ! মেরে লিয়ে কোই নহিং ভগবান! বতাও ভগবান, মৈং আপকী চরন সে ঝুকর মাংগতা হুং! কহিএ ভগবান……, শান্তি, পত্মাকো কহাং মিলুংগী? মেরে হাথ সে ফির দে দো ভগবান !! বতাও ভগবান কহাং মিলুংগী; কহাং মিলুংগী!

হায়রহুনা খুকমজরগা মুত্তিহুদা মুন্না য়েংহুনা লৈরি। অসুম্না য়েংলিঙৈহুদা বর্তীগী মৈরিহু ইথঙ-খঙহৌদনা ফুর লাওনা অনিথোক্লা পাইথোকখ্রগা অতুম মুৎথোকখ্রে। বাঁশিগী খোঞ্জেলসু তাখিদ্রে। য়াম্নমক নীংবা কায়না লাওরকই—

শ্যাম্না—নহিং !! নহিং, ভগবান নহিং !! শান্তি, পত্মাকো শোরকর ইস দুনিয়ামেং অকেলা জিবিত করনা নহিং সকুংগী !! নহিং সকুংগী ভগবান !! নহিং…………

হায়না মুত্তিহুবু কোল্লগা কপ্চরুই। অদুবু নীংবা কায়বা নত্তুনা অতৈ অমা লৈখিদ্রে। তৌফম খঙদ্রহুনা খোঙথাঙ তপ্পা তপ্পা রাখল তৌনা থোক্লক্লে।

মমসু মমশিল্লকই। নুমিদাংসু থেঙজিল্লকই। খোঞ্জেল অমতসু

তাখিদ্রে। চেক মোক লাওখিদ্রে। ইংনা তাবা নোংনসু অরেপ্পা লৈতনা জিরি-জিরি চুথরক্লে। অদুবু শ্যাম মহু করিমতা থৌ-রা শাদনা অদুম চৎলি। লেপ্তুনা জিরি জিরি চুথরক্লিবা নোংগী মরক্তদা. লাপ্তক্লা, চীংয়া ওইনা, মৈগী কোম অমদদি ইরও লওনা চাক্লমই। ইথও থওহে দনা মৈগী অদোমদগী ভুট প্রেট ময়াম অমনা শুরুপ থিনা লাও থোওলহুনা শ্যাম তন্না শৎ পাইশিল্লক্লে। মওংহুদা শ্যাম পাখৎপনা লরায় শাৎপ্রহুনা; কিনা কিনা য়েংহুনা চৎলিওদা ময়ামহুনা খানা-খানা নোক-খেরহুনা শ্যামবু চাগদবগী মতাওম তানশিল্লকই। লম্বীহু থৎলে। শ্যাম কিনা-কিনা চেনশিল্লকপদা, উরকই, লৈখোম্না পিক থন্না লৈবা কোমহু। ময়ামহুনসু কোমহুদা তান-নবা হোৎনৈ। শ্যামসু চেনফম লৈত্রহুনা কোমহুদা অদুম চোংথগ্রে। থও-হোদনা মশা পুন্না পুৎথগ্রে। ভুট, প্রেত ময়ামহুনা. হরাওবনা মখেল লাও-লহুনা শ্যামবু ফাগদবগী তৌরকই। তৌফম থওদ্রহুনা পাখৎনা কৌজে—

শ্যাম্না—ইমা !........ইমা........!!

হায়হুনা কন্না কন্না কৌরকখি। ময়ামহুসু হৌনা-হৌনা নোকখৎলকই। অদুগা চারগে হায়বগী মতাওম খুৎচাওহুনা শ্যামগী মমায়গা কোন্ননা মকোক-তা থওপায় পায়শিল্লকখি।

শ্যাম্না—ইমা....... !!

হায়না অরোয়বা থাহুনা কৌরম্নগা, শ্যাম মিকপ থওথোক থোক্লকই। মমিৎ পাওথোক্তুনা কিনা-কিনা ফক্লাংগী অকোয়বদু লৈ-লৈহুনা অদুম য়েং-লকপদা ওসাই থেৎহৌবা ফিমুহুনা লেওলি লেওলি তৌহুনা লৈবদু হেক উরকই। মহুদগীদি অওকপা ফংনা থুক্কৎপা-পাখৎপা অকিবগা লোয়ননা থওকৌ কৌরকই—

শ্যাম্না—ইমা !!

কৌরম্নগা মমায় খুমজন্দুনা লৈগ্রে। শুরুপ থিনা কৌমনগ্রহুনা মমা মপা রামসিং ইপা-পাখৎনা পরপ-পরপ চেনশিল্লক্তুনা য়েংলরি। ইথক-থকৎনা হৌদোক্লরি—

মধুসুদোম্না—মুপামচা...... !! মুপামচা, তারিবরা.......তারিবরা মুপামচা ?

ইবেমহল—ইবুংঙো! ইবুংঙো! তারিবরা ইমাগী ইবুংঙো...... !! ইস!
 করিনো মতৌশিবু? ইবুংঙো...... !!

রামসিংনা—ইবুংঙো-মচা .......ইবুংঙোমচা ....... !! বাবু! ফোন পায়থৎপিরু, ডাক্তর কৌবনা···

মধুসুদোন—হাইস !.......

ইবেমহল—ইবুংঙো, তারিবরা ইবুংঙো .... !!

মধুসুদোন পরপ-পরপ থোকখ্রে। মমা, রামসিংনা শ্যামবু লাইকল্লহৌরি। রিং পীথিবগী মখোল তারকই। মধুসুদোন পরপ-পরপ অমুক চংশিল্লক্কুনা য়েংলরি।

কুইনা কান্নদে, ডাক্তর ফৎ চংলকই। মীহুন থাহুন য়েংলগদবগী তৌরি।

মধুসুদোন--ডাক্তর, করিনো খঙদ্রে তৌরিবা মতৌশিবু! অমুক্তা মুন্না য়েংবিয়ু! "ইমা" হায়না য়াম্না কন্না কৌরম্লগা মখা তারকখিদ্রবনি! চংশিন্দুনা য়েংলবদা ফিভমশিদা অহুম লৈরম্লে! কৌব-লাকপা করিমতা তাখিদ্রে!

ডাক্তর—জর্জ্জ বাবু তপথবিয়ু! ঐ অমুক্তা য়েংজখিগে !!

হায়রঙনা Stethoscope না নম-নমদুনা য়েংই। মশা-কাক তাপ তাপ পায়দুনা য়েংলুরগা ফল্লাংদ-কাক অমুক কোইয়েং য়েংলকই।

ইবেমহলনা—ডাক্তর বাবু, করিনো তৌরিবা মতৌশিবু? ঐদি পঙপাদা পাথৎচৈনে !!

ডাক্তর—করিস্থু থোইদোকপদি লৈতে ইবেমম্না! পাখৎপগুম্বা, হায়বদি মমঙ-মহাদা অকি-অথঙ তৌবগুম্বা ওইব-তায় জর্জ্জ বাবু! ফিভমশি থম্বা সিরিয়স ওইনদি তৌরে!

হায়রম্লগা, খোঙউপ-কাক তৈথোরবা য়াল্লিবা ফিহু লৌরগা শ্যামদা উৎলগা—

ডাক্তর—শ্যাম ডাক্তর! করিমতা পাথৎকন্থু ফিনি-ফি; লাম্না লৌগন্থু!
 সি, ফিনি শ্যাম ডাক্তর।

মধুসূদোন—হাই ! মুপামচা, হাই, তারিবরা মুপামচা ; করিসু নত্তেনে, নংগী খোঙউপ-কাক তৈথোক্লবা ফিহুনি ; য়েংও ফিনিনে ফি.......

শ্যাম খরা-খরা লেঙলকই। অত্তগা মপাখোয়দা তঙক তঙক য়েংলকই। ডাক্তরনা পায়রিবা ফিত্ত হেক উবগা তশেঙনমক কিগ্রহুনা –

শ্যাম—আঁ....অঃ....ইমা........ !!

পাখৎপগা লোয়ননা কন্না কৌরম্লগা অমুক মমায় খুমজিন্দুনা লৈখ্রে।

মধুসুদোনা—হাইঅ ! মুপামচা, করিগীনো নংনা ফিশিবু অত্তুক থাম্না কিরি-ববু ? হাই, ফিনিনহে ফি........

ডাক্তর—য়াম্না শুরুপ থিনা খঙখ্রব-জাৎনি জর্জ বাবু !! ফিশি বদায়দনো উরোয়দবা মফম অমদা থমহনবিরু ! মাবু উহনবিনু !

হায়রকপগা রামসিংনা ফিত্ত লৌরগা মপাললোমদা অতুম পুথোকখ্রে।

ইবেমহল—ইবুংঙো ! তারিবরা ইবুংঙো নংবু··· ?

ডাক্তর—রাননবনি কৌবিরুরনু ইবেমম্মা; পোথাজ্বরশনু ।। মশাশি হকচিক লাঙহনশি ! ঐ ফাস্ট-এড ওইনা ইনজেক্সান পীজবমগে ! জ্ঞান পাক লাক্লোয় ! ঙসিগীদি চেকশিন্না শেন্নবিয় ! হয়েং ফাওবদা ফিভম অসিদগী হন্দ্রবদি হোসপিটালদা থুনা পুখৎপিরকউ ! ঙসিগীদি মসিনা অসুম য়েংথিশি জর্জ বাবু !

ইবেমহল—করি-খোইদোকপাদ তৌরোয়কো ডাক্তর বাবু ?

ডাক্তর—হোয় ইবেমম্মা, অতৈ খোইদোকপা লৈতে। অত্তদি ঐ চমুক.......

মধুসুদোন—ফগনি ডাক্তর বাবু ! নমস্তে........ !!

ডাক্তর—নমস্তে........ !

হায়রম্লগা অতুম থোকখ্রে। মপা-মমা, রামসিংনা শ্যামবু শেন্নদুনা লৈহৌরি।

*নিফু*

ন মিদাংদু হৌখ্রে। অয়ুকী পুং ৮ লোম তারকপা মতম্নি। মফম্না পাওনা বজারদনি। পত্মা, মাগী মফি-মরোল খরা লৈবা ওইনা কার থৌহ্ননা

লাক্লি ! মাগী কার মন্নুংদনা মাগী মমান্নবীশিং, অম-অমনা পীরকপা প্রাজেন টেসনগী পোৎ কয়া য়াওরি। শর্মিলাসু ভেসপাতু তোঙতুনা, পম্মাদা খুদোল পোৎ থিনবা লাকপদা লম্বীশিদা উনরতুনা হরাও-হরাও কৌনৈ। লেপমিন নতুনা ৱারি তৌনৈ।

শর্মিলানা—ইতা কদায় চৎত্রোইনো ?

পম্মা—অসুম থোক্লকপনে ইতা !

শর্মিলা—অস ! ইতা. নং ঐবু ৱারৌরম্লগনি ! ঐসু লাক্লিংদব-কাক্লি নত্তেকো ইতা ! অত্নদনে ইতা, ঐ ইতাখোয়দা লাকচনবা মতমশি ইফং মক ফংজদ্রে ! ওফিসকী থবক্তি হায়দনা মচা অমগা তৌশিল্লুব-শিদদি ইশাশি ডাইহাক্তা পোত্থাবসু ফংজদ্রে ; চৎথোকপসু ঙমজদ্রে ! অত্নমকপু ঙসিদি 'য়ৌরক্দ্রবা য়াদে' হায়তনা ইতা-গোয়দা চৎকে লাক-লিবনি ! উনবা য়াম্না ফরে ইতা ; শে ইতা নং ৱারৌবদি য়াদ্রে ! ঐ য়াম্ন কাকসু ঙমজদ্রে ; ফিগে ফনেক অমগা শারি অমগতনি, ইতাদা পীগে লাকচরিবশি !

পম্মা—অস ! ফরে কৈদৌরগে ইতা, য়ামতুম য়াম্নমল্লে ! ইতাগা উনজব-শিনা হেন্না নুংঙায়জে। ঐদি প্রেজেনটেসন লৌবা থোক্লকপা তারে-দনা। তু ইতা, কার মনুংদা য়াওরিবশিংশে, হৌজিক লম্বীদা থেঙন-তুনা পীরকপ-মক্তনি ! অদো ইতা, য়ুম য়ৌরক্খিশে.... ... !!

শর্মিলা ইতা ! ঐসু য়ৌদি য়াম্না য়ৌনিংই। অদুদা ইতা, ওফিস কাবা মতমসু য়ৌশিল্লক্লে ; ইশানগা ৱায় শঙদ্রবনিনা মমাঙৈদৌনা হাথু-হাথু তৌবসু য়াদ্রে; অতুনা ঙসিগীদি ৱারৌরসু ইতা, হয়েংদি ঙম্না অত্নম য়ৌজরক্লগে !

পম্মা—ওফিস কাবা থেঙলনি হায়রবনিনা ফরেনে ! অদো-হয়েংদি ঙম্না য়ৌরকউকো ইতা ! ঐগীসু নীঙোলগী পুন্সিতু হয়েংদি অরোয়বা নুমিৎনিনা চাকতা ওইরবসু চামিন্নশি ! লাকউকো ইতা !!

শর্মিলা—ইতা, হয়েংগী ৱা পলহৈদেদি হায়নৈ : অতুবু শোয়দনা লাকচগে ঙসিগীদি কায়নরশি, ঐ অমুক হল্লগে ইতা....... !

পদ্মা—ফরে ইতা হল্লো ! ঐদি অনকলগী দুকান্দা অত্তক্তা চংজহৌখিগে ।

শর্মিলা—ফরে, চৎলেকো ইতা !

অসি হায়রম্লগা শর্মিলা অমুক হনখ্রে। পদ্মাস্থ মখোয় অনকলগী দুকান তম্না ভাতুম থোখ্রে।

## নিফুমাথোই

*শ্যাম*-খোয়গী য়ুমদনি। মতম্না মুমিদা রাইরম্লি। ইবেমহলনা ফোন্দা ডাক্তরগা রারি শান্নরমই। মাঙ্গোলদনা মধুস্থুদোন ফম্লি। বর্ বাত্তোন লাকদবনা, মতুগী শেম শারে।

ইবেমহল—হোয়, ডাক্তর বাবু ! অঙাংগী ফিভমগীনি এনা ফোন পায়-খৎচরিবশি ! পুক্লিং অসি তপথবা য়াশিল্লক্করে ডাক্তর বাবু ...... ! করিগুম্বা .... !!

ডাক্তর—ইবেমস্না, করি হায়না খুমশিনো ঐস্ত খুমফম খণ্ডে ! ঐস্তু য়াম্না কন্নদি হোৎনজরি ! ডাক্তর ময়াম তানতুনা চেকশিন্না য়েংশিল্লি ! অদু হৌজিমক্কীদি ফিভমশি হান্নদগী হোঙদবগুম তৌরি. ঐস্ত জ্ঞান তা-শিল্লক্রে ইবেমস্না ! মতুবু মুংশা থিবদি তৌবিন্ন ! অদোমগী থৌ-রাংশিংতু অতুম লোয়শিনবিয়ু ! পুংথায় অমতংদি ভাইবিয়ু ! ভক্কগা ঐ পাও পীজরক্কে ! থমজরে....... !

হায়রম্লগা ফোন থমদ্বিবতু তারে। ইবমহলস্থ ফোন থনম্লগা মধুস্থু-দোনগী মনাক্তা লাকই. শকফমতু মকা ইরাম লামদে। রাখল তৌনা হংলকই—

মধুস্থুদোন্না—মমা, করি হায়রি ? ফিভমস্থ কমদৌরে হায়গে ?

ইবেমহল—মাই পাবুঙ ! খণ্ডে তৌরিবশি। 'হান্ন-হান্নগী অস্থ মণায়রি, চপ লেপ্পুনা অতুম লৈরি ; য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিল্লি হায়রি ! ডাক্তরনা পুংথায় অমগী মতুংদা পাও খণ্ডহল্লক্কে হায়রি ! খনফমদ্ধ খণ্ডজিল-লক্ক্রেদা মাই পাবুঙ....... !

মধুসুদোন—করিনোনে মমা; হায়রিশিবু? বর বাঁত্তোম লাকপা মতমদি য়ৌশিল্লক্কে! অতুগা ফিভমতুদা অতুম্মক লৈরবদি শোয়দ্রিবরনে তৌরিশিধু! নত্তে, পাওম্ম ডাক্তরমা হায়রক্লিবরা, রামসিংনা হায়রকলিবরা?

ইবেমহল—ডাক্তরনা! ডাক্তর, হৌজিক ফাওবা পেসেন্ট রুমদা, মুপামচাগী মনাক্তা লৈরি, চেক-আপ তৌরি হায়রকই!

মধুসুদোন—ইস! ঐবু হৌজিকপু লুহোঙবা হায়দোকপা চৎপা তারিবরা? ইস! করিনোনে তৌরিবা মতৌশিবু? ইচাগীদমক্কি হায়ম্বনা শেল অম্মক চঙনা হোৎনরগা অরেম্বদা তাগদৌরিবরা তৌরিশিবু!!

ইবেমহল—খঙদ্রে, মাই পাবুঙ, মতাং অসি য়ৌশিল্লক্লবদি এম্ম জ্ঞান মাঙগদৌরি! করিগুম্বা ইচানা মীরোল-কাক হেক তাবিরক্লবদি অমম্ম অমম্ম করিমতা কায়নদে! নত্তদনা, করিগুম্বা লৈরিবা ফিভম অসিদা অতুম্মক লৈবা তারবদি; করি উপায়নো তৌগদবা মাই পাবুঙ? লুহোঙবা য়েথোকপা নত্তনা করি উপায়নো?

মধুসুদোন—লুহোঙবা য়েথোকপা তারিবা! ইস! বিষ্ণু-বিষ্ণু!! করম্বা বৈরি বাঁধিনীনোনে ঐতোন্দা য়েৎলরিবশিবু? মমা, লুহোঙবদু য়েথোকপম্ম ওইরশি; ফত্তববু থন্নরগা, মুপামচানা শোয়বা থোক্লবদি........!!

ইবেমহল—ইস!! মাই পাবুঙ, ঐদি মাঙহরেদনা..........!!

মধুসুদোন—ইস! অম্মক য়াম্বা শেলশিতা মাঙবা নত্তনা মশাম্ম........!! মমা ঐ হন্দক ঙাওত্তনা চৎপা শোয়দে! ফোন্দু শিদা অমুক্তা পুরকউ, ঐ অমুক্তা মুন্না হংগে! পুংখায় অমা হায়বত্তম্ম হেল্লক্লেনা......!!

খুদাং থাঙৎতুনা ঘড়ী য়েংলুরগা হায়রকই। ইবেমহলনা ফোনদু লৌথোকলুরি।

মধুসুদোন্না—হল্লো, ডাক্তর বাবু!........হা!! করি হায়বা ডাক্তর? উপায় লৈত্রে!! নত্তে! নত্তে! হেঞ্জিল্লক্লিবরা, কমদৌরিবনো ডাক্তর?

করি হায়বা ? বর ব'াস্তোন লাক্তনবা পাও হনবিরুবনা ফরগদ-মাল্লে !

ইস ! লোয়রেদনা........ !

ইবেমহল—করি ! করিনোনে হায়বিরবশিবু মাই পাবুগু ............... !!

হায়দুনা ইপা-পাখংনা চংশিল্লকই । ফোনদা হায়বই—

ডাক্তরনা—ফিভমগীদি মুংগা থিনিংঙাই লৈতে । অদুগা, হৌজিকমক চংখোক চংশিন তৌবা য়াবগী ফিভমদি লৈত্রে ! থোইনা মুংঙায়তবা তৌবিনু ! থমজরে........ !

মধুসুদোন—হস অঃ........ !!

হায়না স্বরদু শাগুগোন্নরম্লগা ফোন্দু থক অদুম থনখ্রে । মকোক নাল্লদুনা রাখল তৌনা লৈরি । ইবেমহলনা ফোন্দু থমলুরি ।

মধুসুদোন—মমা, এ নিলবাবু খোয়দা চংলগা খগুহলহৌবনা ফরগদমাল্লে !

হায়নদুনা লৈনহৌরি । মমাসু খুমফম খগুদদুনা গুকচানহৌরি ।

## নিফুনিথোই

ন মিদাং-রাইরম ওইশিল্লক্লে । মফমদু লুহোঙগনি হায়নদুনা মাগুপ খনব-কাক সোয়রবা নিলবাবুগী যুমদনি । মচা অমতা পোকচবনা, লৈজরিবা মাল-চাগু অয়াম্বা অাওং অউন তমদুনা চাওনা বিবাহ কর্ম্ম পাঙথোক্কদবগী শেম শারবনি । মাগুপসু জগোয় রাশগী মাগুপকুমই । য়ামখ্রে অউন পোৎতুসু, হায়দনা কান্নদে ! অনি-অনি„ অহুম-অহুম্না খুৎশিগু ওইদুনা উনগদৌরি । অউন-পোৎতু লোয়নমক থেন্দুনা থম্মি ! মহুবু অফ-ফত্তা খন্দুনা মশিংকাক থিরদনা হরাওনা লৈরিবা—

নিলবাবুনা—শিনা ইচানা পোকচবা ইশুগী ওইরবসু ময়ারে ! অতৈ অতৈ শিনা ইচানা পেলোয়দবা করি করি য়াওরিবা ?- সনাবুল, পুথম তেঙ্গোৎ-কাকশিবু শুর-জাৎলা ? আলমিরাহ-কাকশিবু মতিক চাগদৌ-রিবরা ? করি করি চিংথরিব-জাৎনো ....... !!

অস্থুম্না মতোমতা হংজতুনা হরাওনা লৈরিঙৈতুদা মধুসুদোন. গেট ৱাংমদা কার খান্নগা, মাগী স্টিকতু পাঙ্গরতুনা ৱাখল মুংঙায়তনা তুমিন-চং-লকপদা নিলবাবুগী মওংতুদা, অমুক্কা হেন্না মুংঙায়জদতুনা তুমিন লেপ্পুনা অওম মরৈরে। নিলবাবুদি খঙদবনা 'মচা লুহোঙলগানি' খঞ্জবদা মুংঙায়জরি। হরাও হরাও মতোমতা হায়জরি—

নিলবাবুনা—হঃ ...হঃ....হঃ! কারশিদা ইচা অনিনা, অমনা থৌ, অমনা তোঙ; অতুম্না মরক-মরক্তুসু এগীশিদা লাকনিদনা! নারে ইচানা ডাক্তরনি, করি ৱানিংঙাই লৈ। ওম্নকপা চহিদদি ইশু অমসু উক্তরনি! ইশুনা পুবোক কৌব-কাক তারনি! হঃ...হঃ... করি ৱানিংঙায় লৈরি! ইচানা ইশু পমতুনা লাকপঞ্জ পকচথ্রদৌ-পোৎনি! শবান মুত্তিনে, কুচ্ কুমেনসে; শেৎতোক-চাথোক্লকপনে! করিগী হায়নরোয় —"ডাক্তরগী মুপানি ৱাখন তৌনানি মীনা! জর্জগী মমৌনি ইকায় হঙ্গোয়না চংকনি মীনা। আইঃ জিঃ পিঃ গী মচানি, মপা-মপু কৈরাক থাবনি শোন্নিনি, হঃ....হঃ .. হঃ শিবু ইচা পোকচবগী ফংগদৌ-রিবা নত্রা!!

মধুসুদোনা—আইঃ জিঃ পিঃ বাবু ...... !

নিলবাবু – এঃ জর্জ বাবু, করি।.... .. ....করি তাকপিগদবা....... ? নত্তে, মুপামচাগী ফিভমদু—

মধুসুদোন —খঙদ্রে আইঃ জিঃ পিঃ বাবু করি হায়গদনো!! এবু হায়দবসু য়াদ্রে; হায়বসু ঙমদ্রে! তৌবিবা মতংশি য়াম্না লুখ্রে! করি হায়-নবু হায়শিনো হায়ববু থোক্লে!! কৈ-থোইদোকপা তৌরে য়ত্রা খন্নরম্বনি ...... ।

নিলবাবু—করিনিনা জর্জ বাবু? নত্তে, মুপামচাবু ফিভম.... ... !

মধুসুদোন--ফিভমদি করিসু তৌদে, আইঃ জিঃ পিঃ বাবু! অতুবু, ৱাখলদি হৌজিক ফাওবা মীরোল তাদরুনা লৈরে। ফরে চেন্দুনা হিংবা য়ার-রোইদবা পোৎনি, হেক্তা মহায়জরগে; ৱারে বিবদি য়াদ্রে!! শিনি আইঃ জিঃ পি বাবু, মুপামচানা হৌজিক ফাওবা মীরোল তাদবনা,

করিনো, হায়কমবু থওস্রে ! ঐস্থ বিভুলা চুরে আইঃ জিঃ পিঃ বাবু…… !!

নিলবাবু—ইহে-হে ! মতুদি থওহদবনিনা ঐদি, জর্জ্জ বাবু বর ব্যাংকোন তৌবা থাগ্রে ! জর্জ্জ বাবুগী রাশিনা অশেঙবা ওইরবদি …. !!

মধুসুদোন—লম্বীদা থেঙনজরক্লে ; ঐনা হায়জরম্লবনি ; হল্লক্লগনি ! ঐস্থ খল্লুবদা কোক অসি চক্কুগুম লৈদ্রনা ঙাওরে আইঃ জিঃ পিঃ বাবু ! পাওথোক্কদৌরিবা থবক্তি হয়েংনি, ঙসিদগী শেম-শাবা লোয়রগদবনি ! অদুগা অঙাংগী ফিভম য়েন্নুরগদি রা ঙাংবদি লায়রদুনা, স্বর ফাওবা হোনবা কাওরজাৎনি ! ডাক্তরগা কনসন তৌরবদস্থ উপায় লৈত্রক্কনা লাকচরিবশিনি আইঃ জিঃ পিঃ বাবু !! অদোমগী রাখল মঙায়রে ! ঐবু হায়জৌ হায়রগদি, লুহোঙবা অসি মতম থরা য়ৈথোকপা হায়বশি নত্তনা অতৈ উপায় উদ্রে ! বাবুগী রা মঙায়রে !

নিলবাবু—এ ! জর্জ্জ বাবু শেল অস্থক চঙনা লাওনুরগা অরেপ্পা তাগদৌরিবরনে ?

মধুসুদোন—য়ৈথোক্তবা শোযহন্দবা হায়বশি ঐনা হেন্না পামজরিবনি ; অদোম্লস হেন্না খঙবিরিবত্থ মঙায় আইঃ জিঃ পিঃ বাবু !! অদুদা, ইখঙ খঙহৌদনা, ঙরাং অহিং মহা বৈরী বিঘানি অমা চংশিলকপশিনা ঐথোয়গী থমক পুন্নমক পুঙথু খুগায়রবনি ! অদুবু, অঙাং মশা শোয়দ্রিবশি ঐথোয়গী লাইবক থরা খাজক লৈবনি !!

নিলবাবু—উম, জর্জ্জ বাবু মতুমক থোক্তবাশ ঐথোয়গী লাইবক ফবনি !! ফরে জর্জ্জ বাবু "লাইবরা শুম থোকউ তমগ্রবনি" হায়বত্থদা মতারে ; করমদি তৌনি, য়ৈথোকপা হায়বত্থ ঙায়দনা ! মানা তঙায় ফদ্রবনি হায়বা জর্জ্জ বাবু !

মধুসুদোন—হোয়-হোয় মতুমক তাকপিদ্রগদি ঐবু অমগী মৈশা লাওলিঙৈদা অমস হাপচনবা তারি…… !!

নিলবাবু—ফরে জর্জ্জ বাবু, অঙাং মশা শোয়হনবা য়াব-নত্তে ; মশাবু লৈর-

বদি মুমিৎ-থা হুইনা চাবা নত্তে। অদুম হোঙবা য়াউ! চেকশিন্না লায়কঃবিয়ু!! ঐস হেক যৌজরক্কে।

মধুসুদোন—অদুদি, ঐ অমুক ....... !!

নিলবাবু—লেঙবিরশি জজ্জ খাবু .... !!

অসি হায়রম্লগা মধুসুদোন অমুক হনখ্রে। শোনজহৌই—

নিলবাবুনা—হৌজিকপু ঐবু লুহোঙদনা মাগুপ-কাকানি অমুক শিদোকপা তারিবরনে তৌরিবশিবু...... !! কযা লুরগেশে !!

অসুম্না খঞ্জদুনা লৈহোরে।

### *নিফুত্তুমদোই*

মতাংড অয়ুকী পুং ১০.হেল্লক্লে। বাজারদনি বজারগী মীয়াম, মাগী-মাগী মথো চৎনরি। জীপ, কার, লোরি, মোটোর, রিক্সো, সাইকল মখল-মখলগী ইঞ্জিন হুইস হুইস থোনরি। ময়ামদুগী মরক্তা শ্যামসু মখোয়গী কারদু তোঙলকই। রামসিংনা থোরদুনা বিঃ টিঃ রোড শোমদা লাক্লি। শ্যাম মশাত্ত শোকচিল্লে। মকোক্তস্থ ফি অচাংবা অমনা বেন্দেজগুম য়েংলি !! কাবদু অদুম থোরক্লগা হোটেল ডিপ্লোমেটকী মমাঙদা থাম্লরে।' অদুগা রামসিংনা শোরদুনা শ্যামসু হোটেল ডিপ্লোমেটতা কাখৎতুনা ফমখ্রে। চাক ওর্দর তৌখ্রে। মশাত্ত অনাবনি—

অদুম্না চাক-চারিংবদা শান্তিগী স্ত্রী লৌখংপগী সেভা যাত্রা লাক্লি। গোজেল ওইনা তাই—

"ইতা শান্তিগী অত্থা শান্তিকী........" ময়াম্না খুম্লকই—'জয়'।

মদু হেক তাবগা শ্যাম শ্বায় লাওদুনা, চাগদবগী থাঙৎলকপা চাক্তু তেপ লাওনা অদুম থাদখ্রে! অদুগা লৈথোক্লুনা য়েংলকই। লাপতক তৌনা উরকই—

রামসিংনা—ইবুংঙোমচা...... !!

শ্যাম করিস্ত নাচুঙবিদনা সভা যাত্রা লাক্লিব: মীয়ামহুদা মুনা য়েংহুনা অতম লৈখ্রে। উরক্লে, মীয়াম্না, লৈশী দোলায় অমদা শান্তিগী ফোটো হাপ্লগা সভা যাত্রা লাক্লিবহ্। মথরায় গ্রাম্ন-মক হুংঙায়ত্রহ্না লেপ্পুনা অহুম য়েংহ্না লৈরে। ছাত্রা অমনা মাইমকতা লাওরি —ইতা শান্তিগী অম্না শান্তিকী—: ময়াম—জয়.... .. !!

ছাত্রী—চান্নথোক্তরবী ইতাও, লমদম কৈদা চৎলবগে নংবু !! রারোরবরা ঐখোয়বু ? মফম কৈদা লৈবগে, ঐখোয়না কৌবশিবু তাদ্রবরনে ইতা নংবু !! লাক্লো ইতা চান্নথোক্তরবা, কৈদা চৎলবগে নংবু ! ইতাও নংবু উদ্রবরা ; তাদ্রবা !! ঐখোয়না কৌজবশিবু !! য়েংউ ইতা চান্নবী নংবু পোকপি পলেম্না নংগী চেংলৌ উদ্রবদা কয়াগী মতিক রাজরবা, শোরোক লমজাও য়াওবী থক, সনা কৈথেল মীবকশিদা, সিংাক পিনা পুন্নচোং-চোং; খুদাং পিফম নাইনা, অঙাওবী শম চংলিশে ; রাস্ত-রাস্ত কপ্লিশে, উদ্রবরা ইতা নংবু, তাদ্রবা ইতারোয় ! অহিং নুংথিল থায়দনা, চংমদায় য়োবে মকোঙা ; তুল্লমদায় য়ৌরে মথিজ, কয়া রানা লেল্লিবা !! তামোনা নংবু কায়না মেশা লাও : ইমাগী মতৌ য়েংল্লুরগা থম্মোয় শোক্লা কাপ্লশে, চাবন পক্লম পঙদনা নংবু কোয়াথ থিরিশে উদ্রবা নহাকপু ! ও !! চৎলরেয়বে ইতা নহক্রি ঐখোয় 'পুম্বা থাদোক্লম্লগা, জয়-জয় ইতা শান্তিগী অম্না শান্তিকা—

ময়াম - জয়...... !

রামসিং চংশিল্লক্লুনা শ্যামবু পুগদবগী চৌইজ। শ্যাম্নাদ করিস্ত নাচুং-বিদনা লৈ।

ছাত্রী—ঙসিগা থানা নুমিৎ শীওবগ মঙানি হায়ক্লে ইতাগী চেংলৌ উদবা !! কলেজদা থি-থিবা ফঙদে ; যুমদা য়েংই মরৈবমদে ; কৈদনো ইতা মংনা লৈরিবা !! ও ! চৎখ্রে ইতা শান্তি, ঐখোয় থরায় পুম্নমকপু থা-দোক্লম্লগা...... !! লৌখ্রে, ইমা, তামোদগী পুন্সিগী অরোয়বা বি-দায় ........... । তাররোয় অমুক ঐখোয়না কৌজবা, উররোয় অমুক ইতাগী চেঙলৌ !! চৎলরোয় স্না লমজাও য়াওবী থকশিদা !! নীংবা

কায়রবী ইতা-ও, রারৌগন্নুকো ঐখোয়বু !! চৎলোকো ইতা চান্নবী, কায়নরশিকো ঐখোয়গা.............. !! নরুপ-নপিজ্জা থিবিক্লা কায়না পিরাং শিন্থনা কৎচরিবা লৈরাং খুজোকশিনা ইতাগী স্বর্গগী অত্মা শান্তি ওইনৌকো !! জয়-জয় ইতা শান্তিগী অত্মা শান্তি-কী—

ম্‌য়াম—জয়...............

শ্যাম—শান্তি......... !!

অসুম্না মথম্মোয় কায়না কৌরম্লগা মরাইবক্তু উখোঙদা য়ৈশিনখ্রে। সভা যাত্রাদুস্তু অদুম তপ্না-তপ্না মিৎয়েংগী রাংম লানখ্রে। রামসিংনা শ্যামবু কোল্লগা পুথহৌরি।

## নিফুমরি

ওফিস ঙৈরারদনি। ডাক্তরনী কাদনি। ডাক্তর, সর্জ্জন অমগী লৈবা য়াবা খুৎশু-খুৎলায়, টেবল চৌকুনসিংবা পুম্নমক অমগা রাৎতনা কান্থদা লৈ। ডাক্তরসু ফমলমই। মায়োক্‌না নিলবাবু, মধুসুদোন ভানিসু ফমদুনা লৈরমই। রা খন্নরমই—

মধুসুদোন্না—ডাক্তর! ডাক্তরনা ঐগী অঙাংশি য়াম্না চেকশিন্না, মমুৎ তানা লাইয়েংবিরি! লাইয়েং মথল-মথল চৎথবিরি, মসিগীদমক য়াম্না পেঞ্জে; ডাক্তরবু থাগৎচরি! অদুবু ডাক্তর, অঙাংগী মশাশি হায়বদি অনা-বগী ফিভমশিদি ইহন-ইন্দবগুম, ফগৎলক্তবগুম তৌবশিনা পুক্লিংশি ইরাঙ লাঙই! মতমসু নোংম-নোংমা হৌজিল্লকপনা থা অমা হেল-লক্লেদো ... !! অদুনা ডাক্তরনা উপায় অমতং থিবিদুনা ইচাগী অনাবশি ফননবা মওং অমতং তাকপিরবদি য়াম্না নুংঙায়জগনি ডাক্তর ... !!

ডাক্তর—জর্জ্জ বাবুনসু তাকপিরি! নুপামচাগী লায়নাশি অদোম্সু হেন্না খঙবিরে! ঐনসু হায়জখ্রে—লায়না অসি রাখলগী লায়না ওইনা তৌবশিনা হিদাক শিজিন্নবগীসু থোইনা কান্নবা ফংহন্দ্রে !! মসিনা ঐখোয়দসু অরাবা অমা ওইহল্লি! হোয় জর্জ্জ বাবুনা তাকপিবগী

মতুং ইন্না, মসিগী উপায় ওইগদবশি ঐনা হায়জবা তারগদি নুপামচানা লোল্লিবা চোয়রোলশি ফান্নবা ; রাখলশি কাওহন্নবা মানা শোঞ্জরিবী-শিংগা চুশন্নবা ওমগদবী নুপীমচা অমা ; অয়ুক মুমিদাংগী মাগা লোয়-ননা লৈমিন্নহনবিরবা ; অঙ্কুম তৌরগদি উপায় খিত ওইহনা অফবা পুরক্কত্র থল্লি ! মানা করিনা হায়গে হায়ববু আই: জিঃ পিঃ বাবু অওক অওকপা, অফবা, অচৌবা রাখল কয়া পুথোকপা ওম্বা অফাওবা কয়াগী অরু-অরুবা লায়না কয়াবুদি ডাক্তরনা লাইনা লায়য়েংবা ওম্মী ! অতুগা করিস্ত লৈতবা ময়েক তরেৎনা শাবা "নুংশিবা" হায়বা লায়না-শিংবুদি ডাক্তরনা লায়য়েংবা ওমদে ! "রান হু মেড র‍ইথ ডা পোই-জন ওফ লব, কেন-নোট বি কিয়োর বায় ডা স্কিনফুল ফিজিকশিয়ান'স মিডিছিন, ইক্সেপট ডা পোইজন গিভর" অতুনা, হিদাকী মহুৎতা নুপী-মচা অমা পীরগদি হেন্না ফবা লাইয়েং ওইগদ্রা ... ?

নিলবাবু—এ ! ডাক্তর বাবুনা অঙ্কুম্না তাকপিরগদি ঐখোয়গীদি থৌরাং লোয়জরবনি ! করি হায়গে জর্জ্জ বাবু ?

মধুসুদোন – হ....হ....হ.... ! অশেওবনি আই: জি: পি: বাবু !! ঐখোয়গীদি ডাক্তর বাবুগী এডভাইস অমতং ওাইহনা লৈজবগী রাতনি !! ডাক্তর বাবুনবু অঙ্কুম্না য়াথং তাওথাবিরগদি ঐখোয়গীদি হয়েংমক পাওথোকচ-রগদবনি ডাক্তর !!

ডাক্তর—মতুমক্তা অনাবা ফহনবদা শোয়দনা মতেং পাওলগনি ! ফহনবিশনু !!

মধুসুদোন—অতুদি আই: জি: পি: বাবু, হয়েংশিমক মুমিৎস্থ ফৈ, থাবানস্থ ফৈ ; লাইচাস্থ ফৈ ; ইচা অনিগীস্থ য়াম্না পক্কৈ ! অতুনা, ইচা অনিগী বিবাহ কর্ম্ম 'সি হয়েংশিমক পাওথোকপদা আই: জি: পি: বাবুগী করি অকায়বা লৈবিবগে ?

নিলবাবু—জর্জ্জ বাবুনবু ফরবদি ফৈ ! ঐগী মত করিগী অমুক ওাইরুখিগ-দগে ! ডাক্তর বাবু থৌরাং পুন্নমক লোয়হনা লৈরবনিনা য়েথোক্রবগী রা লৈতেনা !

ডাক্তর—মানি পস্থবিদবা ফৈ !!

মধুসুদোন—পঙহায় হায়নরে রারোনখা য়াদে ডাক্তর বাবু······ !!

নিলবাবু—অহুদি ঐখোয় অমুক ... .. !

ডাক্তর—ফগনি য়োবিরশি !

অসুম্না হায়নরম্লগা মধুসুদোন, নিলবাবু অহুম থোকখ্রে।

### নিফুমগ্ৰা

লুহোঙকম ওইরিবা নিলবাবুগী য়ুমদনি। শ্যাম, পম্মা অমি লুহোঙ ফান্দা ফম্লম্লে। বামোননা মন্ত্র থিরহুনা মথুং পুনগদবগী তৌরমই। অহুম তৌহুনা লুহোঙবগী নিঙী নিয়ম কায়দনা চংথরে। লৈ-কোয়বা লোয়রহুনা বর কনা অমি, ফিজি ফিজি পুনশিন্নরগা ইমুংলোমদা পুশিনখ্রে।

শ্যাম্মো-খোযগী য়ুমদনা, মুমিদাং ওইশিল্লকপগী হৌনবী, মধুমতিনা ধুপ থাওমৈ পায়রহুনা সন্ধ্যা রতী কংপা থোক্লক্লি। লাহ খুকপ্লম্লগা হৌগৎলক্লি। শ্যাম্মোনা, মমায় মমিং তাথোকলুবগী টরেলহুনা তৈথোক তৈথোক্লুনা থোক্লককই। লেপ্লগা মমাদা হংলকই—

শ্যাম্মো—ইমা, ঐ মরুপ শ্যামগী লুহোঙবশি বাক্তোনদি তৌরক্তে হায়ববু চংতি-চংলুগে; পিক্লিডৈদগী তিন্নরকপনি; মানসু ঐবু শোয়দনা য়াওহন্নিংলমগনি! হায়জবা ঙাদহুনা তোক্লমগনি ইমা......... !!

মধুমতি—ইবুংঙো চংপুদি চংলু হায়ববু, নং নমান্নবা ময়ামগী মমাঙদা নচলগী পি তারক্কনিনহে; নংনা তিন্নরুবগীদমক চংনিংলবনিদো........ !! চংপুদি চংলু, ইমা করিসু হায়দে !

শ্যাম্মো মমাগী রাশি তানা-তানা মনাকোঙ নিকথোক-নিকথোক্লা ড্রেশিং রুম তম্না চংশিনখ্রে। মমা মধুমতিনা খোঙ্গাল লোমদা য়েংথোক্লককই। নীংবা কায়না শোঙ্গে—

মধুমতিনা—হে ঈশ্বর ! অমম-ঙাঙান খায়রিবা নংনি !! ইমাগী ইবেম্মা ইমাবু থাদোক্লম্লগা নংবু মফম কৈদা চংলবগে! হঃ ইবেম্মা! ইমাবু করি ওইরশিগে! কনা য়েংহুনা পোথাশিগেনে ইমাবু! অঃ ওনথোকইদা!! ওম্থোক্লা মপোক থিনা পোকইদা ঐগী মপোকশে !!

হায়না-হায়না লাকপনা থোঙ্গাল য়োশিল্লক্লুনা গেট পায়রগা কায়না মৈচাক পুডমদনা অঙাওবীগুম লেপ্লি।

মমাঙগী লম্বীহ্নু ফাওড়ুনা চংখিগদবা পম্বাগী লুচোওবা থিল্লকপদ্ধ উবক-লে। জীপ কার কয়া পরেং লেওড়না তপ্লি তপ্লি থোনবক্লি। থোরক্লিবহ্নু অস্থুম য়েংলগা পিগী ইরা হৌরম্মদগী রাখলদা "মচা লাক্লে" খনখিহুনা মো-মোন্নরকই। হ্বরাওরপ তৌনা নোক্লডুনা হায়বকই—

মধুমতিনা—হ্ হ্ হ্ হ্ হ্...।। ইচা য়োরক্লগনি.......!! ইমাগী ইবেম্মা.
ইমানা ডাইরি লাকও! ইচাগী মশক উদবা লোইদাম থাবুম অমা হেল-লক্লে! ইচাদো, কাওলম-হারম খঙদনা চংগি! ইচা রাবম্মগনি!!
কদায়দনো ঐগী ইচাহ্নুবু? ইমাগী ইবেম্মা, ইমানা থিরিবশিবু উদ্রবরা?
ইমা'শিদা লৈরে লাক্লো, লাক্লো ইবেম্মা!

হায়রহুনা, পরেং শইনা লাক্লিবা কার খুদিং য়েংলুই। অঙাওবীগুমই। উদ্রবদা কৌজে। শ্যাম্মোনা স্যুট-টাই তৌবগা মচলনা থেংখিবা তাজমহলগী বেঙ্জ কাকু মচৌশাগুম অতুন থেংলি। থোঙ্গাল তম্না য়েংগোকলুবদা মমানা কার খুদিং থং-থংহুনা 'মচা য়াওবরা' য়েংহুনা লৈবগদা মপুক্লিং শঙম্মুং নুংশিনা লৈ। রাখল তৌই। নীংবা কায়না তপ্লি তপ্লি অতুম থোক্লকই।

মমাদি লেপ্পা লৈতনা মথং মথং অতুম, কপ্পা-কপ্পা মচাবু থিরি। খাম-খামহুনা য়েংলি। অকোনবদদি লুচোওবা শিনবা য়াওরক্লিবী শ্রমিলানা উথ্রে। শ্রমিলাস্থ মধুমতিগী মতৌ উরকপদা মথম্মোয় কায়না শুংডায়জদ্রে। মধুম-মতিনস্থ শ্রমিলাবু উরক্লহুনা কপ্পা-কপ্পা হংলকই—

মধুমতিনা—ইবেম্মা, ননাশদি? ননাওবু কদায়দা থনম্লবগে? কনাগীদা লৈগৌরবগে? হ্. ইবেম্মা. ইবেম্মা...ইমানা কৌবশিবু তাদ্রবরা নংবু! নমা ঐনা চাক্লিবা মৈচাক ইচাগীদমক্লিনে ইবেম্মা.......!!

শ্রমিলা—ও! ইমা......!!

হায়রহুনা মপি তরঙ-তরঙ শিন্থজরকই। মমাগী মতৌ য়েংবা ডমদ্রহুনা মথুংনা ড্রাইভরহুদা তাপ পায়রুরি। ড্রাইভরহুস্থ খঙলহুনা কারহ্নু থাম্লে। থোঙ হাঙলগা থোক্লকপদা, শ্যাম্মোনা পিগী ইরা হৌরহুনা নীংডমদা নীংডমদা

মমা তম্না চংশিল্লকপাহ্ উরক্লে। মক্কদদি শ্রর্মিলা মথম্মোয়দু খঙশোক তমুক শোকচিনখি। মওংদুস্মু চংঙক্লে। নীংজিঙ-মাংজিঙন্না মধুমতিদা য়েংদুনা তু'মন অত্তুম লৈরে। শ্যাম্মোদি করিমতা খঙদনা অত্তুম মমা তম্না লাক্লি।

মধুমতিনা—ইমানা নঙোন্দা করি কায়খিদুনা, করি ননিং থুঙদদুনা ইমাবু ল্লারৌরবনো ইবেম্মা !! হঃ···হঃ···হঃ ! ইমাগী থম্মোয়শি পেলহৌ-দেদকো ইবেম্মা !! ইমা চাকএ ! ইমা চাকএ ! ইমাগী ইবেম্মা, ইমাগী থা ; নোংদোলগী থাদি নোংমা থাশি ওইরুরবসু, অমুক হেক্তা পানথৎলক্তুনা পুর্নিমা হেক্তা মওইরকইনে ! ইমাগী থম্মোয়গী থা নংদি থাবুম .অমা হেল্লক্লবশিবু নোংতা মশক উবা ফংজদ্রেনে !! করম্বা লৈবাক্তা থোকখ্রবনো, কনাগী থম্মোয়দা পানখ্রবনো ইমাগী থা নংবু; ইমাগী থা, থা......— ; ইমাগী ইবেম্মা শ্রর্মিলা, ইমাদা ননাও পীব্রুনে ! হায়য়ুনে ইমাগী ইবেম্মা, ননাওদুবু কনাগীদা লৈহোরবগে ? ইচাগী মশক উদবা কুইরে, ইমাবু অমুক্তা য়েংগেনে ইবেম্মা ! ইমাগী ইবেম্মা শ্রর্মিলা হায়য়ো, হায়য়ো ননাংবু কনাদা শিন্নরম্নবগে......... !

শ্রর্মিলা পাল্লকপগা শ্যাম্মো থম্মোয়দা তীঙ লাওনা পান্দুনা থক য়েং-থোকলকই। শ্রর্মিলানসু য়েংলম্বদগী মিৎচানখি। অনিমক নীংঙমদা মিৎ-য়েংনা য়েংনদুনা লৈ। শ্রর্মিলা, য়েংনা-য়েংনা মিৎস্নাহ্ পিনা অর-অর শিন্থরকই। শ্যাম্মোস্মু ইরা হৌরকই। অদুবু নীংঙমদা-নীংঙমদা মমাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—

শ্যাম্মোনা—ইমা ! নংগী মতোমতা পোকচবী ঐগী মরাইবক থিরবী ইচল খুমদা লৈহৌইনে ইমা !

শ্রর্মিলা—ও ! ইমা !······ !!

মথা তাবদি ঙমখিদ্রে। অদুগা, নীংঙমহৌদবা মিৎয়েং অমনদি য়েংদুনা অদুম্মক লৈখ্রে। মমাদি ঙাওদা ঙাওরবগুম্লে। নীংবা কায়না হায়রকই—

শ্যাম্মোনা—তোক্লো ,ইমা, নংবু কপ্লনু। ইমা ! নংনা অদুম্না কপ্লগা ঐবু করি ওহরশিগে ইমা !

মধুমতি—ইমাগী ইবুংঙো, ইমাগী মনি মতুম ; কপ্লরোয় মথল্লি মম্নাদেনে!

নচলবু করম্না কাওশিগেনে ইবুংঙো !! চাকএ, ইমাগী থরায় 'সি চাকইনে, মগুঙ-মমাম্নবী কয়াদি সনা ফিগে থোন্দুনা অয়াঙ হিরেল তান্নবা য়াওরিনে , অগুক য়াম্বশিগী মরক্তা, ইমাগী থম্মোয়গী থা, নচল অহুমদি ময়াওব্রেনে ইবুংঙো ! শিদবু করম্না খাঙতুনা লৈগদগেনে ইবুংঙো !!

শ্যাম্মো—ইমা !! ও ! ঐগী ইচলদো........ !! হ-আঃ, নত্রে ইমা, শে চঙলশি, ঐগী ইচল য়ুমদা লৈনে ইমা, চংলশি........। হন্দক মপোক-কীদি অমুক উবা ফংলরোইনে ঐগী ইচলদো........

শর্মিলা—হো-ও-আ........ !!

মধুমতি—পেন্দেদকো ঐগী থম্মোয়শে ! ইমাগী ইবেম্মা ইমাবুসু লৌশিল-লরো হঃ হঃ হঃ........।

হায়রতুনা কপচৈ। শ্যাম্মোনা নমতুনা য়ুমলোমদা পুশিনখ্রি। শর্মিলা নীংমদবা হৌনবা মথৈ নীংঙমদনা, য়েংতুনা অতুম্মক মরৈরে। শ্যাম্মোনসু নীংঙমহৌদনা য়েংথোক্লকই। ম্রাথলনা ইশৈ অমা শক্লকই—

বিদায়.........
ফোংদোক্তনা লাৎচরুরি নংগী শক্তম
নংবু নীংজরুবা ঐগী থম্মোয়
মচেৎ ভানা কায়রে-কায়রে
কপ্লে থম্মোয় থম্মোয় 'মুংদা ॥ বিদায়.... ...
থরান মৈরা লিশিংনা
মুংশি মৈরি ওইদুনসু
ভাল্লরোয় ঐগী পুন্সিদি........
থাবল ফবা অহিং কয়া-শে
খাশি ওইরে ঐগী পুন্সি-দা
কায়রে থম্মোয় মমল্লে পুন্সি ॥ বিদায়........
কায়না পিরাং পিহৌরক
নীংশিং পিরাং পিরোয়না লৈহৌরগে

চৎলো নংস্থ চৎলো

রারোম্থ চাণ্ণবী তৈথোক্লোনে পিরাং॥ বিদায় ... ....

মমা মচা অস্তুম চংখিবনা মাঙ্গোল কাগৎথিদোরে। শ্রমিলা থম্মোয় মুংদা কপ্পা কপ্পা অঙম য়েংশঙ্বদগী—

শ্রমিলা—ও ও! ইমা.... ... !!

হায়না থম্মোয শোক্না হায়রম্লগা মপিচু তৈথোকচরগা কার মনুংদা চংশিনখ্রে। কারম্ভ থোবা হৌরক্লে। অতুবু শ্রমিলাদি শ্যাম্মোখোয়দা অত্ত-ম্মক য়েংনা য়েংনা চংখি। শ্রমিলাস্থ শ্যাম্মোস্থ অনিমক নীংঙগদবগী নীংঙম-দবনক্লা ড্রায়নৈ। মাঙ্গোল কাথংক্লবদা মপুক্লিং মুংশিনা হায়রকই—

শ্যাম্মোনা—ইমা! ইমা, নংগী মতোনতা পোকচবা; এগী মরাইবক খিব্বী ইচল শিদা লৈরে!!

হায়দুনা শান্তিগী ফোটো মনাক্তা নমাবু পুশিন্দুনা থনম্লপা মানা রিড়িং-কুমলোমদা চংখি। মচাগী ফোটোগ্ হেক উবগা অমুক্কা হেন্না কপচরদুনা হায়রকই—

মধুমান্তনা—ইনাগী ইবেম্মা! নংনা তৌরিবশিবু করি মতৌ কৌবগে? হায় তাদে, ঙাংই থুমদে, চাগেন্থ তাংদা থক্কেন্থ হায়দা, করি মতৌনো ইচানা তৌরিবশিবু! থাবুন ঙনা হেল্লক্লে, ইচানা 'ইমা' কৌবা তাদবা! নবুন্তনা, চারমদায় য়োবে নংবু কৌই; নংনদি লৈরমদা, চাক চাগদবগী চথোমদি থাঙ্গৎলক; চথোম হুকপাদি মঙমদা; নংবু কৌ-কৌদুনা চাগনি থক্কনি খুড়দা লৈরিশে, ইবেম্মা নংবু উদ্রবরা? ফমুংদা চংলে, তুমখবা ঙমদা, নংবু নীংশিংদুনা কপ্পা কপ্পা মিংশেঙ খাঙলিশে, ইবেম্মা নংবু উদ্রবরা!! হং ইবেম্মা ইবেম্মা অং-অং-অং; নশুঙ নমান্নবী কয়াদি স্না লমজাও থম্না চংলিনে, ইবেম্মা ইনাগী ইবেম্মা নংনা তৌরিবশিবু করি মতৌনো? ইমাগী থম্মোয়শি চাক্লে, চাক্লনে······!!

অস্তুম্না কপ্পদুনা, থাংচ্চক্লক্তুনা মচাগী মিংশেল চনবা কোটোয়না মরাই-বক্তা য়ৈশিন্দুনা পুমকায় কায়খ্রে। মমাস্থ লৈমায়দা অহুম হাইথখ্রে

রিজিং-কুমদনা, শ্যামগী লুহোঙবা থিনম্ব্রিবহ খোঙনাঙদগী য়েংহুনা ই রম্লি। শকক্ষমশুদি নীংবা কায়বনা কপ্লি। ঙাইহাক য়েংলুরগা কা মমুং-লোমদা লৈশিল্লক্লে। অমুম য়েংলকপদা উরক্লি—টেবল মথক্তা লৈরিবা, মচলনা লৈরম্বা—কৃষ্ণনা খোঙ কারন চন্দুনা লেপ্লগা বাঁশি খোঙবা, রাধানা খুরুম্বগী অশাবা মুংঙৌগী মুত্তিদো। মহু হেক উরকপগা থম্মোয়দু খঙশাক-শোকচিনখিদুনা মুত্তিদু তাপ পায়খৎলগা মিৎ কুপ্তুব মথৈ পি তরঙ-তরঙ শিম্বনা য়েংদুনা লৈখ্রে। অমুম য়েংলম্বদগী পেল্লক্রুদুনা মরাইবক্তা য়ৈশিঞ্জে। খুদক্তা থমলে, অম্বুগা রাখলনা লুমথরক্লবা কোক্কুগা লোয়ননা টাইহুদা অমুম অমুক য়েংলুবদা মচলনা থেৎলম্বা বেঙত্থ অমুক উরক্লে। মতুদগীদি ফোঙ-দোকপা ঙমদবা অরাবা অমনা কুপখিদুনা, থম্মোয়দু য়াম্না শোকা—

শ্যাম্মোনা—মেম্মা !!! ইবুঙগী ইবেম্মা........ !!!

হায়না কৌরকপগা, কোক ঙাওরক্লুনা কাপ্ত উরু উরু লৈরক্লে। শ্যাম্মোম্থ খাঙবা ঙম্লক্লদুনা অচম হাইথপ্রে!

*নিফুতরুক*

***শ্যাম***, পত্মা অনিগী লুহোঙবা হুমিৎ-শিগী অহিংগী পুং ১২ দু রালপিছস অতুনা য়ৈরক্লে! মপাল, শুমাঙ-থেঙোঙ পুম্বা মীয়াম তিল্লম্বগী অত্থম ইচায়-চায়রি। থাবলম্থ ফৈ। মৈম্থ মচু মখল-মখলগী ভল্ব শংদুনা পুমঙাল ঙাল্লি। মীচিক মারাংখোলদ তাখিদ্রে। অদুগা অতিংগী চেক্লা কয়াদি হৈপাল লৈপাল মরক্তা কোয়পাই-পাইদুনা শানজরি। খোইনিং খোইমু কয়াগী মুংশিরবা খোঞ্জেল তারি।

কা মমুংদনা, লুহোঙবা হুমিৎকী ডেকোরেসননি, শ্যাম, পত্মা অনিনা তুম্মিন্নগদবগী লৈরম্লিব কাহুগী লৈতেঙদু। পত্মানা, লোঙনা হিপ্লিবা শ্যামগী নাকন্দা ফম্লগা, শ্যামদা ইকায়-মুংশি য়াম্ননা মোমোন তৌনা য়েংজরম্লি। মশাহু মপুঙ ফাদবনা, থয়া চোকথরপ তৌনা তুমিন হিপ্লম্বা শ্যাম্মা, পত্মাদা মুনা

য়েংলকই। অতুগা খুং অনিহু তপ্পা থাঙংলক্লগা পুন্নাগী ঙকশমদা কোল্লগা, চুপকদবগী অন্থুম তপ্পা-তপ্পা লোঙনা হৌগংলকই। চিনগা-চিনগ' শোকন-রমদাইহু মক্তদা ইখঙ খঙহৌদনা—

শ্যাম—অহু-অহু অহু উহুক হুক-হু······

কন্না-কন্না লোক্তু রাম্থ-রাম্থ লেপ্প-নাইদনা পঙখুদা খুবকখি খুবমখৈ খুবম্মগা মশাঙ্গ তপ তানা চোকখবত্নুনা কন্নুংদা পত্রাক ঙহুম ঙাগ্রে। মতৌ-তুদা পাখংপনা লরায়-লুতোন শাংখিল্লুনা—

পম্বানা—আ........ ॥

হায়না লৈঙবী মখৈ পুথোক্তুনা লাওখংলকই। খোঙ্জেলহুনা শ্যাম, অমুক্কা হেন্না নাঙ সচংগ্রে। খোঙ্জেলহুনা মীপায়হল্লবা মমা-মপাবুঙ, রামসিং ইফিঙ খিঙনা লাক্লগা থোঙদা চেপখহুনা লোন্না য়েংশিল্লকই। লৈনরিবা ফিভমশ্ছ উবকপদা নুংশা থিবক্তুনা থোঙ থিল্লুই। পম্বানা হাঙদোক্লগা, পবপ-পবপ চংশিল্লক্লগা—

মধুসুদোন—হায। মুপামচা. তাবিববা মুপামচা······?

ইবেমহল—করি তৌগ্রবনো তৌরিবা মতৌশিবু॥ ইবুংঙো, তারিববা ইবুংঙো... ..?

শ্যাম, তুমিন লৈরুবগুম কবিস্থ ইতৌ তৌদনা মমাখোযদা ইরেল য়েংলকহ। অতুবু মা, রা ঙাংবদি য়াদ্রে। মবোল থোকখিদ্রে। অতুবু মমা-মপা খঙগ্রবদি পাখংগ্রনি নন্দুনা, মতু কবিমতা উংথোক্লনা তুমিন লৈখি। কবিস্থ তৌদবা মান্দুনা -

মধুসুদোন্না—অ-মমা। মুপীমচাদা....... ॥ খঙলেদনা ।। মুপীমচা নংনা হেন্না খঙলেদনা!

মঙুংদা রা ফুমহুনা হায়রম্মগা অমুক পস্থবমদনা অত্থম থোকগ্রে।

ইবেমহল—য়েংঙোই ইবেম্মা··· ।। ইমানা হায়গ্রবস্থ নংনা হেন্না খঙলে-দনা........। নংনা খবা কাইহৌবা....... ।। ইমাস্থ থোক্রে... .... ॥

হাযবম্মগা অতুম থোকগ্রে। য়েংলম্বা রামসিংস্থ তুমিন অতুম থোকগ্রে। থোকখ্রিবা মমা, মপাবুঙ-খোয়দা য়েংলগা শ্যাম মনিংতা পিগী ইবা হৌবকহ।

মুমা য়েংজহুনা অহুম লৈহৌরে। পদ্মা, চংশিল্লকুনা হায়গুম অমুক লৈরে। শ্যামদা মুমা য়েংজহুনা মপিন্থ তম্না-তম্না মখুৎনা ভৈথোকপিরি। শ্যাম, পদ্মাদা মমিং কুপ্তব-মথৈ অয়োয়বা মিৎয়েংনা য়েংজরগা পদ্মাগী মপাম্ফোমদা তাপ পায়শিল্লগা "মরোল থোক্করে" হায়বত্র মখুৎনা হক্তিং চৌহুনা খঙ-হল্লকই। মহু হেক খঙহনবগা ময়াদা ঈ ওয়ো ওয়ো অহুম হাথরক্রে। পাখৎপনা খর থেক্তকললক্রবী—

পদ্মানা—আঃ !! হুঃ হুঃ অঃ ইমা............ !!

হায়না অমুকমু লাওখৎলক্রে। কমুংদা হিপ্তুনা লৈনংম্বা--

মধুসুদোন—ইহে করি অমুক তৌরগেনে ? লাইমা পাঙলোয়দে রিদা, খরমু মখাঙবা হৌনৈ ! ফরোয়দৌরিএ মমা ........ !

হায়রগুনা শ্যাম-থোয়গী কাহু তম্না পরূপ-পরূপ লাক্লি। ইবেমহলগা, রামসিংগম্ভ হান্নবা য়ৌশিল্লক্তনা য়েংলরি। শ্যামগী মতৌহু উরকপদা পাখৎক্লহুনা—

ইবেমহল—ইস ! করিনো তৌরিবশিদি !! ইমাগী ইবুংঙো ইমাদি মাঙ-জরেদনা !!

রামসিং—ইবুংঙোমচা, করিনো তৌরিবা মতৌশিদি বাবু...... !!

মধুসুদোন—হায় ! কৈদৌরগেনে ? ইসঃ মাঙলেদনা। লোয়রে......

লোয়রে হন্দক মপোক্কৌ !! মুপামচা পাবুঙদি মাঙহবেদনা ........ !!

ইবেমহল—করিনো মাই পাবুঙ তৌবিবা মতৌশিবু !! ইমাগী ইবুংঙো ইমাদি মাঙজরেদনা তৌরিশিদি ...... !!

মধুসুদোন—মমা ! হোসপিটাল য়ৌবনা ফরগদ-মাল্লে। রামসিং ফোন তৌরু, গেট হাঙদোকউ ! ইমাজেন্সি কেশনি এম্বুলেন্স রাম্না থুনা থারকউ হায়য় !

রামসিং—ফনি বাবু !!

হাবমল্লগা পরূপ-পরূপ পোকখ্রে। ফোন পায়খৎলরে। পরূপ-পরূপ চংলক্লগা—

মধুসুদোন—কদায়-কদায় এ পায়গে ! গেটতু পরূপ-পরূপ হাঙদোকলু ! কার থোদোক্লকউ রামসিং......... !!

ক্ষোন পায়ত্রনা লৈহোৱে। রামসিংনা পরপ-পরপ থোরক্কনা গেট হাঙলম্লগা কার থোঁদোকলক্লি!

খুদক্তা এম্বুলেন্স য়োশিললক্কনা নর্সশিং পরপ-পরপ চংশিনখ্রে ষ্ট্রেচরদা শ্যাম হাপ্লগা পুথোক্লক্লগা হাপকৎতুনা অত্থম থোঁখ্রে। মধুসুদোনস্থু হোসপিটালদা চংকদবগী থোক্লকই। ইবেমহল, পত্মা অনিনা নীংবা কায়না কায়না থোক্লক্লগা দলানগী কুমথকম ময়াদা লেপ্লগা পুথোকখিবা শ্যামদা চিংনা চিংনা য়েংজরি। ইবেমহল জ্ঞান তাদনা তৌকম থত্তখ্রি। কার মনাক্তগী হায়রকই—

মধুসুদোননা—সুপীমচা !! মমা ! করিমতা চিংনগনু ! করিনু তৌরোক্ল, ডাক্তরনা হিদাক থারগা অত্থম ফজরকনি !! পাবুঙ চংলুখিগে সুপীমচা . !!

হায়রম্লগা কারক্ল অত্থম থোঁদোকখ্রে। রামসিংনা গেট পায়ত্নুনা লেপ্লগা চংখ্রিবা শ্যামগোযদা মপুক্লিং সুংশিনা য়েংলতুনা অত্থম লেপ্লি।

দলান মথক্তস্থ ইবেমহল, পত্মা অনিমক লেপমিন্নতুনা অত্থম য়েংলম্বদগী মপুক্লিং সুংগুনলক্লবী—

পত্মানা—হঃ হঃ হঃ !! ইমা .... .. .... !!

ইবেমহল—ইবেম্মা ... ... ... ...... !!

হায়ং। কপমিন্নত্তুনা লৈরি! পত্মানা মথম্মোয় শোক্লা মবোক ইবেমহলদা কোল্লি। ইবেমহলনস্থু পত্মাবু সুংশিনা কোনবিরি ...—.... !! রামসিংনা মপি অর অর শিন্থবমখৈ যেংলম্লগা গেটতু তপ্পা তপ্পা লোনশিনখ্রে ॥

*ও ! কুইরক্র-মাল্লে এনা ইরক্লিবা !*
*লোয়খ্র-মাল্লে কলমগী মুক·······*
*ইনা-ইনা ময়েক থোকলক্লে·······*

## অইবগী লাইরিক

* ৱাংমদা (উপন্যাস)
  অহানবা ফোঙবাঃ
  ফেব্রুৱারী, ১৯৭৮ ইং
  অনীশুবা ফোঙবাঃ
  মার্চ, ১৯৮১ ইং
* মমিগী মরুমদা (উপন্যাস)
  অহানবা ফোঙবাঃ
  জনুৱারি, ১৯৮১ইং
* থম্মোয় অনি (উপন্যাস)
  অহানবা ফোঙবা ঃ
  নবেম্বর, ১৯৮১ ইং
* দশা (ৱরী মচা)
  অহানবা ফোঙবা ঃ
  জনুৱারি, ১৯৮৫ ইং
* অস!! মসিমা (উপন্যাস)
  অহানবা ফোঙবা ঃ
  জুলাই, ১৯৯২ ইং
* খোঙচৎতুগী চিঠি
  অহানবা ফোঙবা ঃ
  অগষ্ট, ২০০৯ ইং
* মংলাক্লুখ্রবা থৱায়
  অহানবা ফোঙবা ঃ
  ডিসেম্বর, ২০০৯ ইং